"Thikana Mutkhraba Chithee" A Collection of short stories and essays in Manipuri by Naorem Amuyaima Singha.






অহান্বা ফোঙবা ঃ
২০০৬

ফংফম ঃ
কেকুরা নগর
গণেশগুরি গৌহাটী-৬

নমফম ঃ
রীনা প্রিন্টিং প্রেছ
রাজগড় রোড, গৌহাটী-৭

মমল ঃ
লুপা ৫০/-

# অইবগী ৱাহৈ খরদং

সাহিত্যবু নুংশিরুবদি অৱাবা ফংজগে লংজবগুম থোকই। সমাজ সেবাদা থবায় য়াওরুরবদি ইশাগী মতম অমদি ওইজবা কয়া থাদোকপা তাবনি। অদুবু চংখ্রবা নিশা থাদোকপা ঙমদে। কল্পনাগী মতেং লৌদুনা সাহিত্যদা সমাজকী ফজবা শক্তম উৎনবা শৈরেং, নাটক অমদি উপন্যাস অইবা কয়াগী খোর্জৈদগী থোক্লকই। মহৌশা কল্পনা পামজবা ঐগী থম্মোয়বু শেমগৎ শাগৎপগী ৱাখলনা তোয়না কৌরম্মি। হিংবগী লানফমদা শিংথা ওন্নরকপনা, মতম ফংদবা অমসুং লোনগী পুকৈ ৱাৎপনা অপন্বা কয়া ওইদুনা ৱারেংগী লম্বীদা ঐগী আশাদো লমহুক্লদুনা লৈহৌই। অদুবু হায়নবা অমদি লৈ, মীওইবনা নীংজবা অমসুং হোৎনরগা খরদং ওইরবসু থুংদবা হৌনদে। থাওমৈনা মুৎলমদাইদা অমুক্তং ওইরবসু মঙাল ফুদোক্লম্মি। অদুগুমনা মুৎলি মুৎলি চাক্লম্বা আশাদো নোংমদি ময়োন চোংগদগী হোৎনরকই। মীশীং য়ামখৎলকপগী হিংবগী লম্বীদা মীৎ চোইবা য়াদবা মতমনি। য়াম্না চিল্লী। অচৌবা উপন্যাস, ড্রামা পাবগী মতম শংনদে। খাঙবা কন্বা, ঙাইবা কন্বা যুগ লোইখ্রে। ৱারেং অমদি ৱারী মচাগী যুগনি। এরোপ্লেন্দা পাইরিঙৈদা, ট্রেন্দা চৎলিঙৈদা ঙাইহাক্তং পারগা লোইবা অদুগুম্বা ৱারী পামনৈ। মীতৈরোলদা ওজাশিং কয়াগী ৱারী মচা থোক্লকই। পাবদসু নুঙাইবা ফাওই। পাউতাক অমদি লৌশিং ওইনিংঙাই কয়া য়াওই। লাইবক থীবদি মীতৈ অয়াম্বনা লাইরিক পাদে, খবর পাদে। ওজাশিংনা ৱাজরিবদু মপুং ফানা মহৈ য়াল্লোইদ্রা চিংনদবা ঙমদে। অদুদি কৈদৌনবা কনাগীদমক্তা ৱানা লাইরিক ইনরিবা। ইনীংবগী ৱাখলদি মদোমতা হৌরকপা ঈহৌগুম থৎপা ঙমদবদগী ইনরকপা ওইরমগনি। হোয়, ইরিবা তৌরিবা পুন্নমক কান্নরবসু কান্নদ্রবসু নোংমদি মাঙখিগনি। তাইবং মীসু মাঙখিনি। পৃথীবী মশামক মাঙখিবা য়াই। অদুবু শিগনি হায়দুনা ঙসিদগী থবক পুন্নমক থাদোক্লনা কপ্তুনা লৈবদি য়াদে। সভ্যতানা হিংলিবমখৈ চত্তবা য়াদে, শূদবা য়াদে। চৎপা লেপ্পদি শিবগা চপ মান্নে হায়নৈ ঐগী শিবা ঙমদ্রিবা আশাদো মুৎলি মুৎলি চাক্লম্বদগী ঙানগদগী হোৎনরম্মি। মরক মরক্তা ৱারী মচা অমদি ৱারেং ইবা হোৎনরম্মি। ৱারীমচা খরা ৱারেং খরা হাপ্তুনা "ঠিকানা মুৎখ্রবা চিঠি" লাইরিক মচাসি ফোঙজবনি। মপুন্সিদা নুংঙাইনা হৌরক্লগা ৱানা লেঞ্জরিবা ঐবু পোকপী ইমা নাওরেম ওংবী শ্রীমতী ইবেতোন দেবীগী চরন্দা কৎচবনি। মীয়ামগী পুক্লীং নুংঙাইনবা অমসুং সমাজকী করিগুম্বা কান্নবা খরদং পুরকপা ঙমগদ্রা হোৎনজবনি। অশোয়বা মতাংদা ঙাকপীগনি নোল্লুকচরি।

নাওরেম অমুয়াইমা

# য়াওফম তাকপা

# রত্নাকরগী লাইনীং

ইপু মেরা অরাপ্পা লবায় খুঙ্গং অমদা লৈবনি। চহী হুম্মু তরা হেন্নে। অঙাং ওইরিঙৈদা অহল লমন্না পুঙ য়ৈবা তম্মু হায়খি। অদুবু ইপুদি লাইরিক তমনীংখি। খরদি তমহৌই। পাঠশালা লোইরগা লাপ্পা লৈবা এম. ই. স্কুল অমদা খরনি চৎলম্মী। মলেশা মরোন মাংঙি হায়দুনা অহল লমন্না তমহন্নীংখিদে। নহা ওইরিঙৈদা লমদি খরা হেলম্বা মীনি। ফাগী পামজবা মীনি। লম হেল্লী, জ্ঞান তানবা হায়দুনা অহল লমন্না মৌ ওস্তানা খিজখীখি। লাইবক থিবদি সঙ্গ ফত্তবা থেংনরুবদগী নত্তবা লম্বীদা কুমথখি। মতম কুইনা ময়ুমদা হল্লক্তে। তখেন্দা মণিপুরদা আসামগী হোজাইদা লৈরম্মি হায়না বারী তৌবা তাখি। মরক মরক্তা ময়ুমদা লাকই। খরনি লৈরম্মগা অমুক মাঙখি। কদাইদা চৎলিবনো খঙদে। হায়রম্বনা অমদা চৎখিবনা অমরোমদা। হুরাম্বা, ডাকু, আফিং বেপারসু তৌরম্মী হায়নৈ। চৎলু চৎলুবা মফমদা নুপী অমমম থিরম্মী, মচাসু থনম্মি হায়নৈ। মদুগী যুগ লোইখ্রে।

ইপু হৌজিক হৌজিক ময়ুমদা হল্লক্কুনা লৈবা কুইরে। অহল লমন লৈখিদ্রে। লাই কন্না নীংবা হৌখ্রে। চন্দোন থিন্বা কাউদে। কৃষ্ণ ভক্তনি। চৎলে, ফম্লে, চারে মচীন্দা হরে কৃষ্ণ। মীনা ঙাংনৈ রত্নাকরদগী বাল্মীকি ওল্লকপনি। নহা ওইরিঙৈদা তৌরকপা পাপ ময়াম কোকনবা অহলসে লাই কন্না নীংবনি, নহারোলনা ফাগী তৌই। নোংমা অয়ুক পুং নীপান তাবদা চন্দোন চবা ঙৌনা থিন্দুনা ইপু লম্বীদা লাকই। শ্রীকৃষ্ণগী খুয়া চরণগী ছাপা ওকশম খৌরি মখাদা পাক্লা য়ৈশিল্লকই। ফৈজম নান্না শেৎলি। ফুরিৎ পুমজাৎ লীৎলি। মথক্তা জহর কোট। ওকশমদা লেংজান অঙৌবা য়াম্বুরি। লম্বী মপান্দা খম্বাতোন, তোম্বা, শ্যাম ফাগীরাম অহুম ফমদুনা বারী শারম্মী। অমনা হায়রকই "ইপু মেরা মাল্লি লাকইসে। মমায় উদ্রে চন্দোন্না, ইপুসে লাই নীংবদা হান্নদগী ঙাওবা হেল্লিন্নে"। মখোয় অহুম ফাক ফাক নোকথোরকই। ইপু খংঙি অহুমসিগী

মতৌ। খম্বাতোন্দি মোইরাং পর্বদা শেউরা শাবা মীনি। মচীন লেঙবদা মী বাম্ভুনরিমি। খম্বাতোন খঙন্তি ইপু কদোমদা খোঙ শাল্লকপনো।

খম্বাতোন ঃ ইপু, কদোমদনো অয়ুকসিদা? য়াইফরে ইপু।

মেরা ঃ তৌরেদো সে। নখোয় উনবশি হৌদোং ওক্লাবগা চপ মাম্লে। যাত্রা কায়রে।

খম্বাতোন ঃ ইপু মোরনীং বাকিং হায়দুরা?

মেরা ঃ হয় হয় মোরনিং বাকিংনি। চাকচাদ্রিঙৈগী অয়ুকনিদনা। নখোয় অহমদি সিদা কৈদৌরিবা। ঙরাং নুংদাংদগী নয়ুমদা হন্দ্রিবরাও। ঙরাং হুই অমা মাঙখি হায়নবদু চাবা লোইদ্রিবরা?

খম্বাতোন ঃ কদাইদৈনো ইপু, ঐখোয় মদু তৌদেদা, অসুম ফমদুনা বারী শাম্নরম্বনি।

মেরা ঃ লম্বীদা করি বারীবু শারিবা পূঙ মাপন তাবা ফাওবা। থবক শুনীঙাই লৈত্রগা ঐখোয়দা লাও, য়োৎ খরা তৌরো লাও। ইংখোল খরা কোইহৌগে।

খম্বাতোন ঃ ইপুহোইগী মতমদো নত্রে, চাক্রি ফংদবগী অবাবসি ঐখোয়না খঙন্তি ইপু। থবক ফংদবা মশেন থবক্কী বারী শাম্নরম্বনি।

মেরা ঃ সরকারনা থবক পীবিদে অসিরাও। থবকপু মীনা পীবা হৌনবরাও। মদুদি থৌদারগা থবক শুবগী বানি। নয়ুমদা নমা নপানা হাঁমৈ কোকথোং ওগ্লে। নখোয়না সিদা বারেম ঙাংনদুনা লৈরিবা। অয়ুক্না কদায় নুংথিলনা কদায় লম্বীদা চোল্লপ চোল্লপ বা বা।

খম্বাতোন ঃ ইপু, বৈষ্ণব ওইবসি কানরে। হোরেন কীর্তন মপু নত্রগা মোইবুং খোংবগী মনাক্তা ফম্লবদি পৈশা থাবনা খঙদদুনা ওইরবসু ইপুগী কা তাংগ্না মথক্তা লুপা তরা চপ্পী অমদি শোইদনা থাদরমগনি। ইপু ঈশৈ নুংঙাইহন্লম্মু। ইপুগীসু কাম্নবনি। ঈশৈ শকপদা নত্রগা পূঙ য়ৈবদা লেংজান্দো হঞ্জিন হঞ্জিন থাজিল্লু।

মেরা ঃ অদুনিদনা। ভাবোক য়াওদনা কীর্তন ওইবা য়াব্রাও। ধর্মনীতি, রাজনীতি পুম্নমক্তা অর্থনীতি য়াওদবা য়াবরা। নখোয়গী লাইরিক্তা য়াওদ্রাও। য়েঞ্জাংদা থুম থাক্তবা য়াব্রা। রাজনীতিদা কামজাও হল্লিবদো পৈশানা তৌরিমি।

শ্যাম ঃ ইপুনা লাকচগ্রে খম্বাতোন।

তোম্বা ঃ ইপু, মনীং লৈকায়দা শোরাৎ যাওবা চৎলিবা নত্রা?

মেরা ঃ হোয় হোয়, হান্নদি চাক ঈশিং লাই প্রসাদ খুম্বা লোইরগা কীর্তন হৌরম্মি। হৌজিক্তি অয়ুক্তা কীর্তন হৌরে। কীর্তন লোইরগা চাক পীজবা অসিনি। মসিনদুম ফরে। কীর্তন লোইরগা চাক চারগা ওজাশিং স্কুল কাবা য়ানবা শীম্বা মাল্লি।

তোম্বা ঃ ইপু, চুরূপ অমতং ফানখো। মসিনা যাত্রা ওইহল্লশি। (তোম্বা ইপুগী মনাক্তা নক্লা লেপ্লুই, চুরূপ লানশিল্লি, মৈখেৎ খেৎলি)।

মেরা ঃ হৈ, নশাদো য়ুনমলা হুইনমলা খঙদে, ইনাক নকশিল্লক্কনু নুংঙাইতে।

তোম্বা - কদাইদৈ হুই মনমনো ইপু। য়ুনম হায়রদি খরদুম পকচে, মতমসিগী চৎনবীনি হায়জরিবা। ইপু বারৌ য়াদে।

মেরা ঃ হুইনমনি ইবুঙো। খুনসিগী হুই পুন্নমক অমমম তৌদুনা চীকমাংনরিবসি কদাইদনো? ঐখোয় খঙঙোই অসিরা? নশাদু হুই চারবদি হুইনম নম্মোইদ্রা? কৈ চাবা মী কৈনম নম্বনি। হুই চাবা মী লাক্লগা হুইনা মনমদা খঙঙি, খোংদে, চেম্বনি লোৎপনি। কৈ চাবা মী লাক্লগা কৈসু নারক্তা লোৎলি হায়নৈ। কৈখোম থকপা মী শাউগম্বনি। হুই চারবদি হুইগী নুংশিৎ চেন্নরকপা য়াই। শা চাবনা শাগী শাজৎ পাম্মক্কনি। নখোয় পাঙল লুহোংবদা শন, চাবা চৎলি হায়নরিবসি চুমব্রা?' চানিংঙাই লৈত্রবরা? চাদ্রগা শিগদবা লৈবরা?

খম্বাতোন ঃ ইপু শঙ্গোম চাবা য়ারগা শন চাবদি করিগী য়াদ্রিবা?

মেরা ঃ অদুবুরো, ইমাগী খোম থকই হায়দুনা ইমা চাবা য়াবরা? নখোয়না শা পুন্নমক চাথোক্তুনা শা লৈরোইদৌরে। য়ু পুন্নমক থক্তোক্তুনা খরুং কংঙে। অদুনা চীংদা লৈবা মহৌশাদগী চাজরকপা ইচিল ইনাও পুন্নমক শাউরে, মখোয়গী চীঙ্গাক মীতৈনা চাবদগী শা তাঙঙে য়ু তাঙঙে মীতৈ উবা য়াদ্রে। অদুনা হৌজিক মখোয়গা মীতৈগা তিন্নররোই হায়রে। মখোয়তা তোঙান্না পুন্না লৈজগে হায়রবনি। মীতৈ হায়সিদি পঙঙিদো। মতম চানা বাখল তৌহৌদবনি, কম্ছিনা ফবা লৌশিং বাৎপা, মরীন ফৈ হায়সনু হায়দুনা তুংগী বাখল তৌদনা লৌরুবা বারেপ, তৌরুবা থবক হৌজিক্তি লোইনা কারন তারেদো। ইবুঙোশা, নখোয় হৌজিক ঙাওশিন্নদুনা লৈগনু। মতম্না ফত্তবনে,

নখোয়না থৌওইদবনে।

শা চাবদগী কন্না অহেন অথোয়বা ওইবা য়াওরবগে। লমসিগী হরা-নুংশিৎকা চান্নদবা চীঞ্জাকনি। মদুদা থবায় য়াওবা ফত্তে। মহীক মতাং চেন্নরক্লুনা লাইথুং পানগনিকো। শা ঙা তীন কাণ্ড লৈরিবসি কান্নবা অমদি লৈরিবনি। উচেক্কা ফৌদা তাবা তীন ফাদুনা চাবনি। হঙোয়না কাণ্ড ফাদুনা চাবনি। হঙোয় পুন্নমক ফাদুনা চারকপদগী কাণ্ড মরাং হৌরে। শোর হোম্বদা য়াদা চংঙে।

তোম্বা ঃ ইপু থেঙ্গনি, চৎলো, কীর্তন হৌগ্রমানে মোইবুং মখোন মাল্লি। মখোয়গীদো কপ্পীনবা মী ব্বাৎপনি ইপু। ইপুহোয় বৈষ্ণবশিংনা খরা মতৌ মান্নবা কপ্পীউ। কপত্রবদি শরাৎ মতৌ মান্দে, কীর্তন নুংঙাইতে হায়নৈ।

ইপু চৎখি, হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ। খম্বাতোন ইপুগী শমজী মতোন মাম্বা লুখমদা তারিবা শিকাদো মুম্না য়েঙদুনা লৈহৌই। পাখঙ অহম ইপু মেরাগী বা ঙাংনাহৌই। ইপুসে নহা ওইরিঙৈদা হ্বাম্বা ডাকুগী তুং ইন্নম্মি হায়দুনা ঙানেবা তাখি। হৌজিক্কা রত্নাকরদগী বাল্মিকী মুণিনি। মাগীসে পাপ কোক্লবা হোৎনবা মাল্লি। হয়েংমুক্কী মপোক্তা অফবা ওইনবা।

শ্যাম ঃ তা তোম্বা হয়েংমুক্কী মপোক হায়বদো ঐদি থাজদেবো। মসি পাপ পুণ্যগী বিচার তৌফম খঙদ্রগা হয়েংমুক্কী মপোক অমা হায়জিন্দুনা থৈজিম্বা মাল্লি।

তোম্বা ঃ অদুনি, তা শ্যাম। মী শিরগা মৈ থারে। মোংফমদা মং থোঙ থিংবনি হায়দুনা অসিবগী আত্মাদুদা মফমদুদগী চখোক্কনু লেঙগনু হায়রম্মি। শরাৎ নুমিত্তা মাবু অমুক কৌই। নঙগী নপোৎ নচৈ তম্মে। কোন লীক ফমুং ফানুং, থাবৈ চেকপ, মিংশেল শমজেৎ ফিরোন শুরে। তমলিবা পোৎ চৈ ময়ামসি পুদুনা চৎলো হায়রি। অদুদগী ব্রাহ্মণ পুরীতনা পুরোন অহম কৌদুনা মখোয়দা শীন্নবী। মখোয়গা তিনগ্রো হায়রি। লাইরৈবাক্তা চৎলো হায়রি। চহীগী তর্পন মতমদা আত্মাশিংদুবু কৌই। নখোয়গীদমক্তা কথলিবা পিণ্ডা চেং থোইদিং চারো লাও। তর্পন উসবকী নোংমা মমাংদা নুমিদাং অচীকপদা তুলশিবোংদা হৈরুক তাঙ্গলা পানা তাঙ্গলা ধূপ প্রদীপ তৌদুনা লাইরৈবাক্তা লৈগ্রবা আত্মাশিংদা বার্তন কথলি। হয়েং তর্পন উসপ্তা লেঙবিরক্লুনা ঈশ্বরগী প্রসাদ ফংবিরো লাও হায়রি। মদুবু লাই বার্তন তৌবা হায়নৈ। অদুনা শিরগা মপোক

অমদা পোকশ্রবদি আম্মাদো কদাইদগী লাক্কনি তর্পন উসপ্পা ঈশ্বরগী প্রসাদ খুম্বা। অনীশুবদা, মী অমা শিরগা আম্মাদুনা অনৌবা হকচাং অমদা চঙদুনা পোক্রবদি মী অমা শিরগা মী অমা পোকদবনি। অদুনা মী মশীং হেনগৎলোইদবনি। অদুবু ১৯৫০গী অদুবাইদা ভারতকী মীশিং কোটি ৩৩ লৈরম্মি হায়। পৃথিবীদা চাওরাক্পা কোটি ২০০ রোম লৈরম্মি হায়রি। হৌজিক ভারত্তা মী কোটি ১০০ হেল্লে। পৃথিবীদা কোটি ৬০০ শুরে। হেন্নকইবসি কদাইদগী অহেম্বা আম্মানো? মসিবু হান্নদগী লৈরম্বা ভূত প্রেত তম্না লাইনা চংদুনা পোক্লবা জাৎলা? থাংনদি য়াম্না তম্নরম্মি হায়। হৌজিক তম্না লাই লৈত্রে। মসি নত্রবদি আম্মা ফাইবোক পোকপা তারে। নত্রগা লাইরৈবাক্তা হান্নদগী অহেম্বা আম্মা ষ্টোরদা লৈরম্বা জাৎলা?

খম্বাতোন ঃ তোম্বা কানদে, চৎলশি। হৌজিক হিংবগী লম্বী ফাওবা থিবা ফংদ্রি। আম্মা করিনো, শিরগা কদাইদা চৎকনি, মসি শিরমদাইদা খঙনা ফগনি। ঐখোয়গী মতম ৱাৎলি।

মরূপ অহম ময়ুম ময়ুমদা চৎলখি।



# চিঠি

ইং শোক ২০০৩ ডিসেম্বরগী তাং৩১। সরকারগী থবক্তগী পোখাবা নুমিৎনি। টেবিলগী চে চাং লোইশিল্লম্মি। রিটায়ার্দ পুন্সিদা কানগদবা চে খরা থুপচিল্লম্মি, বেগটা হাপচিল্লি। লোইশিন্বা ঙমহৌদবা থবক খরসু লোইনবা হোৎনরম্মি। অমম্বা চে মরক্তা কুইরবা চিঠি অমা দ্রোয়ারদা লৈরম্মি। চহী খরগী মমাংদা ঐগী মরূপ অমনা পীরকপা চিঠিনি। মাদি লৈখিদ্রে। শিগদবগী চহী অনীরোম মমাংদা পীরকপা চিঠিনি। চিঠি ফংবা নুমিৎ অদো ওফিসতা থবক য়াম্না চিল্লম্মি। তহা তহা খরা পারগা থুপচিন্দুনা দ্রোয়ারদা হাপখিবনি, কোম্না নীংথিনা পারগা চিঠিগী রিপ্লাই হনগে খন্দুনা। মতম খরনিদি মাগী ৱাদো মরক মরক্তা নীংশিংলম্মি। পাউখুম পীবদি ঙমহৌদ্রে চিঠিদা মশাসু ঙমদে হায়রকপনি। শেনথুম য়াম্না ৱাবা মতাং অমা থোকই, মতম খরনিগী ওইনা লুপা লীশিং অহুমতং মতেং পীরকউ, অসিনি চিঠিগী মরু ওইবা মৱোল। খল্লম্মি করিনো তৌগদবা, পৈশাদি ঐসু ৱাই। তাইবংপানসিদা জ্ঞান তারকপা নুমিত্তগী ঙসি ফাওবদা পৈশাগী ৱাদবা মতম লৈখিদে। পৈশা লৈরবসু চিল্লি, লৈত্রবসু চিল্লি। সরকারগী ওফিসতা কাবক ৱাংনা থবক তৌরিবনি, অদুবু পৈশাদি কোম্বা লৈতে। মীওইবগী অৱাৎপা অপাম্বা লোইবা নাইদে। ঙসি অমা হয়েং অমা। মী পুন্নমক্না খল্লি ঐগী অৱাবনা, ঐগী অচিন্বনা হেল্লি। ঐনা পৈশা ৱাই হায়রগা মীনা থাজদে। শামুনা চাওবগী মতিক য়াম্না চাই। অঙকপদি পৈশা ৱাদবা মী তাইবং পানসিদা লৈরমগদ্রা? লৈরম্বসু য়াই। জীবগী জগত্তা ওইথোক্তবা লৈতে। অসুম্না মরূপকী মতেং পাংবা ঙমখিদে। নীঙমদে।

মরূপকী চিঠি অসি হৌজিকসু লৈরি। ঐনা নুংশিবদগী মাঙহন্নীংদদুনা থম্বনি। অদুবু নোংমদি শোয়দনা মাঙখিনি। ঐসু মাঙখিনি। চিঠি অসি পারগা থুক লাউই নীঙমদবা মৈচাক্না। অদুবু অৱাবা হায়বসি পুন্সিগী নুঙাইবা মখল অমনি হায়নৈ। অৱাবা নংদ্রিবা মীনা নুঙাইবা মশক শেংনা খঙবা ঙমলোই। অৱাবা ৱারী মীঙোন্দা তম্মগা অৱাবা কোকই। ৱা লাউনা কপথোক্লগা। অৱাবদো কাউবা ঙম্মি। নুঙাইবদি মীদা তল্লগা হেন্না নুঙাই। অদুনা মরূপকী চিঠি অসি মীয়ামদা তাহন্নীংবদগী

মথাদা হাপচরি।

শ্রীহরি,

মরূপকী মফমদা পত্র ওইনা লমদম তান্না লৈরদুনা বারম অমনিতং শংহনজখিবনি। বারমদি অতৈ করি থোয়দোকপা নত্তে। অঙাং অমা থবক চংখিবদা লৌ-শিং পুম্নমক থমদোকখিদুনা ঙসি চহী অহুমসে চেং ফৌ বান্দুনা চাবা অতৈ অতৈ য়ুমগী মথৌ তাবা পুম্বা পুবা হোন্নবদা মীগীসু শেন য়াম্না পুথখরে। উপায় অমত্তা লৈখিদরে, ইশাসু ফমদা তাদুনা লৈরবাগুমনি। অঙাং অদুনসু হৌজিক ট্রেনিংগী মনুংদা লৈবনা মহাক্কীসু ওক্তে হায়রি। ঐঙোন্দা খজিক ফাওবা মতেং পিরকপগী মহুত্তা মানদুম হংগৎনা শেন থারকপগী বাফম ইরকই। করি তৌনিঙাই লৈরকত্রবদা মরূপকী মফমদা শেন লীশিং অহুমতং মতম খরনিগী অঙাং অদুনা শেন পিরকত্রিফাওবতদি মতেং নিরি। মরূপপ্না করিগুম্বা খুদোং চারগদি হায়রিবা মতেং অসি মতম খরনিগী ওইরবসু মরূপপ্না শোয়দনা তৌরক্তবা য়াদে, কুমসি চহিগী ফৌচেং (নোংচিং চুদ্রিঙেদা) খরতং থৌরাং তৌদুনা থমজিলহৌগে। অনিশুবা বাফম্না ঐ ফাওবদি থোয়দোক্লা খংদে ঐগী নুপীমচা অদুনা Silchar Welfare Office তা (Plains, Tribes Backword) L.D. Asstt. অমা লৌবগী বাফম লৈব্রা কৈনো মদুগীদমক মরূপকা অমুক্তং মরি থম্বগী কন্না হায়জবদগী, বাফম অদুসু মহাক্কী Application Form গা লোয়ননা মরূপকী মফমদা থাজখিবসিনি। মরূপপ্না করিগুম্বা পাঙ্গল লৈবা নত্রগা পিবা ঙম্বা, নত্রগা বাফম অসি শেংঙি শেংদে খংদোকপিবে হায়রগা থবক অসি পাংথোকপা য়াগদরা অমুক্তং য়েংশিনবীয়ু। ইতি।

মরূপকী

সরকারগী থবক্তগী রিটায়ারদ ওইবা নুমিৎ অসি থবক্তগী পোত্থারবা মী খুদিংমক্কী কাউবা ঙমদবা নুমিৎনি। মওং মওংগী বাখল অমদি নীঙমদবা নুঙাইতবা কয়ানা পুল্লবা মতাং অমনি। শাংথ্রবা মতমগী হৈনরক্রবা পুন্সিগী খোঙচত্তা লমখায় অমনা থৎপগুম্বনি। লমখায়সিদা লেপ্তুনা থকচানবনি, কদোমদা চৎসিগে! মরূপ মপাং কয়াগা লাপথোক্লরগনি, কায়নরগনি। অসুম্না নীঙমদবা নুমিৎ অসিদা শিথ্রবা মরূপ অমনা পীরম্বা চিঠিদো উরগা মীত্তগী পি শিন্থখিবা খঙহৌদে। খুদক্তা তৈথোকই, মীনা উরগা থবক লোইবগী নুঙাইতদুনা কপ্পনি হায়খিনি। "হে মরূপ, নঙোন্দা শেনগী মতেং পীবদি থম্লদুনা পাউখুম ফাওবা পীবা ঙমহৌদরে বারৌগনু।" মসিগী নীঙমদবা মৈশা অমনা মরক মরক্তা চাক্লকই। কনাদা হায়রুনি, নঙ লৈত্রবা

পৃথিবীদা। নঙনা কদাইদা লৈরিবা। শিরগা আত্মাদি শিদে হায়নৈ। আত্মাদুবু কদাইদা লৈরিবা, পৃথিবীদরা, অতিয়াদরা, অতোপ্পা গ্রহদরা? বারী খঙবা ওজাদি য়াম্না লৈ; অদুবু ঐদি থাজবা ঙমদে।

নীংশিংঙি ঐখোয় অনীনা অঙাং ওইরিঙেদগী পুন্না হৌমিন্নরকপা পুক্সিদো। খুংগংগী লাইরবা ইমুংদা হৌরকপদো। উচেক মচু মানবা পুন্না তাবগুম। লৌবুক্তো শন শেনমিন্নরকপা। স্কুল কলেজ তম্মিন্নরকপা, মেরাগী থাবলদা বোদি (কবদি) শান্নরকপা। পাখঙ ওইরিঙেদা কোইমিন্নরম্বা। চহী য়াম্মক্রগা হৌখিবা বারী অমদি মতমবু নীংশিংলগা নুংশিরকপা মীওইবগী হৌনশানি। নহা ওইরিঙেদা য়েংথিনরম্বা মী অনী অহল ওইরক্রগা মশুং মামান্নবা লৈরকত্রবা মতমদা অমুক হন্না কৌনা ঙাংনরকই, নুংশিনরকই। মতম্না ঙমদবা লৈতে। মানা পুন্নমক কাউহল্লি, নীংশিংহল্লি। অবাবা তাহল্লি, নুংঙাইহল্লি, খুদোং চাবা পী। অদুনা করিগুম্বা খুদোং চাবা মতম লাক্লগদি মরূপকী নুপী অমদি অঙাংশিংদা মতেং পীবা ঙম্বরা য়েংগে খল্লম্মি।

নোংমা অয়ুক পুঙ মাপন তাবা মতমনি। টেলিফোন্দা ক্রিং ক্রিং খীঙলকই। ফোন পায়খৎলি। কনানো হংঙি। তপ্পপ্পা, কাকা ঐনি হায়রকই। ঐগী লৈখিদ্রবা মরূপকী মচানুপী। মানা সরকারগী থবক হোৎনবদো ঐসু য়াওনা হোৎনবগী বানি। মানা হায়গদবা বা হায়বা লোইরগা ঐনা হংঙি, "নখোয়দি করম তৌরি, নখোয় তাদোসু পুলিসকী ট্রেনিংদা লৈরিদনা?" নখোয়তা লৈবা ঙম্বরা?" পাউখুম হন্নক্তে, হিক্লা হিক্লা কপ্পগী মখোল অমদি তাই। করি হায়না থেমশিগে খল্লম্মি মীৎকুপ অদুদা। ঐদি ইচানুপী পোকচদে, ইচাগুম্বী নীঙল অমনা হিক্লা হিক্লা কপ্পদো ঐগী থম্মোয়দা থুক লাউনা পানখিবা খঙহৌদে। ঐনা থেমজিনখি। "ইবেম্মা কপকনু, কপ্পগনু। ঈশ্বরনা তন্নম্বা ঙক্তনি। য়েংগে ঐনা ঙম্বা মতেং পাঙলক্নে।" টেলিফোন থম্মী। নীংশিংলকই অসিগুম্বা নীঙমদবা থৌদোক অমগা। অদুঙৈ ইচানীপানা বোম্বেদা পরীক্ষা থাবা চৎখি। দিল্লীদগী লাক্লুনা গৌহাটিদা ইণ্টারভিউ অমা থারন্নগা খুদক্তা বোম্বেদা চংপগী থৌরাং তৌই। তাং ৮ গৌহাটিদগী বোম্বে এরোপ্লেন্দা চৎখি। তাং মাপলদা পরীক্ষানি। পরীক্ষা লোইবগা খুদক্তা রিজল্ট থোক্কনি কম্পিউটারদা। মানা মতম কুইনা নীংজরকপা আশাগী অরোইবা চাংয়েংনি। তাং মাপন অয়ুক্তা পরীক্ষা লোইখি। নুমিদাং পুঙ তারা তাবদা ঐনা টেলিফোন তৌই। ইবুঙো পরীক্ষাদি কমদৌই, হংঙি। পাউখুম পীরক্তে। হিক্লা হিক্লা কপ্পগী মখোন্দি তাই। মীমাংদা কপ্পা ইকাইদুনা কপ্পা খাঙজিন্নগী মখোন্দি শেংনা তারম্মি। মাগী

কায়রবা আশাগী খোঙ্গেলনা ঐগী থম্মোয়দা য়ৈশিল্লম্মি। খঙহৌদনা পি তাখি। ঈশ্বরগী মফমদা ঐনা ব্বারৌখি। করি হায়না থেমশিগে খল্লম্মি খূদক্তুদা।" ইবুঙো কপকনু, কপকনু। পৈশা লুপা চৎখিবা চৎচখিসনু। তাল্লগা থোক্ই। মতম লৈরি, অতৈসু হোৎনদুনা য়েংগনি। Keep patience, keep patience. Failure is the piller of success." টেলিফোন খূত্তগী নাম্থখি।

ঐনা খল্লম্মি ছুটিদা য়ুম চৎলবদি মরূপকী মচাশিং অমদি মাগী নুপীগী ই-পাউ লৌরক্কে। চহী খরগী মতুংদা য়ুমদা চৎলি। নোংমদি মরূপকী ময়ুমদা চৎকে হায়দুনা মায়কৈ তম্না লাকই। মখোয়গী থোঙ্গাল য়ৌবগা লেপ্পী। কদোমদগী পাইশিল্লকপা ব্বাখলনো খঙদে ঐবু চঙশিরা চংঙ্গেইশিরা। মপুরোইবা লৈত্রবা লুখ্রাবীগী য়ুমদোম্বোক অদুদা ঐনা চঙ্ললুরগা মীগী মীনোক চঙ্লক্কদ্রা চিংনরকই। চহী নিফুরোম মমাংদা থোকখিবা থৌদোক অমা নীংশিংলম্মি। মরূপকী মচন নুপী অনীদো ঐনা ইচলগুম্না লূনা তৌরম্মি। মখোয়নসু ঐবু পোকমিন্নবা মবুংগুম্না লূনা তৌরম্মি। লাইবক থিবদি, য়ুমথং কৈথংনবা মমা মন্দোনশিংনা ঐবু চিংনবা মীৎয়েংদা য়েংলম্মি। ঐনদি খঙদবা। কনাগুম্বা অমনা ঐঙোন্দা তম্লকপদগী খঙবা ঙমখি। ঐনা মরূপ উনবা চৎপদা করিগুম্বদা মচন নুপী অনীদুতা লৈরম্বা য়াওই। অঙাং ওইরিঙৈদগী তত্তনা চথোক চৎশিন তৌরকপা য়ুম্নি, অদুনা করিমত্তা কোইনরমদে। ইমুং অমগী মীগুম্না খল্লম্মি। ইচলশিংদুবু কৈদৌঙৈদসু নত্তবা মীৎয়েংনা য়েংখিবা লৈতে। লৈকায়গী মমা মন্দোনশিংনা ঐবু চংহন্নীংদনা তৌবদো, নিংফুং নিংফুং ঙাংনরম্বা ব্বাথোক য়াম্না নুংঙাইরমদে। ইকাই নুংশি য়ান্নখি। অহোইনদুম চৎশিরা খল্লম্মি। অমুকসু খল্লি, ঐগীদমক্তা করিত্ত খঙজদবা ইচল অনীগী বদনাম ওইবদি ফত্তে। মীগী মচীন্দি কনানা মেনগনি। ঐহাক হান্নগুম মখোয়গী ময়ুমদা চৎপা লেপখি। নোংমা মরূপ্পা হংঙি করি মরমগীনো ঐনা মাগী য়ুমদা তোয়না চৎলম্বদগী লেপখিবা। ঐনা ব্বা থৈদুনা খূম্নম্মি।

রিজনীং য়াওদনা শাগৎপা ব্বাখলদা চিংনবা হায়বসি লব্বাই খূংগংদা মীচমশিংগী হৈনবীনি। লমচৎ নাইদবা কনাগুম্বা অমগী শাজত্তো মী খূদিংমক্তা খূদম ওইনা শীজিন্নবা য়াদে হায়বসি খঙবগী দরকার লৈ। পৃথিবীদা ফংগুবা মীয়ামগী মরক্তা অফবা মী খরদি লৈরি অদুনা সমাজ অসি হিংদুনা লৈরিবনি। নত্রবদি সভ্যতা হিংদুনা লৈবা ঙমলোই। মরূপ মপাংগী মচল মচা, কৈরোই লৈকায় য়ুমথংনবগী নীঙোল মচাশিংবু ইচন ইচাগুম্না য়েংবা হায়বসি জীবগী অথোইবা মীওইবগী

সমাজতা ফজখ্রবা আদর্শনি। তৌবগীদি মীনা মশীং লাকপা ঙমদ্রবা পৃথিবীদা, শক অমত্তা মান্নদে, বাখল পূকচেল মান্নদে, লমচৎ শাজৎ তিন্নদে। অদুনা ঐনা খন্বগুম ময়ামসু অদুম্না খল্লু য়াবা নত্তে। মী পূন্নমক ঐনা হেল্লী, ঐনা চুম্মি, খল্লি। ঐনা মীবা ওাংবগুম মীনা ঐবুসু ওাংনরমগনি হায়বসি খক খল্লুদে। মীবা ঙাংনরগা নুংঙাই। মতম লেল্লি। অদুবু অচুম অরান খঙদনা পংঙাং ঙাংনবদি ফত্তে। জ্যোতিষ শাস্ত্রগী মোত মতুং ইন্না ঐগী রাশি য়ান্না শোল্লী। অসিগুম্বা দোশা ঐঙোন্দা তাগল্লি। ঐনা কলেজ তমলিঙেদা ঐখোয় লৈকায়গী ইতৈমাশিং অমগা ঐগা নুংশিনৈ হায়দুনা চিবোন চিবোন ঙাংনরম্বা জাৎনি। ঐনদি খঙজদবা। ঐনা ইতৈমাদুবু কেদৌঙেদসু নত্তবা মীৎয়েংনা য়েংখিবা লৈতে। ঐ মতমদুদা পাখংনি। কলেজ তম্মী। মৌ নহা অমদি লৈকায়গী নীঙোল মচাশিংগা য়ান্না ফ্রি ওইনরম্মি। ঐগী থম্মোয় মক্তবা পুকচেল তিংজবদুদা মখোয়না তরাম তরামতৌবনি। কোইনরমদে। মসিনা মরম ওইদুনা মীনা থোকচিন্বা বদনাম ওইরমগনি। মীনা ঙাংনৈ হায়বসু খঙদবনা ঐদি ইতৈমাবু হান্নগুম কৌরম্মি, ফাগী তৌরম্মি।

নোংমদি ইমানা হায়রকই, "ইবুঙো নঙ নঙতাদোহোইরোমদা চৎকনু। মখোয় লৈকায়দা চঙগনু।" ঐ খংপ্রেক খংঙি। ইমাগী মায়থোংদো শাওরপ তৌই। ভাব হেক তাবা ঙমদে। কেদৌরবা! হংগদৌবসু ইকাই, করিনা বাফম অসি মমা মচা ঙাংনবদা লেমজদবা বানি। অদুবু করি তৌরবা বাহং অসিনা মতম খরনিদি নৈদুনা লৈরম্মি। খরনি মতুংদা নোংমা নুংথিল পুঙ অমা তাবা মতমদা ঐনা ঐগী কাদা থোঙ লোনশিন্দুনা তুমিন্না লাইরিক পাদুনা লৈরম্মি। মী চীকপা মতমনি। থোঙ্গালদগী তাদনা ঐগী ইচন অনী শুবীদুবু কৌরগা হংবা তাই। "নখোয় তয়াম য়ুমদা লৈবরা"। ইচলনুপীনা খুম্মি, "লৈনে তাদো, করিগীনো"। তাদনা বা মখা তারমদনা থোঙ্গালদগী ফৎ হন্দুনা চৎখি। ঐনা মীহুৎথোং খজিক্তং হাংলগা য়েংলম্মী। খুদক্তুদা ইতৈমাদো তুরেলদা ঈরুজরুবা মাল্লি, সনাপুন পুদুনা কারকপা উই। ঐ ভাব খঙতা তারকই। তাদনা ঐবু করিগী থিরমলিবনো। ইমানা করি হায়রিবনো।

মরূপকী থোঙ্গালদা খঞ্জানরিঙে হৌখিবা খোঁদোক্তো খংনীং নীংশিংলকই। থোঙ্গালদগী চংলমদনা হল্লকই। ঐদি ঙসি লৈরম্মগা হয়েং চৎখিনি লাপ্না মীরমদা। মরাইবক থিরবী লূখ্রাবী অদুগী বদনাম ওইরকপসু য়াই, তম্বা ঙম্বরা। হে মরূপ, অসি ওইরবোই মীনা খন্বনা অমা লাইনা তম্বনা অমা। কপ্নীংখি। মরূপকা লৈরম্বা মরি ঙসিদগী তৎলবরা! বারৌগনু মরূপ। ✿✿✿

# ৱারী লীবা

নৌনা খুন্দারকপনি চীংজা লৈকায়। য়ুম্নাক তরামুক্তি শুজরে। শিবা নাবা অমদি সন্ধ্যা আরতিনা চিংবা ঈশৈ মতেক অমা শকপীনবা মী লৈত্রি। মেরা পালিদা, মৌ থিল্লকপদা, অঙাং পোকপগী তরুকনি শুবা নুমিত্তা ৱারী লীবিনবা লৈতে। পূঙ য়েৎবিনবা লৈতে। বামন মীখুন্দগী নেক্কুনা হোৎনরি। চাউতোনগী মচা নীঙোল ঙক্তা, হন্দক্তি ঈশ্বরনা মাগী নীংবা থুংহন্বিরে। নীপা অমা পোকএ। চাউতোন কদাইদনো চৎলুই। মঙানি শুবা নুমিত্তা ময়ুমদা থুংঙৈ। তরুকনি শুবগী ইরাৎ পূজা তৌবদা ৱারী মতেক অমদি তৌহন্নীংঙি। অদুবু থৌরাং তৌবগী মতম ফংঙেইদৌরি। কদাইদগী ৱারী লীবা থিরুনি খূদকসিদা। চুন্না অসুম তরুকনিগী কায়দনবা শোন্না হায়বদুনি বামন অমগী ৱাদি পাউ চৎনগ্রে। শোয়দনা লাক্কনি।

নুমিৎ তাগদৌরে। পোইনুগী শন ইরোই থাদোক্লবা মতমনি। সনাতোম্বগা সনাচাউগা মরূপ অনী ইরোই মাঙখিবা থীবা লাকই। খূঙ্গং অরাপ্পদগী লাকপনি। চীংজা লৈকায়রোমদা লৈরমগদ্রা খন্দুনা মখোয়নি হাইগৎলকপনি। বাবনা হন্নীংদ্রে। চীংজা লৈকায়দা লেকখ্রশি খন্নরম্মি। সনাতোম্বা খূলক্কী থবক্তা মানা হৈতবা খঙদবা লৈতে। সেবারী, অরাংবম, ঈশৈ নাম মতেক অমা, ৱারী মতৎ অমা, কেগেনা য়ুম্বি য়ুংঙি হায়বগুম সনাতোম্বনা লোইনা নংনবা তৌই। থাঙেশেংনা ওজা খল্লুবসু নত্তে। মরূপ সনাচাউ সিফাই খল্লম্মি। ছুটি লাকপা খূদিংগী য়ু বুটল অমা অনী লোইনরকই। মানা তম্বিদুনা সনাতোম্বসু খরদি হৈরে। চাউতোনসু সিফাই খল্লম্মি। নোংমা ট্রেন্দা চাউতোনগা সনাচাউগা হাইফেৎ খঙনখিবনি।

সনাচাউ উবদা চাউতোন্না খঙগ্রেক খংনা কৌরকই। ফোর্সতা লৈরম্বগী ৱাঙাং খরদি কম্ভক তৌই। "সনাচাউ নত্রা"? মানি, সনাচাউনা খূম্মি। ইরোই থিবা লাকপনি। অমাম্বা ঙক্তা নকশিল্লগদি নৎলমদে। অসুম অসুম লাকপদগী অসি য়ৌরকপনি। বারে, ঙসি হল্লরোইশি হায়নরিবনি। চাউতোন্না হরাও হরাও হায়রকই। "ফরেদনা ঙসি ঐখোয়দা লেকগ্রো, মতা চারে। ঐগী ইচা নীপা অমা পোকএ, ঙসি ষষ্ঠী পূজানি। ৱারী লীবিনবা মীদি লৈত্রি।"

সনাচাউ - ভাই ৱারুনু ঐনা শীনগনি।

চাউতোন - হৌজিকপু কদাইদগী ৱারী লীবা ?

সনাচাউ - সে, ঐগা লোয়নরকইবা মরূপসি। ৱারী খরা খরা তৌবা মীনি।

সনাতোম্বা - শাওরপ্না সনাচাউদা য়েংঙি। করিনো নঙবু ঙাওরবা! ঐবু ৱারী লীবনি হায়রিবা। কদাইদগীনো, মসিগী ৱা তারুনু ভাই। মসি সরকারনা ঙস্তনা পেনসন পীদুনা থাদোরকপদগী মকোক ফত্রে।

সনাচাউনা চাউতোন্দা মমায় ওনশিন্দুনা ইংগিৎ অমা তৌখি। ৱারী লীবগী ৱা ঙাংনদ্রে। মখোয় অহুম চংমিন্নরকই। চাউতোন মরূপ অনীদুবু মাঙোন্দা ফমহল্লগা ষষ্ঠী পূজাগী থৌরাং তৌরি। সনাচাউনা সনাতোম্বদা তুমিন তুমিন্না থেম্মি।

সনাচাউবা - তোম্বা, নঙনা খঙবা মতেক খরদং তৌবিরম্মুদনা। ঙরাঙ্গী লীক্লি খায়বোক্তো বেগতা য়াওরি। অহল লমনসু কয়া তিনগদবা মান্দে। মতা চারুরবদি নমীং চৎখিবা যায়।

ৱাদু তারগা সনাতোম্বা নোকমি নোকমি তৌই। শোল্লপ্না হায়রকই। "ৱারী লীবরা চৈ চাবরা অমদি শোইদ্রে।" সনাচাউবনা থৌগৎলি। হেরা, অদুবু তৌবা হৌনবরা। নঙ কিরুনু, সত্য ঐ লৈ মদুগী দমক্তা। তৌবগীদি দক্ষিনা খায়বোক খায়বোক য়েন্নবা।" মোবানি য়ানরে। সনাচাউনা চাউতোন্দা হায়রকই ভাই ৱারী লীফম থৌরাং তৌরো। সনাতোম্বগা সনাচাউবগা য়েনখাদা থোকখি। মপান থোকপা শাজিন্নে। বুটল লৌথোক্তুনা পেক অমমম ঈশিং খূজাইদা হৈজিল্লগা থকচিনখি। সনাতোম্বা ৱারী ফিদাদা ফম্মি। অঙাং ময়ান্না মাংদা কোইশিল্লম্মী। অহল অমা অনীসু য়াওই। সনাতোম্বা করি ৱারী লীশিগে খল্লম্মি। মঙক্তা অঙৌবা ফি অমা য়েৎলি। ঘোট্টা খূরুম্মি। মখূৎ ৱাংনা হাইগৎলম্মগা শাত্রাং শাংনা ময়ামদা খূরুম্মি। ৱারী হৌরকই।

সনাতোম্বা - তিম্বিরিবা অহল লমন লাই গুরুশিং ননাই ঐনা নোল্লুক্লা খূরুমজরি। ননাই ঐহাক ৱারী লীবা মী নত্তে। ঐগী মরূপশিংনা হায়মম্বদগী মতেক অমতং চাং য়েংবা ওইনা ময়ামগী সেবা তৌগে হোৎনজবনি। শোয়বা য়াওরবদি ঙাকপীগনি।

জন্মেজোয় মহারাজা, ঙসি কৌবা নুমিৎ অসিদা করিসু খঙদবা ননাই ঐনা ইবুঙো মাগী নাম শোন্দুনা নৌনা তাইবংদা খোঙদারকইবা অঙাং অসিগী য়াইফ থৌজাল নিজরি। তাও তাও হে জন্মেজোয় মহারাজ। কুরু ক্ষেত্রগী লান লোইরগা

যুধিষ্ঠির মচীন-মনাও দ্রৌপদীগা স্বর্গদা চৎলনি হায়দুনা লাকই। লম্বীদা শগোল অমুবা অমা তোংদুনা কলিনা লম্বী থৎলি। যুধিষ্ঠিরনা হংঙি। হৈ হৈ মহাশয় নঙ কনানো ঐগী লম্বী থৎলিবা। কলিনা খুম্মি। ধর্মরাজ ঐ কলিনি। যুধিষ্ঠির খঙপ্রেক খঙঙি। মদোমতা খল্লি। ঐ চৎত্রিঙৈনা মাক হান্না থুঙঙারবোইরে। কলি মখা তাথরকই। ধর্মরাজ ঐগী রাহং খরা হংগদবা লৈ, মসিগী পাউখুম পীবিরম্মু অদুগা স্বর্গদা চৎকনি হায়বদো চৎপীউ। যুধিষ্ঠির মপুক্লীংদা খল্লি। ওম্বোক্লা উননীংদবা মী উনরে। য়াত্রা কায়রে। করি রাবু হংগদৌরিবা?

সনাতোম্বা মখুৎ লোম্নে। গুরুশিং মতাং অসিদা কলি হায়রিবা নীপাসিগী মগুন গুনাসমৃত খরা শোঞ্জবা তারে। কলি হায়রিবা নীপাসি মগুন লৈবা নীপানি। ফত্তবা লৌশিংদা মাগী মপা লৈতে। মানা ঙমদবা থবক লৈতে। ঐখোয়গী সিনেমাদা মমিং চৎপা ভিলাইন হায়বদুনি। সরকারগী বিভাগ পুম্নমক্তা শেন পীজদুনা মাগী থবক পাঙথোকই। ঠিকা লৌরি, চাক্রি লৌই। যুগ অসিদি অথেন পোৎ পীদ্রবদি থবক ওইদে। অদুননি কলিনা শেন পায়রিবা। পোঙঙিবা। জন্মেজোয় মহারাজা নোংমদি কলি রাখল তৌরম্মি। শেল চাদবা বিভাগ লৈহৌরিবরা? স্তান তারকই। ইহে, অমা চিথহৌরে। মদুদি রায়েল শং (court) ওইরম্মে। চন্দ্রগুপ্তগী কোনুংদা চাণক্যনা মহামন্ত্রী ওইরম্মি। চাণক্যনা বিষকন্যা শেমগৎতুনা য়েক্লবগী লাম্মীদা হু পীজদুনা হাৎখি। কলিসু লৌশিংদু তৌরগে খল্লি। নীপা হাকিম জজ ওইরগা নুপী মশক ফজবী মোইথেম হৈবী থাজিল্লি। নুপী হাকিম জজ ওইরগনা নীপা নহা মশক ফজবা, রাঙাংদা লাং থাকপা হৈবা থাজিল্লি। নুপী অমদি শেন পামদবা মী লৈত্রবনি, গুরুশিং। অদুননি লাঞ্জদবনা জেল চঙঙে। ফার্মি তৌরে। শেন পায়বা মীচং য়াম্বা কাংবুনা মী হাৎলগা ফৈজোম কুঞ্জা কাওদুনা চৎলি।

কলি চৎলমদাই য়ৌরে। শগোল অঙৌবা তোংবা কল্কী লাক্লদৌরে। চৎলমদাইসিদা কলি মাগী অরোইবা বিদ্যা অমতং য়েঙহন্নীংখি। বাঙ্গালীনা হায়নবনি "উস্তাদর খেল শেষ রাত্রে"। মীথিৎ কায়দনবা খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইগদৌবা প্রোগ্রাম অরোইবদা উৎনবা থম্বনি। কলি মুন্না রাখল তৌই। স্বর্গদা খুৎ থাবা ঙমগদ্রা য়েঙনীংখি। অসুম রাখল তৌবদা শনি ঠাকুর উনগে খল্লকই। জন্মেজোয় মহারাজা, কলি শনি ঠাকুরগী মনাক্তা লাক্লুনা দণ্ডবোৎ কৎলি। শনি নুংশা থীরম্মি। কলি হায়বা নীপাসে তৌবা ঙম্বনিকো! শনিনা হংঙি, "করি থবক্কীনো কলি"?

কলি - ননাই ঐহাক্লা লাকপদি ঠাকুরগা উনদবা কুইরে। চুম্না অসুম উননীংদুনা

লাকপনি। শনি ঠাকুর, বামন ওইবা মতীক চাদবা নকলি বামন ময়ামসিনা ঠাকুরবু লৈফম লৈত্রদৌনা লম্বী মপান মপান্দা, ফুট পাথ মনাক্তা থম্বীরিবা। খোঙতেক মিতাংবশিংবু ফুট পাথতা পৈশা নীহন্বগুম। ওহোক্লা নুঙাইজখিদ্রে। ঠাকুর ঐগী থবক অমতং তৌবিউ। ননাই ঐনা ঠাকুরগী লৈনবা ফুরা অচৌবা অমা শাগনি।

শনি ঠাকুর - করি থবকনো হায়য়ু তাশি।

কলি - অরুবা থবক নত্তেদা। স্বর্গদা ঐখোয় তাইবুঙো চিত্রগুপ্তদি খঙবিরমগনি। তাইবুঙোহোইগী ইতৈমদা পাউ অমতং পীগে তৌবনি। ঠাকুর অমুক্তং শীন্বিউ, করম হায়না তৌরগা পাউ অসি য়ৌহন্বা য়াবা।

শনি ঠাকুর - করি পাউনো? মী অমা থারগা য়ারোইদ্রা? ঐদি থবক চিল্লী। চয়োল হায়বদি সপ্তাদা থাংজা নুমিৎ অসিতনি ঐনা রুজী ফংজরিবা। মসিদসু বন্ধ নত্রগা ষ্ট্রাইক হায়গুম্বা মনম মনম ফুজিল্লক্কুনা কায়বা য়াওরি।

কলি - ঠাকুরসু খঙবিরমগনি, ঐনা থবক কন্না শুরবদি ঠাকুরগীসু ইনকাম হেল্লীবনি। অদুবু থাঙজা নোংমা মাঙবদুগী ননাইনা খঙনা তৌজরক্কে।

শনি ঠাকুর - ইবুঙো ঋারৌগনু। ঐদি ঙম্মরোই। সে, ঐ ঋা হায়গে। দেবর্ষি নারদতা চৎলু। মাঙোন্দা হায়দুনা য়েঙঙু। শোয়দনা য়ারক্কনি।

ঋাসি তাবগা কলি হৌগৎলি। অদুদি ননাই ঐ য়ৌজখ্রগে। কলি হৌগত্তুনা লাকই। লাপুক্লা মশা নান্বা সাধু অমা লাকপা উই। মঙকশমদা বীনা অমা য়াম্বুবা উই। বীনাদো জং কারে। নোংমতসু খোংখিদবা মাল্লি। মতৌ মান্নবা লোইনবা ওইরমগনি। মানি দেবর্ষি নারদনি। ঙসিদি ঈরুজনীংবদা থোং তেকপগা চপ মান্নরে। কলি চেনশিন্দুনা খুরুম্মি, মনিদেব জয় জয়। মবুক্লীংদা খল্লি। ওহোক্লা মতা চারেধে। মসিগী নীপাসিনি এক নম্বর দুই তালিয়া। মায়কৈ অনী হাইদুনা চাবনি।

নারদ - নারায়ণ, নারায়ণ। ইবুঙো কলি নঙগী মিংসে সোরাবেন্দা ঙাংনহৌরে। য়ান্না অফবা ওফিসারনি হায়নহৌই।

কলি - মনিদেব, ঙসি ননাই ঐগী লাইবক ফবনি মনিদেবগা উনবশি। দেব লোক স্বর্গলোক, মর্ত্যলোক মরোল অহুমসিদা মনিদেবনা অথোইবা ভক্তনি হায়নৈ। অদুনা হয়েংমুক্কী মপোক্তা মনিদেবগী শিষ্য ওইজগে।

নারদ - এবং বিষ্ণু এবং বিষ্ণু, নঙনা নীংবা থুংজরো।

কলি - প্রভু ননাই ঋা অমত্তং হায়জগে। লাল্লবসু ঙাকপীউ। হায়সিরা হায়রোইশিরা খঙ্গানে।

নারদ - হায়্যু তাশি। চিংনদনা হায়্যু।

কলি - মনিদেবনা স্বর্গদা হন্নদা, তাইবুঙো চিত্রগুপ্তগী য়ুমদা অমুক্তং হাইজিন্নিরম্মু। ইতৈমা লৈমদা পাউ অমতং পীবিরম্মু। কুমশি ঐগী য়ুম অমা শাবদো লোইরে। কাক য়াত্রা নুমিত্তা শং কাগে তৌরি। ইতৈমদো ভস্মবদি লাক্তবা য়াদে হায়বিউ।

নারদ - ঙহাক ৱাখল তৌই। মসিগী নীপাসে ঙরাংতা মর্ত্যদা ট্রেন্সফার চৎখিবনি। কদাইদগী পৈশানা য়ুম শারিবা?

নারদ - হোয়দা, ঐনা হন্নদা হায়ব্বিরমগে। চৎলে চৎলে, নারায়ণ, নারায়ণ। নারদ চিত্রগুপ্তগী ময়ুমদা চঙঙকই, নারায়ণ নারায়ণ।

চিত্রগুপ্তগী নুপী থোক্লকই। নারদতা খুরম্মি। কৌশিল্লি। লেঙশিন্নিরকউ মনিদেব। নারদ ইমুংদা চঙদে। "ঐ ফম্লরোই পাউ অমতং হায়রমগে চঙলকপনি, কলিদো মর্ত্যদা য়ুম অমা শাহৌরে। কাক যাত্রা নুমিত্তা শং কাগদৌরি। ইবেম্মবু য়াওহন্নীংঙি হায়রকই, ভস্মবদি।" ঐ চৎলগে ইবেমা, নারায়ণ, নারায়ণ, নারদ চৎখি।

চিত্রগুপ্তগী নুপীনা খল্লি মদোমতা মরুম মুরুম ঙাঙবা হৌখি। ঙরাংতা চাক্রিদা জইন তৌবা কলিনা য়ুম শাদুনা লোইখ্রে! ঐখোয়না হৌজিক ফাওবা ভাড়াদা লৈরি। অসিসু ফোপ্না শাবা য়ুমনি। হন্দক্তা নৌনা চঙবা পিওন হায়বদি য়মদূত ময়ামসিনা য়ুম শাখ্রে, গাড়ী লৈখ্রে, ফ্রিজ, কলার টিভি, ৱাশিং মেসিন, মোবাইল, শুখ্রে। ঐখোয়গীদি থবক্লি হায়দুনা চৎলিবসিনা মতম নাইদে। অহীং নুংথিল লৈতে ওফিসতগী কৌবা লাকইবা। আঃ কদাইদনো জোৱার হারে। বম পোখায়রে গাড়ী ওম্বরে। ময়াম পুন্না হৌনদুনা শিরে। মিং খুদক্তা ইহৌদ্রবদি য়াদে অসিনি। পৈশারা থাগী তলবনি হায়দুনা খরা পুরকপদুনা লোইরে। থা কোন্নদে দুকান্দগী শোৎপা হৌই।" চিত্রগুপ্তা মাগী নুপীনা ইমুংদা শৌরম্বদো মপান্দা তুমিন্না লেপ্তুনা তারম্মি। ময়ুম চংগদবা কিরে। অমুকসু খল্লি। মাগী নুপীনা হায়খিবদো চুমদবা নত্তে। ভাংনদবনা ফৈ। ভাংদবনা রাজানি। চিত্রগুপ্তা তুমিন্না চঙঙক্লুনা হীপ্তুনা লৈ। মাগী নুপীদা করিমত্তা হায়দে। হায়রুরবদি খোই মহমদা চৈনা থিন্না তাবা। ঙসিদি চিত্রগুপ্তা ওফিসতা মুদ হাউতে। পিওন হায়বদি য়ম দূত ময়ান্না অশিবগী লিষ্ট পুরকই। ট্রেন ওম্বদুনা শিবদি মী চাম্মনি, অদুগা মখোয়না মিং মরিফুগী লিষ্ট পুরকই। অৱাৎপা মিং কদাইদগী মেনগনি। চিত্রগুপ্তা মথা শারে। মমিৎ হুইশিন্দুনা ধ্যান তৌদুনা য়েংঙি। পিওনশিংনা পৈশা চাদুনা লম্বীদা আম্বা কুন থাদোক্লম্মে।

মখোয়দুনি পৃথিবীদা নুমিদাং ভূত-প্রেত ওন্দুনা তম্নরিবা। অশুকপা লম্বীদা মী কিহন্দুনা পৈশা ময়োম মুল্লি হায়নৈ। মদুগী শেয়ার হায়বদি শরুক পিওনশিংসু ফংঙি হায়রি। পুরকইবা লিষ্ট অসিদসু রিপোর্ট লান্না ইরকপদগী নোরোক তাগদবা পাপীদো স্বর্গদা লৈহল্লে। অদুগা ধর্ম লৈবা পুন্য চেন্বা আত্মা ময়াম অমা নোরোক্তা থম্বিরে। মসিসু লম্মখাংদা পিওনশিংনা পৈশা চাশিল্লগা ওস্থাং ওনশিন তৌরকপদগীনি। অদুবু খাতা (রেজিষ্টার) পায়রিবা চিত্রগুপ্তদদি পৈশা দাম্ব্রি অমা খায়রক্তে।

চিত্রগুপ্তা ছুটি ফংদে। মী শিবা অমুক হেঞ্জিল্লকই। থম্ফম জাগা লৈতবগীসু মরোল অমা। প্রোমোশনসু পীবিদে তলবসু হেঙ্গৎপীদে। অসোমদা বাজারদা পোৎকী মমল রকেত্তগী হেন্না য়াঙনা চেল্লী, তান্নবা ঙন্নদ্রে। চাবীনবা য়ামশিল্লকপা, পোৎথোক্না ৱাৎপা, অদুগীসু মথক্তা ললোন্বগী লীলা অমা। মী শিবা য়ামখৎলকই। চোলপ চোলপ শিজিল্লকই। চিত্রগুপ্তনা খল্লি। পিওন খরসিনা থবক পুবা ঙমদ্রে। অসিদসু মাষ্টার রোল য়াওরি, ৱার্ক চার্জ অমদি এডহোক য়াওরি। মখোয়গী রেগুলার তানবা পরীক্ষা অমা লৌবগী মথৌ তারি। অনৌবা পিওন লৌরবদি পূন্না ইন্টারভিউ অমা লৌবনা ফনি। মী লৌবগী ৱাসি চিত্রগুপ্তনা যমরাজতা হায়রুবদা য়াবিরকলে। চিত্রগুপ্তনা ৱাখল তৌই। হন্দক্কী মতাংসিদা শেন খরদি শাহৌদবা য়াদে। নুপী অঙাংনা য়ুমদা শৌবসিতা ফরদি খল্লকই। মী লৌবগী খবরদা এডভারটাইজমেন্ট হাপ্পী। কুইদে এপ্লিকেশন লীশিং য়াঙখৈ লাকই। মসিদি হোৎনবা ঙম্মোইদৌরি চিত্রগুপ্তা চিন্তা তৌই। ৱাফমসি য়মরাজতা হঙ্গৎলুই। মহারাজ মসি ঐখোয়গী হৌজিক লৈরিবা ষ্টাপ (ওফিসকী মী) অসিনা হোৎনবা ঙম্মরোই। মহারাজকী বাটালিয়ন অমদি থানানচিংবা লৈরিবা ওফিস ময়ামসিদা শিন্নরশি। য়ম হ্রাও হ্রাও য়াবীরকলে। য়মরাজনা হায়রকই। "চিত্রগুপ্তা নঙ নশানা চে চাং পুদুনা চৎলু। পিওনশিংদা শিন্নরুনু। কুইরক্কনু।" চিত্রগুপ্তা চে চাং পুদুনা চৎখি। চিত্রগুপ্তনা ইন্টারভিউ লৌবা চৎখ্রিঙৈদো মাগী ময়ুমদা মী লাকপা হৌখ্রে। ৱানোম্বা লাকপনি। চিত্রগুপ্তগী নুপীনা খল্লকই পুঙ্গিদা ঙাচৎ হায়বসি অমুক্তং ওইরবসু লাকই হায়নৈ। তাঞ্জাসিদি নাম্থোকপা য়াদে। মী লাকপা লেপ্তে। অয়ুক নুংথিল নুংদাং নাইদে, মথং মথং। চিত্রগুপ্তা ইন্টারভিউ লোইদুনা হল্লকই। য়ুমদা হেক চংবদা মমিৎ মনা থকই। ফ্রিজ কলার টিভিনা চিংবা ইমুংদা খোঙ থাফম লৈরমদ্রে। চিত্রগুপ্তা মাগী নুপীদা মুন্না য়েঙলগা হায়রকই। "কদাইদগী কলার টিভিনো কারেন্টসু (বিজুলীগী লাইন)




ঠিকানা মুথুব্রবা চিঠি

লৈতবা ইমুংসিদা।" মাগী নুপীনা নোকমি নোকমি খুম্মক[illegible]হারেন সন্ধ্যাবাইরমদা কনানো অমনা ইনভারটার থিল্লকনি হায়রম্মি"। চিত্রগুপ্তা[illegible]শা থিবম্মি। সি আই ডি ওইরমদুনা থবক তৎলবদি নুংঙাইনি।

চিত্রগুপ্তা ওফিস য়ৌবগা ইণ্টারভিউগী রিজাল্ট হায়দোক্লবা হোৎনরম্মি। রিজাল্ট থোকএ। ওফিসকী শুমাংদা মাঙ্গোলদা মীনা পীক থল্লি। মিং য়াওরে, য়াওদে লাওনবদা অমনা ঙাঙবা অমনা তারমদে। চেম্বা ঙমহৌদবসু মিং য়াওরে। চেম্বা চোংবা, ৱাহং পাউখুমদা, চাউবা শাংবদা অমত্তা ৱাত্তে, অদুবু মিংদি য়াওরমদ্রে। নোং ঙান্দে খবরগী চেদা অচুম্বসু চুমদবসু পংইতা ইনরকই। চিত্রগুপ্তা মশামক জ্ঞান তাদ্রে। য়মরাজকী মী, দেবরাজ ইন্দগী মী য়াম্না হাপখ্রে হায়নসু খবরদা ইরকই। য়মরাজ মথৱাই ৱারে। বদনাম ওইবা তারে। ইলেকশন ওইগদবা থা তরুক্তা ঙাইরে। য়মরাজনা চিত্রগুপ্তা কৌখৎলি। হংঙি। "চিত্রগুপ্তা করি উপায় লৈ"। চিত্রগুপ্তনা খুম্মি। "মহারাজ ৱারুনু মসিগুম্বা থবকসে চুম্মসু চমুদে হায়দৌরিবনি। খরনি ঙাংনরমগনি। অদুদগী তপ্না তপ্না কাউনখিনি।

মথংগী অয়ুক্তা খবরদা ইরকই। ফংহৌদবা ময়াম কমিটি অমা লীংদুনা কোর্টতা কেশ ফাইল তৌখ্রে। অসিনি জন্মেজয় মহারাজা কলিগী মগুন। ৱারী তারিবা ভাবোক ময়াম ৱা লাউনা নোকই। খূবাক প্রোক প্রোক ফুরকই। বলিহারী লাউরকই। থবক ফংদদুনা লৈবা পাখঙ মচা মরী মঙা ৱারী তারম্বদগী ফুক ফুক হৌগৎখি। পরেং শানা চঙখিদুনা লুপা তরা চপ্পী অমমম সনাতোম্বগী মাঙদা থাদে। খুরুম্মি। সনাতোম্বা মঙক নোম্ব্রে। মমিত্তি তরা চপ্পীরোমদা য়েংঙি। ভাবোক মরক্তগী অমনা তপ্লপ্না ঙাংবা তাই। সন্ধ্যাগী পূকয়ু থরূবা পুজরকপা পৈশাঙৈ ৱারী লীবনা ফংঙেদো, তস।

সানতোম্বা ৱারী লোইশিনগে খল্লি। গুরুশিং ননাই ঐহাক মতাং অসিৱাইদা ৱারী লোইশিনজরে। ভক্তি কৎলি। ভাবোক মরক্তা লাক্লুনা ফম্মি। হৈরুক চারি। তঙ্গাসিদা অহল অমনা হায়রকই। ৱারী লীবা! ৱারীদি য়াম্না নুংঙাইরে। অদুবু ভক্তি প্রেম য়াওবা মতেক অমতং হাপ্লম্মদি অমুক হেন্না নুংঙাইরমগদবনি। সনাতোম্বা অরোইবদা মীনা লাকচখিবা তারে, করি খুমসিগে খল্লি। "ওজাবু ঙসিগী নুমিৎ অসিদা কপ্লবুদি নোকপনা হেন্না ফগদ্রা খন্দুনা তৌবনি ৱারৌবা য়াদে।"



# মধু

মধু ঐগা খক উনদ্রিবা নীপা মচা অঙাংনি। চহী তরামঙামুক শুরমগদ্রা মানা ঐখোয়দা লাকপা মতমদুদা। নোংমা ঐগী ইনাও বীরেন্দ্রগা লোইনরকপনি। ঐনা শিলোংদগী ছুটি লাকপদা ঐখোয় য়ুমদা লৈরম্মী। তেজপুরগী চা বাগান অমগী মনাক্তা ময়ুমনি হায়। তেজপুরদদি মীতৈ খূল ওইনা তাবা লৈতে। অহান্বদা ঐ খরা শাওনীংখি। য়ুমদা মী অমা হেল্লকপা হায়বদো খরচা হেঙ্গৎলকপগী বা লৈ। মতম অমদা ঙাহোং চাহোংলম্মি, ফৌ চেং মরাং কায়রম্মি। মী অমা অনী হেন্না লাক্কুনা মতম খরনি লৈবদা থোয়না খন্নরমদে। হৌজিক্তি ঈশিং ফাওবা লৈরবনি। নীপামচাসি মশক ফজবা নত্তে, অদুবু নুংশিবা লৈখোল অমদি লৈ। মবুক মপাও তপ্পি। অসুম লৈরকপদগী নুংশিরকই। বা ঙাংবদা নোকমি নোকমি তৌই। মবুক লোমদে। মরৌ থাংদে। শাওগন্দে। থৌদাবদা নোংমতা মাই হায়দে। মরম মোকপা অঙাংনি। তুংদা নুংঙাইরক্কনি।

মতম শাংনা লৈরকপদগী অতোপ্পনি মীরমদগী লাকপনি হায়বা কাওরম্মী। ইমুং মনুংগী মী অমগুম্না লৈখি। লৈকায়নসু ঐখোয়গী ইনাও অমগুম্না লূনা তৌরম্মি। মধু নত্রগা বিনোদ কৌবা মী অয়াম্বা পংলায় লায়দে, অদুবু ঐখোয় মধুদি অদুগুম্বা মীতা নৎলমদ্রে। তেজপুরগী হায়রিবা চা বাগান অদুগী মনাক্তা মধু হোয়গা থারগা য়ুম অহুম লৈ হায়। মণিপুর অমদি কাছাড়দগী লাকপনি। বাগানগী গাড়ী থৌবা, উ মিস্ত্রি শুরম্বদগী অসুম লৈখিবনি। সমাজ মপুঙ ফাদবনা মীতৈগী হরাও কুম্মৈদি মফমদুদা লৈতে। মীতৈ ময়াম লৈবা, অমদি মীতৈগী হরাও কুম্মৈ মধু খক থেংনদ্রি। নোংজু পাম্থা লৈখোম মরক্তা লম্বীদা কাং চীংবা, থোঙ্গাল খূদিংদা আরতি কৎপা উরগা মধু ঙকই। নুমিদাং মাণ্ডবতা জয়দেব চোংবদো মিত্রংগী কুম্মৈ য়েঙবগুম মমীৎ কুপ্পা কাউই। নোংমা নিনি মতুংদদি মমান্নবনা মাবু চিংশন্দুনা য়াওহল্লি। মাসু হরাও হরাও চোংঙি। খরনি মতুংদদি মীনা কৌবা ঙাইদে, হেক্তা য়াওই। খেচরি চাবদা চাকলুক চীংশন্বসু হৈরকই। নুপীমচা শানু চানবা য়ুমদা খেচরি পুরকই। তর্পন উসবতা মধুবু সেবারিগীদমক্তা নেকপা লাকই। মমান্নবগা

সেবা য়াওবা চৎলি। খূদে অমা শেৎলি, খূদে অমনা কোয়েৎ য়েৎলি। ঈশৈ ঙংঙি, কোরফু তকই, বাবা লৈতে। কৃষ্ণ জন্মদা লৈশাবী পাখং অহীং য়ারেক্তুনা লীকোন শানৈ নোঙাল্লগা উসব কৎলি। পাখং য়াইতোংবাশিংদুনা মাবু থৌদাই। উসব চাবা য়াওই। অসুম্না খুঙ্গংগী মমান্নবশিংগা খঙনা চান্নখি, তোৎন-তিন্নখি। মেরা পালিদা মাগুবতা বারি লোইরগা হৈরুক চাবগীদমক্তা অঙাংশিংনা ঙাইবা ঙমদদুনা উইদুনা খাঙঙি। মধুদি মমান্নবগা থাবলদা কবদি শান্নদুনা লৈ, কাংশি মখোন তাবগা মাগুব তন্না চেল্লকই। মেরা লোইরকপগী নুমিদাং অথেংবা থাবলদা চু হুরান্দুনা চাবা য়াওই। পোলাঙ য়াম্বা চৎলি। ঐনা মীকপ অমা তুম্মুরগা হৌরকপদা মধু চংলকপা থেংনৈ। ঐনা চৈরম্মি "দুক থেঙনা কদাইদা চৎলুরিবনো?"

ঐখোয় ইমা ঙা য়াম্না চাগল্লী। ঙা মচেৎ অমা য়াওদ্রবদি চাক চঙদে। নোংমাইজীং নুমিৎতি দোকান থিংঙি। ফি তুবা চত্তে। ইমানা থৌদায় "মধু ঙা খরা ফারুচো"। ঙা ফাবা হায়বসি নিশা অমনি। ফৌ শংবাই অমা পাম্মুদে, ঙা তুঙ্গোন অমনা হেন্না মীহৌই। মধু মমান্নবা হরিকুমারগা পাৎতা ঈন খোম্বা চৎলি। নুমিদাংবাইরমসু পাৎতা নুপী ঈন থারুই। সন্ধ্যা মতুং খরা থেঙনা ঈন শোম্বা চৎলি। অসুম্না মধুনা ইমাগী ঙা বাত্তনবা হোৎনরম্মি।

মধুনা খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইজবদি য়াওশংদা ভিক্ষা নীবা চৎপদা আবির তৈনবদুনি। য়াওশং করি নুমিৎনো খরনি মমাংদগী নুমিৎ মশীং থীবা হৌই। নোংমা মমাংদগী য়াওশংগী লাঙঙি। সন্ধ্যা ওইরকপগা মানা হান্না হৈরুক পুদুনা চৎখি। পূর্ণিমাগী থাদো মঙাল ফুদোকপা ঙন্নমদে উফুল অমদি লৈচিল নোংফাই মরক্তা। অদুবু অঙাংশিংগী নুঙাইবা বাখলদা চাং তাবা লৈতে। নুঙাইবা ময়ায় কারকপা মতম্নি নৌনা ফংনবা পৃথিবীনি। আরতি লোইরগা য়াওশং মৈ থাই। নুমিদাং অঙাংশিংনা পোৎ হুরাম্বা য়াওই, মীগী ইংখোলদগী আলু মাংগ্রা অমদি চুনা চিংবা। নোঙাল্লগা ভিক্ষা নী। ভিক্ষাদা ফংলকপা চেং তাইথোক্লগা ঙা লৈদুনা ভান্দ্রা চানৈ। চাবদগীদি ভান্দ্রাগী থৌরাং তৌবদা ময়াম লাঙবদুনা হেন্না নুঙাইবা মাল্লি।

ব্রহ্মপুত্র ভেলীদা শজিবুদা বিহু উৎসব পালন তৌই। মীতৈগীনা শজিবু। অনৌবা চহীবু হরাও তয়াম্না ওকপনি। চৈরাওবগী নোংমা মমাংদা ইমানা মধুদা হায়, "মধু ঙন্না হৌগৎলু, হয়েংদি থবক য়াম্মি।" মধু ঙন্তা হৌগৎলি। কোল্লীক ফেংবা, ফিরোল শুবা য়াওশিল্লি। বামোন মাগুবতা সিধা থিম্বা চৎলি, নুপী মচা শানু মাগী মতুং ইন্নে। চৎখিনু হায়বা য়াদে। চাক ঙল্লি। মথেন মকোই ময়ামদো উবদা

মধু ঙকই। য়ুমগী মথেল ময়াম, লৈকায়দগী থিল্লকপসু য়াওই, চৎনবীনি। ইনখৎলকপা শানি মধু মথেল ময়ামদো মীৎকুপ্তা তকশিনখি। শজিবু মঙানি থবক শুনদে। খরনা জুবা শান্নে। মধুদি নুংথিল য়ৌরকপদা মশক উদে। কাং শানবগীরা, লীকোন শানবগীরা নত্তনা থাবল চোংবী থৌরাংলিবরা? নোংমা নিনিদি মধুগা ঐগা উনদে। অসুম্না মধু খূঙ্গংগী চন্নবা পুন্সিগী হরাও কুম্মে নুংঙাইবদা লূপখী। মীতৈগী পূজা পার্বন, হরাও কুম্মে য়ামল্লী হায়দুনা ঙাংনরম্মি। মসিনা অঙাংশিংগী মতম অমদি শেন থুম মাঙহল্লি অসিনি। অদুবু হরাও কুম্মেনা মীওইবগী রাখল হকচাংদা কয়াম্না কান্নবা পী হায়বদো মতম অমদা খঙলমদ্রবসু হৌজিক্তি মীয়াম্না খঙনরবনি। য়াওশং অমদি শজিবুদা প্রকৃতি মন্থরকই, রাওথরকই। মাইকৈ খূদিংমক্তা মকথরকপগী দৃশ্যনা ফকচিল্লী। পূক্নীং শোঙ্হে। মতমসিদা মশাবু হাতোকচবগী থৌদোক মশীং হেল্লী হায়নৈ। অদুনা কুম্মে ফিওংনা চিংবা হরাও তয়াম্না লৈবা শোয়দনা অফবা ওইগনি।

নোংমা নুমিদাং শুমাং লীলা য়েংবা চৎপগী চাক ঙল্লি। মফি শেৎপা লোইরগা মধুনা ঐখোয় ইমাদা পৈশা পীউ হায়দুনা তকই। ইমানা পোকেট খরচা ওইনবা লুপা অনীখক পী। য়ামদে খরগা হাপ্পু হায়দুনা ইমাদা মমাদৌনা ঙংঙি। ইমানা মাগী মতৌদো উরগা নুংশিদুনা লুপা অমগা পীবি। মধু হরাও হরাও মমান্নবগা লীলা য়েংবা চৎখি। মীতৈগী শুমাং লীলা ড্রামা মাদি খক উদ্রি। কুম্মেনা নুংঙাইরবদি লোইরবসু হৌগৎনীংদে। মী পুন্নমক হল্লরুরে। মধু হল্লক্তে। লীলা পার্টিগী মীশিংদো য়েঙদুনা লৈরুই হায়। থেঙনা হল্লকই। থা অমা রারী তমদুনা লোইদে। মখোয়গী ঈশৈদো মরক মরক্তা ঙংঙি।

ঐখোয় ইমাদি শন লোইবা য়াম্না পাম্নম্মি। ইংখোলদা শনথি শনয়ুং তারগা য়েঙ্গাং নাপী য়াম্না ফৈ। য়ুমগী শঙ্গোম ঈশিং য়ান্দবদো য়াম্না হাওনা চাজে। অরোইবা চাকতোৎ লফোই শঙ্গোমগা তোৎলগা চাবদো মথবায়না পামজবনি। শন লোইরগা হোৎনবীনবা মী লৈতে হায়দুনা ঐখোয়না লোইহন্নীংদে। মধু লাকপদগী ইমাদি স্বর্গ মখূৎনা লাম্বা ফংখি। মাগী শন মপী মচাদো মধুনা হোৎনবী। লমহাংদা পুথোক্তুনা পুম্বী। শঙ্গোন শনথি শেংদোকপি। ফি তুবা তম্বা চর্থব্রৈঙেদা শনগী শজিক ফালম্মী। চরুখোক খাওদুনা থম্বিরম্মি। শন অনীদুনা মধুবু মশক খঙঙি। মধু উরগা খোঙঙি। মঙক হাই।

বামন মচা বিদ্যাগা মধু লূনা তিন্নে। থৌরানীনসু মচাগুম্না লূনা তৌই।

থবক কাদবা নুমিৎ অদুদি য়ুমগী থবক লোইরগা লৈকায়গী মমাল্লবশিংগা পূথ্রী মপানগী উখোঙদা ফম্মিল্লে। চীক্না ৱারী শানে। করি ৱারীবু শানরিবা লোইবা লৈতে। মরক মরক্তা বা লাউনা নোকই। অমুকসু তুমিন তুমিন্না ঙাংনৈ, নোকমি নোকমি তৌই। ঐনা খল্লি, করি ৱারীদি ওইরমগনি, নুংশি নুংঙনগী নত্তনা। চহী মতাংসিদা মখোয়গী মমীত্তা মচুগী পৃথিবীনা কয়াম্না ফজে, পান্দম লৈতে। হায়ফম খঙদবা অথুপ্পা রহস্যনা থল্লবা পৃথিবীনি। উনা লেঙবদা নোকই হায়নরিবা মতম্নি। মতাং অসি পৃথিবীদা পুল্লিগী স্বর্গনি। মতমদুদা পাখণ্ড লৈশাবী খঙনা চানবদা, ওইজবা ওইজদবা, ইনাকখূন্বা অমদি লাইরবনা অপম্বা পীরমদে। ঐখোয়না উজবদা লৈকায়গী নীঙোল মচা অমদা মধুনা নত্তবা মীথয়েংনা য়েংবদি উদে। য়েংলম্বসু য়াই। ঐখোয়নদি মতম পুন্নমক্তা পান্নরুদে। নহানি, কনানা খঙগনি। অদুবু মাগী মবুক মপাউ তপ্পা ইচম চমজবাদুদা নীঙোল মচাশিংনা হঙ্গৎনা মাবু লক্লবি।

চহী খরগী মতুংদা ঐহাক অমুক্কা ছুটি লৌদুনা য়ুমদা লাকই। মধু ঐ লাকপা উবদা চেপ্লোরকই। তয়াম লাকএ হায়দুনা লাউরম্মি। কোপ্লোং হাংবা নংদে লীত্তুনা চেপ্লোরকই। মতৌদো উরগা মতম অমদা ঐগী ইচল অতোম্বীদুনা ঐ লাকপা উরগা হরাওবদো নীংশিংলম্মী। মধুনা তহা তহা ঐবু থোঙ্গালদা ওকই। ঐগী বেগটো পাইদুনা মকোক্তা থোঙ্গথলি। ইমুংদা পুশিনখি। মানা লাঙবদো উরগা নুংশিদবা ঙমদে। মতম শাংনা লৈরকপদা নোংমতসু ময়ুমগী ৱারী তম্বা তাদে। ঐনা খল্লম্মি মসিবু ময়ুমকা নীংশিংদ্রবা জাৎলা। নুংঙাইতবসু উদে। নোংমদি, লম্বীদা মচন নুপী মাম্বা নুপীমচা অমা উরকই হায়না ৱারী তৌই। বাজারদসু খরনি মমাংদা মমাগা হাইফেৎ মানবা মৌ মীয়াই চম্বী অমা কবোক য়োনফমদা উরম্মি হায়। নুমিৎ অদুদি ময়ুমগী ৱারী মথবাই য়াওনা তম্মি। য়ুম, পোক্লফম লমদম হায়বসি নোংমা শোয়দনা নীংশিংলক্কনি। অদুনা মী পুন্নমক অহল ওইরক্লগা লাইরৈবাক্কী বা য়াম্না খল্লকই। লম্মক্তা নুংঙাইনা ৱাৎতা পাদনা লৈরবসু নোংমদি ময়ুম মরমদম শোয়দনা নীংশিংলক্কনি, নুংশিরক্কনি।

ঐগী ছুটি লোইগদবা য়াম্মকত্রে। হন্বগী টিকেট এদভান্স লৌবগী ৱা ঙাংনবা তারগা মধুনা ঐঙোন্দা হংঙি। "তয়াম করি নুমিত্তা চৎকনি ? ছুটি কয়াম লৈরি" ? ঐনা হংঙি, করিগীনো ইবুঙো। মধুনা ঐঙোন্দা তঙক তঙক য়েংদুনা লৈ। হায়শিরা হায়রোইশিরা মবুক্কীংদা ৱা অমা খল্লি। ঐনা কল্লপ্পা, করিনো হায়রো হায়রগা মাঙোন্দা মুন্না য়েংঙি।" তয়াম য়ুমদগী পাউ লাকই। ঐ য়ুমদা চৎলগে, তয়াম চৎপদা ঐসু

চৎকে তৌবনি।" ঐনা মখা অমুক তাথৈ, "নাবা য়েকপা য়াওই হায়বরনে, নঙবু থবক্তো নীংথিনা হৈরবরা ? ফরে ফরে চৎকনি হায়রবনিনা চৎলো, নঙগী টিকেটসু য়াওরক্নে।"

চৎপগী নুমিৎ তম্মি। মধু মমান্নবা অমদি ঐখোয় ময়াম্বু থাদোক্নুনা চৎকদবগী নুংঙাইতবা মাল্লি। নীঙোলনা লুহোংবগী দিন তমথ্রবা মতুংদা মপুক্লীংদা লৈতাদবগুম হৈনীংদনা লৈবা উরম্মি। অমুকসু লাঙতক্লবা উরগা ময়ুম চৎপগী হরাওবা ওইরমালে খল্লি। মধু চৎলনি তাবদা মমান্নবশিংনা হংবা লাকই। চাক কৌই। ঙসি অমগীদা, হয়েং অমনা। অকোম্বদা মাগা লূনা তিন্নবা বামন বিদ্যানা চাক কৌই। নুমিদাং চাক চাবা ঐগা চৎমিন্নে। থাবল ফজনা থোকই কুমগী অহান্বা নোংনা চামথোক্লবা শেংলবা অতিয়াদা,। অহীং লীক্লো তাগদবা মাল্লি। বামন বিদ্যা ফংনরগা বারী শাবদা মতম চৎখিবা খঙহৌদে। বারিদা চাক উন তাখি। বিদ্যানা চাক চারগা মধুবু নুমিদাংদো মখোয়দা লৈনবা খাম্মি। ফমুং অমদা মখোয় অনী হীপহৌই। হীপ্না হীপ্না নোকমিন্নহৌই। লমজাও শোরোক্তা পাখঙমচা খরা ঈশৈ শক্নুনা চৎখি। অরাপ্পদা লমহুই খোঙলম্মি। বোরাক্নী তোর্বান্দা উমং মরক্তা মহৌশা য়াম্না চীক্লা লৈখি। তোর্বানগী খূঙ্গংসিদা হৌখ্রবা পুঙ্গিগী নীঙমদ্রবা বারী কয়া নীংশিংলক্নুনা লম্বী কাউরম্মী।

তুম্বা য়ারমদে। চীঙখৈ হুল্লম্মী। অরাপ্পদগী মাইক্রফোন্দা ঈশৈ শক্লকই। "চাক্লিবা লম্মৈ অথাপ্পা চীংদা, মুৎচখিনি মথন্নতা"। অপাবা লৈচিল মরক্তা নোং ঙাম্ণোরকই। মধু থোঙ্গাল্লোমদগী চঙলকপা উই। ঐখোয়নি চৎপগী ফি-রোন লোইশিল্লী। য়ুমগী থবকসু য়াওশিল্লম্মি। অরাপ্পদা চৎকদৌবগী লোইশিন খোমজিন্বদা মতম চৎখিবা খঙহৌদে। ইনাও নীপাগী মৌনা চাক থাগৎলি। মধুনা পুখ্রীদা নুপী ঈন থারুই। ঙখা খুজোকমুক ফারকই। নুপী মচা শানু নিঙাই তৌরম্মী। মধুনা থেম্মী "শানু কপকনু, হোরেন কাকানা জিলাদগী চকলেট লৈবীরক্কনি। শানুদি খঙদে, মধু ঙসি ময়ুমদা চৎকনি। ঐখোয়বু থাদোক্নুনা। কনানা খঙগনি অমুক হন্না উনদবসু য়াই।

নুংথিল পুঙ অহুম তারকই। চৎলমদাইগী ময়াম মাঙ্গোন্দা তিল্লম্মী। অঙাংশিং লাংঙম্মী। ফিরোন শেৎপা লোইরগা মাঙ্গোন্দা পোৎ চৈ পোয়োম্নচিংবা পুথোক্নুনা থম্মী। ইমানা ঐগী য়েৎকী খূদাংদা ময়ানা তপ্লপ্না চীকই। মখোঙ খুয়াগী উফুল লৌদুনা ঐগী লাইবক্তা নম্বী। মংগোল ওইনবা তৌরিবনি, ইমাগী থাজবনি।

মদু লোইরগা ঐনা শুমাং ময়াইদা লেপ্তুনা লৈ। ইমানা মধুবু মনাক্তা কৌশিল্লি। মধু ইমাগী মনাক্তা চঙখিবা উই। ইমানা মাঙ্গোন ময়াইদা ফম্মী। শানু মনাক্তা লেপ্পী। মধুনা ইমাগী মনাক্তা নোঙ্গরগা খুরুম্মী। করিনো হায়বগুম তাই। মধু ইমাগী মখোঙদা কোল্লগা হিক্কা হিক্কা কপখি। ইমানা ওইগী মখূৎনা ফনেক ফিজি পাইখত্তুনা মপি তৈথোকই, য়েৎকী মখূৎনা মধুগী মনগন্দা নাম্ব্রে। "ইবুঙো মংগোল ওইয়ু। ঐখোয়বু কাউগনুকো। ইমহান্না চৈবা লাকপদো শাউনু। সে ফিত্তম মচা অসি পুখো। নঙগী খুদৈ অমা, নচন নুপীগী ফনেক অমগা হাপ্পনি। ইমহান্না করি হাপকনি।" মধু শুৎ শুৎ কপ্পদুনা হৌগৎলকই। থৌরাদিনা লুপা অনী মখূত্তা হাপ্লি। "সে ইবুঙো লম্বীদা পানা হৈনা চারুচো।" শুমাং ময়াইদা ঐ য়ুম্বীগুম্না লেপ্তুনা লৈরম্মী। ফোং ফোং শাবা ঈশিং মরীক খরা খজায়দা চেম্থখিবগুম তৌই। লোন্না রুমালনা তৈথোকই।

পোয়োম অমা লেংবান্দা য়ানশিল্লগা ঐনা ইমাদা ঐ চৎলুখিগে হায়রম্মি। "মধু থেঙগনি চৎলশি লাকও", ঐনা কৌই। মধু মাঙ্গোন্দগী কুমথরকই মমান্নবশিং মাগী তুং ইল্লকই। শুমাং ময়াই য়ৌরগা মধু য়ুমলোমদা মমায় লৈথোক্লুনা য়েংঙি করিগুম্বা চিংখহৌরবা। চিখদে, ইমাদা হন্না য়েংঙি, অদুদগী নুপীমচা অনিতা, অমদি শানুদা কৌরগা কাকা চৎলে, নোকমি নোকমি তৌই। শঙ্গোনগী শন অনীদো মধুনা হাইফেৎ য়েংলম্মি। শন অনীদো মঙক হাই, মধুদা য়েংহৌই। পুখ্রী মপান্দা লোঙনা তারিবা ঈন হঙ্গেন পৌরাদো উবগা মধুনা ইমাদা হায়রম্মি, "ইমহান ঐ কাউরে ঈন লৌশিল্লমদ্রে।" মথং মথং থোঙ্গাল লাম্বোরকই। কোম্বোং মনাক্তা ইমা লেপ্তুনা লৈহৌই। মচানা লম্মক্তা চৎপদা মমানা থিন্দোকপা ফত্তে হায়দুনা ইমা কোম্বোং মনাক্তা লৈহৌই। বাওথরবা হিগোক্কী ফনেক অদুনা ইমাবু য়ান্না অহল ওইনা উরম্মি। লৈকায়গী নীঙোল মচাশিং, ঐখোয় ইমুংগী অঙাংশিং ময়াম ভন শাদুনা ইমাগী মনাক্তা লেপ্তুনা ঐখোয় অনীবু য়েংদুনা লৈহৌই। মধুগী মরূপ বামন বিদ্যা, হরিকুমার, খরা চৎলগা লম্বীদা লৈহৌরে। হুই অমুবীদো মধুগী তুং ইন্নরম্মি। ঙসাইদি উরমদে। ঐনা তাল্লি, চৈরম্মি, মী চৎপা খুদিংগী ইন্নে। মধুগী মনাক্তা মমৈ হাইদুনা লেপ্পী। ঐনা য়ুমলোন্দা তানখি। ইমাগা অঙাং খরগা থোঙ্গালদা অদুম লৈবা উই। অপাবা ইন্নফিন্না বৃন্দাগী মমায় কুপ্পাগুম সন্ধ্যাগী অমম্বনা লৌবুক লমহাংদো তপ্না তপ্না কুপশিল্লম্মী। খুঙ্গংগী বাপন মরক্তা উচেক্লা য়াচংবগী নিনলি। তাখ্রবা নুমিৎকী ঙাংগ্রানবী মঙালদা শেকপী অমা অনী পাইরকপা উই। নুং-পান ওন্নবা উচেক্লি মীনা হজিন্নরকপা মতমদা চাক্তাবা থোক্লকনি। বামন বিদ্যানা হৈরকপা

মাল্লি, সন্ধ্যাগী কাংশি খোঞ্জেল লাপ্পা পাইখি। নুংশিরম্মি খোঞ্জেলদো, নোঙাল্লমদাই গির্জাদগী য়েরকপা কাংশি, মসজিদতগী লাউরকপা আজান। থাওমৈ পরেং অমা লাকপা উই। মুরুং মুরুং ঙাংনবা তাই। ইমা ইবেন কৈথেল কুম্মকপা ওইরম্মি। থৈনরমদাইদা হংঙি "মধুরা কদাইদনো?" চৎনা চৎনা মধুনা খুল্লম্মি। য়ুমদা চৎলুগে ইনে।" অসুন্না ঐখোয় অনী শোরোক লমজাও য়ৌরকই।

ঐখোয় অনী রিক্সা অমদা কাখৎলি। শিলচর সহর য়ৌরকই। সহরগী মীয়ান্না নিল্বা, গাড়ীনা ঙংবগা, বিজুলী মৈঙালদা য়ুমগী ৱা অমদি নুংঙাইতবা পুন্নমক কাউরম্মি। ষ্টেশন্দা চৎপগী, থিল্বা লাকপগী লাঙনরম্মি। ষ্টেশন য়ৌরগা তহা তহা কোচ দাবা থিদুনা কাখৎলি ট্রেন্দা। রেল ইঞ্জিন্দো ঙাইবা ৱারদুনা হকাম চল্লকপগুম ৱা ৱা কাম্মকই। মধু ৱারা মাল্লে। থবক শুবদগী ৱাখল নুংনাংবনা ৱাবা হেল্লী। বাংকারদা কাখত্তুনা হীপথখি। মথংগী নুমিৎ নুংথিল পুঙ মরি তাবদা গৌহাটী ষ্টেশন্দা থুংঙি।

পল্টন বাজারগী বস থাংফমদা লাকমিন্নে। তেজপুর চৎপগী টিকেট অমা মধুগীদমক লৌই। বসতা মী খরদি ফম্লরম্মে। মধুনা "তয়াম চৎলগে" হায়রম্মগা বসতা কাখৎখি। ঐঙোন্দা মাগী কপ্পীং কপ্পীং তৌবা মমীত্তুনা হায়ফেৎ য়েংলম্মী। থুক লাউখিবা খঙহৌদে। বস মনাক্তা ঐ শো রুমগী মূর্তিগুম লেঙদনা লৈরম্মী। নোং ফুৎলি ফুৎলি তারকই। নোংগী মরীক্লা থোঙনাওদা পি তাবগুম চেম্থরকই। নোংগী মরীক্লা চোৎলবা গ্লাসকী মনুংলোমদা মধুগী মশক্তো মমি শামি উই। ড্রাইভরদো মরম মোকপা নীপানি, ঙাইনদে। বস থাগৎখি। মধুনা চৎলে তয়াম হায়গুম তাখি। ঐনা তরংদা খুৎ হাইখি। মীৎকুপ খরদি ঐ কদাইদনো লৈরিবসি কাউরম্মী। নীঙমদনা বস মনীংদা ইরিবা নম্বরদো য়েংদুনা লৈহৌই। মাবু অমুক উনখিগদ্রা? চিনথ্রবা মতম অমদি তঙ তাদবা পুন্সি মরেল অসিদা? খল্লকই, মধুনা ময়ুমদা হনখিবনি। মসিদা ঐনা করিগী নুংঙাইতনা খল্লিবা? মাক ঐগী কনানো। খরনি য়ুম অমদা লৈমিন্নরুই অদুদা ইনাও অমগুম্না নুংশিখিবনি। ময়াগী সংসারনি। ময়ানা নুংশিহল্লি। নুংশিবনা কোল্লিবা জীবগী জগৎনি। নুংশিবগী পম্বুংদি কায়নবনি।

রেল ষ্টেশন্দা অমুক হল্লকই। ঐগী ট্রেনদো ঐবু ঙাইরম্মী লাপ্পা চৎকদৌবগী। কাখৎলি ঐগী সিট নম্বর থিদুনা। ৱাখল ইয়াঙ য়াঙলম্মি। খবরগী চে অনী লৌদুনা পাগে হোৎলরম্মি। পুক্নীং চঙদে, উইরম্মী। ইমা, মধু, অঙাংশিং পুন্নমক মঙ ওই হা ওই উরম্মী। ✿✿✿

# অথোইবা ভক্ত

সহরগী লমজাওদা নোং ঙান্নদগী নুমিদাং পুঙ তারা ফাওবা লাঙবা লোইদে। মী গাড়ী বাজার শ্বোর ফুল্লি। অদুদগী হাইজিল্লকপা গলি অমদা য়ুমনি। নুংথিল চাকলেন চাদুনা পোখারম্মি। নুংঙাইনা উইথরম্মি। পুঙ অনী তারম্মদ্রা? কলিং বেল য়েরকই, ক্রিং ক্রিং ক্রিং! মিত্তা ঈ কাই। মতম চাদনা মীগী য়ুমদা, কোম্পানীগী সেম্পল পোৎ য়োন্বা নহারোল ওইরমগনি। অমুকসু খল্লি। থবক ফংদবা যুগ অসিনা অঙাংশিং ইচাগী লেংগা ওইগদবা নহা পাখঙ লৈশাবীশিং কোম্পানীগী পোৎ সেম্পল য়োন্বা তত্তনা লাকই। লৈরক লৈরক্তা নম হাদুনা পোৎ য়োল্লি। কোম্পানীগীদি টার্গেটনা অলুবনি। মতম চাদনা মীগী য়ুমদা থোঙ ফুন্নবগী মীচৈ মীরা খরা তারবসু খাঙবা তাবনি চাক্রিগীদমক্তা। খরমদি ওইনম য়াম্না কল্লি, কাকফৈদগী হেন্না নপ্পী মাগী পোৎতো নমদুনা পীশিনগদগী।

হৌগৎলি। শাওনীংবনা, ঙসিদি খরা চৈরশিরা খল্লম্মি। থোঙ হাংদোকই। খল্লম্বনা অমা, ওইরম্বনা অমা। অসিনি পুন্সি খন্বনা অমা ওইরকপনা অমা। শাওনীংবা হুৎ হুত্থি। "তা তোমাল, কদাইদগী অসুক থেঙনা? লাও লাও মনুংদা ফমশি।" "তা তোমাল চঙঙকই। ফমথে শোফাদা।" "মতম চাদনা ইনাওদা দিষ্টার্ব তৌরে ৱারৌগনু" "তাদনা হায়রকই। ঐনা চমথোক্লবা হোৎনরম্মি।" কায়দেদা তাদা, আর্জেন্ট থবক্তা মতম ঙাইবা য়াব্রা? ৱারীদো হৌদোকপীরো তাশি। ৱারীদা পুঙ অহুম তাখি।

চাক ঈশিংগী মতম অমা কায়রকপা উবদা ঐনা হংঙি। "তাদা চাক কাদি চারক্লবরা?"

তোমাল - চাককী ৱাদি হায়দুনা কাম্নদে ইনাও। অয়ুক্তা চখোম অমা চাদুনা থোক্লকপনি। অদুসু ঐ ইশানা থোংদুনা চাবনি।

ঐনা হংঙি - করিনো তাদা, ইতৈমা লৈত্রনে?

তোমাল - লৈ কদাইদসু চত্তে। মাক লৈবা লৈতরা অমত্তনি হৌজিক।

কদাইদগীনো ইস্কোনগী ভক্ত ওইরি। নোং ঙাম্বদগী নুমিৎ তাবা হরে কৃষ্ণনি। ঙা চাখিদ্রে। ঙা শোকখিদ্রে। ইমুংদা চাখুম অনী থোকত্র। ঙাইরি শেলী লাকই। ঙা চারা অমত্তসু পীজদবা য়াবরা? অদুসু ঐনা লৈরুবা, ঐনা শেম্বা, ঐনা থোংবা। সরকারগী চাক্রি লোইরগা নুংঙাইনা পোখাজরগে খল্লম্মী। লাইবক থীবনি পেনশন লাকপদগী হেন্না বারে। অসোমদা অমনা নোং হেক ঙাম্বগা ইরুজবগা লৈ হেকপগা লাইমাংদা ফমদুনা ধূপ, প্রদীপ, লৈ লা, হৈরুক, অদুদগী শরীক নীকপদা পুঙ তরা তাখিবা খঙদে। ঐখোয়গা বা ঙাংনবগী মতম শংদে। য়ুমগী থবক পূন্নমক ঐনা তৌবা তাবনি। মপান্দা চৎলে বেরা। মীগী য়ুমদা চাদে থক্তে। মীগী য়ুমদা ঈশিং থক্তে। শা ঙা শন্নরমগনি অসিনি।

ঐনা মরক্তা থৎলি। ফরেদনা তাদা, হান্না ফাইনান্স মনিষ্টার ওইরম্বদগী হৌজিক্তি হোমগী পোর্ট ফোলিওসুপুরেদনা। নত্তে তাদা, তাদহোই অঙাংশিং পূন্নমক পূন্না লৈরিদনা। ইতৈমনা শেংঙে হায়না খঞ্জরিবা ঈশিংদো পুখ্রী নত্রগা তুরেলগী ওইবা তারবদি, তুরেলদুদা ঙা লৈরিবনি, শা অশিবসু তাওরিবনি। শা ঙা পুন্নমক্কা ঈশিং থকলিবনি, ঈশিংদি মাংবা হৌনদে। ইতৈমনা ঈরুজবা কারকপদা অমাংবা মখাক পুকনুংদা লৈরম্মোইদ্রা? ইতৈমনা নুমিৎ খুদিংগী লাইদা হৈরুক কৎনবা লৈরিবদো তাদনা পীবা পৈশা ওইরমগনি। অদুননি কর্ম তৌ, লাইতা শোন্দুনা লৈথোকপা য়াদে হায়নরিবদো।

তোমাল - খঙদ্রেদা ইনাও। দামুদোর মহারাজ হায়বসিনা তৌরিবসি। মী পুন্নমক লম্বোইহন্দুনা থবক শুহল্লোইদৌরি। থবক শুদ্রবদি করি চাদুনা হিংগনি। চাবা চীঞ্জাক তিন্নদবা, ঙাহেন চায়েন কনশিল্লকপা অসিনা ইমুং মনুংদা নুংঙাইফম খঙদ্রে।

ঐনামুক মরক্তা থেৎলি। হোয়নে তাদা, পৃথিবীদা মী চাম্মগী মনুংদা মরিফুনা শা ঙা চারি। মখোয়সু লাই নীংঙি। লাই খূরুম্বগী মতমসু লৈরি। অয়ুক, সন্ধ্যা নুমিদাং তুম্মমদাই। মুসলিমশিংগী নোংমদা মঙারক। এসকিমো হায়রিবা মীওই কাংলুপসিনা শা ঙাতনি চারিবা। অতৈ চাদে। ঐখোয়না খঙবদা শা ঙা চাদবগী মরমদি হকচাংগী নুংঙাইনবা, পুক্কী অনাবা ফনবা, পুক্নীং বাখলসু শেংনা মরা তানা লৈনবা হোৎনবনি। শা ঙা হাম্বুনা চারগা হকচাং শাগৎকনি। হিংসাগী বাখল হেল্লক্কনি হায়বা থাজবা বাখল্লোন অমসু লৈরি। ঈশ্বর নীংবগী লম্বীদা অয়েৎপা ওইবা য়াই, অসিগুম্বা বাখল পরীংসু লৈ হায়নরি। শা ঙা

চারগা হকচাং শাগৎলক্কনি। নত্তবা লম্বীদা পুক্লীং চাইথোরক্কনি চিংনবসু লৈরি। শা ঙা চাবদা জীবা হত্যা (হাৎপগী) তৌরুবগী পাপ লাক্কনি, মসি ফত্তবা অমাঙবা থবকনি হায়দুনা অয়াম্বা মীনা খল্লি। অদুবু ঐখোয়না নিরামিশনি হায়দুনা চারিবা উহৈ বাহৈ, হৈপোল উপাল, ফৌ মরু, উহৈ মরু পুন্নমক্তা জীবা লৈ। জীবশিংদুবু ঐখোয়না হাত্তুনা চারিবনি। মখোয়সি জীবনি হায়বগী প্রমানদি মীতে অহল লমন্না হায়রম্মি। নুমিদাংদা মনা শীংনা হেকপা তৌহৈদে। হেকপা তারবসু হান্না হৌরো হৌরো হায়দুনা তুম্বা হৌদোকপগুম খুৎনা লেঙহল্লগা হেক্কদবনি। মরমদি তুম্মিঙৈদা মশা মরেং থত্তুনা জীবদা অবাবা চৈথেং পীবা হৌনদে। বৈজ্ঞানিক জগদীশ চন্দ্র বসুনা উপাল হৈপোল পাম্বী পুন্নমক জীবনি হায়বগী গবেষনা তৌদুনা প্রমান পীরন্নবনি।

লাইনীং লম্বীদা মরু ওইবা বাদি পুক্লীং বাখল য়াম্না শেংবগী দরকাররনি। লাইনীং লম্বীদা হিংসা লৈবা য়াদে। মরম অসিনা নাপন, মীহৌ কারাম্বা, অশাওবা, কাম ভাব থাদোক্কদবনি। মসি সাধারন মীনা থাদোকপা ঙমদবা পোৎনি। ঙম্লবদি ঈশ্বরগী অশেংবা ভক্ত ওইরবনি। পুক্লীং বাখল শেংদোকপা ঙমদ্রবদি, ধর্ম অমদি লাইবু থাজবা মীনি হায়হন্নীংদুনা ধর্মগী চৎনবী ইউনিফোর্ম ফজনা শেৎপা, চন্দোন পাক্লা থিম্বা, শিকা খাকপা, য়োদানা কোক্তা য়েৎপা, সিন্দুর পাক্লা নম্বা, মরু কোকথোক্লগা টুপি উপ্পা, মকোই সাংনা খাকপা, মসিদি শো তৌবাঙক্তানি। মৎলবকী লাইনীংনি।

তোমাল - ইনাওগী বাসি তারগা লাই থাজদবা মী মাল্লি হায়রনি।

ঐনা খুম্মি। চুম্মী তাদা, ঐগী মাম্মনা পোকপা ইচল অমা মাইবীনি। মানসু হায়রম্মবনি। "ইতৈদি লাই থাজদবা মাল্লি"। অদুবু ঐদি লাই থাজদবা মীদি নত্তে। তৌবতবু ঐনা ঈশ্বরবু থাজবসি খ্বাইগা মওং মান্নদে। লাই থাজদবা মী ময়াম অমা লৈরি। বৌদ্ধশিংনা লাই থাজদে। নাস্তিকশিংনা লাই লৈ হায়বা য়াদে। জগৎ সংসারদা ঈশ্বর লৈ হায়বগী মতীক চাবা প্রমান পীবা ঙমদ্রি হায়বদা হেল্লিন্না হায়বা থোকলোইদ্রা খল্লি। বিজ্ঞান্না অরেপ্পা প্রমান তৌবা ঙমদ্রি। মীওইবগী রিজনীংনসু হায়বদি বাখলগী য়ুক্তিনা ময়েক শেংনা লাম্বা ফংদ্রি।

অদুবু, ঈশ্বর লৈ হায়বগী থাজবা অমা মীওইবদা লৈবগী দরকার লৈ। ঐখোয়গী পুন্সিগী অবা অনা খুদিংমক্তা ঈশ্বর মাঙোন্দা শিন্নরগা, মাঙোন্দা

তাইনরগা, মাঙোন্দা তেকথরগা ঐখোয়গী পোথাফম ফংঙি। অবাবা কাউবা ঙম্মি। অবাবা ঈপাক লাম্বা ঙম্মি। অবা অনা থৌদোক পুন্নমক্কী দায় ঐখোয়না পুরুরবদি ঐখোয়গী থম্মোয়দগী নীঙমদবা মৈচাক কোকপা ঙমলোই। মদুনা লাইমন অমদি লাইথুং ওইদুনা পুন্সি ঙম্ভনা কেম্বা য়াই। নুংশিৎ মশক উদবগুম, তারাদা কারেণ্ট লৈবগুম সংসারদা ঈশ্বর লৈ হায়বসি থাজবগী দরকার লৈ। পোৎ অমা লৈরবদি, পোৎকী মপু লৈফম থোকই। মাদি অথোইবা শক্তি অমনি। মীৎনা উবা শক্তম লৈতে হায়নীংঙি।

তাদা সংসার অসিদা অঙকপা য়াম্না লৈরি। লাই থাজদবা মী ময়াম পৃথিবীদা লৈরি। বোদ্ধিষ্ট লৈরি। লাই হেজ্ঞিন্না থাজবসু লৈরি। লাই থাজদবা বোদ্ধিষ্টশিংগী লৈবাক্তা মীওইবা শান্তিদা লৈরি। লাই য়াম্না থাজবা মুসলিম য়াম্না লৈবা লৈবাক্তা অশান্তি হায়বদি মহী লাঙবা হেন্বগুম উরি।

তাদা, ঐগী খাখলদদি লাই নীংবা মী মখল অহুম লৈ। এক নম্বরদি, মশাগী থবক শুবা লেপ্তুবা। পুক্নীং শেংনা লৈবা। নোংমদা অহন্নক ঈশ্বর নীংশিংবা। অয়ুক সন্ধ্যা, তুম্মমদাই খুদিংদা ঈশ্বরবু খুরুমজবা। অনীশুবদি, সংসারদা লৈরগা সংসারগী হিংবদা মথৌ তাবা থবক্তা থবায় য়াওদবা। অয়াম্বা মতমদা লাই নীংবগী ভোজোন্দা লৈবা। ঐসে লাইনীংবা মী অমনি হায়দুনা মীঙোন্দা য়াম্না খঙহন্নীংবা ভাব লোইনবা। অহুমশুবদি, সংসার ত্যাগ তৌরবা, সাধু সন্যাসী ওইবা। মতম পুন্নমক্তা ঈশ্বরগী মিং শোন্দুনা লৈবা, অসিনি।

গীতাগী পাউতাক মতুং ইন্নবদি মথক্তা এক নম্বরদা পল্লিবা মীওই অসিদি কর্ম যোগীনি। মহাক থবক শুবা লেপ্তে। জ্ঞান য়োগগী মঙালগী মতেং লৌদুনা পুক্নীং খাখল, থম্মোয় শেংনা লৈবা। ঈশ্বরবু নীংশিংবদা কাউবা লৈতবা। মহাক্তি ঈশ্বরগী অহেন্বা ভক্তনি। মসিগী মরমদা খারী অমা তাথিবা কুইরে তাদা, লোইনবু নীংশিংদ্রে।

দেবর্ষি নারদ মুনিনা খঞ্জরম্মি, ত্রিভুবোন্দা মাগুম্বা লাইনীং চেৎপা ভক্ত লৈতে। লাইবক্তা চন্দোন, কোক্তা জোদা, লেংবান্দা বীণা, খাঙাং খুদিংদা নারায়ণ নারায়ণ। মাগী থবক্তি অমগী খা অমদা তমশিন্বা। নোংমদি নারদ অনন্তধামদা লাকই। নারায়ণগী মনাক্তা চঙঙক্তুনা লেপ্পী। "প্রভু ননাই খুরুমজরি।" মপু মনাই খারী শান্নে। চৎলমদাইদা নারদ বিষ্ণুদা হঙৎচৈ। প্রভু, ত্রিভুবোন মনুংসিদা ইবুঙোগী অথোইবা ভক্ত কনানো? নারদনা খল্লম্মি মাগী খা হায়রক্কনি। নারায়ণ

ভাব তাই নারদনা করিগী হংলিবনো। নারায়ণ নোকমি নোকমি তৌদুনা পাউখুম পীরকই। "আ মর্ত্যদা ময়ুমগী থবক কন্না শুরিবা নীপাসিনি ঐগী অথোইবা ভক্ত"। নারদ মথৱাই নুংঙাইরমদে। নারদ নারায়ণদা হঙ্গথলি, মতৌ করন্না মর্ত্যগী নীপাদুনা অথোইবা ভক্ত ওইরিবা। নারায়ণ খুমদে। নারদপু মনাক্তা কৌশিল্লগা হায়রকই। "নারদ সে সিদা লৈরিবা পুন অসি পুখো। মর্ত্যদা চৎলু। গঙ্গাদগী ঈশিং শোক্তুনা পুরকউ। মমায় চোনা শোক্তুনা পুরক্কদবনি। লম্বীদা ঈশিং তাবা য়াদে"। পুন্দগী ঈশিং মরীক অমা ফাওবা তাবা য়াদবা অৰুবা থবকনি। নারদ চৎখি। ঈশিং শোক্তুনা পুরকই। ঈশিং নীকথোক্তনবা হোৎনদুনা লাকপদা নারদ ৱা পুন্নমক কাউরম্মি। নারায়ণগী মিং শোন্বা কাউরম্মী। নারদ থুংলরে। নারায়নদা খুরুম্মি, ননাই ঈশিং পুজরকলে। অদুদগী নারায়ন্না নারদতা হংঙি। "নঙনা মর্ত্যদগী ঈশিং পুদুনা লাকপদা লম্বীদা ঐগী মিং কয়ারক শোল্লকই"। নারদনা খুম্মকই। "ঈশিং তাদনবা হোৎনবদা প্রভুগী মিং শোন্বা কাউরম্মি। অমুত্তং ফাওবা প্রভুগী মিং শোনগনি কাউরম্মি।

নারদ ভাব তারম্মি, প্রভুনা মাগী পাউখুম পীরে হায়বদো। ৱারীসিনা তাকপদি ঐশ্বরগী মিংতা শোন্দুনা, মাগী ৱাতা খন্দুনা লৈবা মীদু অথোইবা ভক্ত নত্তে। থবক শুগদবনি কর্মযোগ নীংথিনা পাঙথোক্কদবনি। তিন্না সন্ধ্যাগী কায়দনা পামজবা ঈশ্বরবু নীংগদবনি। জ্ঞান যোগগী মতেংনা কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ, অহংকারবু খুদুম চন্দুনা থম্বা ঙম্নবা হোৎনগদবনি। মদু ঙম্নবা মীদুবু ঈশ্বরনা মাগী অথোইবা ভক্তনি হায়না লৌই হায়রি। হয়েংমুক্কী মপোক্তা করি ওইগনি খন্দুনা মতম মাঙহন্বা কান্নদে। হয়েংমুক্কী মপোক হায়বদো লৈবরা লৈতবরা অরেপ্পা লৈতবা ৱানি। অদুনা হিংলিঙৈদা করি তৌগনি অসিনা মরুনি। মপুগী সৃষ্টিদা অথোইবা জীবনি খূদম উৎনবা হোৎনগদবনি।

পুঙ মরী তারে। তা তোমাল হৌগৎখি। 'ইনাও ৱারীদি য়াম্না নুঙাইরি। থেঙঙে, ঐসু চৎলগে"। তাদা চৎখি।



# বৈরী থিরিবা ইমা ইবেন

ঐনা য়াম্না নুংশিজবা মীওই কয়া পৃথিবী থাদোক্তুনা চৎখিবা কুইরে। মরক মরক্তা নীংশিংলকই। নোংমদি নুংথিল মণ্ডা মফিজউদ্দিন আহমেদ উরম্মি। তুম্বা হৌরগা মতমদু নীংশিংলক্তুনা মীগুগী পি তাখিবা খঙহৌদে। চহী তরামুক্কী মমাংদা, নোংমা ওফিসতা থবক য়াম্না কল্লম্মি। আইনগী লাইরিক পারম্মী, অদুগা ফাইলদা করিনোমা ইরম্মি। থবক্তা পুক্নীং চংখিবনা মপানগী মীনা বা ঙাঙনবা তারমদে। ঐগী পিওন রহমান থোঙজিন্দা টুল অমদা ফম্মি। মী চঙকপা পীদে।

ফাইলদা ইবা লোইগদৌরে। তাঙ্গাদুদা থোঙজিন্দা রহমান কনানো মী অমগা বা ঙাংনবা তাই। খোন খরা কল্লপ তৌনা ঙাংনৈ। ঐনা হংঙি, "রহমান কনানো"? "সার মফিজউদ্দিন্নি", রহমান্না খুন্নকই। মফিজউদ্দিনলা, থাজিল্লকউ। মফিজউদ্দিন বা শাইরা শাইরদুনা চঙঙকই। মফিজউদ্দিন মী পীকই, নেম্মী। ফুট মঙাগা ইঞ্চি অহুম বাংগনি। নুংশাদা লাকপগী হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলি। খুদৈ মতেকমুক চাউবা রুমাল অমা তাশিন্দুনা পায়রগা মমায়দগী শিঙ্থরকপা হুমাং তৈথোক লেথোক্তুনা ইনাক্তা চংশিল্লকই। ঐনা খরা শাউনীংবগা লোইননা ওনশিন্দুনা "মফিজ, করিনো হন্দক্তি নশক্কা উৎলদ্রিবা। কদায়দা মাঙুবগে"। মফিজ বা শাইবা লেপ্লী, নোকমী নোকমী খুম্মকই। তায়ামা ঐখোয় সাহেবকী থবক য়াম্না কল্লে। মীৎকুপ কাংদে কৌরিবা, থোকপা শংদে। ঐনা মখা অমুক তাথৈ। য়েংঙোই নঙ উনরগা বারী বাতাই শানরগা অবাবা কাউই। অদুনা হোরেন সন্ধ্যাবাইরমদা কোইথোরকউ, ঙাইহাক্তং ফমিন্নদুনা নোকমীন্নসি।

মফিজ ঐগী মাঙদা লেপ্লী, ফমদে। ঐসু বারীদা কাউদুনা ফম্মু হায়দে। ঐগী টেবিলগী মাঙদা চেয়ার ময়াম থারি। মাসু ফমগে হায়দে। ঐ ভাব তায়। মহাক্না ফমনীংদবগী মরম। ওফিসকী দেকোরাম (চৎনবী) মতুং ইন্না ওফিসার অমগী মাঙদা পিওন অমনা চেয়ারদা ফম্নদে। ঐনা চেয়ার অমদা ফম্মু হায়দুনা ইঙ্গিৎ তৌই। মাসু খঙ্গানৈ ফমসিরা? মতৌদো নুংঙাইত্রে য়েংবদা। ঐনা

অকোৎনদা খরা কন্নপ্না "ফন্মো, কনাসু লাকওই, উরোই" মফিজ ফমথে। ময়ুমগী বা হংঙি। মাগী নুপীদু গৌহাটীদা লাক্তুনা লৈয়ু হায়বা য়াদে। মপামদগী উন্নকপা লৌ বিঘা খরদু মীনা উবী হায়, পান্নদবা য়াদে। মদুদগী ফংবা ফৌ তাইথোক্লগা শেন তুংশিন্দুনা থম্মি। চহী খরগী মতুংদা পশ্চিমদা (মক্কা) হোজ তৌবা চৎকদৌরি। মফিজ হৌগৎলি চৎকদগী। "তায়ামা চৎলগে" হায়রকই। ঐনা লুপা অমা পুথোক্তুনা পী, সে থোকখিবদা পানা মতপ অমা চাখো। লৌ হায়বা য়াদে। ঐনা অমুক্কা "সে সে অসিনা বার্তন্নি, হোরেন নুমিদাং লাক্তবা য়াদে"। ঐ শাউখিনি হায়বা মহাক খঙঙি। হোয়দা হোয়দা হায়রগা লুপাদু পুদুনা চৎখি। মফিজ মবুক য়াম্না শেংবা মীনি। মীঙোন্দা মনথাক তৌদুনা পেশা লৌবা হৈজদে। কনাগুম্বনা নুংশিবীদুনা ইচম চম্না লুপা মঙা তরা পানা হৈনা চানবা পীবদি লৌই। মীঙোন্দগী পৈশা লৌনবা অমোৎপা ৱাখল চেন্বা মীদি নত্তে। নোংমদা মঙারক নমাজ কায়দনা খুরম্মী য়াম্না চম্না হিংজবা পুন্সিনি। কা মতপ অমা চারিঙেদা বিড়ি মচৈ অমা চমদুনা চীংথ্রবদি, মদুদা মানা নুংঙাইজবদো করি হায়না তমগনি, অউবা ঐখোয়গীসু মনুংঙাই অমনি।

মফিজ চৎখ্রে। ঐগী পিওন রহমান চংলকই। ঐঙোন্দা হংঙি। "সার, মফিজউদ্দিনগা সারগা করি থোকনৈ"? ঐ ঙাইহাক ৱাখল তৌই, করি খুমসিগে। পিওন অমনা ডিপুটি সেক্রেটারী অমগী মাংদা থাবা চেয়ারদা ফমদুনা ৱারী শাবা হায়বসি য়াম্না নক্নবা মী নত্তনা ওইবা য়াদে, অসিনি, রহমানগী মপুক্লীংদা নোংলৈগুম ৱাখল অমনা নৈরিবা। রহমান খঙঙি, মফিজউদ্দিন আহম্মেদ মুসলমান্নি অদুগা ঐহাক্না হিন্দুনি। অনী অসিগী মরক্তা করম্না নক্নবা মরী লৈগনি। হৌজিক কালদদি লৌনা তিন্নবসু য়াওরে। অদুবু মশা মশাগী লম্নাইগী ৱানি হায়দুনা থিগৎনদে। মতাং অসিদা ঐ চিন খরা থীদবা য়াদ্রে খল্লকই। ঐনা হায়, মফিজ ঐগী ইমান্নবনি খুঙ্গং অমদা হৌমিন্নরকপনি। অঙাং ওইরিঙেদগী নুংশিনখিবা মরীদু তৎনবা ঙমদে। মসিদা অচৌ-মচা খায়দে। ধর্ম মান্নদবনা নুংশিবগী মরীদা অপন্বা পীদে। পৃথিবীদা লৈরিবা ধর্ম পুন্নমক হায়বদি হিন্দু, মুসলিম, বৌদ্ধ, জৈন, খৃষ্টিয়ান, জুদেইজম, কনফুসিয়েজম, তাওইজন, জোরষ্ট্রিয়ান, সিণ্টোইজম, ঙসিদগী হৌথ্রবা চহী লীশিং তরাগী মনুংদা থোক্লকপা ঙক্তনি। অদুগী মমাঙদা ধর্ম অমা লৈরম্বা তারবসু, মদু ইংরাজী মরোলদা primitive form of religion হায়না লৌবা

য়াই। মতমদুদা অকীবা অমদি অঙকপা শক্তিবু লাইনি খন্নরকপা মতমনি। হায়রিবা ষ্টেজ অসিদা চহী চাওরাক্লা লীশিং মঙা পারবদি ধর্ম (লাইনীং লম্বী) হায়বসি ঙসিদগী চহী লীশিং তরামঙা মমাংদগী হৌরকপনি হায়বদা থোয়না কায়গদবা মান্দে। অদুনা ঙসিদগী চহী লীশিং তরামঙাগী মমাংদা ধর্ম হায়বা থাজবগী চৎনবী অমা পৃথিবীদা লৈরমদে হায়বা য়াই। অদুবু তাইবং মীদি হায়রিবা মতম অসিগী আ মমাংদগী পৃথিবীদা খুন্দাদুনা লৈরক্লবনি। ঙসি ফাওবদা ফংবা খূদম হায়বদি প্রমাণ মতুং ইন্না মীওইবনা পৃথিবীদা খূন্দারকপসি চহী লাক্ষা অমগা লীশিং য়াঙখৈ শুরে হায়নরি। হায়রিবা মতমসিদা ধর্ম লৈরমদে, মীদি লৈরম্মি। অদুনা ধর্ম লৈত্রবসু সমাজতা মী হিংদুনা লৈবা ঙমগনি, ধর্ম মথৌ তাদে হায়নবা য়াওরে। ধর্ম হায়বসি লৈরগা সমাজ মহী লাঙঙে। ধর্ম মান্নদবগী য়েংথিনবা হাৎনা থিন্নবা মশীং হেঙ্গৎলকই। মসি ধর্মবু লান্না অর্থ হন্দোকপদগী ওইরকপা ঙক্তনি। ঈশ্বরদি অমত্তনি। মমিং তোঙান্বনি।

ধর্মগী অর্থদি সংস্কৃত্তা অসুন্না হায়রি— ধৃ ধাতুদগী লাকপনি। ধরণ/ধারণ শব্দদগী ধর্ম লাকপনি। মসিগী অর্থদি মীওইববু ফত্তবা থবক তৌদনবা ফাদুনা থম্বা, ঙাক্তুনা থম্বা হায়বনি। অদুনা ধর্ম হায়বসি মীওইববু অফবা লম্বীদা পুরক্লবগী ৱারক ৱাতেম্বদা মতেং ওইনবা পুথোরকপনি। সমাজকী শান্তিগীদমক্তনি। য়েংথিনবা অমদি খৎনা চৈনবগী থৌজন্নবা পুথোরকপা নত্তে।

মফিজউদ্দিন লাকপা ঙাইরম্মি। সন্ধ্যা পুঙ ৭ তারে। মফিজউদ্দিন চঙঙকই। লুঙ্গী শেৎলি, মোজা ফুরিৎ অমা লীৎলি। "তায়ামা লৈবরা", কৌরকই। ঐনা খুম্মি, মফিজ, ঐসু নঙবু ঙাইরম্মিবনি। লাও ফম্মু সিদা, মুরা অমা থায়। মফিজ ৱা শাইবা লোইদ্রি। মূরাদা ফম্মি। ৱা ঙাংবা লেপ্তে। হৌখিবা মতমগী খূঙ্গংগী ৱারী ঙক্তনি। "তায়ামা থৱানগী শাবা মৈশানে, য়েঞ্জাং নাপীনগা মহাও য়াওদবনে, লোইরে চাবা থকপা মওং চাদ্রে। হকচাং পাঙ্গন থোক্তে। কাছারদদি হৌজিক য়েঞ্জাং হাওরমগনি। পানগা ইলিশাগা হায়নরিবনি তায়ামা। "মণিপুরগী অহল অমগা কাছারগী অমগা য়েঞ্জাং হাওবা তান্নবগী ৱারী" তারবা তয়াম্মা"। ঐনা খুম্মি তাদ্রিনে, লীউ তাশী। তয়ামা, মণিপুরগী অহল অদুনা হান্না হৌরকই হায়। নীংথম থাগী হঙ্গামগা লম ঙানুগা থোংথ্রবদি পুখম থাঙ্গৎতুনা মহী থকত্রিবামখৈ পেন্দে হায়নৈ। অনী অসিগী ময়াল কয়াম

চাম্নে হায়বদা পান্দম লৈতে। নীংথম থাগী লীক্লা মরক্তা অয়ুকী হংগাম মকানা তগৎ তগৎ তেক্লা লৈরিঙে, মথক্তা লম ঙানুনা পরেং শানা পাইখিবদা হংগাম মকা পুন্নমক চপ মান্ননা লেকথখি। লম ইকাইথিবী শোকউবদা মনা পুন্নমক উমশিনখিবা মতৌনি। মণিপুরগী লোইরে তয়ামা। কাছারগী অহল অদুসু মীনা হেম্বা য়াদবা মীতানি। মাগী অমুক হৌরকই। কাছারদা খ্বাইদগী হেন্না হাওবা য়েঙ্গাংদি ইলিশাগা পান মনাওগনি। অনী অসি য়ান্দুনা থোংপ্রবদি পুখমদা খুদোম্বীনা তকত্রিবামখৈ হৌগৎনদে। ময়াল অনী অসি অদুক্কী মতীক চাম্নে। নীপা অমনা নোংমা কৈথেলদগী ইলিশা অমা লৈদুনা কুম্মকই। ময়ুমগী শুমাং মতোন য়ৌরকপদা ময়ুমগী শেগায় মথক্তা থমজবা পান মনাও ময়ামদো শেগায়দগী চোংথরক্কুনা লমজায়দা প্রোপ প্রোপ তারকই। অদুদগী মাঙোন য়ৌরক্কুনা ঈচুম তাফমদা ওস্থারকই। লমজেন্দা হাম্বা তান্নরকপগুম। মনমদা খঙনবা জাৎনি। কনানা হেল্লি তয়ামা”? ঐখোয় অনী ব্বা লাউনা নোকমিম্নে।

নোকপা লোইরে। ঐনা অতোপ্পা ব্বারী হৌদোকই। মফিজ নচানুপীদো থাজবা য়ারে, মতম চারিঙেদা থাজথোকখো। মফিজনা খুন্নকই, হোয়নে তয়ামা। থাইনদি মৌ থিবা ব্বারম্মী হায়নৈ। হৌজিক্তি দমান (বোর) থিবা ব্বারে, যুগ অসি ওন্না-তৈনরে। থাইনদি ইমা ইন্দোনগী ফনেক ফিবান কয়া তৎপা লোইরগা মৌ ফংঙি হায়। তয়ামা, নোংমদি নহা পাখং অনী কদাইদনো চৎলুবদগী হনমিন্নরকই। লম্বী মপান উখোং অমদা চহী য়াঙখৈদগী খরদি হেনগদৌবা হনুবী অনী পোত্থারম্মি। পাঙল নুপীদি ফিরোল তরেৎ শেৎলি অদুনা ওলাং থাদা ব্বাবা হেম্বনি। হনুবী অমনা পাখঙ অমদা কৌরগা হংঙি। ইবুঙো মৈখেৎ য়াওবরা? বেরি অমতং চমহৌগে। নহাদুনা মৈখেৎ পুথোকই, খেৎলি, হনুবীদুদা লানশিল্লি। সে সে ইনে চম্মো। হনুবীনা বেরিদু কন্না চিংঙি, মখাজায় কোপশিল্লি। ঙক খজিক্তং হাইগৎলগা মৈখুদো শাংনা কামথোকই। নহাদুনা হংঙি, ইনেহোয়দি কদাইদা চৎলুরিবা? হনুবীদু পোৎ থিবদা ফংদ্রগা শাওনীংগুম হায়রকই। হা ইবুঙো বৈরী থিবা চৎলুরিমী। পাখঙ অনীদু ঙকচানৈ। করি হায়রিমো ভাব তাদে। বৈরী হায়বদি য়েক্লবনি। হনুবী অনীসিনা কৈদৌবগী য়েক্লবা থিরিবা! নহা অনীদো মরম খঙনীংবনা মরেং মরেং চৎলি। অমনা হনুবীদুদা হংঙি, “ইনে, বৈরী হায়রিদো করি হায়রিমো”? অহল অমনা খুদক্তা খুম্মকই, হা ইবুঙো বৈরী হায়বদি মৌ হায়রিমিএ মৌ। পাখঙ অনীদো

অমুক হেন্না ঙকখ্রে! অমনা শৎ হায়দোরকই, "করিনোনে ইনে, নচাগী নমৌবু হৌজিক্তগী বৈরী হায়রিবা"! অসিননি মনি মমৌ উনবা য়াদ্রিবা মদোমতা মপুক্লীংদা খনখি। ইবুঙো মৌ হায়বদো লাক্লবদি মমা মচীন মনাও অমত্তা নুংশিররোইদবনি। ইমুং মনুং কায়নরোইদ্রা, য়ুম কায়রোইদ্রা? অদুগীনি, বৈরী হায়নরিবা"। বারী লোইবা নংদে মফিজ নোকথোরকই। ঐসু নোক্তবা ঙমখিদে।

মফিজ হৌগৎলি, "তায়ামা চৎলগে" হায়রকই। ঐনা খাম্মী। "ঙাইখোনে মফিজ, নখোয় সাহেবতুবু ফিংবা খরা ফরবরা? মফিজনা নোকমি নোকমি খুম্মকই, কন্দায়দগীনো তয়ামা হান্নদগী হেল্লবনি। নোংফাদোক থেংখিবা নুমিত্তি ঐখোয় সাহেবনা তফিং তফিং লাকপদো অরাপ্পদগী য়েংবদা মনুংঙাই অমনি। ঈনৌ তারকপদা ঈকাগী ঙাক্রানা মকোয় অনী তাওফিং তাওফিং হাইরা হাইরদুনা কারকপদো মানথ্রবা"। মদু হায়রগা মফিজ ফাক ফাক লাউনা নোকথোরকই। ঐসু খঙহৌদনা নোকখি, শ্বোর হোম্বা বারম্মী, মীত্তগী পি তারম্মি। মফিজ চৎকদগী হোগৎলি। ওলাংই, মোজা ফুরিৎ লৌথোকই, মরেংবান্দা য়ানশিল্লি। লূঙ্গী শেম্মী, কৌতক শেৎল্লগা হরাও হরাও চৎখি। ঐনা থোংজিন মপান্দা লেপ্পী মানা চৎখিবদো য়েংদুনা লৈহৌই। খল্লম্মি, মফিজ নঙমুক নুংঙাইবসি ঐখোয়না ফংলরোই। মাগী চমথ্রবা বাখল অমদি পুন্সি খোঙচৎ ঐঙোন্দগী য়াম্না হেল্লবা নুংঙাইবা পুন্সিনি। মফিজ চৎখিবদো করিগীনো খঙদে অদুম য়েংদুনা লৈনীংখি। নুমিৎ অদুদগী মফিজ ঐগা অমুক হন্না উনখিদে। নোংমা মীপাউদগী তাবা ফংখি, মফিজ লৈখিদ্রে! পাউদু তাবদা থম্মোয়দা করিগুম্বা অমনা য়ৈশিন্নগুম থুক লাউখি! অসিরা তম্বা ঙমদে হায়নরিবা তাইবং পুন্সি।



# লাই ফদিবী লূহোংবা

নুংথিলগী অচীকপদা চাউবা মদোমতা মাগী কাদা লৈরম্মী। য়ুমদা মী লৈরমদে। সরকারগী থবক্তগী পোখারবা মতম্না মরাং কায়রবা পুন্সিনি। ফকলাংদা মনালিষাগী ফোটো য়েকপা অমম্বা কেলেণ্ডারদা মূনা য়েংলম্মি। লিওনার্দ ভিনচিগী খুৎনা য়েকপা মনালিষা পৃথিবীদা অমর ওইদুনা লৈরি। তৌবগীদি নুমিৎ অসিনা মঙাল লোইখিদুনা মমথরকপা মতমদা পৃথিবীদা করিগুম্বা পোৎ অমত্তা অমর ওইদুনা লৈবা ঙমলোই। মনালিষাগী মীৎয়েং নায়েংনা হংলিবা ৱাহং। মোমোন মীনোকপু ফাজিন্নগুম লৈরিবা শক্তম্না পৃথিবীদা পান্দম লৈতবা রাশি লৈবী ফজবী নুপী অমা ওইনা ঐখোয়গী পুক্নীং শুম্নাৎলি। মী অমগী ফোটোরা, মহাক কনানো অশেংবা খঙদে। মাগী মীৎয়েং নায়েংদো অহাম্বা মীরোম্বী মৌ নহাগী মীৎয়েং মাল্লিসু হায়নৈ। অমবু ওইরবসু শিল্পীগী অঙকপা খুৎয়েক্লা ইচম চম্বা মী অমবু শাথিনা ফজহনখি। মসিদি তমদুনা য়ৌবা য়াদবা মহৌশানা পিথোরক্লবা তোঙাম্বা মগুন অমনি।

ঙসিদগী চহী য়াংখেরোম মমাংদা লৱায় খুঙ্গং অমদা চাউবগা হৌমিন্নখিবা লৈশাবী মচা অমগী ৱারী নীংশিংলম্মি। পারপ তৌই হায়দুনা মাগী মিং অপাবী কৌখি। অপাবীগী শাওং শাবান কুচু কুমেন, মায়থোং য়াম্না ফজবদি নত্তে। পুলৈ কুচুনি। চাও শাংবদি মীয়ায়নি। শাবান্দি মফজৈ। রাশি লৈ। মায়থোং শাংতক তৌই। য়েংবদা নুংশিবা পোকহল্লি। মশম প্রোপ প্রোপ তাই, তবা তাবাবা শ্লীম ফিগারনি। য়াম্না ফজবা নত্তে, অদুবু য়েকপা হৈবা ফজহম্বা ঙম্বা শিল্পীগী আর্টনা ফজহল্লকপা ফোটোগুম্বনি অপাবী। মানা তরু তনান য়ুমদা লৈরম্বা, শুমাং মাঙ্গোন্দা লেপ্পুনা লৈরম্বা, য়োংখমদা ফি শারম্বা, দেঙ্গীদা ফৌ শুরম্বা, পুন য়েপ্পুনা ঈশিং শোকপা লাকপা, অসিগুম্বা মফম মতমদা পাখঙ অমনা হেক উবদা পাম্মোইদবা লৈতে। নেচারেল পোজিশন্দা অপাবী তশেংনমক্কী ফজে। লৱায়গী মনালিষানি। নুমিদাং ৱাইরম লৌবুক্তা লৌ লীংঙুবদগী কারকপদি লৌবুক্তো মদোমতনা ঙালম্বগুম তৌই। কুম্মে

কিওংদা মীরক্তা লৈবদি ইমক মকশিন্না উই। ফজদে। অসিগুম্বা ফজবা মখল অমা লৈবদগী মীতে কনাগুম্বনা মচা নীঙোলগী মিং মাঙোন ঙাম্বী থোল্লম্মি। হৌজিক্তি মীঙোন্দগী বাইরকপা মিং য়ান্না থোন্নরে। মেমী, মিনা, বীনা অসিনচিংবা।

চাউবা অপাবীদগী চহী অমরোম হল্লী। লৈকায় অমদা হৌমিন্নবনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী পুন্না শান্নমিন্নরকই। চাক থোংবী, কৈথেল কাবী, লাই ফদিবী লূহোংবা, কবদি অসিনচিংবা। লাই ফদিবী লূহোংবদা পার্টি অনী থোকই। নীপা ময়ুম, নুপী ময়ুম। নুপী ময়ুমগী অপাবীনা মমা শারগা চাউবনা মপা শারম্মি। মরক মরক্তা খৎনরম্মি। শাওনরক্লুনা মমান্নবনা চাউবদা অপাবী নঙগী নতুনি হায়দুনা লক্করম্মি। অপাবীবুসু মমান্নবীনা চাউবা নঙগী নবানি হায়দুনা ফাগী তৌই। মী লক্কগম্বা অহল ফাওবা করিগুম্বদা মখোয় অনীবু অদুন্না লক্করম্মি। অদুদগী পাখং লৈশাবী ফারকপা মতমদদি মখোয় অনী উনরগা ইকাইনরম্মি। ফাগীদগী অওইবা তাবগুম। উনরগা বা হেক ঙাংনবা ঙম্লমদে। শন্না হায়রবদা ফ্রি ওইবা ঙম্নদে। ঙসাইগী ফাগীদুদগী লৈহৌবা চীক্লা, হায়দোক্তবা নুংশিবা বাখল অমদি লোত্তুনা লৈহৌবগুম লৈনরম্মি। থাঙৈশেংনা নুংশিনবগী মওংদি নত্তবা। বাংলা উপন্যাসকী হায়বদি শরৎ চাটার্জীগী 'দেবদাস' অদুমক্তি নত্তবা। উনীংবগী খৌরাংবা, উনরগা ঙাংবা ঙম্নদবা অদুসু লৈরমদে। অদুবু অমনা অমগীদমক্তা অথুপ্পা নুংশিবা বাখল অমা চেন্নরম্বগুম লৈরম্মি। থায়না নহা ওইরিঙৈদা নুংশিনরম্বা, থুংনখিদ্রবা নুপী নীপা অনীনা অহল ওইরক্লগা উনবদা, নত্রগা খায়নম্রাবা মতৈ মনাও করিগুম্বদা উনরগা ইকাই নুংশি য়াম্নবা হায়দোক্লবা য়াদবা মওংনি।

১৯৬২ ইংরাজী শক্তিবু মঙানিগী হরাও কুম্মে লোইদ্রি। চাউবদি মেট্রিক থাগদৌবনি। নুমিদাং থেঙনা লাইরিক পারম্মী। অয়ুকসু ঙম্না হৌগথলি। নোংমদি নুমিদাং পুঙ অহুম মখায় তাবদা চাউবা মীকপ থোক্লকই। লাইরিক পাবা হৌরশিরা খল্লম্মি। অমুকসু খল্লি ঙনমল্লি ঙহাক তুমখিগে। অসুন্না খঞ্জানরিঙৈ পুঙ মরীদি তারম্লগনি। নোংঙাল্লমদাইসিদা কদোমদগীনো লাউনবা খোঞ্জেল অমা তারম্মি। অমুক তুমিন লৈখি। অমম্বদা তিনখি। মীৎকুপ খরগী মতুংদা—"ও ইমা ঐবু অমুক্তং কল্লু" নুপীগী তেংথা খোঞ্জেল অমা তাখি। অমুক তুমিন লৈখি। ভাব চাদে। হুরান্বরা? ডাকুরা? চাউবগী মচল অমা

শজিবুগী লীকোন শান্নবা চৎখিবনি। চাউবা চিংনবনা হিগ্নসু য়াদ্রে লাইরিক পাবসু য়ারমদে। মিনিট মঙারোম মতুংদা কনানো অমা চেল্লকপগী মখোল তারকই। থোঙজিন্দা দং দং ফুরকই। ইমা থোঙ হাংদোকউ! ইমা ইমা থোঙ হাংদোকউ! মচন নুপীগী মখোল মাল্লি। চাউবা ফমুংদগী চোংথখিবা খঙহৌদে। মমাসু মশম মনা মফি মরোল মথোং নাইদে থোঙজিন য়ৌরম্মে। থোঙ হাংদোকই। থোঙ হাংবা নংদে চাউবগী মচন নুপী শৎ চঙক্তুনা লমজাইদা মখোঙ মখুৎ তিংথোক্তুনা ফমথখি। শ্বোর থবেৎ থবেৎ হোল্লি। মখোন থোক্তনা কপ্পী। ইবেমা কনা করি তৌবা য়াওরবগে? নঙ তাদো হোইদি! চাউবগী মীহুন ফৈনা হুন্বা হৌরকই। করি তৌরবা! চাউবা মরম খঙনীংবনা খোন কায়না হঙকই। করি তৌরে হায়য়ুনে! মচন নুপীনা কপ্পা কপ্পা খুম্মকই। 'ইমা, অপাবীদো লম্বীদা ফাহৌরে। ঐখোয় কিমনখিদুনা মফম মরাং খঙদনা চেল্লকএ। কনানা কদোমদা চেনখিবা খঙদে। মা মানা থোকপা হিংনবা।" নোং ঙাহ্যোরকই। লৈকায়দা বা বা লাউনরকই। চাউবা মথবায় শোক্লা নুংঙাইরমদে। অশোন্বনা নীংতম্না হিংবা ঙমদবা অসিনি চাউবগী নুংঙাইতবা। অসিদি শা ঙাগী পুন্সিগা খেৎনদবা সমাজ পুন্সিনি। সৃষ্টিগী অথোয়বা জীব অমা ওইনদি থৌদোক অসি শাথিনা ইকাইনিঙাইনি।

কৈরোই লৈকায় হংবা চৎনরম্মি। চোল্লপ চোল্লপ লেপ্তুনা বারী শানৈ। করি তৌসিগে? কনা কনা য়াওই? মীরমগীরা ইখুলগীরা? অমনা অমদা হংঙি। নুংঙাইতবা ফোংদোকনৈ। অওকপা শাবা, অহে অখঙ শাবা খরনা ইফিং ফিংনা অমুক চৎখি অমুক হল্লকই। নুপী ময়ুমদা অহল খরা চঙকই। করি করম তৌবা বা তান্নে। কনানা তৌরিবনো, কনা কনা য়াওই? নীপা কাংবুদি ধনজন খূৎকন পাঙ্গন কন্বা কাংবুনি। নুপী মাইকৈদি মীচং বাৎলি। অদুবু মাইকৈ অনীমক মরী মতা ঙক্তনি। নুপী কাংবুগী নহারোল খরদি অয়ুক ঙল্লিঙৈদনা থিবা চৎখিরমলে। চিবোন চিবোন ঙাংনরকই কনানা ফারিবা, কনা কনা য়াওই, মমিং পল্লরকই। হায়রিবা মীওইশিংদুদি চাউবগী নল্লবা মরী মতা ঙক্তনি। চাউবা খোর মপী হোন্দোকই। খল্লকই, মসিদা মহাক শুপ্পা য়াওবা য়াদ্রে। অদুবু লৈকায়গী ইমুং অমদা অবাবা তারগা লৈথোক্তুনা লৈবা হৌনবরা? মাঙ থাদ্রবসু তুং থংবদি য়াইদনা, খল্লম্মি। ওহোকপনিদা, অপাবী নঙসু। মচে লৈখিদবা কুইরে। মতৈনা মরী তৎনদনবা মাবু লৌগে হায়জরম্বা ওইগনি। মানা য়াদবদগী

ফাবা ওইরমগনি। চহী খরা খেৎনৈ হায়বদুঙাই, মাসু কৈদৌই য়াওদনা। অদুম ওইরম্লবদি করিগী অসুম্না থোক্লদগে। চাওবা য়ুমদা হল্লগে খল্লম্মি। তাচৌ, খ্বাইনা তাচৌ হায়রগা খঙনবা খুনগী অহলনি। মবা চৎপা মীনি। নুপী অমসুং নীপা মাইকৈগী নক্লবা মরীনি। তাচৌনা য়াথং লাউথোরকই। "চাক ঈশিং চাবা লোইরগা মাগোপ্পা কারক্তবা য়াদে। নুংথিল খরা ঙম্না থোকশি। থিরুদবা য়াদে। মীতিন কায়রে। মথং মথং চৎনখি। চাউবা হৌগৎলি ময়ুম তম্না লাকই।

লম্বীদা চৎন চৎনা নীংশিংলকই। ঙসিদি মেট্রিক থাবগী এডমিট কার্ড লৌবগী নুমিৎনি। ফম্নবু মতা চারে। টাউন্দা চৎতুনা এডমিট কার্ড লৌরগা নুমিৎ তাদ্রিবা ফাওবা য়ুমদা হল্লকত্রগা লোইরে। চাউবা সাইকেল তোংদুনা শিলচর টাউন্দা লাকই। স্কুল য়ৌরে। এডমিট কার্ড লৌরে। প্রেমতলারোমদা সাইকেল থৌগৎলকই। পানা দুকান অমগী মমাংদা কমুথে। ঙহাক লেপ্লী। পানা মতপ অমা চাখিসিরা খল্লি। চাউবা হোইগী খুলগী নোংচুপ থংবদা কিলোমিটার মরীরোম লাপ্পা লৈবা বাঙ্গালী মামান্নবা অমনা তুংলোমদগী কৌরকই। "চাউবা এডমিট কার্ড লৌরুরবা"? চাউবা খঙপ্রেক খংঙি। ঙসিদি মাইকৈ অদোমগী মী অমত্তা উননীংদবনি। কীরবা মফমদা নুমিৎ তারে।

চাউবা - এডমিট কার্ড লৌরে। নঙদি?

নাথ - ঐসু পুরকএ। সোমদা লাও পানা মতপ অমতং চামিন্নখিশি।

চাউবা নুংশা থীরম্মি। মখোয় মাইকৈদা চৎখি হায়নহৌবনি। মহাক খঙলমগদ্রা। দুকান ফম্বা নীপাদুনা পানা মতপ অনী লাম্থোরকই। "দাদা সে পানাসি অমুক্তং লৌবিয়ু। পরীক্ষাগী মরমদা ৱারী শানবা লোইরে। নাথনা অকোন্বদা অতোপ্পা বা অমা শমথরকই।

নাথ - "চাউবা, ঙসি ঐ য়াম ঙম্না হৌগৎলি। লাইরিক খরা পারম্লগা টাউন্দা চৎকে, স্কুলদগী এডমিট কার্ডসু লৌগে, অতোপ্পা লাইরিক সাজেশন অমদি নোট নচিংবা ফংলবদি লৈরক্কে। অয়ুক অঙন্বদুদা মীতৈ নীপা অহুম নুপী লৈশাবী অমগা ঐখোয় খূরা হোইগী থোঙ্গালদা চংখি। নুপীদো মমায় লুকথৈ। ঐখোয় খুরাদি মী য়াম্না খঙনৈ। য়ুমদা লৈগন্দে। য়াম্না চৎকম্বা মীনি। মাগী খঙনবা কনাবু ওইরিগবা? কুপ্পা থিজিল্লুদ্রে, পরীক্ষাগী পাগদবা ময়াম ৱাৎলি। মতম মাঙদনবা য়ুমদা পূঙ মাপন ফাউবা লাইরিক পারম্মি"। মদু তাবদা চাউবা শ্বাই লাউরম্মি। মমায় মকশিল্লম্মি। খঙশিন্নদবা শাদুনা লৈরম্মি। মায়গা

মায়গা ওনশিন্নবা ঙমখিদে। ৱারী লোইরে। নাথনা চাউবদা হনমিন্নথ্রশি হায়রকই। চাউবা হনখিরোই খল্লম্বনি। থৌদোক মতাদুদা য়াওনীংলমদবনি। অমুকসু খল্লি। পুন্সিদা অসুন্না নুংঙাইতবা থৌদোক কয়া থোক্লবা য়াই। কিদুনা চেন্বদি হৌনদে। ঙসিগী থৌদোকসি ঐগীদা থোক্লম্বা ওইরবদি ঐ চেন্দুনা নাম্থোক্লুনা লৈগদ্রা? চেন্বা য়াদে। নাথকা হনমিন্নরকই।

মতম পুঙ অমা তাগদৌরে। চাউবা ঈরুজবা লোইদুনা হীদেন্দগী কারকই। লম্বীদা অঙাং অমনা কৌরকই। "তা চাউবা, ইপুনা হায়রকই, হোরেন পুঙ অনীরোম তাবদা মাগুপ্তা লাক্তবা য়াদে হায়।" চাউবনা খল্লম্মি, অহল মরক্তা ঐখোয়না করিনো তৌগদৌবা। করিগী ঐবু চেন্নরিবা? অদুবু তাচৌনা হায়রকপা ৱানি নাম্থোকপা য়াবগী ৱা লৈতে। খুংগংসিদা মৱা চৎপা মীনি। মাগী চীঙ্খক্তা খুমগদবা মী লৈতে। পুঙ অনী তারে। মাগুপ্তা অহল লমন খরা তিল্লম্মি। নহা খরসু লৈরম্মি। নুপী নীপা মাইকৈ অনীগী মী তিল্লি। তাচৌ অহলশিংদুগা ৱা তানৈ। নহারোল লাপ্তক্লা ফম্মী। অমগা অমগা থোইনা ৱা ঙাংনদে। মথা শাগৎনরক্কনি, তুমিন লৈবনা ফৈ। অহলশিংনা য়াহা হায়বদো ঙাইরি। মতমসিদি নহারোলনা অহল লমনশিংবু য়াম্না ইকাই খুন্নরম্বা অমদি মখোয়গী ৱা ইল্লম্বা মতমনি। হৌজিক্কি নহারোলনা তৌরিবা মতম পুন্নমক্তা নিগেটিভ এটিটিউড লৌবসি লৈরমদে। মসিদি কা হেন্না নীংতম্বা পাম্মকপা, তৌহেদে ফত্তে হায়বদা কুপ্না মরম থিজিন্দবা মসিদগী লাকপা মহেনি। মী খরা অয়ুক্তা থিবা চৎনখিবদো হল্লক্লরে। মখোয়না ই-পাউ খরদি পুরকই। তাচৌদা পাউদু পীরম্মি। ময়ামগা ৱারী শান্নবা লোইরগা তাচৌনা হায়রকই। "চৎলশি লাও। ঐখোয় থেংবা য়াদে"। তাচৌগী তুং ইন্দুনা ময়াম চৎলি। মনীংলোমদা খুঙ্গংগী নোংচুপ মাইকৈ তম্না চৎলম্মি। খুঙ্গং লান্না লাকই। বাঙ্গালী খুল্লক অমদা চৎলম্মি। নুমিৎ তাগদৌরে। থোঙ্গালদা বাঙ্গালী অহল অমা লৈরম্মি। তাচৌ মনাক্তা চংখি। ময়াম লেপ্তুনা লৈহৌই। তাচৌ অহল অদুগা চীক্লা ৱারী শানখি। মমায় লৈথোরক্তুনা ময়ামদা শোল্লপ্না হায়রকই। "শোমদা লাও, সিদা চংশি। লৱায় খুঙ্গংগী বাঙ্গালী য়ুমশানি। নোংপোক নোংচুপ অৱাং খা য়ুম্না কোইশিল্লি। ময়ায়দা শুমাং। কা পাম্বী মরাং কায়না হৌই। মথং মথং লাক্তুনা ময়াম শুমাংদা লেপ্পী। খা থংবা য়ুমদো থোঙনা খর্জিক্তং কাঙবা উই। ঙসাইগী অহলদুনা তাচৌদা মমীৎনা ইংগিৎ তৌরকই। ইংগিৎ ফংবগা

অপাবীগী মপা শৎ চণ্ডখি। থোঙ ঈল্লী, হাংদোকই। খুদক্তা মখুক্তা পায়রম্বা লীচে হায়গৎখি। মীৎকুপ অদুদা তাচৌনা চাউববু কৌখি। চাউবসু লীচে হাইথদ্রিঙেদা চেনশিনখিদুনা অপাবী মপাগী মখাংদা কোল্লী। চাউবা অফিং অফাই হায়রম্মি। মামো ঙাইখো, ঙাইখো! চাউবা খঙদে মামোনা হাইথখিবা লাঠিদো কনাদনো। চাউবগী থবক্তি মীরমদুদা খৎনা চৈনবা তৌদনবা শেম্লবনি। খৎনা চৈনরক্কদৌবা মওংদো উবদগী তাচৌ শাউরম্মি, ময়ামদা চৈরম্মি। হঙ্কনখি। ঙসাইগী ইমুংদুদা অপাবীগা নীপা অনীগা লৈরম্মি। তুম্মম্মি। অহীং তুল্লক্তবগী নুংঙাইনা তুল্লম্বা মাল্লি। নীপা অনীদো চাউবগী ময়াম্বশিংনি। তুম্বদগী ফুক ফুক হৌগৎখি। মফি মরোল শেমজিনখি। চাউবা থৌদৌ মওংদো অমুক হন্না য়েংনীংখিদে। মফমদুদগী থোক্লক্কুনা লাপ্তক্লা মচি অমদা মমায় লৈথোক্কুনা লৈরম্মি। নোংচুপ ঙমখৈদা নুমিৎ নপ্তুনা লৈরম্মি। চাউবা মমীৎনা য়েংঙি দৃশ্য অমা, ৱাখলনা খল্লি অতোপ্পা ৱা। মনাক্তা বাঙ্গালী মমাল্লবা নাথ লাক্কুনা লৈরম্বা উবমদে। নাথনা কৌরকপদুদা অমুক্তং মমায় হাইগৎলম্মগা লুকথখি। মায়গা মায়গা ওনশিন্নদুনা ৱা ঙাংনবা ঙমখিদে। খল্লম্মি, নুমিৎ তাপ্রবসু করিনো ঙসিদি মমগে হায়দে।

ময়াম চৎনবা তৌরশি হায়নরকই। তাচৌনা মাঙ থাদুনা পরেং শানা থোক্লকই। চাউবা শল্লুপ্তগী চীখহৌরবা শা অমনা তুংদা ইল্লরকপগুম লাকই। মমলি মমলিবদুদা অশিবা মৈ থারুবদগী মংগারকপগুম পরেং শানা চৎলি। লম্বী মতুং ইন্না চৎলবদি য়াম্না কোইবা তারে। লৌবুক্তা কুমথরকই শন্না চৎকদগী থুনা য়ৌনবা। খরনা পুন্না চৎলি। ৱা তানবা লৈপ্তে। খরনা তোঙাল্লা চৎলি, অমগা অমগা থোয়না ৱা ঙাংনদে। নুমিৎ চুপ্পা পোখারক্তবদগী ৱা ঙাংনীংদবা মতমনি। থৌদোক অদুসু নুংঙাইতবা, অদুনসু অমুক হেন্না ৱাখল ফকচিল্লম্মি। অসুম লেপ্তনা লাকই। মীয়াই চল্লবা ঐখোয় তাদা অমনা অপাবীগী মনাক্তা চৎলি, করি করিনো হায়দুনা থেম্মি। অনীদো শোথহৌদুনা নীংদা তারকই। চাউবদি খ্বাইগী তুংদা লাকপনি। ঙাংনবদো তারি, উরি, তাদনা ৱাদু তাহন্নীংদদুনা চাউবদা হায়রকই। "চাউবা নঙ অসোমদা চৎলু ঐখোয় ৱা খরা ঙাংনগে"। চাউবা চথোরকই, লাপথোকই। লেপ্তনা লাকই, চাউবা হোইগী খূঙ্গং য়ৌরকই। ময়াম মাগোপ তন্না চৎখি। চাউবদি লৈথহৌরে। মযুম তন্না লাকই। যুমদা মমাহোই লৈরমদে। মচল্লনুপী লৈরম্মি। হংঙি "ইমাদি"। মচল

নুপীনা খুম্মকই "মাগোপ্তা চৎখি"। চাউবা ভাব তারে, মাগোপ্তা বিচার অমা তৌরবা য়াই। নুপীগী জোবান (মত) লৌরগা বারেপ অমা তাগদৌবা মাল্লি। নুমিদাং পুঙ নীপান হেল্লে। চাউবগী মমা হল্লকত্রি। লাইরিক পারম্মি, পুক্লীং চংদে! করিবু হায়নরবা? য়ুমদা লোইবা হইনা লম চৎলমদাইদা তুংদা ইন্নরকপগুম থৌদোক অদুসু চাউবগী তুংদা ইন্নদুনা লৈরম্মি। কুইনা ইন্নরম্মি। নুমিদাং পুঙ মাপন তারে। চাউবগী মমা লাকএ।

চাউবা - ইমা মখোয়গীদো কমদৌনগ্রে।

মমা - হে নঙদি কদাইদা মাঙঙুই! ময়াম লাকপদি উই, অদো নঙ য়াওরক্তবা! নুংশা থিরুরেদনা।

চাউবা - ময়ামগা লাকমিন্নবনি, য়ৌরমদাইদা ঐ লৈথহৌবনি, ঐখোয় অঙাংগী থবক লোইরেদনা, হৌজিক্তি অহলশিংগী মথৌনি। অদুবু মখোয়গীদো করিদা তানগ্রে।

মমা - নুপীগী মচীন হংনরে। মশানা য়াদুনা চেম্বা নৎলমদ্রে। নমদুনা ফাদুনা পুবনি হায়রে। অদুবু ময়াম্না থেম্মি, কনা নত্তে মরী মতা মনুংদা থোকপা থৌদোকনি, মচেগী মতৈনা মচে লৈখিদ্রবদা মরী তৎননীংদদুনা তৌবনি। ফারুরে হায়বগী বদনাম অমসু ওইরে। অদুনা অপাবী নঙ পঙগনু ময়াম্না হায়রিবসি য়ারো। কৈনা তৌনবা তৌশি। অপাবী শুপ্না য়াখিদ্রে। উপায় লৈতে, খায়দোকপদা তাখি। অপাবীদো মমা মপাদা শীন্নখি। নীপা কাংবু নুংঙাইতনা হন্নখি।

১৯৬২ ইংরাজীদা চাউবা মেট্রিক পাশ তৌই। তুংগী আশানা পৃথিবী য়াম্না ফজরম্মি। মখা তমথবগী লমদম লাপ্না চৎপা তাখি। খুঙ্গংগী চন্নবা সমাজ পুন্সিবু নুংশিরম্মি। অদুবু অপাবীগী থৌদোক অদুনা নুংঙাইতবা অমদি মী খুদিংমকপু থাজবা ঙমদবা পুকচেল অমদি চেন্নবা হৌরম্মি। চহী খুদিংগী অরোইবা পরীক্ষা থারম্লগা চাউবা য়ুমদা লাকই। খুঙ্গংগী ই-পাউ লৌই। লবায়গী পুন্সিদা অনৌবা য়ুগগী মমি তারকলে। নুপী মচাশিং লাইরিক কন্না তম্নরকলে। অপাবী উনৈ, বা ঙাংলমদে থৈদুনা চৎখি। অঙাং ওইরিঙৈগী ফাগীদো হৌজিকসু ইকাইরিবরা নত্তনা হৌখিবা থৌদোক্কী মৈচাক মুত্রিবরা? ১৯৬৬ ইংরাজীদা চাউবা বি.এ. অরোইবা পরীক্ষা থারম্লগা ময়ুমদা হল্লকই। চাউবনা লম্মক্তা লৈরিঙৈদা অপাবী তোম্বগা লুহোংবগী বা লোইনরে হায়না

তাখি। কোন্না তাবদি লূহোংবা কায়রে। লূহোংবগী নোংমা মমাংদা অপাবী অতোপ্পা নীপা অমদা চেনথ্রে। চাউবনা খল্লম্মি অপাবীদুবু ঙাওরবরা? তোম্বদি পাখঙনি, অফবা মীনি, মগুং মমান্নবদা থোকপনি ইখুলগীনি। মানা চেনখ্রিবা নীপাদো সোনাই মাইকৈগীনি, ময়ুম পান্দ্রিবা পাখঙনি হায়। অদুসু ফৈ মশানা পামদুনা চেনখিবা, নীপাদো ফরম্বসু য়াই।

চাউবা সরকারগী থবক থিরম্মি। থবক মচাদি ফংঙি। অদুবু মশানা পামজবা মতীক চাবা থবক্তি ফংদে। তোয়না মপান্দা চৎলম্মি। শিল্লোং গৌহাটী কলিকতা তত্তনা চৎলম্মি। অপাম্বা থবক ফংদবনা পুক্নীং লৈতারমদে। খূঙ্গংগী করিগুম্বা বাথোক থৌদোক্তা থবায় য়াওনা শরুক য়ারমদে। মরক মরক্তা মীনা ঙাংনবা তারম্মি। অপাবীদো য়াম্না বানা লৈ। মাগী নীপাদো মীরমলেন হুক্তবা মী অমা ওইরমলে অসিনা চিংবা। চাউবনা খল্লম্মি মথৌরাংগীনি। হুইবু দোলাই তোংঙু হায়রগা থীগং উরগা চোংথখি হায়বদুনি। অমুকসু নুংঙাইরমদে, ওয়্যোকপা মরাইবক হায়দুনি। কৈ কিদুনা চেল্লগা শওম ওক্লবদা তারে।

থবান লোইদুনা লাংবন চঙঙে। নোং য়াম্না চুখি। প্রকৃতিসু মতম কায়না থবক তৌরকপা য়াওই। তুরেল মবুক থন্না চেম্থরম্মি। নোংমা নুংথিল পুঙ অহুম তারে। লৌমীশিং পোথানবা মতমনি। চীকই। চাউবা থোঙ্গালগী লমজাও উখোংদা মদোমতা ফম্লম্মি। মাঙদা অশংবা লৌবুক, খূঙ্গংগী বাপন পরেং, বরাক্কী ঈমায় চোরবা ঈশিং, লাপ্পা শনগী শরুম মাম্বা ভূবোন চীংগী চীংশাং য়েংলম্মি। নুমিৎ খূদিংগী উরিবা দৃশ্যনি। অদুবু নুমিৎ অদুদি চাউবা উখিদ্রিবা দৃশ্য অমগুম য়েংঙি।

চাউবা খঙদে করিগুম্বা বিদায়গী পূঙফম অমনা মাবু ঙাইরি। তাঞ্জাসিদা মাঙদা উরিবা খূঙ্গংগী লৈকায় অমদা বা বা লাউনরকই। কপ্পরকই। নুপীগী কায়রবা খোঞ্জেল অমা পাইরকই। চাউবা মীৎকুপ্তা কনাগী খোঞ্জেলনো ফাবা ঙমখি। য়াম্না নক্লবা মতৈমশিং অমগী খোঞ্জেলনি। চাউবা হৌগৎখিবা খঙহৌদে মাইকৈ তন্না চেল্লম্মি। তাদগী মচানীপা অহলদো চহী মঙা শুরকপগী নুংশিরবা মতমনি। থিবা ফংদ্রে। লৌবুক্তা, লৌরক্তা, উমং বামংদা, উপ্পা তাবা উনা লোংনা হাইদোক্তুনা য়েংবগুম থিরে। ফংদ্রে। মমা মপা, মপু মবেন, কৈরোই লৈকায় কপ্তবা মী য়াওখিদ্রে। মমাদি খোঞ্জেল খোকখিদ্রে। চাউবগী পুক্নিদা মসিনা অনীশুবা ট্রেজেডিনি। করম হায়না কদাইদগী মাঙখিবনো কুপ্না থিগৎলি।

মমান্নবা অঙাংশিংদা থেম নৌদুনা হংবদা খঙবা ঙমখি। তোর্বান্দা শান্নরম্বনি। মমান্নবা খৎনরকপদা ইন্নবদগী তুরেলদা তাখিবনি। ৱাদু তাবগা হি পুনরক্তুনা তোর্বান তোর্বান্দা ইন খোন্দুনা য়েংঙি। ফংদ্রে। তোরৈ কয়া লান্না থিরুরে। কানদ্রে। নুমিৎ তাখি অমম্বনা কুপশিনখি পৃথিবী। ৱাবনা পথরম্মি। নুমিদাং অদু করম হায়না লেনখিবা। নোং ঙাল্লি। কুশনা মী শাদুনা মৈ থায়। সমাজকী হৌনবী পথাপ মতুং ইন্না থৌরম পাংথোকখি। ঙসি হয়েং, ঙসি হয়েং মতমগা লোইননা নুংঙাইতবসু কাউরম্মি। অঙকপনি অকাউবা হায়বসি লৈরমদ্রবদি হিংবা ৱারমগনি।

চাউবা সরকারগী থবক অমা ফংদুনা লমদম লাপ্পা চৎখি। নুমিদাং ৱাইরম মমা মচল লৈকায়গী ময়াম থোঙ্গালদা লেপ্তুনা চাউববু য়েঙহৌবদো মরক মরক্তা নীংশিংলম্মি। মখোয় ময়াম্না মমীত্তগী মপি তৈথোকহৌবদু কাউবা ঙমদে। মখোয় পুন্নমক্কী আশাগী অমসুং নুংশিবগী লমন তোল্লবনি খল্লম্মি। অদুবু পুন্সিগী খোঙচৎ মতাসিদা মখোয়গী পিগী লমন শীংবা ঙমগদ্রা মতন্না খঙগনি। চাউবা লৈবাক্কী কোনুং সহর অমগী মী ওইখি। অৱাংবা ফুরা পরেং পরেং লেপ্তুনা মী চৎপা য়েংঙি। মুরৈনবা লম্বীনা তরু তনান লৈরী। মথক্তা গাড়ী কুঙনা চেল্লী। পৈশাগী কুমৈনি। নুমিদাং বিজুলীগী মঙালদা থাবল লৈবরা খঙদে। অয়ুক খুদিংগী খবরগী চেনা পুরকই পৃথিবীগী পাউ। মতম শংদে চাউবগী ওফিসতা থবক কল্লী। নুমিৎ তারমদাইগী মশক উদবা কুইরে। তীনগুম্না ফাইলগী মনুংদা চংদুনা লৈখি। মরক মরক্তা য়ুমদগী নত্রগা মরূপ মপাংদগী লাকপা চিঠিনা নুংঙাইবা পাউ পীরম্মি। চাউবা লোৱার মিডল ক্লাশকী মীনি হৌজিক। মসিগী ক্লাশনা খ্বাইদগী ৱাবা হেল্লী। মরক শরকনি। থক্তসু কাবা ঙমদবা। খাদসু কুম্বা ঙমদবা। অদুনা স্কুল মাষ্টার অমদি কেরানীগী থবক তৌবা বাঙ্গালী য়াম্না লৈরম্মি ময়ুম পান্দবা। চাউবসু ময়ুম পাল্লরোই খল্লম্মি। মচীন মনাওগী ফনবা শীলমগে খল্লম্মি। অদুবু মেরা পালিগী ৱারীদা ভীথ্মনা ময়ুম পান্দবদগী মপা মপু কনানো অমা নোরোক্তা অদুম লৈবা তাখি। অসিগুম্বা ফরক তাবা ৱারীনা খুৎলাই ওইদুনা ইমুং মনুংনা চাউবদা লান্দারকই। ১৯৭৩ দা চাউবা মৌ থিরে। চেংপোত্তা মাইরেন তোপশিনখি। চাউবনা খল্লম্মি কানদ্রবা নুংঙাইবা মীৎকুপ খরগীদমক্তা পুন্সি চুপ্পা পোৎলুম পুদুনা লৈবা হৌনবরা? মতম শংদে, ময়ুমদা চত্তবসু কুইরে।

ওফিসকী কাদা কুইনা উনখিদ্রবা মরূপ অমা চঙঙকই। হৌমিন্নরকপা মুসলিম মচানি সরকারগী থবক মচা অমা তৌরিবনি।

চাউবা - লস্কর কদোমদগীনো। ওহ্োক্না থাজদনা লাকইদা।

লস্কর - চাউবা, ঐগী প্রোমোশন্দো পন্দুনা লৈরে। অদুগী মরমদা লাকপনি। মরী লৈনবা বিভাগতা চৎলুরে। ৱারী শান্নরে। শেন থুম ঙারি। খরদি পীরম্মে। লোইবগা অতৈসু পীগনি হায়রম্মি। নঙসু মরক্তা অমুক্তং পাউ লৌবিউ।

চাউবা - ঐ মরক্তা শোয়দনা চৎকনি। পাউ লৌগে। অদুবু লস্কর য়ুমগী পাউদি কমদৌরি। নঙবু নুংঙাইরিবরা?

লস্কর - হৌজিকপু নুংঙাইবা পাউ লৈরিবরো? ইয়াম্বা লৈখিদরে। ঐগী নুপীসু লৈখিদরে। অঙাং নীপা অমা থরম্মি। খোদাগী লীলানি। হিংদবা য়াদে, চত্তবা য়াদে চৎলিসিনি। চাউবা নখোয় লৈকায়গী অপাবীদো অঙাং উনবদা শিরে, নঙ পাউ তাবরা?

চাউবা - কয়া কুইরবা ৱানো? চহী অনীরোম মমাংদা ঐনা তাবদি অপাবীদো খায়নরে। ময়ুমদা লৈ। মাগী নীপাদু য়াম্না ওক্তবা ওইরমলে হায়না তাখি।

লস্কর - ময়ুমদা খরনি লৈরম্মি। অদুদগী নখোয় খুনগী কুঞোদো খঙঙিদনা, মাগী নুপী শিখিবা চহী অনীরোম শুরম্মদ্রা, মচাশিং চাউরবনি। অপাবীদো মানামুক চেল্লকপনি। লৌদুনা লৈরম্মে। লৌনবা য়াদে হায়দুনা কুঞোদো মপানা মনা তৌই হায়না তাখি। অদুদগী অঙাং উনবদা নাউফম তাদদুনা লৈখিদবনি। চাউবা ঐ চৎলগে। য়ুমদা পাউ হায়গদবা লৈবরা?

চাউবা - ঙাইখো চা থকখো। য়ুমদ না য়েকপা তৌদে হায়য়ু।

চা থকপা লোইরে। লস্কর চৎকদগী হৌগৎলি। "চাউবা ঐগী থবক্তো কাউবা য়াদে, নঙ নত্তনা কনাদা হায়রুনি। ঐ চৎলে"। লস্কর চৎখি। চাউবা নুংশাশ্বোর মপী শাংনা হোন্দোকই। থবক শুবা য়ারমদে। ওহ্োকপনি, পুন্সি অমা মথোং নাইদনা লোইখ্রে। করম্বা পাপ্না তৌরিবনো? মাঙোন্দা মীনা লাম্বা ঙক্তনি। মানদি মীঙোন্দা লাম্বা লৈখিদে। অদুবু ঈশ্বরগী করম্বা বিচারগী পথাপনো? চাউবগী কলম চৎলু য়াখিদে। হৌখিবা ৱা মথং মথং নীংশিংলম্মী। অপাবী ফারুবা তাতোন্না ইতৈমতোন অমা কৈনা তৌদুনা পুরকই। নুপী অহলনা

থনম্বা মচানীপা পাখঙদুনা মন্দোন থোকপা লৌনবা য়াদবা নুপী অমা পুদুনা চৎখিবদগী ময়ুমদা হল্লকত্রে। অতোম্বীনা পোকপা নীপা অদুসু মৌ পুদুনা লমক্তা লৈখি। থবক অমা তৌরম্মি। অদুবু মনুংগী মীনা নোংমৈ কাপক্লুনা, গুলি পান্দুনা মাসু লৈখিদরে। তাতোনসু লৈখিদরে। অনীশুবদা তাদগী মচানীপা অহলদু ঈশিংদা তাদুনা লৈখিদবনি। মশা ফাওবা থিবা ফংখিদে। অহুমশুবদি চাউবগী মবাইশিংনি, মরী মতানি। মচা নীঙোল অনী শুপ্না পামদবা মফমদা চেনখি। পীবা অনী লৌনবা য়াদবা নুপী চেনশিল্লকই। নীঙোল অমদি হায়না চৎনদুনা লূহোংদুনা থাজবনি। থা তরুক ফাদে মতৈদো মনুংগী মীনা নোংমৈ কাপক্লুনা লৈখিদে। নীঙোলদো মপামদা হলক্লুনা লৈখি।

চাউবনা খল্লি। মসিবু অপাবী ফারুবগী পাপ হায়বদুরা? নত্তে। ওইবা য়াদে। পাপ তৌবনা অমনা মহৈ ফংবনা অমনা। মসিবু শন অশিবা মনাক্তা লৈপ্লুবগী প্রায়চিত্তা হায়বদুরা? বাঙ্গালীনা হায়বা বা অমদি লৈ। পাপনা মপা মপু ফাওবা থাদোক্কে। অমবু ওইরবসু পাপ তৌবনা অমনা মহৈ ফংবনা অমনা। মসি বিচারগী অংকদা ফরমুলা তাদে। পাপীবু বাহল্বগীদমক্তা মচা মশুদা অৱাবা পীবা য়াবরা? অপাবীনা কনাদসু লানখিবা উদে, তাখিদে। অদুবু অপাবী করিগী অদুক ৱানা শিখিবা? পাপ, পূন্য, ঈশ্বর, ধর্ম মথা শাবা ৱানি। অপাবীদো অশিবগুম লংজা ময়াম্না শেত্তুনা চাখ্রে। মাগী পুক্লীং হুবা নেচারেল ফজবদুনা মাগী য়েক্লবা ওইখিবরা? মানা পঙবদগী মীশক খঙবা ঙমহৌদবা মরম্না পুন্সিগী খোঙথাং খূদিংদা খূদি থীখিবরা? মাগী মরাল করিনো? ঈশ্বর করিগী অদুক্কী মতীক তমথিবীরম্বা। চাউবনা করিগী নীঙমদ্রিবা? অপাবী মাগী করি থোকই? অপাবীগুম্না মরাইবক থীরবী নুপী কয়াগী পুন্সি মথোং নাইদনা কেল্লী সমাজ অসিদা। কনানা কনাগী খল্বীরি। মানি চুম্মি। অদুবু থায়না লাই ফদিবী লূহোংবদা মমা শারম্বী মনালিষা কনাগুম্বগী স্মৃতিদা অমর ওইদুনা লৈরি। ঙসি চীক্লবা কাসিদা মনালিষা য়েকপা কেলেঙারনা নীংশিংহল্লি।



# হুইনাও মচা পীরোই

চহী খরগী মমাংদা মীতৈগী ওরগেনাইজেশন অমগী চয়োলগী মীফম অমা পাঙথোকখি। গৌহাটীগী মণিপুরী ময়াম্না শেমগৎচবা গণেশগুরিদা লৈবা মণিপুরী হোষ্টেলগী শুমাংদা ফমখিবা মীটিং অদুদা ওজাশিং কয়ানা বা ঙাংবিখি। মীতৈ চাওখৎনবগী মরমদা মা মাগী মোত ফোংদোক্লদুনা নৈনখি। অরোইবদা নহা অমনা মীফম মপুগী অয়াবা লৌদুনা বা ঙাংবা হৌরকই। মশক খঙদে, খক উখিদ্রি। মহাক মণিপুরগীনিসু হায়। মীফমগী থৌরম পরেংগা থোইদোক্লা মরী লৈনদে মাগী বক্তৃতাগী সাবজেক্ট মেটারদো। অদুবু য়াম্না মমল লৈবা বানি। মহাক বার্ল্ড হেলথ ওরগেনাইজেশনগী থবক তৌবা হায়বদি বার্কার অমনি। জীব পুন্নমক্কী চীঙ্গাকী মরমদা মথং মথং এক্সপ্লেন তৌরকই। জীব পুন্নমক্কী মহৌশাগী মচীঙ্গাক তোঙাল্লি। জীব প্রজাতি (মান্নবা গ্রূপকী) মখল মতুং ইন্না চীঙ্গাকসু খৈন্নে। ঙা অচৌবনা ঙা মচা চায়। শানা শা চায় মসি মখোয়গী নেচারেল ফুডনি। নাপী অমদি উনা বানা চাবা শাগী মখল তোঙাল্লি। শাহীং চাবা জীবগী য়াগা শা চাদবা নাপী উনা বানা অমদি উহে বাহে চাবা জীবগী য়াগা মান্নদে। তাইবং মীদা পাল্লকইবা য়াগী মওং অসিদি শা ঙা চাবা জীবগা মান্নদে। য়োংগা মীগা প্রজাতি মখল অমত্তনি। য়োংদি উহে বাহেতা চারি। উহে বাহেনা মখোয়গী মচীঙ্গাকনি। তাইবং মীগী চীঙ্গাকসু উহে বাহেতা ওইরমগনি। মফম অমদি মতমগী খুদোং চাদবনা মরম ওইদুনা তাইবং মীসু শা ঙা চাখিবা ওইরমগনি। খুদম ওইনা পল্লবদা এসকিমোশিংনা শা অহিংবতা চাদুনা হিংঙি। তাইবং মীগী নেচারেল ফুডতি উহে বাহেনি হায়বসি য়োংগী চীঙ্গাক্তগী খুদম ওইনা পম্বা য়াই।

ধর্মগী লাইরিক্তা ইরম্মি হায়দুনা ওজাশিংনা হায়বা তাখি। চানীংঙই লৈতদুনা জীব হিংনবগীদমক্তা অতোপ্পা জীব অমা হাত্তুনা চাবদা পাপ লৈতে। চীনহাও থিদুনা মহাও তঙ্গগদগী করিগুম্বা জীব অমা হাত্তুনা চারবদি পাপ পুগনি। করিনা মসি মাগী নেচারেল ফুড হায়বদি মচীঙ্গাক নত্তে। নোংপোক ভারত্তা মরু ওইনা চীংগী লমদা লৈবা ইচিল ইনাওশিং খরনা হুই চায়। মখোয়গী হাওরবা চীঙ্গাক মখল অমনি। মীতৈদি গৌড়ধর্ম চঙবদগী শা চাবা থাদোকখিবনি হায়নৈ। হৌজিক

মীতে নহারোল অমদি মীয়াই চল্লকপা অয়াম্বনা শা চাবা হৌরক্লে। লোম্না থুপ্না চারম্বদগী ফোংনা চানরক্লে। অসুম হেক্তিল্লক্তুনা মী নত্তবা জীব পুন্নমক চাবা হৌরক্লে। মীগী শাসু চারে হায়দুনা ঙাঙনরকই। মরুভূমিদা লৈবা উটনা মশাগী তোং হেন্দোকপদো চায় হায়বদি তাখি। মদুগা মওং অমত্তনি। মুসলমান কনাগুম্বগী লুহোংবগী নিমন্ত্রন ফংলবদি মীতে নহারোল হরাওনরে। শনগী শা চাবা ফংলনি অসিনি। থায়না বেদগী যুগতা হিন্দুনা শনগী শা চারম্মী হায়দুনা কনাগুম্বা পণ্ডিত অমনা ইরকপা থেংনখি খবরগী চেদা। করম্বা মতমদগী করি মরমদগী হিন্দুনা শন চাখিদবনো মদুদি ৱারেংদুদা পল্লক্তে। করিগুম্বা মফম অমদি মতাংদা চানিংঙাই লৈতবদগী চাখিবা জাৎলা। হিংদবা য়াদে। হিংবগীদমক্তদি চাদবা য়াদে।

অঙকপনি, শা চারমদবনা শা কল্লা চাখৎলকই। চারম্বনা থাদোক্লরকই। চহী লীশিং কয়াদগী মীরোল কয়ানা অফবা ফত্তবা থেংনরকপদগী চারোল শুরোন্দা তম্বীরম্বা তাকপিরম্বা পুন্নমক অর্থ লৈতবা অন্ধ বিশ্বাস ব্লাইগু বিলিফ ঙক্তা ওইগদ্রা? নুমিদাংদা উনা ৱানা, মনা শীঙনা থৎকনু হায়রম্মি। নুমিদাংদা উতি, অথাবা অশীম্বা চাগনু, শনম্বা উদা শদন ওইদুনা শারেং শেমদুনা চাবা য়েলহৈনৈ। অনকপা মরী অমদি য়েক তিন্নবা লৌবা য়াদে। অসুম্না পাউতাক কয়ামরুম লৈরি। হৌজিক হৌরকইবা নহারোলনা মসিদা করি অর্থ লৈ থিজল্লুবা লৈতে। চীঞ্জাক ফত্তবা চাবা, তৌহৈদে হায়বা অদুতা তৌবা। চারৌ মৌরৌ ফত্তবা। চাহৈদবা চাবা। মসিদগী লায়না লাইথুং হেনগৎলকই হায়বা চিংনবা য়াওই। ডায়েবেটিস, কেন্সার, হাই প্রেসার, গোল ব্লাডার ষ্টোন, এইডস, হৌজিক মতমগী কমন অনাবনি। খোঙতেক মীৎতাংবগী মশীং হেনগৎলকই। অঙাওবা মশীং হেল্লকই। হিংসাগী থৌদোক হেনগৎলকই। নুংতিগী তাহৈদবা ৱাথোক তাবা ফংগি। মীওইববু ৱারক ৱাতেম্নবা লৈরিবা ধর্ম অমদি রাজনীতিসু মোৎপদা খম থেংঙে। অদুনা সমাজ অসিদা মওং মওংগী ক্রাইম হায়বদি পাপকী থবক য়াম্না তৌরকই। মসিবু কলি হায়বদুরা, প্রলয় হায়বদুরা জ্ঞান মম্মি। উপায় লৈতে। উপায় লৈত্রবদি ঈশ্বরবু নীশিংনৈ। ঈশ্বর হায়বদুবু লৈবরা লৈতবরা? মহাক লৈরগদি করিগী অসুম্না তৌহল্লিবনো অসুক ফজথ্রবা পৃথিবী অসিদা।

পৃথিবীদা লৈরিবা জীবগী জগৎতা উপাল হৈপাল ঈশিং নুংশিৎ, নুমিৎ থা উরিবা গ্রহ নক্ষত্র তাইবং মী নত্তবা জীব, শা ঙা তীন কাং পুন্নমক মা মাগী নীতি নিয়ম, মতম, চীঞ্জাক মহৌশাদগী লৈরকপা অদুদা অদুম কায়দনা লৈরি, চৎলি,

চারি। নিয়ম থুগায়রকপদি তাইবং মীতনি। নুমিৎনা করিগুম্বা লৈরিবা লাপ্পগী চাং অসি থুগায়দুনা পৃথিবীদা নকশিল্লক্রবদি পৃথিবী চাক্কুনা তুমখিনি। পৃথিবী অমদি নুমিৎনা চৎপা লেপখ্রবদি পৃথিবীদা অমম অঙান খাইরক্তবা য়াই নোং অসিনা অসুম চুদুনা লৈরবদি, নোংলে নুংশিৎনা অসুম শীক্তুনা লৈখ্রবদি। তাইবং মী হিংদুনা লৈবা ঙমগদ্রা ? অদুনা মীওইবসু নীতি নিয়ম নাইনা চৎকদবনি। নত্রবদি ঐখোয় পৃথিবীদা কুইনা লৈবা ঙমলোই। পৃথিবীগীসু মপুঙ্গি অমা লৈরমগনি। নুমিৎকী মঙাল লোইখিদুনা নোংমা মমখিনি হায়দুনা বৈজ্ঞানিকশিংনা চিংনরি। মতমদুদা জীব অমত্তা হিংবা ঙমলোই হায়রি। শা চাবা অমদি চাদবা মী মখল অনীগী হকচাং, ৱাখল পুকচেলদা করি করি খেন্নবা লৈ ? মসি ঐখোয়না অকুপ্পা মীৎয়েংদা য়েংদ্রবদি খঙবা ঙমলোই। মীসু চায় হায়দুনা চারমদবনা শা চারগা লেমজবগুম, তৌবা ঙম্মে হায়বগুম খন্নরি। শা চারগা হকচাংগী করি কান্নবা লৈ। ফত্তবা করি ওইবা য়াই মসি খঙবগী দরকাররনি। চীঙ্গাক্কী মরমদা অখঙ অহৈশিংনা হায়বদি শা ঙা চাবনা হকচাংদা লায়থুং হেন্না চেন্নকপা য়াই অসিনি। ডায়েবেটিস, গেষ্ট্রিক, বি.পি. লৈরবদি শা ঙা চাগনু হায়না ডাক্তরনা থিংঙি। শা ঙা চাবা মীনা হিংচা য়াইতম্বগী থবক তৌবা হেল্লী হায়রি। হুরান্বা, ডাকাইট, মী হাৎপনা চিংবা সোসিয়েল ক্রাইমগী থবক তৌবসি করম্বা ধর্ম চৎপা করি চীঙ্গাক্লা হৈনবা মীনা হেল্লী, মুসলিমনা হেম্বরা, হিন্দুনা হেম্বরা, খৃষ্টিয়ান অমদি বুদ্ধিষ্টনা ৱাৎপরা ? মসি হোসপিটাল, থানা অমসুং কোর্ট কচরিদা লৈবা (রেকোর্ড) কেশ মশীংনা ময়েক শেংনা তাক্লক্কনি। মীহাৎ মীতুপ্পা হিংসাগী থবক তৌবা ঙম্বসি শা চাবা য়ু থকপা মীগী মশীংনা খরা হেন্না লৈগনি হায়নৈ। মসি থৌদোক হেম্বা ৱাৎপগী চাংচৎকী ৱানি। হিংসাগী থবক তৌনীংদবা মীওই কয়ানা হৌজিক শা ঙা চাবা থাদোক্লরকই। নুমিৎ খূদিংগী শা হাত্তুনা শেমদুনা য়োল্লীবা মীনা মাগা য়েংথিনবা মী অমা থাঙনা ইরাই লাইনা কক্তুনা হাৎপা ঙমগনি। করিনা মাদি নুমিৎ খূদিংগী শাগী মঙকশম ককপা মীনি। পূজাদা বলি তৌবদা থাও পায়বা নীপাদো মশা হান্না শাগৎহল্লী। করিনা হিংসাগী ভাব লাকত্রবদি ককপা ঙমদে। থাইনা সতীগী প্রথা (চৎনবী) য়াম্না কল্লিঙৈদা লুখ্রাবীশিংবু শা ঙা পীজদে। শা ঙা চারগা মশা শাগৎপা হেল্লক্কনি। নৌনা অমুক ময়ুম পাম্বগী ৱাখল পোক্লক্কনি অসিনি। থানাদা হুরান্বা ফুরমদাইদা পুলিশশিংনা য়ু হান্না থকই। হায়নবা য়াওই।

খরনি মমাংদা খবরগী চেদা ইরকই। হুইগী শা মণিপুরীনা য়াম্না পামজবা

চীঞ্জাক অমনি। মদু থেংনরুবা মীতে অহল থরনা য়াম্না শাউনখি। হুইবু মণিপুরীগী চীঞ্জাকনি হায়বা! খবরদা প্রোটেষ্ট তৌদুনা ইগনি হায়নখি। মণিপুরগী সেনাপতি জিলাগী বজার অমদা হুই ময়াম চানবগী য়োলম্বদা উরকপদগী পাউমীনা ইরকপনি। পাউমীনা অকুপ্পা মরোল খঙদবদগী মচা খায়দবা অরাম্বা বা পঙই ইবসি থৌদোক অসিতা নত্তে। অতোপ্পা শাগেগী মরমদসু অরাম্বা কয়া খবরদা ইরকপা থেংনখি। হৌজিক ঐখোয়না শাউরুদুনা কৈদৌনি। ঐগী ইচা ইনাওনা সহুর, খুঙ্গংগী নহারোলনা চাদবা শাগী জাৎ লৈত্রে। মীওইবনা পৃথিবীদা লৈবা শা পুম্নমক চাখৎলকপদগী শাগী জাৎ পুম্নমক মুৎপা তারে। তুরেলদা হান্নগুম ঙা লৈত্রে। বরাক্তা ঙারেন (শার্ক) লৈরম্মী। হৌজিক লৈত্রে। নাগুবী (দলফিন) লৈরম্মী। হৌজিক লৈত্রে নাগালেগুদা উচেক পাইদ্রে হায়নৈ। অসুম্না পৃথিবীদা জীবনা হিংবদা মথৌ তাবা এনভাইরোলমেণ্টেল বেলেন্স মাঙবা তারে হায়দুনা ওর্গেনাইজেশন কয়া চোংথোরকলি, জীব প্রজাতি মুৎখিদনবা, ঙাক্নুনা থম্নবা। মখোয়না হোৎনবদগী ৱাইল্ড লাইফ সেংচুয়ারি লমদম কয়াদা লৈরিবা অসিনি।

পৃথিবীদা লৈরিবা জীব পুম্নমক অমনা অমগী মথৌ তায়। খুদম ওইনা, হঙোয়না কাঙ ফাদুনা চায় মদুনা কাঙ মশীং হেনগৎপা ঙমদে। লিম্না উচি চায়, হৌদোংনা উচি চায়। অদুনা উচিগী মশীং হেনগৎপা ঙমদে। কাঙনা মশীং হেল্লগা মী লৈবা ৱাই। উচি মশীং হেল্লগা ফৌ চেং মাঙ তাকই। হুইনা য়ুম শঙঙি, হুরাম্বা চঙবা ঙমদে। লঙজানা অশিবা অপুম্বা চায়। লঙজা লৈত্রবদি অপুম্বা মনমনা নুংশিত্তা মহীক শন্দোরকপা য়ায়।

শা চাবা মীগী মশাদা শাদুগী মনম চেল্লী হায়রি। ঐখোয়গী ইরক্তা কৈ চাবা মী লৈ। মখোয় উরগা কৈ চেল্লী হায়নৈ। অঙাং ওইরিঙেদা হায়নৈ কৈখোম থকখিবা মী কৈগুম্না শাওগল্লি। ব্লদ প্রেসার অনাবদা শাওগম্বা ফত্তে। হুই চাবা মী উরগা, হুই চেল্লী হায়। হুইনা মনমদা খঙঙি মসি হুই চাবা মীনি। মী নত্তবা জীব পুম্নমক মখোয়গী নেচারেল ফুড নত্তবা অতোপ্পা চীঞ্জাক চাবা উদ্রি। মতাং চারক্তবা মতমদা হিংবগীদমক্তা অতোপ্পা চীঞ্জাক চারমগদ্রা? তাইবং মীনা চাদবা শাগী জাৎতি লৈত্রে হায়বা য়ারে। হুই, য়েন, হামেঙ, শন, শামু, ইরোই, কৈ লমহুই, লিন, হঙোই, উচেক্কী জাৎ পুম্নমক, ঈশিংদা লৈবা ঙাগী জাৎ পুম্নমক, মীগা শাওং শক্তম মান্নবা য়োং, অসিনচিংবা তখত্তুনা চাবা হৌরকলে। ফুংগা ৱারীদা হিংচাবীনা পালি নাইনা চাখৎলকপগুম। হৌজিক্তি মীসু চারে হায়নৈ। লিম্না লিন চাবগুম।

তাদা রাজমোহন হুই লোইবা য়াম্না পামজে। মাগী হোবিনি। মানা হুই লূনা

তৌবা খূৎতৌ অসিদি পূকখম অমদা চাক পুন্না চামীন্নদ্রি অদুতনি। মানা চৎলু চৎলুবা মফমদা হুইনাও মচাবু উরবদি অমা হেক্তা পুগদগী হুইবুগা ঙাওনৈ। ময়ুমদা হুই লৈরবসু মানা পামজবা হুইনাও মচাবু থেংনরুরবদি অপাম্বা অমা পুরকই। মরূপ মপাঙশিংদা লোইয়ু হায়দুনা পী। নোংমদি তাদা থবক অমগী শিল্লোংদা চৎলি। শিল্লোং য়ৌরগা বসতগী কুমথৈ। খোঙনা মতেক খরা চৎলি। গাড়ীখানা হায়রিবা মফমদো য়ৌরকপদা থোঙ্গাল অমদা হুইনাও মচা খরা শানরম্বা উরে। তাদ চপ লেপ্তুনা য়েংঙি। কৈনা শা লুম্বগুম। মনাক্তা চংশিল্লী। নুপী অমা লৈবা উই। মনাক্তা অঙাং খরসু শান্নরম্মি। তাদনা নুপীদুদা হংঙি। হুইনাও মচাশিংদো কনাগীনো ঐ অমা লৌজরগে। নুপীদুনা খুম্মকই। "হুইনাও মচাশিংসে পীকলি হৌজিক পীখিরোই"। তাদগী নীংবা কায়রে। অদুবু হুইনাওমচা লৌবগী শিল্লোংদা লাকপদি নত্তে। শাওনীংবগা ইকায়বগা ফৎ লৈথোক্লুনা মানা চৎকদৌরিবা মফম তন্না লাকই। খরা চৎলগা হুইনাও মচা ফজখ্রবা অমা শানরম্বা উরে। অদু উবদা তাদা ঙসাই ইকাইবা নঙকপদু কাউখি। হুইনাও মচাদু পাম্বনা মনাক্তা চংশিন্দুনা োকমি নোকমি য়েংঙি। নুপী অমা মনাক্তা লেপ্লম্মী। তাদনা নুপীদুদা হংঙি। "ইবেমা, কনাগী হুইনাও মচানো, ওম্হোক্লা ফজখ্রেদা, ঐঙোন্দা পীরো ঐ পুজখ্রগে"। নুপীদুনা খুম্মকই, "অদোম্বু কনানো করম্বা শাগেগী মীনো"? তাদনা, ঐহাক গৌহাটীদগী লাকপনি, মণিপুরীনি হায়জে, নুংশিবীগদ্রা খন্দুনা। নুপীদো শাওনিংবা মাল্লি। খোন কল্লপ তৌনা হায়রকই। "পীরোই, নখোয়দা হুই পীরবদি পাপ পুগনি। চৎলো চৎলো হুইনাও মচা নখোয়দদি পীরোই"। তাদা ইকাইবনা মায়থোং মকশিনখি। খল্লকই মসিনা হায়রিবা অসিবু করিনো? ঐঙোন্দা হুইনাও মচা পীরগা করম্না পাপ পুগদৌরিবা? খূদক্তা তাদা ভাব খংতা তারকই। মণিপুরী হুই চায় হায়দুনা শোয়দনা ঙাংনরম্লগনি। মীতৈ নহারোলসু হৌজিক্তি হুই চারে। শোয়দনা, শিল্লোংদসু হুই হুরান্দুনা চারম্লগনি। শন অশিবা মনাক্তা লেপ্লুবদগী তাদা প্রায়চিৎ তৌবা তারে। তাদনা মঙকশমদগী লীক পুথোক্লুনা নুপীদুদা য়েংহল্লি। "সে সে ঐ হিন্দুনি। শা ঙা করিমত্তা চাদে। নিরামিশ চাবা মীনি, চিংনবীগনু"। তাদগী ঋাদো নুপীদুগী মনাকোংদা চংদবগুম নুপীদুনা খোন খরা য়াক্লা চৎপিরো মতম মাঙহম্বিরগনু হায়রকই। তাদা অমুক মখা তারমদনা মফমদুদগী থোক্লকই। চৎনা চৎনা ঋাখল তৌরম্মী, মচা অমগী হাক্তক্তা স্বর্গ কাই মচা অমগী হাক্তক্তা নোরোক তাই। ঐগী মতম ফত্তবনা ইকাইবা নংবা ওইরমগনি। ঐনা মীঙোন্দা অলাম্বা তৌখিদে হায়দুনা ঐগী য়েক্লবা লৈতে হায়বা য়াদে। মতম্না ফত্রবদি কদায়দা দোশা তারুনি তম্বা ঙমদে। ✿✿

# স্বর্গদা চৎপগী লম্বী

বৃটিশনা পালম্বা মতমদা ইংরাজ সাহেব অমনা অসুন্না হায়রম্মি হায়না ঙাংনবা তাহৌই। মীতৈ হায়বা মী কাংলুপ অসি নোংমা মাঙখিবা য়াই। আমেরিকাদা রেড ইণ্ডিয়ান মাঙশিল্লকপগুম। অমা অনী লৈহৌবদো চিড়িয়াখানাদা হায়বদি শায়োকশংদা থম্নবা য়াই। পৃথিবীগী মী ময়াম্না য়েঙনবা। হায়রিবা মওং অসিমক ওইদ্রবসু হাইফেৎ মান্নরকদবা মতৌ অমদি লাক্কদৌরবা চিংনৈ।

হান্নগী কাছাড় জিলা হায়বদি হৌজিক্কী বরাক ভেলীদা মীতৈ লাখ অমা মখায় হেন্না লৈ। ১৯৭৫ ইংরাজীদগী ঙসি ফাওবদা আসামগী এসেম্লিদা এম.এল.এ. অমত্তা থাগৎপা ঙমদ্রি। এন.সি.হিলচ দিষ্ট্রিক হায়বদি অৱাং কাছাড় জিলাদা ডিমাছা কাছাড়িগী মশীং লাখ অমা ফাদে। অদুবু ভারত স্বাধীন ফংবা মতুংদগী ঙসি ফাওবদা আসাম এসেম্লিদা এম.এল.এ. অনী অহুম লেপ্তুনা থাগৎলকই। আসামগী কেবিনেটতা মন্ত্রী অমদি শোয়দনা ফংঙি।

মীতৈগী মান্নদবসি, অমনা অমবু থান্নদবসি মহৌশাদগী লোইনরক্লবা লমচৎ শাজৎকী অহেন্বা লক্ষণ অমনি। পুন্নমক অচৌবা ওইনীংঙি। অমনা অমগী মৱা লৌদে। মী খুদিংমক লীডার ওইনীংঙি। মান্নবা ঙমদবা, তুংদা লাক্কদবা হান্না ৱাখল তৌবা ঙমদবা, মীয়ামগীদমক্তা মশাগী ওইজবা থাদোকপা ঙমদবা, মতম চানা মতাং চানা ৱারেপ লৌবা ঙমদবা, অসিগুম্বা মরম কয়াদগী অপুন্বা শক্তি পুরকপা ঙমদবনি হায়নীংঙি। অসি পুন্নমকসিগী মথক্তা ধর্মগী হায়বদি লাইনীং লম্বী মান্নদবগী ফেক্টর অমসু চাউনা লৈরি। পার্লিয়ামেণ্ট অমসুং এসেম্লি ইলেকশন মতমদা পৈশাগী লীচিং, লোন মান্নবগী লীচিং, ধর্ম মানবগী লীচিং, শাগৈ তিন্নবগী লীচিং, মসিগী মায়োক্তা লাম্বেংনদুনা মশীং লীকপা মণিপুরীনা কদাইদগী মায় পাকপা ঙমগনি। লোন খণ্ডদবগী সমস্যা অমা, পৈশাগী পাঙ্গল ৱাৎপা, লৌশিংদা চাংতাবা অসিগুম্বা (ডিফিসিট) পুথবা খরসু লৈরি।

মথক্তা পল্লিবা সমস্যা ময়ামসিগী মরক্তগী লাইনীং লম্বী মান্নদবগী

কোন্ড বার হায়বদি অরোম্বা লান অমসু সমাজ অসিদা ফুজিল্লকই। মসিগী লান অসিনা রাজনীতিদা চৈথেং পীবতা নত্তনা সমাজকী মনুংদসু লৈরক্ক চৎলি। পোঙখায় তাহল্লি। মশীং লীকপদা ধর্ম মশীং য়াম্না লৈবসি মীতৈ ওইরমগনি। মীতৈগী মনুংদা গৌড় ধর্ম (হিন্দু), মুসলিম, খৃষ্টিয়ান, অপোকপা (ফুনদ্রে অর মীতৈ মরূপ), হিন্দুগী মশা ধর্ম ইসকন, সৎসঙ্গ, ব্রহ্মাকুমারীনা চিংবদা অৱাৎপা লৈতে। মসিদা মা মাগী গ্রূপকী মশীং হেন্নবা কন্না হোৎনরি। মসিগী লানসিদা অশোম্বা (উইকনেস পোইন্ট) থিদুনা মদুদা লৌ থাদুনা মায় পাক্লবা হোৎনরি। লানসিদা খৃষ্টিয়ান্না খুমাঙ চাওশিনখ্রে। থবক ফংদবা নহারোলদা থবক পীশম্বা, লৈতা লাইরবদা শেনগী মতেং পীবা অফবা থবকনি। মীওইবগী সেবা তৌবনি। অদুবু মদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা ধর্ম ওহ্লোকপীবদি থম্মোয় শেংদবা মতলবকী (সেলফিস) ৱাখলনি। মসিদি ধর্ম শন্দোক্লবা হোৎনবনি। মসিনা তুংদা অকায়বা লাক্কনি কিবদগী তামিলনাডুগী মুখ্যমন্ত্রী শ্রীমতী জয়ললিতানা আইন শেমদুনা তামিলনাডুদা ধর্ম ওহ্লোকপা থিংখি। ধর্ম তিন্নদবদগী হান্না লৈরম্বা ভারত থুগায়দুনা ভারত পাকিস্তান বাংলাদেশ অহুম থোক্লা খায়দোকপা তাখিবনি। অপুম্বা সোভিয়েৎ রাশিয়া কায়খিবনি। অদুনা চিন লৈবাক্তা ধর্ম প্রচার তৌবা য়াদে, সরকারনা থিংঙি।

ধর্ম শন্দোক্লবগীদমক্তা আরব লৈবাক্কগী, খৃষ্টিয়ান লৈবাক্কগী শেন মরাং কায়না চাইথোরকই। চহী খরসিগী মনুংদা কাছাড়গী মীতৈ নহারোল ময়াম অমা খৃষ্টিয়ান ধর্মদা চংখ্রে হায়নরি। কাছাড়গী বনতারাপুর, লামারগ্রাম, চান্দপুর, লক্ষীপুর, ললাং অমদি জয়পুরনা চিংবা খুঙ্গংদা গির্জা (চার্চ) শারে হায়রি। চপ্থরকইবা প্রোগ্রামগী মওং মতৌনা তাকপদি কাছাড়দা লৈরিবা মীতৈ পুন্নমক খৃষ্টিয়ান ওলহম্বগী ৱানি। মসিনমুক মীতৈগী ইউনিটিদা কয়াম্না কায়রক্কদৌবা অপাবশিংনা খন্থদুনা য়েংবিউ। মীওই খরনা পৈশা পাম্মুবদগী ইংনো তপ্পা লৈজরম্বা ্খুঙ্গংদা য়েংথিনবা, য়েখায়নবা পুরক্লুনা খুল্লক্তা আনিনা মহা তারে হায়নরি। মীতৈ নহারোল অয়াম্বা খৃষ্টিয়ান চঙবা পাম্নরে। মরমদি খৃষ্টিয়ান ধর্মদা শা চাবা, য়ু থকপা কায়দে। মাংঙি শেংঙিগী ৱা লৈতে। মসিদি নহারোলগী পামজবা মওংনি।

মীতৈ হায়বসি ৱাখল থেল্লী হায়নৈ। মীতোপ্পা পঙঙিসু হায়। মসিগী প্রমানদি, হন্দক মণিপুরদা ঙমখৈ ঙাকপগী লাঞ্জাও মায়োক্লরিঙৈদা মণিপুরগী

নহারোলনা মণিপুর সরকারগী লাইব্রেরী মৈ থাদোকখি। মীতে ময়েক চৎহনবা (introduc) সরকারনা তৌদে অসিনি। সরকারসু শীংঙি হায়গদ্রা, পঙঙি হায়গদ্রা? নুংশিৎ মায়োক্তা লশীং কান্না হায়বদো হেক থোকই। মীতে ময়েক চৎনবা হৌরে। অদুনা চীংমী ময়ামগী মৈচাক্তা ঘি হৈজিন্ত্রে। অসিনি থবক অমা তৌবদা হান্না বাখল তৌহৌদবা। তুংদা করি লাক্কনি খন্নহৌদবা।

অদুঙৈ ভেলুর চৎপদা রেলগাড়ীদা মীতে নহারোল খরা থেংনরকই। মখোয় কেরেলাদা বাইবল তম্বা চৎপনি হায়। ইংরাজী নীংথিনা ঙাংবা ঙমদে। হিন্দিসু থোক্তে। নৌনা খৃষ্টিয়ান চংবনি। মখোয়গী অহল লমনদি গৌড় ধর্ম চথলি হায়। ঐনা হংঙি। নখোয়না খৃষ্টিয়ান চঙঙকপসি, অফবনি অহেম্বনি খন্দুনা চঙকপা নত্রা? মখোয়না খুম্মকই, হয় পাবুঙ। অদুদি হিন্দু ধর্মদগী খৃষ্টিয়ান ধর্মনা হেল্লি নত্রাও। হয় পাবুঙ, অমনা খুম্মকই। অফবনা করম্বনো, ফত্তবনা করম্বনো ময়েক শেংনা খঙবগীদমক্তা ধর্ম অনীমক হান্না মনুং হন্না (in depth) ষ্টাদি তৌবগী দরকারনি। ষ্টাদি তৌদনা মানবরা খেন্নবরা খঙবা ঙমদে। নখোয়বু হিন্দু ধর্মগী লাইরিক বেদ, উপনিষদ, গীতা, ভাগবৎ ষ্টাদি তৌরক্লবরা? অমনা খুম্মকই, তৌরক্তে। ঐনা মখা তাথে— অদুদি নখোয়গীসে মীনা হায়রগা থাজদুনা ব্লাইন্দদা চথরকপনি চুমব্রা? মখোয় তুমিন তুমিন লৈখি। রেল গাড়ী চেল্লী।

রেল গাড়ীদা মতম লেনবা বায়। "ইবুঙোশা মতম লেম্বা ওইনা ঐ বারী অমা লীগে, বারৌনরোইশিকো, ঐনা লেকচার হৌগৎলি"। কাছাড়দা খ্বাইদগী হান্না খৃষ্টিয়ান চংখিবা অহল অমগী বারীনি। অহলদু লাইরিক হৈবা মীনি। অহাম্বদা মহাক গৌড় ধর্ম থাদোক্লুনা অপোকপা (ফুনদ্রে/মীতে মরূপ) চংখি। চহী খরগী মতুংদা অপোকপা থাদোক্লুনা খৃষ্টিয়ান চংখি। নোংমা অতোপ্পা অহল অমনা মাঙোন্দা হংঙি। "কৈদৌরে ইবুঙো, হন্দক্তি খৃষ্টিয়ান ওল্লে হায়নে, হন্দক্কীসিদি নপুক্লীং তারবা"? খৃষ্টিয়ান ওল্লবা অহলদুনা খুম্মকই। অপোকপসু চাং য়েংঙে অহেম্বা করিমত্তা লৈরমদ্রে। খৃষ্ট ধর্মমুক চাং য়েংবনি অসিদসু করিমত্তা অনৌবা লৈরমদ্রে"। অহলদুনা অমুক্কা হংঙি। "অদুদি মথংদা কদোমদা ওনগে খল্লিবগে"। পাউখুম পীরক্তে!

খৃষ্টিয়ান চংবা নীপাদো অহল ওইরকলে। অহল ওইরক্লবদি মমাঙৈগী বা নীংশিংল্লগা নুংঙাইজে। হৌখিবা মতমগী মী উনরগা বারী শানীংঙি।

ফমিন্ননীংই। মাগী ময়াম্বশিং চহী মরীফু য়েরক্লবা অহল অমা মাগী হৌরকফম খুঙ্গং অমদা লৈবদো মরক মরক্তা নীংশিংলম্মী। মরক মরক্তা চৎলি ময়াম্বা উনবা। মাবু উরগা ময়াম্বনা কপ্পী। লূনা তৌই। অদুবু মাঙ্গোন কাহন্দে। মরমদি খৃষ্টিয়ানদি শা পুন্নমক চারমগনি অসিনি। অহলদো ঙৌখি থুনাম্বা তুকচ্চগম্বা মীনি। শুমাংদা মুরা থাদুনা ফমহল্লি। ৱারী শানৈ। নোংমদি ময়াম্বদো পয়া শীদুনা লৈরম্মি। মানা কৌই। "তাচৌ নমীৎসু ফত্তবা নঙনা কৈদৌনবা পয়া শীরিবা। কানদে সংসারগী মীহৌবা থাদোকও" ময়াম্বনা খুম্মকই। "শিদ্রিবা ফাওবদি মতম লেম্বগীদমক্তা কর্ম তৌবা তাইদনা"। অরোইবদা খৃষ্টিয়ান নীপাদুনা ময়াম্বদা হংঙি। "তাচৌ নঙবু স্বর্গদা চৎপগী লম্বী খঙলবরা"? অহলদুনা খুম্মকই; "খঙদ্রিনে ইবুঙো। অদু নঙদি খঙলবরা"?

খৃষ্টিয়ান - খঙঙেনে তাচৌ।

অহল - খঙঙবদি নঙ হৌজিক ফাওবা স্বর্গদা চৎত্রিবা করিগীনো? স্বর্গদা চৎনীংদবা কনা লৈবগে?

খৃষ্টিয়ান অহলদো তুমিন লৈখি। তাচৌ চৎলগেদি হায়রম্মি।



# লম্বী ৱারী

ইং শোক ২০০৪ ডিসেম্বরগী তাং ১০। মরূপ অমগা গৌহাটীদগী শিলচরদা চৎমিন্নে। মরূপকী মচা নীপা অমা ঐখোয়গা চৎলি। অয়ুক পূঙ তরুক মখায়দা বস ষ্টোপেজ অমদা রিপোর্টিংনি। দে সুপারদা চৎকদৌবনি। লম চৎকদৌবা লৈরবদি টেনশন অমা লৈগল্লি। অয়ুক ঙন্না হৌদবা য়াদে। মতম পূন্নমক্তা হান্না চত্তুনা বস ঙাইরুবনদি ফৈ। গাড়ীনা ঐবু ঙাইহিবিরোই। ঙন্না হৌগত্তুনা ঈরুজা মাইখে, পোৎ চৈ লোইশিন খোমজিন্দুনা পূঙ তরুক্কা মিনিট তরামঙাদা য়ুমদগী থোক্লকই। মখোয়গী থোঙ্গালদা লেপ্তুনা মরূপ্পু কৌই। “লোইরবা চৎলসিদনা”। মরূপকী নুপীনা খূম্নকই”। লেট্রিন্দা চঙখিবতা ঙাইরি তাদা চৎখৎলম্মো। গাড়ীনা হান্না থুংলরবদি ঙাইহাক্তং ঙাইহল্লম্মু”। কয়া নুংঙাইখ্রবা ৱানো, বসনা ঐখোয়বু কয়াম কুইনা ঙাইবিগনি। পূঙ তরুক্কা মিনিট কুন য়ৌরে। বস থাংফম য়ৌবদা মিনিট তরাদি চঙগনি। ঐগী মরূপতো খরা তপকল্লি, মোল্লি। থবক তৌবদি চেকশিল্লী মমুৎ তাই, মতমদি য়াম্না চঙহল্লি। চৎপা খূদিংগী মাবু ঙাইনবসি ঐগীসু হৈনবী অমা ওইরম্মি। মফি মরোন শেৎপদা শেৎপগা নাম্বগা খোৎপগা পূঙখায় অমরোম চঙখিবা খঙহৌদে। নোংমতা মানা হান্না লোইশিন্দুনা লৈরম্বা লৈতে।

মাবু ঙাইরগা চৎলবদি বস নাম্ছোকখিবা য়াই। ঐ হান্না য়ৌনবা চৎপনা ফনি খন্দুনা পরপ পরপ চৎখৎলি। মানা থেংলবসু ঙাইহাক্তং ঙাইহনগে। পূঙ তরুক্কা মিনিট নিফু য়ৌরে মাসু লাকপা উদে বসসু লাক্তে। ঙাইবদা, লাকপরা য়েংবদা মিৎ চোৎলে। ইচানীপানা ঐগী অরূম্বা এয়ার বেগতো য়ান্দুনা পুবীরকপনি। মানা হায়রকই। বাবা “বুঙো মাল্লি আদা লাকইবসি”। মানি বুঙোনি। মচানীপানা মাঙদা, তুংদা মপাসু লাকই। ঐ শোর মপী হোন্দোকই। বসতি থুংঙদ্রি। ভারতকী মফম পূন্নমক্তা থবক্কী পুঙফমদি ইদুনা থম্মি। থোঙজিন্দা থেত্তুনা থম্মি। থবক্তি অমত্তা মতম চানা তৌদে, ওইদে। ওফিস মতম চানা কানরক্তে মীতিন্দা মতম চানা লাক্তে। রেল গাড়ী চত্তে। বস থাদে। প্লেইন পাইদে। রেল গাড়ী অমনা করিগুম্বা টেকনিকেল মরমদগী লেট ওইখ্রবদি লম্বীদা মদুতা খামদুনা থম্নগা অতোপ্পা রেল গাড়ী পূন্নমকী

ক্রোশিং পী। থেঙথ্রবা ট্রেন অদুবু অমুক হেন্না থেঙহল্লী। করি উপায় লৈ থেঙথ্রবা মতম অদুবু মেক আপ তৌবগী। রেল বিভাগনা ঙসি ফাওবা মদুগীদমক খন্নবা লৈতে। মসিনা তাকপদি ঐখোয় চাওখৎকন্দবা ৱাৎলি। মতমগী মমল খঙদবা মী অমদি জাতিদো চাওখৎকন্দবা ৱাৎলি হায়নৈ। ইউরোপ আমেরিকানা চিংবা চাওখৎপা লমদা মী পূন্নমক মতমগী মমল খঙনা চৎলি হায়নৈ।

পূঙ তরেৎকা মিনিট কুন যৌরে। বস লাকপা উদে। ড্রাইভরদো তুম হৌবা থেংথ্রবরা। নত্রগা বস পূন্নমক থাখিবা লোইরগা অথেংবগী চিখা নাম্থাহৌবা পেসেঞ্জার খোমগদি ঙাইদুনা লৈরবা জাৎলা। কারবারগী ৱানি, বস মবুক থন্দ্রবদি কণ্ডাক্টরনা লম্বীদা মী থাঙ্গত্তুনা পৈশা ফংবদো মপুদা য়ৌরক্তবা য়াই। ট্রফিক য়াম ওইরবরা। গাড়ী বেরা তৌরবা। মওং মওং খল্লকই। বস লাকদবা মাইকৈ য়েংবদা ঙক নাই। খোইরাং খোইশাওনববা ময়ামদো নুংশাসোর হোন্দোকনৈ। ঙাইনবা হায়বসি অৱাবা মখল অমনি। কাইনথংদা বস লাকপা উরে। মহৈ মহৈ ফুক ফুক হৌগৎলি। ফুট বল শানবদা লোইরমদাইদা গোল চন্দুনা থোইবগুম হরাওনৈ।

আসাম সচিবালয় মমাংদা বস খাম্মি। তহ্া তহ্া পোৎচৈ থাঙ্গত্তুনা ঐখোয়গী সিট নম্বর য়েংদুনা ফম্মি। বস থারে। ৱা ঙাংনরম্বা লেপখি, গাড়ীবু থারবদি হায়নবা লৈতে তুমিন তুমিন লৈনখি। পূঙ তরেক্কা মিনিট নিফু মঙা তারে। টিকেত্তা ইবদি পূঙ তরেক্কা মিনিট মঙাদা সিদগী অমুক থাবগী ৱানি। ঐগী সিট নম্বর মাপন্নি। সিট নম্বর তরাদা অহল ওইরপ তৌবা নীপা অমা ফম্লম্মি। ঐগী য়েত্তা থংনেনা থোঙনাও মপান্দা। মখোঙ থম্ফমদা মাগী বেগ ময়ামদো থম্মি। মখোঙ থম্ফম লৈতদুনা ঐগী মাঙদা পৈরপ থম্মি। ঐগী খোঙ থম্ফমদা লানশিল্লকই মাগী খোঙদোন। ঐঙোন্দা য়াম্না ৱাইচিল্লি। ফম্বদা নুংঙাইফম খঙদে। লম্বীনগা শাংবনে নীপাদুদা শাউনীংলম্মি। মানা ৱা ঙাংলকপদা য়ু মনম নম্মকই। নুংঙাইতবনা তিন শীৎনীংই বস মনুংদা কদাইদা শীৎকনি। হৌগত্তুনা খিরিকী ৱাংদা কয়ারক শীৎকনি। নীপাদো য়ু থক্লকপা মাল্লি। গাড়ীগী থোঙনাও লোইনা লোনশিন্নে। সুয়েটারনা চিংবা অরূম্বা ফি ময়াম লীৎনৈ। থোঙনাওসু হাংদোক্লদে। অদুনা বস মনুংদা খরা শাগৎলকপগুম তৌই। নীপাদুসু অরূম্বা সুয়েটার লীৎলি। মাফলার য়েৎলি। টুপী উপ্পি। য়ু থকপনরা খঙদে মরাইবক্তা হুমাং কাবা উই। ডিসেম্বরগী তরৎ তরৎ চিংনা ইংবদুদা মিনারেল ৱাটারগী বুটল থাঙ্গত্তুনা ঈশিং গর গর থকচিল্লি। অসোমদা ঐখোয়না গাড়ী মনুংদা মপান থোক্লীংলককনি কিবদগী চা ফাওবা থক্তে। মশাদো

শাগৎপা মাল্লি মরক মরক্তা খিরকী হাংদোকই। নুংশিৎ অয়িংবা নোংলৈগুন্না শীথচিল্লকই। অমুক অনীরক ইচম চন্না হায়রম্মী। "খিরকী হাংদোকপিগনু"। অকোম্বদদি খোন থরা য়াক্লা হায়বা তাখি। শাওগে শাওজসনু ঐসু কহি অমা থোক্লকই। গাড়ী খাম্বা খূদিংগী মাসু হেক্তা কুমথখি। মপান থোকপা মাল্লি। মানা কাখৎ কুমথা তৌবদা ঐগী বেগতুদা কাওবদগী হায়বদি খোঙউপ্না থেংবদগী ঐগী বেগতো লৈখোম্না লোইরে। শাউনীংবনা প্রোক প্রোক চাকই। খরা শাউনা বা অমা অনীসু হায়রবনি। ইকাইবা খণ্ডে।

মমাঙৈদদি জুরাবাদ লাল্লগা নোংপুদা ঙাইহাক্তং ওইরবসু গাড়ী খাম্মি। মপান থোকনৈ। চা থকই। তন খা চানরম্মী। হৌজিক্তি খামদ্রে। হোটেল মপুশিংগা ড্রাইভরশিংগা মরী ফংনদ্রবা করিনো? ড্রাইভরনা গাড়ী খান্নবদি হোটেলগী পোৎ শীৎপা হেল্লী। অসিনি লাইন্দা লৈবা হোটেল মপুনা ড্রাইভরগা মরী থমলিবা। ঐগী নুংঙাইতবদো উরগা ঐগী মরূপ্না হায়রকই। "বুঙোগা সিট ওম্থোক্লরগেরা"। ঐনা খূম্মি "অঙাং নহানি লম্বীগী সিনরী য়েংনীংলমগনি ফমজসনু খিরকী মনাক্তা"। ঙসাই জুরাবাদ য়ৌদ্রিঙৈদো গণেশ মন্দির মনাক্তা গাড়ী ঙাইহাক লেপখিবদো কনামক্তনা হায়রুবা নত্তে। ড্রাইভরসু গণেশ বাবা খূরুম্মী, লম্বীদা শোয়দা ঙামদনবা। পেসেঞ্জার ময়ামসু থোঙনাও হাংদোক্লুনা পৈশা লংশিল্লী মন্দির মথক্তা। ঐসু পৈশা কৎলমসিরা খল্লি। পৈশা, লুপা, মী, জীবগী জগৎ, পৃথিবী অসিমক ঈশ্বরগীনি। মাঙোন্দা অমুক কৎপা হায়বা লৈবরা। পূন্নমক মাগীনি। অদুদি করিগী কৎনরিবনো? পূজারী হিংনবা মন্দিরগী ঙাকশেন্নদা চংবা শেনগী মতেং পীবগুম্বনি। মীয়াম্নদি ঈশ্বরদা কৎপনি খল্লি। ফৈ অদুসু। লম্বী মপান্দা মন্দির লৈরবদি মী য়াম্না চৎথোক চৎশিন তৌবনিনা শেন য়াম্না কৎলমগনি। মসিদা, পূজারীগী ব্রাখলদা কারবারগী হায়বদি শেন য়াম্না তাম্বগী মীৎয়েং অমা মনুংদা লৈবা মাল্লি। অদুনা মন্দির লাইশং অয়াম্বা লম্বী মপান্দা লৈগল্লি। তৌবগীদি হিরম পূন্নমক্তা কারবারগী ব্রাখল থমদবা য়াদে। ফৈ, লম্বী মপান্দা মন্দির লীংদুনা অচৎ অওক্তা ঈশ্বরবু নীংশিংহল্লিবদো। ঈশ্বরগী মিং পন্দুনা মীবু কিহল্লগা ব্রারকপা অফবা থবক্রী, কানৈ। মীনা মী ব্রারকপা ঙমদে। ঈশ্বর, পাপ পূন্য স্বর্গ নরক মী ব্রারকপগী অচৌবা উপায়নি।

লম্বীসু লোইবা নাইদে। গাড়ীসু ঙাইহাক লৈতনা লেপ্পী। মরক্তা উইথরুই। শাউনীংবা খরা ফৈ। থংনবা নীপাদুনা মরক মরক্তা ব্রা অমা অনী হংলকপসু

য়াওই। গাড়ী করিগী লেপ্পিবনো য়েংঙি। চেক গেট অমা লৈরম্মী। কণ্ডাক্টারনা গেটতা ফম্বা নীপাদুদা খুদুম তাশিন্দুনা পৈশা খরা পীরগা নোমহৌ নোমহৌ চেল্লকই। লম্বীদা গেটকী মশীং য়াম্মি। পুলিশকী গেট, ফরেষ্টকী গেট, একসাইজকী গেট, সেল টেক্সকী গেট। মসিগী মথক্তা খাসিয়া নহারোলনা মরক মরক্তা থৎলি। মখোয়গী ক্লাবকী, পিকনিক চাবগী, অদুগী অদাগী। ওহ্নোকপগী দেশনি। ঙম্মি হায়দুনা কাবু ফংঙি হায়দুনা মী ওৎপগী থবক্তা থবায় য়াম্না য়াওশিল্লকই। তালিবান কাংবুনা পাউমী ফাদুনা বলি তৌদুনা হাৎপগা চপ মান্নরে। গেট শংবা কাংবুদো গাড়ীদি চেক তৌদে। গেট লাম্বগী পৈশাদি পীরমদবা য়াদে। লেন্না পৈশা চাবদা ইকাইবা লৈত্রে, শিবা কিনদ্রেঃ নঙ শিগে শিজখো ঐ হিংহৌরগা লোইরে। পৈশানা মরুনি। ইকাইবনা পুক থন্নরা? অসিনি মতমগী চৎনবী। শেন পীজবা অমদি লৌবা হায়বসি য়াম্না ইকাইনরম্মি। হৌজিক্তি ফজনবী অমা ওইরে। নীঙোল থাজবদা বোর অদুবু থবক তৌই হায়, মপানগী শেন তাবরা হংনরে। লৈশাবীশিংনা মমীং ফাওনবা, পৈশা য়াম্না ফংনবা যিন্নুংগী হকচাং খায়বোক উথোক্নুনা টি.ভি. সিরিয়েলদা, সিনেমাদা, মোডেলিংদা লেন্না থোক্লকই। বরপানিদগী শিল্লোং টাউন য়ৌবদা কিলোমিটার মাপন শাংঙি। মতেকসিদা লম্বী য়াম্না ফজরম্মি। চীংদোন্দা উচান পাম্বী মরক্তা থেক্লা কোইনা চৎপা লম্বীনি। এসিয়াগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না ফজবা লম্বীনি হায়নে। মমাঙ্গেদদি মিনিট তরামঙাদা শিল্লোং টাউন লান্দুনা হেপী ভেলি অমদি লাইকোর য়ৌরম্মি। হৌজিক্তি মীশিংদগী গাড়ীনা হেল্লে হায়বা য়ারে। শিল্লোং টাউন মতেকসিদা ট্রাফিক য়াম ওইদুনা পূঙ অমরোম চংঙি। চহী নিফুরোমগী মমাংদা শিল্লোংদগী জোবাই তাবা, জোবাইদগী খেলেরিয়েট অমদি সোণাপুর য়ৌবা লম্বী মপান্দা মী থোইনা তারমদে। মরক মরক্তা য়ুম অমা অনী তরক তরক লম্বী মপান্দা কমলাগী বাগান, উচানগী বাগান। কমলা মুল্লকপা মতমদা য়েংবদা মফজা অমা ওইরম্মি। ওই য়েত্তা উচান পাম্বী পরেং শানা হৌই। মরক্তা পাকাগী লম্বীনা মুশিন মুনা থেক্লা কোইনা চৎলি। অহাংবা লৌবুক্তা লিন খারৌনা চেন্বগুম্বনি। লাপ্পা অতিয়া মচুগা মান্নবা চীংদোন চীংমায়না, পুক্লীং হুরম্মি।

শিল্লোংগী চীংমায়দা খা নোংচুপ্তগী অবাং নোংপোক পাংনা নুশিৎ অমা লেপ্তুনা শীথলি। উচান পাম্বীশিংদো পীকলিঙেদগী নুংশিৎকা মায়োক্লদুনা অবাং নোংপোক্তা পৈরপ হৌই। রাস লীলাগী গোপীশিংনা পোলোই শেৎলগা চেপ্তক

জগোয় শাবগুম প্রকৃতিগী পান্দম লৈত্রবা ফজবা দৃশ্য লৈরম্মী। মহৌশাগী দৃশ্যদো উখিদরে। লম্বী মপান্দা য়ুম, কয়লাগী মপৈ, গেরেজ, দুকান। কমলা অমদি উচানগী বাগান লৈতবা মফমদা য়েছাং-নাপিগী ইংখোল চাউনা কোইনরম্মি। আলু, ফুল কোবি, বাধা কোবি, খামেন অশীম্বি, মুলা য়েংবদা পেল্লী। হৌজিক্তি ইংখোল কোইবদা থবায় য়াওনদরে। য়োৎ পায়দুনা লৈবাক তৌরগা ইংখোল কোইবা অবাবা থবক্লি। হৌজিক কালগী নহারোল অবাবা শুনীংদ্রে। বাদনা পৈশা ফংবা, নোংমদা লাকপতি কোটিপতি ওইবা য়াবা অসিনি পান্নরকইবা। অদুনা কয়লাগী কারবার, হোটেল, দুকান, গেরেজ, চাক্রি, ঠিকাদার, দালাল, দুই নম্বরি ধাগুা অসোমদা লোইনা ফুজিন্নরকই। অদুনা চীং লমদা জুম উবিনবা মী লৈত্রে। তমদা লৌ উবিনবা মী ফংদ্রে। মেঘালয়গী অয়াম্বা মফমদা করিমগঞ্জ, হাইলাকান্দি অমদি বাংলাদেশকী বাঙ্গালী মুসলিম য়াম্না লৈবা উই। মীনা হায়নবদি নোংপোক ভারতকী চীংলম হায়বদি অরুণাচল, নাগালেণ্ড, মিজোরাম অমদি মণিপুরগী চীংলমদা অসুম্না কারবারী অমদি লেবার ক্লাশকী মী য়াম্না চণ্ডুনা লৈরে। চীংলমদা সরকারনা স্কোলারশিপনা চিংবা চাউখৎ থৌরাংগীদমক্তা পৈশা হৈথরি। পৈশা অয়াম্বদি লন্নাই খাওদা চংথ্রে হায়নৈ। মদুদগী পাথরকপা শেনথুম্না মরাং কায়বদগী অবাবা থবক শুন্নদ্রে। নহারোল য়াম্না মপান্দা লাইরিক তম্বা চৎলি। অফবা স্কুল কলেজতা সীট ফংবদসু রিজার্ভ কোটানা মতেং পী। মপান্দা চৎলগা কার তোংদুনা কলেজ তম্মী হায়না বারী তৌবা য়াওই। অসোমদনা থবক শুবিনবা মী লৈতবদগী মপান্দগী লাকপা মী নেক্তুনা শুহল্লী। মপানগী মীশিংদুগা অসুম কুইনা লৈমিন্নরকপদগী খঙনা চানবা হেল্লকই। নুংশিনরকই। অদুদগী চীংমী নীঙোল লৌদুনা মচা মশু লৈবা য়াম্না লৈরে হায়নৈ। খাসিয়া, মিজো অমদি নাগাশিংদি খৃষ্টিয়াম্না মেজরিটিনি। হৌজিক খাসিয়া মুসলিম, নাগা মুসলিম, মিজো মুসলিম ফম্না য়াম্না লৈরে হায়রি। মমা মরোল ঙাংবদুনা হেক খঙবা ঙমদবনি। ইদ নুমিত্তা খঙবা ঙম্মী হায়দুনা ফাগী তৌবা য়াওই। তুংদা করি ফিভম লাক্কনি ইতিহাসনা খঙঙি। মেঘালয়দা কয়লা য়াম্না লৈ। লম্বী মপান্দা কয়লাগী মপৈ পরেং শানা থম্মী। কয়লাগী কারবারদা শেন য়াম্না পায়নরে হায়নৈ। কয়লা চীংবা ট্রাকনা লম্বীদা য়াম্না য়েংথলি। লম্বীদা খোঙলৌবা হায়বদুনি। কদাইদগী অসুক য়াম্বা কয়লা লৈরম্লিবনো? জিওগ্রাফিকেল হিষ্টোরিনা হায়বদি মতম অমদা মেঘালয় সমদ্রু মপান্দা লৈরম্মি। হৌজিক্কী বাংলাদেশনা সমদ্রু

মনুংদা লৈরম্মি। অব্রাং অমদি নোংপোক ভারতকী তুরেল ময়ামগী ফোল্লিনা (অকুপ্পা লৈঙোয়) হাজিল্লক্কুনা ওইখিবা অনৌবা লমনি হায়রি। মেঘালয় মহা ভারতকী মতমদা অর্জুন্না বনবাস লাকপদা লৌরম্বা উলুপীগী লৈবাক্কি হায়রি। মখোয়গী সমাজদা নীপা থাজখি, নুপীনা য়ুম লেপহৌই। ইতিহাসকী পণ্ডিত কয়ানদি উলুপীগী দেশ মেঘালয় নত্তে, উরিষ্যাদনি হায়রি।

কয়লাগী ট্রাক ময়াম্না ট্রাফিক য়াম ওইব্দগী গাড়ী লেট ওইরে। মমাঙ্দদি জোৱাইদা গাড়ী খাল্লম্মি। হৌজিক জোৱাইদা গাড়ী খামদ্রে। মতুংদা খেলেরিয়েত নত্রগা সোণাপুরদা গাড়ী খামদুনা পোথাই। মাই মীৎ তাথোকই। চা থকই। চাক চাই। হৌজিক্তি হায়রিবা মফম অমত্তদসু খাম্বিদ্রে। জোৱাইদগী লাকপদা খেলেরিয়েত ফংদ্রিঙৈদা লাটুম্বাইদা দে সুপার নাইট সুপার পুন্নমক খাম্মি। চাক্কী হোটেল অচৌবা অমা লৈ। চহী নিফুমুক্কী মমাংদা লাটুম্বাইদা য়ুম তারমদে হায়বা য়াই। হৌজিক্তি সেন্টার অমা ওইরে। ড্রাইভরশিংগা হোটেল মপুগা মরী লৈ হায়নৈ। কাষ্টমার ময়াম পুশীল্লকপগী ড্রাইভরশিংদা চাক লেম্না পীজৈ। তোঙান্না থোংদুনা অহাওবতা পীজৈ হায়নৈ। করিশু কায়দে, হৌজিক্কী মতমদা মফম মতম নাইদ্রে, কারবারগী লালোং শীন্দবা য়াদে। পুঙ অনী তারে। চাক লাম্বনা মহৈ মহৈ হোটেল তন্না ফুজিল্লি। ফংহৌররোই মতাগুম টেবল অহাংবা য়েংদুনা চেনশিন্দুনা ফমনৈ। হুইনা ফাওবা চারোইদবা চাক য়েঙ্গাংদো তকশিন্নখিবা খঙহৌদে। ঐদি ওঙ্গোক্না বানা য়োৎথৈ চখোম খরা হুক্রগা ঈশিংনা থন্নবা থকচিল্লী। মীনা চানবা চাকপু খজিক্তুং মরৈ মুন্না লূনা নাম্না; মচন চানা থোংবদা শেন্দোং ৱাৎকদবসু লৈতবনি। ওঙ্গোকপগী দেশনি ভারত ওঙ্গোকপগী মীনি। লাইরবদা পৎ তৎপা ইনাক খুন্বদা মপা লৈতবা, মোৎপদা খম থেংবা। চা-থকপা লোইনরে উবদা ড্রাইভর গাড়ীদা কাখৎখি। ষ্টার্ট তৌই। হোর্ন খোংঙি, ময়ামবু গাড়ীদা কাখৎলো হায়বগী ইঙ্গিৎনি। থওইদবা খরদি চাবা লোইরমদ্রি। লোইনরকপা ৱা খঙবা খরনা তংকৌ কৌই। বস অসিবু মখোয়না রিজার্ভ তৌদুনা পুরকপদৌনা য়াম্না লেম্না ইঙনা তপ্না থোক্লকই। বস মনুংদা ঐখোয়না খোইরাং খোইশাওনা ঙাইরি। মৌ থিম্বা চৎপদা ঙাইনবগী ৱাবদো নীংশিংলম্মী।

বস থারে। খরা চৎলগা কয়লা চিংবা ট্রাকনা মরক মরক্তা থৎলকপা। নহারোল ক্লাবকী শেনখায় লৌবগী খাম্বদা, মরোল অমা। কৈথেলগী পোৎ হোম্বা জীপ অতেকপা থৌবা খাসিয়া লমহেম্বশিংগী উশীত্তবা গাড়ী খুৎথৌ,

লম্বীদা খামনীংবা মফমদা ফৈগাক ফৈনা খামজিন্বা, কনানা কৈদৌজরদগে। অসিগুম্বা অপন্বা ময়ামসিনা বস মতম চানা শিলচর য়ৌবগী আশা লৈতে। কনাদা করি হায়গনি। হৌজিক মতমসিদা কনাগী মবা কনানা ইম্বগে। ফৈ ফত্তে হায়দুনা নুমিৎ খুদিংগী খবরগী চেদা ইনরকইবা। অদুবু কনাসু নাচুংদে। ভারত মচাশিংগী খ্বাইদগী ফত্তবা নেচারদি বাখল থেম্বা অসিনি। ঐনা অসুম্না তৌরুরগা মীগী করি অকায়বা খুদোং চাদবা ওইগনি খল্লদবা অসিনি। গাড়ী থেঙনা থুংলুরবদি পেসেঞ্জার ময়াম্না মযুম য়ৌবদা কয়াম বাগদৌবা। অনকপগীদি ফৈ, লৌবাই খুঙ্গং য়ৌগদৌবশিংগী বাবতা নত্তনা খুদোং থীনিঙাই লৈ। রিক্সা, অটোরিক্সানা ভাড়া হেন্না লৌই। ছুটিদা লাকপা সিপাই মচাশিংদি শেনথুম লোইনরকই। মযুম য়ৌনীংবদগী মতম কায়না খুঙ্গং য়ৌনবা লাকপদা লম্বীদা শেন মুলহৌবা, হাতোকপিরম্বগী বারী কয়া তাখি। অদুনা লাইন বস কনেকশং ফংহৌদবা, মতম থেঙজিনত্রবদি কনাগুম্বনা হোটেলদা অহীং লেকপা তাবনি। হিথুংলমদাইদা হিরাকপাগুম্বনি। মরম চাদনা লম্বীদা অপন্বা পীরকপদগী খুদোং চাদবা কয়া মায়োক্লবা য়াই। অসিনি, লমদম অসিগী মীবু নোংচুপ পৃথিবীগী মীনা সিভিক সেনস বাংলি হায়দুনা ঐখোয়বু নোক্লরিবা। ব্রাদি ইণ্ডিয়ান হায়নসু চৈরিবা। ধর্ম তত্ত্ব অমদি নীতি জ্ঞানগী মরমদা থাক বাংবা বা ঙাংঙি। অদুগা সহরগী লম্বী ময়াইদা মতীন শীৎপা, ক্বা চারগা কোতাং ওথোকপা। চেকপলদা শুনু তৈশন্বা। খোংবান্দা অমোৎপা ময়োম লংশিন্বা। লম্বী মপান্দা চেজেৎ লংথোকপা। মী য়াম্না তিন্বা মফমদা লম্বী ময়াইদা লেপ্তুনা বারী শাবা। অসিদি থাদোকপা ঙমদ্রি। মতমগা লোইননা বাখল অমদি শাজৎ ওহোকপা ঙমদ্রি।

অসুম বাখল তৌরিঙৈদা খেলেরিয়েট লাহোরকই। মমাংঙৈদদি খেলেরিয়েটতা বস লেপ্লী। চাক চানরম্মী। সোনাপুর য়ৌরকই। মতম অমদা শিলচরদগী থারকপা বস পূন্নমক সোনাপুরদা খাম্মি। বাঙ্গালী হোটেল খরা লৈরম্মি। চাক য়েঞ্জাং ফৈ। মফমসিদা হৌজিক্তি বস খামদ্রে। হোটেলশিংদো বানা হিংদুনা লৈবা মাল্লি। মতমদুদা সোনাপুরদা থোং লৈরমদে। খেবা লৈরম্মি। হিজাওদা লাল্লম্মি মীসু গাড়ীগা পূন্না। সোনাপুর থোঙ লাম্বগা খাসি জয়ন্তীয়া চীংগী নোংচুপ থংবা চীংচেপ্তা লম্বী চেহ্নরি। মফম খরদগী বাংলাদেশ উব্বা ফংঙি। খরা চৎলগা চাকা পামসার ওইরে। গাড়ী লেপ্লী। পেসেঞ্জার ময়াম কমুথে। লাকমিনবশিং অমা অনী পুন পূন্না লেপমিম্নে ফম্মিম্নে। বান্নী শানৈ মতম লেম্বা

ওইনা। ড্রাইভার হেণ্ডিমেন্না চাকা শীন্নবা হোৎনরি। ঐসু মতম লেন্বা ওইনা নুংপাক অমদা ফমদুনা নোংচুপ মাইকৈদা বাংলাদেশ য়েংলম্মি। লৈচিল নোংফাইনা ময়েক শেংদ্রবা বাংলাদেশকী তু খোং পাৎ খুঙ্গং চীংথক্তগী লাপ্না উরি। ময়েক শেংদ্রবসু দৃশ্য অদুনা পুক্লীংদা নুংঙাইবা ফাওরকই। কবিগী কল্পনাগুম ৰাখলদা ঈপোম হৌরম্মি। মতম অমদা ভারতকী মনুংদা লৈরম্বা লৈবাকনি। ভারত উপ মহাদেশতা ইসলাম ধর্ম শন্দোক্রমদ্রবদি ঙসিসু বাংলাদেশ ঐখোয়গা পূন্না লৈরমগদবনি। বাঙ্গালী হিন্দু বাঙ্গালী মুসলিম শাগে জাৎ লোন অমত্তনি। ধর্ম তিন্নদবতনি। ধর্মনা মরম ওইদুনা ঈ নাই তানবা, মচীন মনাও কায়নবা, লৈবাক তংখায় তাবা, মরৈবাক থাদোক্তুনা চেন্বা, মচন মচা মুলহৌবা, শাগে ঙাতে হাৎনবা, লাইশং মৈ থাবা। মসিবু ধর্মনা তৌহল্লিবরা, ধর্মনা ইনশল্লিবরা? নত্তনা মীনা তৌরিবরা। ধর্মনা ইনশিন্বা ওইরবদি, মদুবু করম্বা ধর্মনো। ধর্মদি মীওইবগী সমাজকী ফননবা শেম্বনি, শীন্বনি। পৃথিবীদা ধর্ম অমত্তা লৈত্রিঙৈদসু মীওইবগী সমাজ হিংদুনা লৈরম্মি। মীওইবগী সমাজ পুল্সিবু হান্না লৈরম্বা অদুদগী হেন্না ফ্ননবা অফবা লম্বীদা পুরক্লবগীদমক্তা মগুন লৈরবা মীওই কয়ানা পুথোক্রম্বা হায়বদি তাকপীরম্বা পাউতাক ময়াম পুনশিল্লগা ধর্ম অমমম ওইখিবনি। লাইবক থিবদি ফননবা পুথোক্রম্বা ধর্মদু ফত্তবা থবক্তা শীজিন্নরকপা অসিনি। হৌজিকসু ধর্মগী লূচীংবাশিংনা ধর্মগী মনুংদা লৈরিবা মীয়াম্বু ফত্তবা লম্বীদা চৎখিদনবা, ধর্মবু অরান্বা লম্বীদা শীজিন্নদনবা হোৎনগে হায়দ্রি। ধর্ম শন্দোক্লবতা হোৎনৈ। মীচং য়াম্মগা অতোপ্পা ধর্মগী মীগা ফুনা চৈনবদা ঙম্মগা লোইরে খল্লি।

১৯৫০/৫১ ইংরাজীগী য়াওশং ঙকয়াদা ঐহাক পাবগা হাইলাকান্দিদা মতম খরনিগী লৈরম্মি। লানজেন্বা হায়দুনি। রাইওতকী মতমদা হাইলাকান্দি সহরদা উখিবা দৃশ্যদো মীত্তা উরকই। বাংলাদেশতগী চেল্লকপা বাঙ্গালী হিন্দু রিফিউজি কেম্প মফম কয়াদা লৈরম্মি। চাবা থকপা অমদি লৈবা মওং চাদবা, মরৈবাক ময়ুম থাদোক্তুনা লাকপগী নুংঙাইতবা, মচা নীঙোল মুলহৌবা মাঙহৌবা, মৈচাক কয়ানা রিফিউজি কেম্পদা অনায়েক য়াম্না কল্লম্মী। এপিডেমিক হায়বদুনি। অদুদগী ঙসি অমা হয়েং অমা মী শিবগী লেপ্পা লৈখিদে। শ্মশান্দা হায়বদি পোৎলোইফমদা মৈ মুৎখিদে। অশিবগী পরেং লেংখি। মৈখূনা অতিয়া মম্মি।

ইরাং খরা নেমথরে হায়নৈ। ঐসু শিলচরদা হল্লকই। খরনি লৈরগা কাছাড়দসু রাইওত হৌরকই। নুমিদাং মফম কয়াদা য়ুম মৈ থাবা হৌরকই।

বাউরি হায়রিবা লমদম অসি মুলসিম য়াম্না লৈবা মফমনি। নুমিদাং খূদিংগী মাইকে পুন্নমক্তগী কোইশিন্দুনা য়ুম মৈ থাবা হৌরকই। মী পুন্নমক থুকৎনৈ। অহীং তুম্নদে। হিন্দুনা মুসলিমগী, মুসলিমনা হিন্দুগী য়ুম মৈ থারবা য়াই। বাউরি কায়রে, মী পুন্নমক ময়ুম থাদোক্লুনা চেন্নরে হায়নরকই। ঐখোয় খুলগী নোংপোক থংবদা পাক্লবা লৌবুক অমা লৈরম্মি। লৌবুক ময়াইদা খোঙনা লম্বী শম্না চৎপগী খুনাম তারম্মী। নোঙাম্বদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা ময়ুম থাদোক্লুনা চেন্নকপা মুসলিম ময়াম লৌবুক ময়াইদুদা পংরেং শানা চৎলি। বাংলাদেশতা হায়বদি পাকিস্তানদা চৎলনি হায়দুনা ককচেং চৎপগুম লাকই। মীতে খূলগী অহলশিংনা ঐখোয় অঙাংশিংবু মপান থোকখিনু তম্বা ঙমদে হায়দুনা থোঙ্গাল ফাওবা চথোকপা পীরমদে। ঐখোয়না লোম্না উথক্তা কাখত্তুনা য়েংঙি ময়াম পরেং শানা চৎপদো। মখোয় পাকিস্তানদা চৎলিবনি হায়নৈ। চৎপা ঙমদবা অহল ওইবাশিংদুবু ফান অপাকপদা ফমহল্লগা ফানখোঙ মরীদা থৌরিনা কিরগা লম অনীরোম শাংবা বা অমদা য়াম্বহল্লগা অকম্বা নীপা অনীনা মরেংবান্দা থাঙ্গৎতুনা পুই। নুপী মশা বাইশংদবসু লোঙউপ্তা ফমহল্লগা থৌরিনা বাদা য়াম্বহল্লগা নীপা অনীনা মরেংবান্দা থাঙ্গৎতুনা পুই। লম্মখাঙদা অঙাং উনবসু য়াওই। য়াম্না খুদোং থীবা য়েঙহৈদবা দৃশ্যনি। করিনো তৌব্লিবসি খল্লম্মি। ধর্ম অমদি রাজনীতিগী কুম্মৈনি হায়বা খঙলমদে মতমদুদা।

ঐখোয় খূলগা থংনবা বাঙ্গালী মুসলিম খুল অমা হৌজিকসু লৈরি। মখোয়গা ঐখোয় খুলগী মীতে মচা অহল নহা পুন্নমক্লা লূনা তৌনৈ। খৎনো চৈনবা লৈরমদে। ঐখোয় পাবগা মরূপ শানবা মৌলবী অমসু লৈরম্মি। মখোঙ নামা শেকই। ময়াম্না অনজাই মুল্লা হায়রগা খঙনরম্মি। নাবা য়েকপদা ঈশিং শোল্লগা পী। মাগী মন্ত্র শোম্বা ঈশিং থক্লগা অনাবা ফবা য়াওই। ঐখোয়না মখোয়বু চিংনরমদে। মখোয়নসু মীতে খুলগী মীবু চিংনবা মীৎয়েংনা য়েঙলমদে। মপান্দগী লাকপা মীনা মৈ চুরদ্রা হায়দুনা নুংশা থিনরম্মী। অহীং তুম্নদে। অহলশিংনা য়ুম শঙই। নুপী অঙাংশিংনা নুমিদাং মাগুপ্তা পুন্না লৈ। অহলশিংনা নুমিদাং থাঙ তেন লাঠি পায়দুনা য়ুম শঙনরম্মি। নুমিদাং খূদিংগী মাইকে মাইকেদগী লাউবা তাই আল্লাহু আকবর। নোংমদি নুমিদাং ঐখোয় পাবগী মরূপ অনজায় মূল্লাগা মাগী য়ুমথংনবা অহল খরা লাকই। শঙ্গোয়দা ফান থাদুনা ফমহল্লি। অনজায় মূল্লানা হায়, "ইতাও ঐখোয় হয়েং চৎলগে হায়দুনা লেপ্নরে। ময়াম

চৎনরিঙেসিদা চৎহৌবনা ফনি। য়ুম তালা চাবি পালমগে। শন ইরোই হামেং থাদোক্লমগে, নখোয় খরা য়েংথোকপীউ। ইরাং অসি নেমথরবদি ঐখোয় অমুক হল্লক্কনি"। পাবসু মথৱাই নুংঙাইতনা অনজায় মুল্লাদা য়েংদুনা লৈ। য়াম্না তপ্না পাবনা খুন্নকই। মরূপ ইরাংসি শোয়দনা নেমথরক্কনি। হয়েং চৎকনি হায়বদো চৎলো। য়ুম-কৈ শন ইরোই লৈহৌবদো ঐখোয়না ঙম্বমখে য়েংগনি। নশা হান্না হিংনবা হোৎনৌ। লৈবাক্কী ইরাংনি ঐখোয়না ঙাকপা ঙমলোই। ৱা মখা তারমদে মখোয় তুমিন তুমিন হৌগত্তুনা চৎখি।

চহী য়াঙখে হেল্লবা মতমগী ৱানি অয়াম্বনা কাউনথ্রবা থৌদোকনি। ধর্ম অমদি রাজনীতিগী মৈ চুশল্লগা খরনা প্রধান মন্ত্রী খরমনা প্রেসিডেণ্ট, অচৌবা ফমনাইবা ওইদুনা ইতিহাসতা মমীং লৈহৌরে। মখোয়বু লৈবাক্কী মপী মপা (father of nation) ওইদুনা ময়াম্না থাগত্তুনা অমর ওইদুনা লৈরি। মী লীশীং লখা কয়াগী অৱা মৈচাক্তি মখোয়গী দাহীদগী নঙখিবনি। লাইবক থিবদি লৈবাক খাইদোকপগী মৈদি মতম কুইনা মুৎপা ঙমদদুনা লৈরম্মী। নংখিবা অৱাবা হৌজিক ফাওবা কোকপা ঙম্নদ্রি। মরৈবাক ময়ুম থাদোক্লুনা ৱানা পুন্সি লেম্বা হৌজিকসু লৈরি। চহী খরগী মমাংদা বাংলাদেশকী ইলেকশন মতমদা বেগম খালিদা জিয়াগী পার্টিনা ভোট ঙমখি। মৌলবাদীনা মতেং পীদুনা ঙমখিবনি হায়নৈ। মাইনরিটি অয়াম্বনা শেখ হাসিনাবু সাপোর্ট তৌখিবনি হায়দুনা ভোট মতুংদা মৌলবাদীশিংনা লূচীংদুনা মাইনরিটিবু য়াম্না ওৎ লৈবগী পাউগী চেদা তত্তনা থেংনখি। হিন্দু বাঙ্গালী কয়া ময়ুম মকৈ থাদোক্তুনা নোংচুপ বাংলাদা হায়বদি রেষ্ট বেঙ্গলদা চেল্লকই। চেল্লকপদা লম্বীদা বাংলাদেশ বোর্ডর ফোর্সনসু য়াম্না থিনা ওৎ নৈবগী খবর চেদা ইরকপা থেঙনখি। নুপী মচা অমদি বাংলাদেশ বোর্ডার লান্দুনা চেল্লকপদা ভারতকী বোর্ডর সেক্যুরিটি ফোর্সকী সিপাইনা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎপগী তাহৈদবা পাউ অমসু তাখি। কৈ থেংনদুনা চেল্লকপদা শওম ওক্লবগুম। অসিনি ঈশ্বরগী মচা অথোইবা জীবগী অথোইবা কুম্মৈ। কলিকতাগী হিন্দু বাঙ্গালীশিংনা ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাঙবা তাখিদে। সি.পি.এম.দি জাৎ ধর্ম খায়দে। মুসলিম ভোট মাঙ্গনি কিবদগী। জ্যোতি বসু সাহেবকী চহী কুনমঙা সি.এম. ওইনীংবগী রেকোর্ড মাঙ্গনি।

বসকী ইঞ্জিন ঙংবা তাই। ময়াম গাড়ীদা কাখৎপা উই। ঐনা ৱাখলদা উংদুনা লৈরম্মী। ঙাইহাক্তং লাকমিন্নবগী নুংশিবা অমদি লৈ। ঐগা থংননা

ফমিন্নবা নীপা অদুনা কৌরকই। বস থারে। সন্ধ্যা মমলি মমলি তৌরকপা মতমনি। লম্বীদা বারকপনা হকচাং চোকথরম্মি। উইথরম্মি। নুমিদাং পূঙ নিপান হেন্লে। শিলচর টাউন য়ৌবদা ঐগী মরূপতো মচা নীপাগা শিলচর য়ৌরমদাই রামনগর হাইথফমদা কুমথহৌই। পূঙ নিপান মিনিট তরামঙাদা বস ষ্টেগুদা থুংঙি। নিংথম থানি সহরগী লম্বীদা মী তাকই। দুকান অয়াম্বা থোঙ লোনখ্রে। মরম মোকপা বানা শেন তানবা মী খরদি দুকান হাংঙি। অটো রিক্সো অমা অনী লৈবা উই। য়ুমদা অঙাংশিং লৈরমগনি, অচাপোৎ খরা লৈখিগে খন্দুনা দুকান অমদা প্রপ প্রপ চংঙি। ঐনা তহা তহা তৌবদো উরগা দুকানদারদুনা হায়রকই। "ঙল্লিদা চিন্তা তৌগনু অথেংবগী অটোসু অদুম ফংগনি"। ঐনা হংঙি দুকান পূঙ কয়া ফাওবদি হাংগনি। মানা খুম্মকই, "পূঙ মাপন ফাওবদি ঐ দুকান থিংদে, লুপা তরাতা হেন্না য়োল্লবসু কান্নেদনা। অয়ুক্তি পূঙ তরুক্তা হাংঙি"। ঐনা মখা অমুক তাথে, অদুদি নঙনা খ্বাইদগী ঙন্না হাংবা ওইরমগনি।

ইদোমতা খল্লকই, মসিদনি ঐনা কমিউনিজম পামদ্রিবসি। অমনা অবাবা থিদনা শেন তান্নবা হোৎনবা। ইনাক কৈরাক খুন্নবা চাদ থক্তনা খাঙদুনা নোমজবা চৎচ়বা। অমনা কতন, নুংঙাইবতা পাম্বা, অবাবা থবক শুনীংদবা। অনী অসিগী মরন মথুম চাং মান্নবা য়াবরা? মী পুন্নমক অমত্তা মান্নদে। মী অমগা মী অমগা পোকপদগী মান্নরক্তে। কনামনা ঙোই কনামনা মুই, হৈ-শিংঙি পংঙি, মশক ফজে, মশক থি, মশা শোল্লি মশা কল্লী, মরম মোকই, মরম মোক্তে, বাংঙি নেম্মী। অসুন্না খেন্নরকপসি মহৌশাদগী লাকপনি। মসিগী মহৈ ওইনা মী মীদুগী পোজিশন খেন্নরকই। নমফুদা মান্নহনগে শীল্লুরবদি ওন্না তৈনবা মহৈ লাক্কনি।

অচা পোৎ লৈবা লোইরে। খূদকসিদা অটো অমা ইনাক্তা থৌজল্লকই। মমল ঙাংনরিঙেদা অটো ড্রাইভার অমা চেনশিল্লকই। "দাদা অটো ষ্টেন্দা লাইন্দা লৈতবা অটোদা করিগী চৎকদৌরিবনো? লাও লাও ঐগী অটোনা থিনগনি। ঐনা হংঙি ভাড়াদি কয়ানো? লুপা মরফু হায়রকই। দাদা নুমিদাং পূঙ মাপন তারক্কদৌরে। থেংলবনিনা ভাড়া খরা হেনগনি। মানা হেন্নবা হোৎনৈ, ঐনা তানবা হোৎনৈ। অসিনি পুন্সি। নোঙাম্বদগী নুমিৎ তাবা, পোকপদগী শিবা ফাওবা ঐনা খরা হেন্না লৌহৌরগা ঐনা হেলহৌরগা নুংঙাইজবা তাইবং। ফরে ফরে চৎলসি। পোয়োম থাঙ্গথলি। অটোদা কাখৎলি।



# নীংতম্বা

ভারত নীংতম্বগী লান্দা লৈবাক অসিগী মীওই কয়ানা মথৱাই থাখি, মপুঙ্সি কথোকখি। ফাসিগী থৌরিদা য়ানখি। পুঙ্সি চুপ্পা লম্মাংনখি। লুচীংবা অয়াম্বনা য়েক্লবগী খুত্তগী নাহ্নোক্তুনা নাথৈনদুনা হিংহৌই। খুদম ওইনা মহাত্মা গান্ধী, জহরলাল নেহেরু, জিন্না অতে অতে। মীওই কয়ানা মথৱাই কথোক্লগা স্বাধীন ওইরবা, তুংদা মখোয়না নিংথৌ ফম ফংখি। লৈবাকী মীয়াম্না শোন্নরি। অদুদগী লংজানা অশিবা মুন্নদুনা চাবগুম লৈবাকী লনথুম মুন্নদুনা চারি। লাইরবনা অদুম লাইররি। ইনাক খুম্বনা অমুক হেন্না ইনাক খুল্লি। হৌজিক্তি ইকাই নাইদবনা পুক থল্লে। রাজনীতিবালা অয়াম্বনা ইকাইবা খগুলকল্লে। ইকাইদবগী যুগনি। মীনা ঙাংনরবসু, থীনা চৈরবসু তাহৌ খগুহৌদবগুম থৌশাদে, নাচুংদে। ঙাংনীংবতা ঙাংজৌ ঐখোয়সু ঐখোয়গী থোকপা তৌগদবা অদুম তৌগনি, অসিনি।

হৌজিক নোংপোক ভারত্তা নহারোলনা নীংতম্বগী লান চখরি পাল্লিবা সরকারগী মায়োক্তা। মসিদা প্রজানা কয়াম ৱানা খাগুলি। মচা মগু মরী মতা কয়া শিবা য়াওরে। লালহৌবনসু ওৎলি। শেল পীউ, অদু তৌ অদা তৌ। সরকারগী সিপাই পুলিশনসু ওৎপীরি। অরাম্বদি নাহ্নোক্তুনা চেনখ্রে, লাঞ্জদবনা চৈ চারি। উচি হৌদোং হাৎপা হোৎনবদা ইমুং মনুং কাং খুং চাইরে। চফু ইৱান, থুমোক তাইরুক কায়রে তোইরে। অদুবু হৌজিক লৈরিবা লালহৌবশিংগী শক্তি, অমরোমদনা সরকারগী মপাঙ্গল য়েংলুরগা মণিপুর খগুদে আসাম খগুদে নীংতম্বা ফংগনি হায়বসি মগুদা মাংগ্রা তাম্বগুম্বনি। থৌনাইদবনা থোইদিং পোৎ অমা হৈদোক্লগা খুন্দুনা শানবনি। তৌবগীদি লালহৌবশিংসু খগুদবা নত্তে। থবক ফংদবা যুগ অসিদা লায়না শেন তাম্বগী ফজবা লম্বী অমদি ওইরি। শিবগী খোঙফমদি লৈ। অদুবু শিবা কিরদি করম্না হিংগনি? No risk no gain।.

নোংমা নুমিদাং ৱাইরম আয়ুর্বেদিক হিদাক খরা লৈগে খন্দুনা দিশপুরগী গণেশগুরি বজারদা চৎলি। অতেক আতা শম্বা মীতে মাইবা কৃষ্ণকুমারনা

পীরকপা প্রেসক্রিশন্নি। আয়ুর্বেদিক হিদাক য়োনফম দুকান মচা মগুদা ফংবা হিদাক নত্তে। অচৌবা দুকান অমদা চৎকে খল্লি চৎনা চৎনা। গণেশগুরি ফ্লাই ওভারগী মখাদা লমলোং মরি ফাংবা লাল্লগা অম্বরিস হোটেলগী মপা লাম্হোক্লগা খোংথাং কুনপ্রারোম পল্টন বজাররোমদা চৎখৎলগা অচৌবা দুকান অমদি লৈ। মদু তম্না চৎলি। ফুট পাথতা মী য়াম্না চিল্লী, লেংথৈনবা ৱাই। থেংগায়নবা য়াওই। নুপী নহাদা থেংলুরবদি দোশা তাবা য়াই, মমীৎনা চাথোক্কদৌবগুম খানা য়েঙলক্কনি। চিন্দুনা তৌরিবনিকা হায়বদা তাবিরোই। তৌবগীদি থেংনীংবা অমা য়াওনা থেংজিন্বা য়াওবননি। মদুননি খঙহৌদনা থেংলুবদা ইকাইবা নংনেরিবা। চিনখ্রবা লম্বী ময়াইদুদা লেপ্তুনা নীঙাইদনা ৱারী শানবসু য়াওরকই। মদুদা লম্বী থৎচিন্নবদগী থুনা চৎনীংবা মীদি মথৱাই প্রোক প্রোক চাকই। চৈরম্বসু য়াওই। ৱারী শুরিবা কাংবুদি মদুদা থৌ শাদে।

থোংখোঙ্গী মখাদা লম্বী মরি ফাংবদা পুলিশ সি.আর.পি. ময়াম চোলপ চোলপ লেপ্পী। নোংমৈ পাই। মখুত্তা টৌর্চ অশাংবা অমসু পাইবা উই। অরাকপা গাড়ী মটর সাইকেল থৎলি চেক তৌরি। নহারোল লালহৌবনা বম পুবরা য়েংঙি। হাইফেৎ য়েংলম্লগা প্রপ প্রপ চৎখৎলি। অম্বরিস হোটেল লাম্হোক্লগা হিদাক্কী দুকান য়ৌরে। দুকান্দারদুদা প্রেসক্রিপশন্দো পীশিল্লি। মসিগী হিদাকসে ফংগদ্রা"? নীপাদুনা প্রেসক্রিশন্দু মখুৎনা পাইখৎপতা ঙাইরি কদোমদনো থং লাউনা পোখায়বগী মখোল অমা তাই। মী পুম্নমক মমিৎ মনা ইথক থক্লা কোইয়েং য়েংনৈ। কদোমদনা হৌজিক্কীদুবু! দুকান ফম্বা নীপাদো হিদাক পীগেসু হায়দে। প্রেসক্রিপশন অদুসু মখুত্তগী থাদোকতে। ঐঙোন্দসু পীগে হায়দে। ইফিং ফিংগৎলদুনা দুকান থোঙ লোনগদগী তৌই। ঐনা প্রেসক্রিপশন্দু মখুত্তগী শৎ লৌশিলহৌই। লাউনরকই বমনি, গ্রেনেডনি! ময়াম মাইকৈ খঙদনা চেম্নখি। দুকান খরদি খূদক্তা থোঙ থিংজিনখ্রে। ঐনা লেপলিবা দুকানসিদগী ফুট য়াংখৈরোম লাপ্পা অম্বরিস হোটেলগী থোঙ্গাল মপা ওইনা উই, ফ্লাই ওভার মখাদা ঐনা ঙসাই লাকখিবা থোংখাদুদা নীপা অমা ফ্রং ফ্রং চোংঙি। "ওমা! ওমা! মোই মোরিলু! মোই মোরিলু"! ও ইমা ঐ শিব্রে হায়না লাউরিবনি। মনাক্তা সাইকেল অমসু লোঙনা তাদুনা লৈ। নীপা অমসু লম্বী মপান্দুদা তাদুনা লৈবা উই, খরা খরদি লেঙবগুম তৌই। মক্কমদু থাউমৈসু ঙাম্বা ৱাথলি। মী কনামগুনা চেনশিন্দুনা মতেং পাংগে হায়ব্রি। শোকইবা

মীশিংদুগী অৱাবা ফিভমদু উবদা নুংঙাইমন্দদুনা ঐবু চংশিন্দুনা মতেং পাংশিরা খল্লকই। চৎকে হায়দুনা হেক তৌবদা দুকান্দারদু ভাব তাই। "দাদা চৎখিনু ঙাইখো"। ঐবু খাম্মি। "মখোয়সে বম পুদুনা লাকপদা লম্বীদা মিসফায়ার ওইরবা জাৎলা খঙদে। অতৈসু পোখায়রকপা য়াই"। ঐ চপ লেপ্পী। করিনো পুলিসসু অমত্তা লাকপা উদে। পুলিস সি.আর.পি. ময়াম লৈহৌবদো মফমসিদগী ফুট চাম্মা ফাওবা লাপ্পা নত্তে, ঐনা ইদোমতা চীন্দগী হায়দোকখি। নীপা অমনা খুম্মকই। মখোয় হৌজিক লাকখিরোই। "হোরেন ইংথরগা তপ্না লাক্কনি, মসি মখোয়গী হৌনবীনি। শিবা কিদবা কন্না য়াওই। শিরবদি মরন্নাইনি। ময়ুমদা মতু মচা লৈহৌবশিংদো কন্নানা য়েংবিহৌগনি। অচুম্বা বানি। মসিদা থৌনা ফবা উত্তুনা অহেম্বা করিশু কাননিঙাই লৈতে। মথৱাই খুবাক্তা হাপ্তুনা থৌনা ফরুবদা করিগুম্বা মায় পাক্লবদি সরকারনা থাগৎপিগনি, লুপা লীশিং অমা অনীগী মনা পীগনি। অদুগী দমক্তা কন্নানা শিফমদা চোংশিনগনি। খুদক্তা প্রোমোশন অমা পীবিরবদি, অচৌবা মশক নাইবা মনা পীবিরগদি মশাগী থবক্তা থৱায় য়াওগদবনি।

মী অমা অনী চেনশিনখিবা উই। অমনা হায়রকই ফ্লাই ওভার মথক্তগী গ্রেনেড লংথরম্বনি। ওস্থোকপনিদা ঐনা মিৎকুপ খরদং চোস্থনা লাক্রুম্বা তারবদি গ্রেনেড অদু শোয়দনা ঐগী ইথক্তা তারমগনি। দোশা থৈখিবনি, ঈশ্বরগী কৃপানি। মসিদনি পুন্সি তম্বা ঙমদে হায়নরিবসি। ঐগী ঙ্গান্না লাম্বা ফংদে, করিনো নহারোল লালহৌবশিংনা তৌরিবা অসিবু? মখোয়না লান শোক্লরিবসি কন্নাগনো? পাল্লিবা সরকারগী মায়োক্তনি। অদুবু সরকারগদি শোক্লবা ঙমদ্রদুনা করিশু খঙজদ্রবা, নিতিগী থবক শুরুরগা চাজরিবা মীচম প্রজাগী মথক্তা বম লংশিন্দুনা অৱাবা তাহল্লগা নুংঙাইরিবা, তৌবা ঙম্মি থৌনা উৎলিবা। মসিদি মকোক খরা শোয়রবা মীগী থবক্নি। মরম চাদবা লালোংনি। লৈবাক ইরাং হৌহল্লগা সরকারগী মাঙদা পেন্নরিবা। অসিগুম্বা লান্দাসিনা মখোয়গী মঙদা উরিবা লৈবাক নীংতম্বা পুরকপা ঙমগদ্রা? মীরৈবাক্না তোশিন তৌদুনা লৈবাক ইরাং হৌহন্দুনা থমগদগী শীল্লিবরা? নত্তনা মখোয়গী তৌবা ঙম্বা হিংচা য়াইতম্বগী তৌঙম্বা উত্তুনা কিহল্লগা মীচম প্রজাদগী শেল খোমদুনা নুংঙাইবা পুন্সিগী মহাও তংগদগী হোৎনরিবরা? অদুঙৈ পাঞ্জাবকী খালসা লালহৌবশিংনা ওৎনৈবা হেঞ্জিল্লকপদগী প্রজানা শাওরক্নুনা সরকারগী মাইকৈদা লেপখি।

প্রজাগা সরকারগা খুৎশন্নদুনা ফংঙু ফংঙুবা মফমদা থালসা লালহৌবা তুমনা হাত্তোকখি। পাঞ্জাব পুঙইং ইংথখি। মওং মওং খল্লকই। কানদে মসিদা কোক শাদুনা। হিদাক হান্না থিরুখিগে। রাজগড়দা লৈবা কৃষ্ণকুমারগী হিদাক য়োনফমদা লৈরমগনি। খঙনা চানবা মী অনী চেনশিনখিবা উই। দৃশ্যদু উরগা তু চুংই। অদুঙৈ বজারদা বম অচৌবা অমা পোখায়খিবদো। মী ময়াম পুংচাই চাইনা তাবদো। মতং মতং তৎপদো। মখোঙনা অমদা মখূৎনা অমদা। অমোৎপা শেংবা কাংবুনা বোরাদা খোমজিন্দুনা পুলিসকী গাড়ীদা ময়োম মথং মথং হাপকৎখিবদো মিত্তা উরকই। পুলিস লাকপা মতম য়ৌরে। হৌজিক চঙলুরবদি পুলিসকী লাংদা থুরুবা য়াই। কান্নদে চৎলগে। মায় লৈথোক্তুনা লাকই ভাঙ্গাগড় তম্না। থবাইদি নুংঙাইতে শোকলিবা মীশিংদুগী। বস তোংগদবসু কি বসতা বম পোকখায়রক্লবদি। অদুবু কি হায়দুনা চত্তবদি য়াদে। বস অমদা কাখৎলি।



# নুপীগী অধিকার

ফেব্রুবারীগী তাং ২২ ইং শোক ২০০৪ সন্ধ্যাবাইরম। গৌহাটীগী গণেশগুরি বস থাংফমদা মী য়াম্না তিল্লম্মী। সহরগী লৈরক্তা নত্রগা লম্বীদা করিগুম্বা থৌদোক অমা থোক্রবদি মীনা ওমশিল্লি খোই পাইশিল্লকপগুম। কৈথেল মনাক্তা লৈবা বস থাংফমনি। মতম পুন্নমক্তা মী য়াম্না তিল্লি। বস থাংফমগী হেক মনাক্তা লৈবা 'কর ভবন'গী থোঙ্গালদা করিগুম্বা থৌদোক অমা থোকপা মাল্লি, মী তরামুক কোইশিন্দুনা য়েংনরম্মি। পৈশা খাও চল্লা ফারগা ফুরিবরা? বসতগী ওন্থবা য়াওরবা? খঙনীংবনা প্রপ প্রপ চংশিল্লি।

ঐনা চিংনরম্বা থৌদোক অমত্তসু ওইরমদ্রে। নহা ওইরপ তৌবা নীপা অমনা য়াম্না শাউনা চৈরম্মী নুপী অমদা। মনা পাইহল্লগা অমুক ফম অমুক হৌগৎ তৌহল্লম্মি। মৌ নহাদো ময়ামগী মমাংদা ইকাইবনা শিনীংলমগনি। মমীত্তগী মপি তরং তরং শিন্থখি। কপ্পনা নুপীগী অরোইবা পাম্বেনি। মাগী গতি লৈজদ্রবা ফিভমদো উরগা ঐনা কয়াম নুংঙাইরমদে হায়বদো ফোংদোরূবা বায়েক থিবা ফংদে। নহানি, চহী কুনথ্রামঙা খরা হেলম্বসু য়াই। পুলৈ কুচুনি। পারপ তৌই, বাংঙি। চাউই মরেংবান্দা য়াল্লিবা ভেনিটি বেগটো। মনা পাইদুনা অমুক ফম্মী অমুক হৌগৎলি। কপ্পী কপ্পী লেপ্পী। নীপাদুনা মাগী মকোক্তগী টুপী লৌথোক্তুনা নুপীদুগী লুখমদা অনীরক কল্লী। য়াম্না থীনা চৈবী। "নঙগী নয়ুম পাঞ্জাবারীদা নত্রা। থুনা নয়ুমদা চৎলু। মৌ অদো কপ্পী, মপি তৈথোকই। খুদকসিদা ঐনা নীপাদুদা হংঙি। "করি তৌরে ইবুঙো"? নীপাদুনা খুম্মকই, "ওক্তবী লমচৎ নাইদবীনি"। অতৈ মখা তারক্তে। মীৎকুপ খরগী মনুংদা মী নিফু য়াঙখৈ হেন্না তিল্লম্মী। ঐনা ময়ামদা হায়জে, "করিগু নত্তে ময়াম চৎপিরো মা মাগী থবক্তা"। নুপী অসুদু মীয়াম মরক্তগী শৎ নাম্থোক্তুনা চৎখি। বস অমদা কাখৎখি। ঐনা মরূপকী মখুৎ পাইদুনা কৈথেল্লোমদা চৎলসি হায়রম্মী। নুপী অদুগী মতৌদো মীৎতা অদুম উদুনা লৈরম্মি। বজারদা পোৎ চৈ লৈরিঙৈদা নীংশিংলমদে। য়ুমদা হল্লকই। অদুদগী নীংশিংবা হৌরকই। নুপীদুগী গতি

লৈজরবা, ইকাইবগী খম থেংলবা, কপ্তুনা খাঙলম্বা মতৌদো কাউবা ঙমদে। নুপী ওইবীনা সমাজ অসিদা কয়াম্না বানা লৈ, ঐগী পুক্নীংদা নৈনবা হৌরকই।

ঐগী মরূপনা বজার চৎমিন্নবদা হায়খি। হন্দক সরকারনা ওক্তবীশিংগী লৈফম থুগাইবিরে। অদুনা মখোয়সি লম্বীদা চাদুনা লৈবনি কাষ্টমার লুমদুনা। ঐনা খল্লকই হৈনরুবা শীন্নি হেক থাদোকপা ঙম্বরা? হিংদবদি য়াদে। মখোয়সু হিংনবা হোৎনজবনি। হিংবগী অধিকার লৈ। মখোয়গীদমক্তা অফবা লম্বী অমা সমাজনা শীন্নিবরা? সরকারনা খন্নীবরা? মসিদা খন্ননিঙাই বা য়ান্না লৈ। খরনি মমাংদা মীনা ঙাংনবা তাখি। গণেশগুরি বস থাংফমদা ওক্তবীশিং লৈবনি। কনাগুম্বনা মথৌ তারগা মটর সাইকেল নত্রগা কার লৈবনা কারদা হাপকৎতুনা পুনখি। ঐ থাজরমদে। নোংমদি ঐখোয়গী কোল লীক ফেঙবা পার্ট টাইম থবক গুবা নুপী অদুনা বারী তৌই। নোংমাইজিং নুমিৎ অমা থবক লোইরগা খরা থেংনা ময়ুমদা হম্বদা মাবু ওক্তবীনি খন্দুনা নীপা অমনা মনাক্তা কার থৌজিল্লকই। অদুগা মাগী কারদা কাখৎলকউ ময়ুমদা থিন্বীরমগে হায়দুনা কৌই। মানা কিমনখিদুনা মখোঙ থাংবা ঙমখিদে হায়। "ঐগী য়ুম অসিদনি, নকই", হায়ম্মগা খোঙথাং কন্না ময়ুম য়ৌনবা চেনচৎ চৎলি হায়"।

করম্বা থৌদোক্তগী হিংবগীদমক্তা ওক্তবী অমনা লম্বীসিদা লাকখিবনো? খন্ননিঙাইনি, কনানা খঙগনি করিদগী করি ওইরক্কনি মীওইবগী পুন্সি। ওক্তবীনি হায়দুনা সমাজনা হন্থবা মীথয়েংদা য়েংঙি। অদুবু ওক্তবীগী মফমদা চৎলিবা নীপাদি ওক্তবা নত্রা? মখোয়বুদি কনামক্তনা থীনা ঙাংনদে। সভ্য সমাজতা অসিগুম্বা অমোৎপা কারবার লৈরিবা অসিগী নীপাদি দায়ী নত্রা? অসুন্না শেন তাল্লগা হিংনবা হোৎনরিবা নুপীশিংদো মশানা পামজদুনা লাকইবরা? করিগুম্বা নাহোকপা য়াদ্রবা থৌদোক্লা মরম ওইদুনা লম্বীসিদা লাকখিবরা? নক্তনা মাবু নম হাদুনা ওক্তবী ওইহনখিবরা?

নীপানা নুপী লোম্বদি য়াই। নুপীনা নুপা লোম্বদি য়াদে। করিগী য়াদ্রিবনো, করিগী পাম্নদ্রিবনো অসিগুম্বা বাহং অনৌবা মতমগী নুপীশিংনা হংবা হৌরক্রে। মহাভারতকী দ্রৌপদিনা নীপা মঙা লোনখি। হৌজিকসু হিমালয়গী হাইথরকপা ভারতকী চীংলম অমদা য়ুম অমদা নুপীনা নীপা লোম্বা চৎনরি। ইতিহাসনা লাম্বা ফংদবা মতমদা মীওইবনা জঙ্গল অমদি গোহাদা লৈরম্মি হায়রি। ফি শেৎলমদে। কাংলুপ অমমম পুন্না লৈরম্মি। খ্বাইদগী হেন্না মপাঙ্গল কম্বা লূচিংবা

নীপা অমগী মখা পোন্না। নুপী অমনা নীপা কয়াগা হকচাংগী মরী লৈনরম্মি। শা ঙাগী পুন্সিদা হৌজিকসু লৈরি মওং অসিগুম্না। মতাংসিদা গ্রীক দার্শনিক প্লেটোগী 'কমিউনিজম ওফ ৱাইফ' নীংশিংহল্লি। চাওখৎলকপগী হায়বদি সিভিলাইজ ওইরকপগী মতুং ইন্না ময়াম পুন্না লৈবা পান্নরক্তে। নীপানা মা মাগী তোঙান্বা লন্নাই য়ুম লীঙবা পান্নরকপদগী য়ুম লৈকাই খুঙ্গং তাবা হৌরকই। তাইবং মী অমদি জীব জগত্তা নীপানা খুদুম চম্বসি হৌরকপদগী লৈরক্লবনি। মসি মহৌশাদগী নীপা নুপীগী খেন্নরকপদগী ওইরকপনি। ইংরাজীদা মসিবু মেল দোমিনেন্স হায়নৈ। প্রকৃতিনা নীপাদা মপাঙ্গল, মকচ্ছি, থৌনা লিংজেল হেন্না পীরকই। করিগুম্বদা খেন্নবা অমা অনী লৈতবা নত্তে। খুদম ওইনা ঝাঁসিগী রানী। অদুবু, লীশীং লাক্কাদা অমা অনীনা পান্দম ওইবা য়াদে। খেন্নবগী খুদম ওইনা টেক্নিকেল ডিফিকাল্টি অমসু পম্বা য়াই। নুপী লৈশাবী অমনা অহীং অথেংবদা মদোমতা চৎপা ঙমদে। ঙন্নবসু চৎপা পীরোই, খুদোং থীবা মায়োক্লবা য়াই। ইজৎ মাঙ্গনি।

নীপানা নুপী লোম্বদি য়ারগা নুপীনা নীপা লোম্বা করিগী য়ারোই। ৱাহং অসিগী পাউখুম পীবা অরাইবা ৱাফম নত্তে। তাইবং মী নীপাগী হকচাংদা মরূ হুন্নগা নুপীগী পুকনুংদা মীগী শক্তম লৌরকপনি। নুপী লোল্লবসু মরূ অমত্তদগী হৌরকপনা ইমুং অমদা অতোপ্পা মীগী মরূ অমদি ঈ য়াল্লকপা ঙমদে। শাগেদো ঈ শেংনা লৈগনি। অমরোমদনা নুপীনা য়ুম লিংদুনা নীপা লোল্লবদি ইমুং অমদা মরূ তিন্নদবা, ঈ তিন্নরক্তবনা শাগে ময়েক শেংবা ঙমলোই। ইমুং মনুংদা পুকচেল লিংজেল মান্নদবগী সমস্যা হেন্না লাকপা য়াই। অসিগুম্বা ৱাখলদগী নুপীনা নীপা লোম্বা চৎনরক্তবনি। অদুবু হিমালয়দগী হাইথরকপা চীংলমগী মফম খরদা নুপীনা নীপা লোম্বসি চৎনরি হায়রি মহাভারত্তা দ্রৌপদীনা লৈরম্বা মওংদা।

মহৌশাদগী নীপা নুপী অনীগী মরক্তা খেন্নবা লৈরবসু মী অমা ওইনা ইমুং অমদি সমাজতা হিংদুনা লৈবদা, অধিকারগী মতাংদা খেন্নফম য়াম্না লৈরোইদবনি। সভ্যতানা হৌরকপদগী হিংবগী লম্বীদা অৱাবা পোৎলুম খায়বোক হেন্না পুবীরক্লবা নুপীশিংনা মতু পোন্না হিংজরি। মতম অমদা তাইবং মী উমংদা লৈরিঙৈ শা-ঙাগুম লৈরকই হায়নরি। শা অমোম্বী, উচেক অমোম্বীনা মচা চাউনবা য়োকই। মচীঙ্গাক হল্লি। মচা শোক্তনবা শঙঙি। লাবাশিংনা থৌ শাদে। উমং ৱামংদা ফি শেত্তবা পুন্সিদা লৈরিঙৈদা তাইবং নুপীসু অদুম্না ৱাজরক্লবনি। অয়াম্বা

মতমদা নোংশা অমোম্বীনা শা তাল্লগা নোংশা লাবনা ফমদুনা চাই। অমোম্বীনা মচা চাউনবা হোৎনবদা নোংশা লাবদুবু হান্নগুম থৌ শাবিদে। অদুগী, নোংশা লাবনা মচা হাতোকই। অদুনা মমানা নোংশা, মচাদো, লাবনা উদনবা লোত্তুনা থম্মি। অসিনি জীব জগত্তা নীপাদগী নুপীনা বাবা হেল্লিবা। অদুনা ধর্ম শাস্ত্রনা হায়রি, নহালমুক্কী মপোক্তা অফবা কর্ম তৌরকপা অদুদগী খরা ফবা বাৎপা অসিনা মরম ওইদুনা জীবনা মথংগী মপোক্তা নীপা অমদি নুপী ওইনা পোকপনি। লৌবাই খুঙ্গংগী পুন্সিদা হৌজিকসু অয়াম্বা নুপী মকু মনেমগী অমসুং মপুরোইবগী মখা পোন্না লৈ। মনীং মখা তম্বা ঙমদে। মেডিকেল অমদি ইঞ্জিনিয়ারিং কলেজতা নৌনা চঙকপা ছাত্রদা অরিবা ছাত্রশিংনা রেগীং তৌবগুম মনেম্না মমৌ ওৎ নৈবগী বারী হৌজিকসু তাবা ফংঙি। নোঙ ঙাম্বদগী নীপানা নীপাগী থবক, নুপীনা নুপীগী থবক শুবদা নুমিৎ তাখিবা খঙনদে। নুমিৎ তাথ্রবদি থবক লোইশিন্নে। নীপানা পোখাদুনা লৈ। লৈকাই কোই। নুপীদি পোখাবা ফংদে। চাক ঈশিং হোৎনৈ। নীপানা চাবা লোইরগা মাগী হীপ্পবগীদমক্তা নুপীনা ফমুং লোইশিল্বি, কাংখন খম্বীরম্মি। নুপীনা চাক তোক্লগা লুখাক শেংঙি কোন ফেংঙি। তুমগে চংজরকপদা ঙন্না তুমখিবা অঙাংদো হৌরক্লুনা নীঙাই তৌরক্লবদি অহীং তুমশিৎ ফাদে। ফমুংদা ময়ুঙ হান্বসি অঙাংশিংগী অনাবা অমনি। নীংথম থাদা মমাশিংনা নুংঙাইনা তুমজবা ফংদে। মরাইবক থিরবী কনাগুম্বীগীনা মচাগী নিঙাই ফত্তবা লাক্লগদ্রা, মবা ওক্তবা য়ুঙাও জুবারীনা নৈববু খাঙগদ্রা। মচা কায়নবা ঙমদবদগী শিবা ঙাইদুনা পাম্বা য়াউরি। নৌনা লুখ্রা ওইহৌবদুনা লাইরবা ইমুংদা থোক্লবদি মীগী ফৌশু চেংশুদুনা, লৌবুক্তা খূলং চত্তুনা হিংনবা হোৎনবদা অবাবগী সমদ্রদা ঈরাকনৈ।

আধুনিক সভ্যতা লাকপদগী সমাজ চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না নুপী লাইরিক হৈরে। সরকারগী থবক তৌরে। মশাগী মখোংদা লেপচবা ঙম্মে। মীঙোন্দা তাংবগী দরকার লৈত্রে। নীপাগী বাখল পুক্নীংদসু অওম্বা লাকই। নুপী প্রধান মন্ত্রী ওইরে। প্রেসিডেন্ট ওইরে। অচৌবা লান্মী ওইনা থবক তৌরে। এরোপ্লেন থৌরে। রকেটতা পাইরে। নীপানা খুদুম চন্দুনা লৈবা য়াদ্রে। নুপীনা খোংগ্রাও শেৎলে। শম তেন্না কথৎলে। নীপানা মশম শাংনা থাক্লরে। নীপানা নুপী শাদুনা খোঙগ্রাও শেত্তুনা চৎপা পান্নরকই।

হৌরকপদগী জীব জগত্তা নীপানা খুদুম চন্দুনা Male dominance চৎনবিনা চুশীনখ্রবা বাখলদি হেক থাদোকপা ঙমদ্রি। নুপী মচাশিংবু ইজৎ

লৌথোক্লগা হাতোকপীবা পাউ চেদা তোয়না থেংনরি। অচৌবা হোটেলদা লেকপা লাকপা নীপাশিংগী নুংঙাইনবা নুপীমচা, লৈশাবী থম্মি। পৃথিবীগী মফম কয়াদগী লাইরবা ইমুংগী নুপী মচা লোন্না ফাদুনা পুরক্লগা, নত্রগা নমথাক তৌদুনা পুরক্লগা ইনাক খুন্বা ইমুংদা, নত্রগা হোটেলদা য়োম্বগী কারবার চাওনা লৈরি। অসুন্না নীপানা হৌজিকসু নুপীবু মীৎকুপ খরগী নুংঙাইনবা পোৎ অমদি ললোন পোৎ অমগুম্না শীজিন্নরি। মী অমা ওইবগী মনীং মখা তম্বগী খুদোং চাবা নুপীশিংনা হৌজিকসু ফংদ্রি হায়বা য়ারি। অচৌবা মন্দির অমদি তীর্থদা থাইনদগী নুপী দেবদাসী থম্বগী চৎনবী অমা লৈরম্মি। দেবদাসীময়ুম পান্বা য়াদে। ঈশ্বরগী সেবা তৌদুনা খ্রীষ্টিয়ানগী নান থম্বগুম লৈরম্মি। মন্দিরগী থবক য়াওশিন্বা, লাইমাঙদা জগোয় শাবা মখোয়গী মথৌনি। মসিদসু তাহৈদ্রবা ৱাথোক কয়া থোকই। পূজারী অমদি সন্ন্যাসীশিংনা নুংঙাইনবা শীজিন্নবগী থৌদোক ৱাথোক মরাং কায়না লৈ।

আসামদা সংস্কৃতিগা মরী লৈনবা মীতিন্দা বড়ো নুপীনা মখোয়গী ফনেক শেত্তবা য়াদে (ফিজিনা মরৈ তম্বা ফনেক ফিজেৎ)। তেখাও নুপীনা মখোয়গী ফনেক 'মেখেলা' শেত্তবা য়াদে। মণিপুরীগীসু নুপীনা ফনেক শেত্রবদি তাথিবা মীৎয়েংনা য়েংঙি। নোক্লে, ঙাংনৈ। জাতিগী সংস্কৃতি অমদি পরম্পরা ঙাকপগীদমক্তা নুপীশিংগী মথক্তা নহারোলশিংগী অকন্বা চৈরাকনি। অদুবু সংস্কৃতিগা মরী লৈনবা মীতিন্দা নীপাদি শেৎনীংবা ফি শেত্তুনা লাকপদি ৱায়ান্নদে। নীপাদি করিগী খোঙগ্রাও শেত্তুনা লাকপা য়ারিবা। সংস্কৃতি ঙাকপগী দায় নুপীতনা পুগদ্রা। নীপাগীদি লৈত্রবরা? মুসলিম নহারোলশিংনা মরু ওইনা তালিবান মৌলবাদিশিংনা মুসলিম নুপীনা মপান থোক্লকপদা বুর্খা উপত্রবদি য়াম্না থিনা ঙাংনৈ। মমায়দা এসিদ চাইশিন্দুনা অৱাবা কয়া নংহল্লি। বুর্খা উপ্পগী চৎনবী অসি করিদগী হৌরকপনো। নীপানা মীগী নুপী মশক ফজবী, মীগী মচা নিঙোল মশক মতৌ ফজবী উরগা মীহৌ কারামদুনা মিতারক্কনি। নম হাদুনা ইজৎ লৌখিনি, মুনখিনি। অসিগুম্বা ৱাখল অমদি মরম লৈবদগী বুর্খা চৎনরকপা ওইরমগনি। অদু ওইরবদি নীপানা ফত্তবদগী নুপীগী অধিকার (ফ্রি মোভমেন্ট) মাঙলকপনি হায়নীংঙি।

পয়গম্বর মোহম্মদনা নুপী তরানিথোই লোল্লম্মি। মতমদুদা লান্দা নীপা য়াম্না শিখিবদগী নীপা তাঙঙি নুপী হোংলম্মী। নুপীশিংগী সোসিয়েল প্রটেকশন

পীবনা মরু ওইনা নীপানা নুপী ময়াম লোম্বনি হায়রি। ভগবান কৃষ্ণনা গোপী লীশিং কয়াগা প্রেম লীলা শান্নরম্মি হায়রি। মোগল নিংথৌনা বেগম হায়বদি মহারানী লোল্লম্মি। মদুগী মথক্তা হারেমদা মাগী অহেন্বা (এক্সত্রা) নুপী চান্নী চামঙা থম্লম্মী। মদু পুন্দা ঙা য়োকপগুম থম্বনি। মরক মরক্তা মহাও য়েংনবগী। মতৌ অসুন্না ইতিহাসনা লাম্বা ফংদ্রবা মতমদগী হৌজিক ফাওবা নুপীবু অচাপোৎগুন্না শীজিন্নরি।

মুসলিম নীপা অমনা মাগী নুপীদো পাল্লকত্রবদি তালাক অহমলক হায়রগা হেক্তা থায়নবা য়াই। অদুবু নুপী অমনা মাগী নীপাদো পামদ্রে, মাগা লৈমিন্নবা ঙম্লরোই খায়নগে হায়দুনা খল্লকপা মতমদা তালাক শীজিন্নবগী অধিকার পীরমদ্রিবা করিগীনো। মসিদি, নীপাদনা হেন্না অধিকার পীরম্বগী প্রমাননি। হিন্দু সমাজতা নুপীনা মপা মমাগী সম্পত্তিগী শরুক ফংলমদে। হৌজিক্তি কনাগুম্বনা দাবী তৌরগা ফংনরে।

ইমুং অমদি সমাজ অমদা নীপা নুপীগী অধিকার কনাগী কদায় ফাওবা লৈফম থোকই হায়বসি অরাইবা ৱাফম নত্তে। অধিকার অমদি নীংতম্বগী ঙমখৈ লৈতবা য়াদে। ৱা ঙাংবগী অধিকার লৈ হায়দুনা অহীংদা মীগী শুমাংদা ৱা ৱা লাউনা ৱা ঙাংনবা য়াবরা? পরীক্ষা মতমদা য়ুমথংনবগী অঙাংশিংনা লাইরিক কন্না পানরকপা মতমদা রেডিও, টিভি মখোল হৌনা থারবদি ঐগী রাইটনা মীঙোন্দা অকায়বা পীবা নত্রা? অদুনা অধিকার মতম পূন্নমক্তা ঙমখৈ অমগী মনুংদা লৈগদবনি রাইট পূন্নমক্কী লিমিটেশন লৈ। লিমিটেশন ৱাংমা লানথ্রবদি মদু রাইট ওইবা য়াদে। অকায়বা লাক্কনি ইমুং মনুংদা, সমাজতা। খুঙ্গং অমদি সহরদা মী অমনা মাগী মনীং তম্বনি হায়দুনা ফি শেত্তনা লৈবা য়াবরা? ইমুংদা মদোম লৈবদি কায়দে। সরক লমজাও অমদি মীরক্তা ফি য়াওদনা চৎলবদি অঙাওবনি হায়দুনা নোক্কনি। লম্বীদা মচীন মনাও মমা মচা চৎমিন্নবা য়াররোই, মমায় লুকথদুনা চৎখিনি। অদুনা অমগী নীংতম্বা অধিকারনা অতোপ্পা অমগী অকায়বা (ডির্স্টাব) ওইরবদি মদু রাইট ওইবা য়াদে।

নোংমা নুংথিল পুঙ অমা তাবা মতমদা গৌহাটী জি.এস. রোদতা প্রোসেসন অমা লাকই। লম্বীদা গাড়ী চৎপা লেপ্পী। করিগী শোভা য়াত্রানো হংনৈ। হৌজিক কান্দা শোভা য়াত্রা চৎপা লেপ্তে। সরকারগী মায়োক্তা নত্রগা লৈখিদ্রবা কনাগুম্বগী নীংশিং নুমিত্তা প্রোসেসন চৎপসি য়াম্না তোয়না উবা ফংঙি। শোভা য়াত্রা চৎপসি

ফেসন অমা ওইরে। মশাগী মরাল করিনো, দায়িত্ব করিনো, য়েংদে, মীগোন্দা তাইনরগা লোইরে। নোং চুবা বাৎপদগী পোখোক বাৎলে, খামেন পাম্বীদা তিনি তারে লৌউবগী মন্ত্রীদা তাইনগনি। অনাবা ফত্রে হেলথ মিনিষ্টারদা তাইনগনি। লম্বী ফত্রে পি.দব্লিউ.ডি. মন্ত্রীদা তাইনবা। মীশিং য়াম্নকপদগী থবক ফংবা বারে এমপ্লোইমেন্ট মন্ত্রীদা তাইনবা। বা খুদিংমক্তা সরকারদা তাইনবসি মতমসিগী চৎনবী ওইরক্লে। চুম্না খবর চেদা ইনরকপদগী বিরুধি পার্টিনা মিচঙ চংশিন্দুনা শোভা য়াত্রা বন্ধ পালন তৌরক্কনি। খবরগী চেদা পাউমীশিংনা খরা হেন্না ইরক্কনি।

ঙসাইগী প্রোসেসনদো জৈন সন্ন্যাসী অমা মীয়াম্না পুদুনা শোভা য়াত্রা চৎপা ওইরম্মি। রাজস্থান অমদি হরিয়ানাগী মী ঙক্তা ওইনা তৌই। সন্ন্যাসী অদো ফি শেত্তে। চহীদি মীয়াই চন্নবা মাগ্নি। ময়াম্না য়াম্না থিনা ঙাংনৈ। সংসার ত্যাগ তৌরবনি হায়দুনা ফিদি শেত্তে, অদুগা মীনা চৎসি হায়রগা মীয়ামগা লোইননা মীনা চনদ্রবা লম্বীদা লাকইবা করিগীনো। সংসার ত্যাগ তৌরবদি মীরক্তা করিগী লৈরিবনো। করিগী মীরক্তা ফি শেত্তবা হকচাংদো য়েংহন্বা চৎলিবনো। ফি শেত্তনা লম্বী চৎপদো মাগী রাইট ওইবা য়ারোই। মরমদি ময়ামগী ডিষ্টার্ব ওই। মোনরমা সিপাইনা ফাদুনা ইজৎ লৌথোক্লগা হাতোৎপীরে অদুগী মণিপুরদা প্রোটেষ্ট প্রোসেসন মতম খরনি লেপ্তুনা তৌখি। সিপাইনা কা হেন্না অরাম্বা তৌবনি অদুনা নুপীশিংনা মফি থোক্তোক্লুনা প্রোটেষ্ট তৌখি। পাউমীনা ফোটো নমখি। পৃথিবীগী অয়াম্বা খবর চেদা হাপখি মোনরমা থৌদোক অদুনা অহান্বদা লমদম কয়াগী মীয়ামগী নুংশিবা পোকহনখি। নুংঙাইতে সিপাইশিংগী মরমদা শাওনীংবা ফোংদোক্লুনা ইনরকই। মমৈদা ফি থোক্লুনা প্রোটেষ্ট তৌরকপা উবদা থীনা ঙাংনেরকপা সমালোচনা তাবদা খাঙবা বাখি। ইকাইবনা ইমান্নবগী মরক্তা মীতে মচানি হায়নীংখিদে। ভারত মনুংদা সংস্কৃতিগী মাইগৈদগী য়েংলবদি মণিপুর য়াম্না অৱাংবা থাক্তা লৈবনি। অদুবু চাং হেল্লুবা থৌদোক অসিনা মণিপুরীগী মায়দা হামুক তৈশিল্বিরে। নুপী খরনা মরীন ফরিমি হায়দুনা অধিকার লৈ হায়দুনা অধিকারবু কা হেন্না শীজিন্নরুবদগী ময়ামগী মায় থীরে। ইপা ইপু পুন্নমক নোরোক তারে। থৌনা ফবী ইমা ইন্দোনশিংদুবু থাগৎতবা ঙমদে। অদুবু মতুংদা অদুগুম্বা থৌদোক অমুক হন্না থোকহন্বিদবা হায়জনিংঙি।

য়ুম অমা লৈরবদি য়ুম্বুরেন লৈগনি। য়ুম পাম্বগী নীতি, নিয়ম, চৎনবী, হৌনবী অমদি মথক থোংবনা বারক বাতেম্বা লৈগনি। অসিবু ইমুংগী মী

পুন্নমক্লা অফা অপুন্বনি খন্দুনা ইন্দ্রবদি, মনীং মখা তম্নবদি, য়ুম অদু শোয়দনা কায়রক্কনি। পৃথিবী, গ্রহ, নক্ষত্র অতিয়া নোং নুংশিৎ নুমিৎ থা, উপাল হৈপাল পুন্নমক নীতি অমসুং সিষ্টেম অমগী মখা পোন্না লৈরিবনি। সিষ্টেম অসিগী ঝাং হেক লাম্থোকপদা প্রলয় অমা লাক্কনি।

খূল অমা লৈরবদি খূল্লকপা অমা লৈগনি। খূঙ্গংগী চৎনবী লৈগনি। অসুন্না দেশ অমা পাল্লবদি নিংথৌ অমা লৈগনি। দেশ অমদা নিংথৌ অনী পান্বা য়াদে। লোক অমদা কৈ অনী লৈবা ঙমদে। জঙ্গলগী শা মরক্তা শল্লুপ পুবা অমা লৈগনি। শল্লুপ পুবা শা অনী পূন্না লৈবা ঙমদে। দেশ অমা লৈরবদি লৈবাক অদুগী শাসন তৌনবা রুল, রেগুলেশন লৈগনি। রুলগী হায়বদি আইনগী ঝাং লান্বা থবক তৌরুরবদি (শাস্তি) দণ্ডি ফংগনি। মী পুন্নমক্লা লৈবাক্কী আইন থুগায়রবদি লৈবাক অব্বাবা তাগনি। অদুনা লৈবাক নিংথৌগী য়াথং প্রজাশিংনা ইনগদবনি। প্রজাগী অপাম্বসু নিংথৌনা মুন্না খন্থবিগদবনি।

মতৌ অসুন্না য়ুম অমদা নীপা নত্রে নুপী (অহল) অমনা য়ুমগী মকোক ওইনা পান্বা ফৈ। মহৌশা হায়বদি নেচরগী তুং ইল্লবদি নীপানা য়ুম্বুরেন ওইফম থোকই। অমবু ওইরবসু য়ুম্বুরেন্না মখা থংবা ময়ামগী অপাম পামদবসু পুক্নীং চঙনা খন্বিবা তাই। য়ুম্বুরেনগী হৌথ্রবা শাংলবা পুন্সিদা ফংলকপা জ্ঞান (এক্সপিরিয়েন্স) না পীবা ময়ামগী লমজিং পাউতাক্লা তুংদা কান্নবা ফংঙি। অসুন্না অহল নহা, অনৌবগা অমম্বগা adjust তৌদুনা অরী অনৌগী কাথোক্লরকইবা গেপ অসি খূজিলহন্বা ঙমগনি। সমাজতা কিন্থরকইবা শক্তমসি খরনিদং ওইরবসু ঙাক্তুনা থম্বা ঙমখিনি।

হৌজিক্তি য়ুম অমদা হায়বদি ফেমিলি অমদা মী য়াম্না পূন্না লৈবা পাম্নদরে। অহল লমনগী সেবা তৌবা অমদি মথক থোঙবগী ঝারক ঝাতেম্বগী অফা অপুন্বদা লৈনীংদে। মনীং তম্না অপীকপা ফেমিলিদা লৈবা পাম্নরকই। তুংদা লাক্কদবা অফা ফত্তবা খঙবা ঙম্নবা অহল লমনগী (গাইড) পাউতাক ফংদবা য়ুম্বান্দা অশোয়বা কয়া লাক্তুনা তুংদা অঝাবা তাগল্লি। নহানা মাইবা শারগা মং য়াম্মি হায়বগী অর্থ খূন্বা ঙম্নদ্রে।

ঙমখৈ লৈতবা মনীং মখা তম্বগী, অহল লমনগী সেবানচিংবা পোৎলুম (বার্দেন) পুনীংদবদগী ময়ুম পাম্বগা তোঙান্না লৈবসি নোংচুপ পৃথিবীদদি চৎনবী ওইরকই। নোংপোক পৃথিবীদসু শন্দোরকই। অদুনা মচা মশুশিংনা হন্না য়েংবিদ্রবা

অহল ওইরবশিংনা (Old age home) আশ্রমগুম্বদা লৈবা হৌরকলে। মচাশিংগী অপাম্বা অমদি মখোয়গী মতম ফংদবা খূদোং চাদবা য়েংদুনা অহল অয়াম্বা আশ্রমদা লৈবা পাম্নরক্লে। মশাগী ওইবা য়ুমদা লৈবগী নুংঙাইবদো ফংজদ্রে লোইরমদায় পুন্সিদা। মসিনা এসিয়াগী মরু ওইনা ভারত্তা লৈরিবা চহী লীশিং কয়াগী ফজথ্রবা আইডিয়েল ফেমিলিগী পরম্পরাদা অকন্বা চৈথেং পীররি।

লম্নাই পুন্সিদা হেন্না নীংতম্বা পাম্বা হায়বদি কনামত্তনা য়েত্তবা পুন্সি মলেন পাম্বসি নোংচুপ পৃথিবীদা মরু ওইনা আমেরিকাদা য়াম্না পান্নবা চৎনবী ওইরি। মচাশিং চাওরকপগা তোঙান্না থম্বা নত্রগা মচাশিংনা মনীং তম্না তোঙান্না লৈনীংবা। মমা মপানা মচাশিং তোঙান্না থন্নগা মশাগী খোঙদা লেপ্নবা হোৎনদুনা মনীং মখা তম্না লৈজবা। অমরোমদনা মমা মপাসু মনীং তম্না কনামত্তনা য়েৎপা লৈতনা লৈবা। মসিদা লুপা পৈশাগী পোৎলুম, অম্বা অনাগী চনৈনবা সমস্যা, মতৈ মনাওগী নুংঙাইবদা অপন্বা লৈতবা, চহী মতাং চাদনা নহা ওইবগী পুন্সি মলেন পাম্বা অসিনা মরম ওইবা য়াই। অসিগুম্বা মওংগী পুন্সি শা ঙাগী মরক্তা উবা ফংঙি। থেঙ্গুনা লৈকংদা কারক্তুনা মরুম কোক্লগা লংশেক্তুনা চৎখি। মরুমদগী মচা ওন্নগা মচা ময়াম ঈশিংদা কুম্মকই। মমা মপা থিবা উদে। মসিগুম্বা পুন্সি মাইকৈ অমরোমদা নুঙাইবা ওইরবসু অমরোমদা ফত্তবা মহৈ লৈতবা নত্তে। মমা মপানা অহল ওইরকপা মতমদা অহল লমনগী য়েংবীনবা হায়বদি মতেং পাংবীনবা মী ফংদে। মচা মশুশিংনা নোংফাদোক মতম শংবদা লাক্তুনা মীৎকুপ থরা মনাক্তা লৈরম্বদুনা অহল ওইরকপগী পুন্সিদা থোইনা মতেং ওইদে। পৈশানা লৈবা মীনাইনা মীওইবগী পুক্নীং পেলহম্বা ঙমদে। অহল অনী লৈরম্বদগী অমা শিখিবা থোক্লবদি লৈহৌরিবা হনুবা নত্রগা হনুবী অমুক হন্না ময়ুম পানখিবা য়াই। ময়ুম পান্বগী চহী মতাং লৈত্রবদি মদোমতা লৈবা তাবনি। নত্রগা অহল ময়াম লৈফম আশ্রমদা চৎপা, নত্রগা মদোমতা লৈবা। অদুমনা লৈবা অহল মদোমতা ইমুংদা শিদুনা লৈরম্বা কয়ানি আমেরিকাদা। মচা মশুশিংনা মপাউ লৌবিদবা অহল কয়া শিরগা পোলোইবীনবা মী লৈতদুনা সরকারগী মীহুৎ নত্রগা এন.জি.ও গী মীনা পোলোইবগী বারী কয়া আমেরিকাদা লৈ। মদোমতা লৈ। মদোমতা লৈবা অহল কয়ানা হুই নত্রগা হৌদোং লোইদুনা বা ঙাংফম অমদি মতম লেন্বগী উপায় থিরি। মসি মতম ফরিঙেদা তুংদা লাক্কদবা মতমবু থৌওইদবদগী ওইরকপা মহৈনি হায়নীংঙি। নহারোলশিংগী

পুন্সিবু অহল ওইবশিংগা লোইনদুনা লৈহৌদবনা অহলশিংদা লৈবা এক্সপিরিয়েন্সকী পাউতাক ফংবা ঙমদে। অদুনা মখোয়গী পুন্সিসু মমল লৈরবা অহল লমনগী এক্সপিরিয়েন্সকী গাইড ফংদবনা চেকশিলহৌদবদগী তুংদা অৱা অনা কয়া থেংনবা য়াঁনা লৈ। সমাজ পুন্সিদা অকায়বা কয়া লাকপা য়াই। বিজ্ঞানগী মাইকৈদতা চাউখৎলগা খুনাই পুন্সি নুংঙাইগদবা নত্তে হায়নীংঙি।

মীওইবগী অপাম্বা অমদি নীংতম্বগী ঙমখে লৈতে। মতৈ মনাওতা লৈবা ফেমিলিদসু নীপা নুপী অনীমক্কা চপ মান্নবা অধিকার পান্নরকলে। অমনা অমগী (dominance) মখা পোন্না লৈবা পান্নরকত্রে। অদুনা খায়নবগী (divorce) মশীং হেঙ্গৎলকই। মচা লৈরবসু লংথোক্লমদুনা মা মানা পাম্বা অনৌবা নীপা নুপীগা অমুক ময়ুম পান্নখি। অহান্বা পান্বা, অনীশুবা পান্বা, অহুম শুবা মরিশুবা মশীং নাইদনা ময়ুম পান্নরকই। মসি য়েঙ্গাং মহাও য়েংবনি। অনৌবা শতাব্দী অসিদদি ময়ুম পান্বসু পান্নরকত্রে। য়ুম পান্লুরবদি মনীং তম্বা য়াদবা ৱাফম কয়া লাকই। অদুনা হেন্না নীংতম্বা অমদি অধিকার পান্নরকপদগী চৎনবী মতুং ইন্না লূহোংদুনা য়ুম পানীংদবা মশীং হেনগৎলকই নোংচুপ পৃথিবীদা। লূহোংদনা ফমতীন্নবা মশীংসু নোংমা নোংমগী হেনগৎলকই। মতাংসিদা গ্রীক পণ্ডিত প্লেটোগী Communism of wife নীংশিংলকই। শা ঙাগী পুন্সিদা নুপী নীপা তিন্নবগী মওংনি। মসিনা মীওইবগী সমাজ কয়া য়াম্না লৈখা তারক্কনি। উমংগী য়ুম্বান অদুদা ঐখোয় হম্বা তারবনি। নীপা নুপী শকখংনরগা নুংশিনরগা মতম খরনি অতোপ্পা মফমদা পুন্না লৈমিন্নদুনা নুংঙাইথোক্লগা অমুক কাওনখিবা। অদুনা মপা য়াওদনা নত্রগা মপা মশক খঙদনা অঙাং য়াম্না পোক্লরকই। মতৌ অসুন্না পোকপা অঙাং অমদি মমা মপা খায়নরগা অমুক্কা ময়ুম পানখ্রবা, অদুগুম্বা অঙাং ময়াম য়োক্লবা অনাথ আশ্রম মশীং হেঙ্গৎলকই। অসিগুম্বা Homely atmosphere অমদি environment দা য়োকলক্তবা অঙাংশিংনা তুংদা সোসিয়েল ক্রাইম মশীং হেন্নকপগী ফেক্তর অমা ওইরকপা য়াই হায়নরি। শেন থুম মরাং কায়না ফংবা নীপা নুপী অনীমক মশাগী ইনকম লৈজবা। জীবগী হৌনশা অপন্বা লৈতবা অধিকার পাম্বা, য়াম্না মেটেরিয়েলিষ্ট ওইরকপা, আত্ম কেন্দ্রিরক (self centered) ওইরকপা, মী মশীং য়াম্নকপগী মতুং ইন্না পোখোক লৈরক্তবা, অসিগুম্বা ময়ামসিনা মরম ওইদুনা সমাজগী ফিভম অঙকপা ফংনা ওন্নকই। নুপীনা ওক্তবী খন্দুনা শেন তাম্বদি থোঙ্গাল খূদিংগী ৱায়াম্মি।

হৌজিক মোডেল তৌরিবা, মিস বার্ল্ড, মিস ইউনিভার্সনা চিংবা ওইনরকইবা। টি.ভি সিরিয়েলগী হিরো হিরোইন। সিনেমাগী হিরোইন ওইরকইবা। মখোয়বুদি পংথাতা থাগৎলি। মতম অমদা ঈশৈ শকপী, জগোয় শাবী, ড্রামা য়াওবী নুপীবু সমাজনা হন্থনা য়েংলম্মি। হৌজিক্তি মোডেল য়াওবদা হকচাং খায়বোক উৎলি। মিস বার্ল্ড, মিস ইউনিভার্স ওইবদা হকচাং কয়াৎ পূম্নমক নাপ লৌদুনা য়েংঙি হায়রি। সিনেমা অমদি টি.ভি সিরিয়েলদা নুপীনা মথবাক, মফৈবাক খাইবোক উখোকই। অদুনা মিংচৎ ওইদুনা অফাওবী ওইরকই। শেন য়াম্না তাল্লি। টি.ভি সিরিয়েলদা, সিনেমাদা ময়াম্বনা খায়নরবা নত্রগা ময়াম্বা মতম চাদনা শিরগা মতৈমা লৌবা য়াম্না হিট ওইবা সিনেমা অমদি সিরিয়েল ওইরি। খরা লৈরগা মপাগা খায়নরবা মমা অতোম্বী লৌবগী সিনেমা নত্রগা টি.ভি সিরিয়েল থোক্লক্পা য়াই। মসিনা মীওইবগী সমাজতা, ইমুং মনুংদা কয়াম অমোৎপা চংলক্কনি খল্লুবদা তু চুংঙি। মতমসিগী লাইরিক লাইশু হৈরে হায়রিবা মীওইশিংনা খঙ্ড্রিবা করিগীনো। পৈশা ফংলগা ঙসি নুঙাইহৌরগা হয়েং ফাসি তৌরবসু ফৈ অসিরা? মমল নাইদ্রবা রামায়ণ, রাম লক্ষণ সীতা নোরোক তাবগা মানরে। মখোয়সিনা জীবগী অথোইবা মীওইবগী ফজথ্রবা সমাজ অমদি সভ্যতাবু মাঙহল্লি। মাইকৈ অসোমদগী য়েংলবদি ওক্তবীশিংদি সমাজকী হেঞ্জিন্না অকায়বা তৌদ্রি হায়বা য়াই।

অসুন্না মতম খরনি ওক্তবীশিংগী মরমদা নুঙাইতবা বাখল অমা চেন্নরম্মি। মওং মওং খল্লম্মি। মোংমদি অয়ুক পূঙ তারা তাবদা কৈথেল কারুই। য়েঙ্গাং নাপী য়োনফমদা চৎলম্মী। নুপী অমনা ওমশাউবী মপুন খরা, চেংগ্রক মপুন খরা লাদা থাদুনা য়োল্লম্মি। ঐনা হংঙি মপুন্দা মমল কয়ানো? "লুপা অনী মপুন্দা" নুপীদুনা খুল্লকই। মপুন্দো পাইখৎতুনা য়েংঙি। নুপী অদুনা ঐঙোন্দা তঙক তঙক য়েংদুনা লৈরম্মী। ঐসু ওনশিন্দুনা মাঙোন্দা য়েংঙুই। খঙহৌদনা পুক্নীংদা থুক লাউখি। খল্লকই নহালগী নুপীদো মানথ্রেদা। ওইরম্বসু য়াই। নত্রগা শকমান্নবী কনাগুম্বীরা? চেংগ্রক মপুন খরা মপুন্দা লুপা অনী তৌদুনা য়োল্লগা করম্না হিংদুনা লৈবা ঙমগনি, মতমসিগী কৈথেলদা পোৎ পূম্নমকী মমলনা হাইগৎলকপদি রোকেৎতগী হেন্না য়াঙলবা অমসুং বাংলবদা। অদুবু অশেংবা লম্বীদা হিংবদি য়াম্না বানা হিংবা তাবনি। চেংগ্রক মপুন অনীখক লৌরগা হল্লকই নুপীদুদা হন্না হন্না য়েংলম্মি।



# গণতন্ত্র

খবরগী চেদা তত্তনা ইরকই, থবক অকন্বা শুদবা সহরগী মীদি হকচাংগী শাজেল তৌগদবনি। অয়ুক নুংথিল ব্যায়াম তৌবা, যোগাসন নত্রগা ৱাকিং চৎপা হকচাংগীদমক্তা য়াম্না কান্নবা শাজেন্নি। মসিনা অনাবা মখল কয়া ঙাকথোকপা ঙম্মি। কোম্পানি অমদি সরকারগী থবক তৌবা চহী য়াংখৈ য়ৌরক্লবা, থবক্তগী পোখারবা চহী হুম্ফু য়ৌরক্লবা অহল অনী অহুম পুন্না সহরগী লম্বীদা ৱাকিং চৎপসি অয়ুক খুদিংগী থেংনবিগনি। চৎনা চৎনা ৱারী শান্নবা য়াম্না নুংঙাই। পুক্লিং হকচাং তেখৎলি। চহী মতাং অসিদা নুংঙাইবদগী অৱাবনা চাং হেন্বা মতমনি। অয়ুক্কী লম্বীদা মখল মথেলগী ৱারী শানরগা অৱাবা কাউবা ঙম্মি। ৱারীগী টোপিক্তি, য়ুমগী নুপী অঙাংশিংনা মৱা চৎপিদবা, লাইরিক য়াম্না ফবা মচানীপাদুনা লংফৈদা থবক তৌদুনা লৈখিবা। মমা মপা হন্না য়েংবিরক্তবা। অতোপ্পা শাগৈগী নুপী লৌরকপা। গৌড়িয়া কন্বা অহল অদুগী মচা নীপানা মেম নীঙোল লৌরকপা। অমাং অশেং নাইরক্তবা। নীঙোল মচাশিংনা ময়ুম পান্বদা শাগৈ, জাৎ ধর্ম তিন্নবা তিন্নদবা থিদবা। মমৌ থিবগী, নীঙোল থাজবগী। অমরোমদা ফরগা অমরোমদা ফৎলমদবা। লৌনবা য়াদবা মশেল লৌনরকপা। য়েক শলাই বিচার নাইরক্তবা। মদুদগী লাকপা ফত্তবা মহৈ। কৈথেলগী পোৎনা নোংম-নোংমগী তাংখৎলকপা। অসোমদা সরকারনা তলব হেঙ্গৎপিদবা। চহী য়ামশিল্লকপগী হকচাংদা অনাবা মখল মখল চোংথোরকপা। নহা ডাক্তরশিংনা ওঝা শাবা। এলোপ্যাথিক হিদাক্না অমা ফহল্লগা অনাবা অমা তোপশিলম্বা। হিদাক লৈবদা পীরিবা সেল-টেক্স দুকান ফম্বা মীনা পীদদুনা অনাবনা পীবা। নুমিৎ খুদিংগী B.P. সমস্যা দায়েবেটিসকী চাবা য়াদবা। ময়ুমদা মচা মমৌনা কল্লা পান্নবদগী চানীংবা চাবা ফংদবা। মপান থোক্লকপদা হোটেলদা, নত্রগা তর্পন উসোপ্তা চাবা য়াদবা পুন্নমক চাবা। অরোইবদা মতমগী ঈ নাং শারবা রাজনীতিগী নমথিবা ৱারী। মশীং লীকপগা গণতন্ত্রগা চুনদবা।

ঐগা তত্তনা কোইমিন্নরম্বা শিশির ভট্টাচার্জী, রজত গুপ্তা, বিজন গোস্বামী,

শুধাংশু ধর লোইনা কায়নখ্রে। মতম কুইরে উনখিদবা। শুধাংশু ধর B.P. হাইগৎলপদগী ষ্ট্রোক ওইদুনা লৈখিদবা কুইরে। বিজন গোস্বামী থ্রোত কেন্সার ওইদুনা হিংবগী আশা লৈত্রে হায়না মীনা ৱারী তৌই। অফবা মীনি। অফবা মীসু কেন্সার থুংদুনা শিগদৌরবা! লৈবা য়ারি, চহী হুম্ফুতরা শুরমখিরোই। অঙকপনি! কলিকতাগী অফাওবা কালী ইমাগী ভক্ত রাম কৃষ্ণসু কেন্সারদা লৈখিদবনি হায়নৈ। মসিদনি পাপ পূণ্যগী অংক শোয়নরিবা। রজত গুপ্তা গৌহাটী থাদোক্কুনা শিলচরদা চৎখিবা কুইরে।

চহী নিফু মমাংদা সরকারগী থবক অমা ফংদুনা শিল্লোংদা জোইন তৌই। অঙাং ওইরিঙৈদো তিন্নরম্বা মরূপ মপাং খূঙ্গংদা লৈহৌই। লোইনা কায়নখ্রে। অদুদগী শিল্লোংদা চহী তরামুক লৈরকপদা তিন্নরম্বা মরূপ ময়াম অদুসু কায়নরক্নে, শিল্লোংদগী গৌহাটীদা লাকপদা অসুম্না লম্বীদা উনবা ময়াম লম্বীদা লৈহৌরে। হৌজিক ইতোমতা ৱাকিং চৎলি অয়ুক্তা। কনাগুম্বনা হংঙি নঙবু নদোমতা ঙাইরবরা? হোয়, ইদোমতা লাকপনি, ইদোমতা লৈবা অমদি চৎপসু তমগদবনি। কনাসু পুন্সি চুপ্পা লোইনদুনা লৈগদবা নত্তে।

অহল লমন্না হায়রম্মি। যুগ অসি বিচার নাইরকত্রে, করিনোমা তৌরে। হৌজিক্তি তুরেলগী ময়াইদা অমোৎপা ঈশিং চেল্লী, ঈয়াদা অরুবা চেল্লী। মতম অমা লাক্কদৌরি অমোৎপনা ঈয়াইদা চেল্লগনি, অরুবনা চিদাইদা। করি হায়রিমো খল্লম্মি, অর্থ খঙলমদে। অদুনরা, হৌজিক প্রজানা নিংথৌ ওইরে। নিংথৌনা প্রজা ওইরে। নিংথৌ অমনা মনীং মখা তন্না লৈবাক্কী শাসন তৌরগা প্রজাগী নীংবা থুংদে। অদুদগী গণতন্ত্রগী রাজনীতিসি লাকখিবনি। French Revolution দগী হৌরকপা রাজনীতিনি। মীয়ামগী অপাম্বা মোত মতুং ইন্না লৈবাক ঙাকপগী চুপলী প্রজা মীয়াম্না পাম্বা মীহুৎ খরদা শিন্নবনি। নৌরিঙৈদা গণতন্ত্র য়াম্না ফজরম্মি। লৈশারিঙৈদা য়োংতসু ফজৈ হায়নৈ। ফজবসু ফজদবসু অহল ওইরক্লবদি ফজনিঙাই লৈতে।

নোংমা অয়ুক ৱাকিং চৎপদা গোস্বামীনা ঐঙোন্দা হংঙি। ঙরাং ভোট হাপ্পা চৎলুবরা? ঐনা খুম্মি চৎলুদে। ঐ ভোট হাপ্পা চৎলুদ্রে, মরমদি হুকচাংসু খরা পাঙদবা। ঐনা পাম্বা কেণ্ডিদেট অদুসু ভোট কাবা ঙম্মোই। অরেম্বদা মতম মাঙনবনি চৎনীংখিদে। ঐখোয়গী কেম্পাসতা লৈবা V.I.P অয়াম্বা ভোট হাপ্পা চৎপা উদে। মখোয়সু তম্বা জাৎনি হৌজিক কালগী রাজনীতিৱালাশিংগী মতৌ

মওং উবদা। ওফিসকী কাদা নোংমা সিনিয়র IAS ওফিসার কমিশনার অমনা ফোন পাইখৎলি। ঐনা মাঙদা ফম্মি। ফোন্দা করি হায়রকপনো খঙদে। য়াম কন্না ফোন থম্মি। ঐঙোন্দা য়েংলগা হায়রকই। সিং রাজনীতিবালানা লৈবাক অসি মাঙহন্দুনা লোইরে। হি হোম্বা মাঝিনা হি লুপশিল্লে। মশাগী নত্রগা পার্টিগী কানদৌবা ওইরবদি চৎনবী আইন অমদি হৌনবী থুগায়বদা চিংনদ্রে। নাগরিক অমা ওইনা ভোট হাপ্পা ঐগী ডিউটিনি, ঐসু খঙঙি। অদুবু কান্নদবা থবক্তা ঐদি মতম মাঙহন্নীংদে। তৌশিন্নবা, শাজিন্নবা পান্নমদে। লৈবাক্কী মীহুৎ ওইবদা মতীক চাবা চাদবা লৈতে। লাইরিক হৈতবা, হুরাম্বা, ডাকাইত, চীঙ্থিবা পূন্নমক ভোট লেপ্পা য়াই। শেন পুথোকপা ঙম্নবা মীয়ামগী পুক্নীং শুস্কাৎপা বাঙাং হৈরবা। নমথাক হৈরবা ভোট লেপ্পা য়ারে। অদুনা অমোৎপা মরক্তা লৈনীংদবদগী অফবা মী তপ্পা তপ্পা রাজনীতিদগী লাপথোরকই। অফবা মী খরনা ফত্তবগা সঙ্গ তৌরুবদগী ফত্তবা ওনখি। নুংদি ঈশিংদা তাওদে উরা উকংদা নপলুরবদি নুংসু ঈশিংদা তাওই। অদুনা অফবা মীসু, ফত্তবা সঙ্গ তৌরুবদগী ফত্তবা মী ওইরকই। হৌজিক্কী রাজনীতিদা চংলুরবদি অফবা মীসু ফত্তবা ওল্লকই হায়নরি।

অনীশুবদা ঐহাক ইং শোক ১৯৬৬তা পোলিটিকেল সাইন্স অমদি হিষ্টোরি লৌদুনা B.A. পাশ তৌবনি। চহী ৩৬ আসামগী এদমিনিষ্ট্রেসন বিভাগ কয়ামরোমদা থবক তৌরকই। ঐগী একাদেমিক কালিফিকেসন অমদি পোষ্ট এক্সপিরিয়েন্সগী মীৎয়েংদগী পান্নকপা মীহুৎ অদুগা চহী কুনতা শুরিবা লাইরিকসু হৈতবা, হৈরবসু লাইশু খঙদবা মীওই অমনা পামজবা কেণ্ডিদেটকা শোয়দনা খেন্নগনি। অসিগুম্বা মীখলনা থাগৎলকপা মী অমনা লৈবাক্কী মতিক চাবা মীহুৎ ওইবা ঙমগদ্রা চিংননিঙাইনি। মখোয়গুম্বা অঙাং অমগী ভোটকা ঐগী ভোটকা মমলদি অমত্তনি। মতাংসিদা গ্রীক দার্শনিক প্লেটোগী 'ফিলোসোফর কিং' নীংশিংহল্লি। ভোটকী মমল চপ মান্নবা অসি গণতন্ত্রগী ফাণ্ডামেন্টেল মিসটেকনি হায়নিংঙি। অদুনা লাইরিক হৈতবা, চহী নৌরিবা নহারোল, লেবার ক্লাশ, লৌমীনচিংবা লৈবাক্কী রাজনীতিগী মরমদা থোইদোক্লা জ্ঞান লৈতবা ভোটারশিংবু সরকার শেম্বগী মীহুৎ খন্বদা ভোট হাপ্পগী অধিকার পীবসি গণতন্ত্রগী রাজনীতিদা মতিক মগুন হন্থবগুম তৌই। মচু ফজবা হৈনৌ মনুংদা ত্তিন চঙবগুম্বনি। মখোয়দি পাঞ্চায়েৎ অমদি মিউনিসিপাল বোর্ড কোর্পোরেশনগী মীহুৎ খন্বদা ভোট হাপ্পগী অধিকার পীবা য়াই।

চহী কুনথ্রা শুদ্রিবা, অতাবীদা বি.এ. পাশ তৌদ্রিবা, ফত্তবা রেকোর্ড লৈবা হুরান্বা, ডাকাত, অসিগুম্বা মীওই অমত্তা সরকার শেম্বগী মীহুৎ খন্বদা ভোট লেপ্পা পীরোইদবনি। পার্টি বারকারনি হায়দুনা নহারোল লমহেন্বা ময়াম খোমদুনা শীজিন্নবা অসিসু রাজনীতিগী অমোৎপা কারবার অমনি। লৈবাক্কী সেবা তৌবনি হায়দুনা রাজনীতিবু কারবার ওইনা শীজিন্নরকপা, রাজনীতিগী শক্তিবু নাপলগী খূলাই ওইনা অরান্বা লম্বীদা শীজিন্নবা, অসিবু থিংবা ঙমদ্রবদি গণতন্ত্র কুইনা হিংবা ঙমগদ্রা? হৌজিক্তি কেণ্ডিদেট অমনা, ভোট খোম্বদা শেল য়াম্না চাদিং তৌবা ঙন্নবা, শাগৈ জাৎ ধর্ম তিন্নদবশিংবু তোখায় তাহন্দুনা ভোট চিংবা ঙন্নবা, গুণ্ডা থাজিন্দুনা কিহন্দুনা ধমকি তৌদুনা ভোট হাপহন্বা ঙন্নবদি শোয়দনা ভোট কাবা ঙমগনি। পার্টি অমদি নীতি ফজবগী রাজনীতি লৈরকত্রে। অফবা মীসু রাজনীতিদা চংনীংদ্রে। মশীং লীকপা শাগৈ জাৎকী হায়বদি মাইনরিটিগীদি গণতন্ত্র অভিশাপ অমা ওইরকলে। আসামদা মীতৈ লাখ অহুমরোম লৈ। অদুবু চোইজাইননা তাবনা মীতৈ এম.এল.এ. অমা কাবা ঙমদে। অসিগুম্বা চোইজাইননা তাবা মশীং লীকপা শাগৈ জাৎকী দমক্তা মীহুৎ অমা কারক্নবগী তোঙান্বা নিয়ম অমা সংবিধান্দা থম্ফম থোকপনি। মরমদি মপানগী মীৎয়েংদা চাওখৎলবসু মীগী বাখলদি অসুম পীকশল্লকই। অদুনা, ইশাগী মীহুৎ লৈতবদগী মীতৈনা ঙসি অবাবা কয়া থেংনরিবা।

হৌজিক রাজনীতি তৌবগী উদ্দেশ্য লৈবাক্কী সেবা তৌবা নত্তে। গণতন্ত্রগী রাজনীতিদি য়াম্না কান্নবা কারবার অমা ওইরকই। অদুনা রাজনীতিদা শেল তান্নীংবা মী য়াম্না চংঙকলে। মতমগী মতুং ইন্না ইলেকসন সিষ্টেমদা মতিক চাবা রিফোর্ম তৌদবনা মরম ওইদুনা রাজনীতি ঈনাং শারে, নোরোক তারে। রাজনীতি তৌদ্রবদি হিংবা বারে। গণতন্ত্রগী রাজনীতি মীয়াম্না মরু ওইনা ইন্টেলেকচুয়েল ক্লাশনা তুকচরে। লৈবাক্কী চৎনবী নিয়ম মতুং ইন্না করিগুম্বা থবক অমত্তা পাংথোকপা ঙন্নদরে। হীরম পূন্নমক্তা রাজনীতিগী মতেং নত্রবদি থবক ওইদ্রে।

খবরগী চে, রেডিও, টিভি দা প্রচারগী খুদোং চাবা মরাং কায়না লৈরে। অদুনা নহারোল নেক্তুনা গুণ্ডা খোমদুনা প্রচার চৎহন্বা থিংবা য়ারে। নত্রবদি ভোট লেপ্নদা মতেং পাংখিবা থবক ফংদবা নহারোলগী দমক্তা মন্ত্রী এম.এল.এনা চৎনবী নিয়ম থুগায়দুনা নমফুদা থবক পীবা, ঠিকা পীবগী করপশন থিংবা

ঙমলোই। গণতন্ত্রগী রাজনীতিদা পার্টি মশীং হেনগৎলকপা অসিসু ফত্তবা ইঙ্গিত অমনি। মসিনা রাজনীতি মহী লাংহল্লি। লৈবাক্কী রাজনীতি মরা তাবা ঙমদে। অদুনা পার্টি মশীং অহমদগী হেন্না লৈহল্লোইদবনি।

লৈবাক্কী অচৌবা ইশু অমদা, অঁরুবা ৱারেপ লৌবদা এম.এল.এ অমদি এম.পি শিংবু লন্নাইগী অপাম্বা মত ফোংদোকপদা অপন্বা পীরোইদবনি পার্টিনা। পার্টিগী মত মতুং ইন্দবা য়াদে হায়বগী চৈরাক থমলোইদ্বনি। মসিদি ইন্দিভিজুয়েল রাইত্তা খুৎ থাবনি। অদুনা, ৱারেপ অদুগী অফা ফত্তবসু ময়েক শেংহৌবা ঙম্মোই। অসিনা মরম ওইদুনা তুংদা অশোম্বা প্রজাগী অৱাবা কয়া লাক্কনি। পার্টিগী তুং ইন্দবা রাজ্যসভাগী এম.পি শিংনা মশাগী মত ফোংদোকপা ঙম্নদ্রে, পার্টিগী চৈরাক কিবনা। অদুনা রাজ্যসভা থম্বগী উদ্দেশ্য পাংথোকপা ঙমদ্রে। রাজ্যসভা থমদ্রবসু য়ারে। সরকারগী পৈশা য়াম্না হিংগনি।

ভোট হাপ্পা য়াবগী চহী মতাং, ভোট লেপ্পা য়াবগী কোৱালিটি, মন্ত্রী ওইবগী চহী মতাং, কেনভ্যাস সিস্টেম পুন্নমকসি রিফোর্ম তৌবগী দরকার ওইরে হায়নীংঙি। তৌবগীদি মীনা ফত্রবদি সিস্টেম অমদি আইন্না ফজদুনা কৈদৌনি। মমাংঙৈদা ইকাই খঙদ্রবদি হিদাক লৈতে হায়নরম্মী, ইকাই খঙবসি মী অমগী অফবা গুন অমনি হায়না লৌরম্মি। হৌজিক্না ইকাইরবদি পুক থন্দ্রে হায়নরে। রাজনীতি তৌবশিংবু, মন্ত্রী, এম.এল.এ.বু খবরগী চেদা নুমিৎ খুদিংগী থিনা ইরি। ৱারী মচা ইবা কাংবুনসু লাইরিক ওইনা ইদুনা ফোংলকপা কয়ানি। অদুবু রাজনীতিৱালা অমত্তনসু নাচুংবিদে। থৌ শাবিদে। ইনীংবা ইজৌ, ঐখোয়সু ঐখোয়গী তৌগদবা অদুম তৌগনি, অসিনি। মসিনা তাকপদি ইকাই খঙদবনি। অদুনা হায়নরম্বা ওইরমগনি। মীনা ইকাই খঙদ্রবদি হিদাক লৈতে। মতাং অসিদা নীংশিংলকই, রেল গাড়ীদা চৎপদা অয়ুক্কী লম্বী মপান্দা নোম্থদুনা মখোঙ হামহৌবদো। মানবু উদ্রবদি মীনা উরবসু কায়দে। নোম্থরগা মমায় লোৎলগা পেসেঞ্জার ময়ামদা মথুন উৎলবসু মীনা মশাক্তি খঙবা ঙমলোয় অসিনি। অদুনা রাজনীতিৱালাবু মীনা থিনা ভাংনরবসু কয়াদি কুইনা ভাংনরমগনি। খরা ভাংনরম্মগা অদুম তোকচখিনি, কাউখিনি। ঐগী শেল তানগদবা তালহৌরগা, চানীংবা চাহৌরগা, শেৎনীংবা শেৎহৌরগা লোইরে।

✿✿✿

# লৌনবা য়াদবা

ঈশ্বরনা শেম্বা পুন্নমক্তগী অথোইবা জীবদি তাইবং মীনি। মসিগী প্রমানদি তাইবং মীগী থোপ্তা (ব্রেইন্দা) ঈশ্বরনা অহেম্বা পোৎ অনী পীরকই। অমনা জ্ঞান, অনীশুবনা যুক্তি (বিবেক)নি। অনীসিগী পাম্বৈদগী সমাজ লীংদুনা নীতি নিয়মগী মনুংদা লৈনবা হোৎনরকই। অতোপ্পা জীব পুন্নমকপু নমহত্তুনা থম্বা ঙমখি। পৃথিবীদা লৈবা জীব পুন্নমক মনীং তম্বা পাম্মি। লমহেম্বা শাজৎ (ৱাইল্ড নেচার) অমসু পোকপদগী লোইনরকই। কা হেম্বা লমচৎ শাজৎ অসিবু জ্ঞান অমদি য়ুক্তিগী মতেংনা খুদুম চন্দুনা কৈরোই লৈকায় পান্দুনা ইংনা তপ্পা লেম্বা পুন্সিদুবু অথোইবা জীবগী পুন্সিনি। পুন্সিদগী লংজিন লৌদুনা ঈশ্বরগী খোঙগুল লীরকপা, সৃষ্টিগী অরোম্ববু থিগৎলকপসি তাইবং মীনি। অসিগীনি, জীবগী অথোইবা তাইবং মীনি হায়রিবা। লাইগী ঙমথংনি। লাইগী মচানি। পরমাত্মাগী মচা আত্মানি।

নীতি নিয়ম পথাপ্পা ইংখোল খারিবা ফজবা সমাজ মনুংদা হিংদুনা লৈনবগীদমক্তা মীওইবনা জঙ্গলগী শা, শামুনাচিংবা ফাদুনা য়ুমশা ওইনবা হোৎনরকপগুম তাইবং মীসু মশানা মশাবু ৱারক ৱাতেন্নবা রাজনীতি, সমাজনীতি অমসুং ধর্মনীতি পুথোক্লকই। ধর্মনীতিনা ঈশ্বরগী পাউতাক শেমদুনা, পাপ পূণ্য হায়দুনা ৱারক্লবা হোৎনরি। বেদ শাস্ত্র পুথোক্তুনা লাইগী মরমদা, য়ুম্বাম্লোনগী মরমদসু অকুপ্পা পাউতাক পীরি। মী অমনা চহী ২৫ ফাওবা জ্ঞান (বিদ্যা) তমগদবনি। সংসারগী হিংবগী লান্দা মায় পাক্লবা। চহী ২৫গী মতুংদা য়ুম পানগনি। চহী ৫৫/৬০ দগী সংসারদগী তপ্পা তপ্পা লাপথোরকপা। চহী ৭৫ দগী সন্ন্যাস লম্বীদা লাক্কদবনি। সমাজনীতি ময়াম পুন্না কৈরোই লৈকায় খুন্দাদুনা লৈমিন্নবা অমদি হিংমিন্নবদা দরকার ওইবা সমাজতা চৎনরকইবা নীতি-নিয়ম অয়াম্বা যুক্তিদা (রিজোনিং) য়ুম্ফম ওইদুনা থোক্লকপনি। থকশি খাশি নাইবা। মপা মপু লাইগুরু মশক খঙনা চৎপা। ব্যবহার আদব কৈদা খঙবা। লৈমিন চৎমিন্নবদা অৱা অনা শরুক য়ামিন্নবা। মীগী মচাবু ইচাগুম্না খম্বা ঙম্বা। মরূপ

মপাং তিন্নবদা হেন্দোক হেঞ্জিন য়ান্না থিদবা। মীগী পুক্লীং নাবা থবক তৌদবা। রাজনীতিনা অরাম্বদা দণ্ডি পীদুনা কিহল্লি, ৱারকই। মীগী মপোৎ হুরাল্লুবা। মীনা য়াদবা থবক নম হাদুনা তৌবা থানানা ফাগনি, কোর্টনা বিচার তৌগনি, দণ্ডি পীগনি। অসুন্না রাজনীতিনা চৈরাক পীদুনা ৱারক্লবা হোৎনরি। অসি পুন্নমক লৈনা মীওইবা লম হেন্নকই। কা হেন্বা থবক তৌরকই। লৈরিবা নীতি-নিয়ম পথাপ পুন্নমক মতম মতমগী ওল্লকপা ফিভম, ৱাখল, অমদি মীৎয়েং মতুং ইন্না অওন্বা লাকই। অমন্বা নীতি মাঙখিদুনা অনৌবা নীতি কয়া চৎনরকই। চৎনবী নিয়ম পুন্নমক বিজ্ঞানগী মীৎয়েংদা যুক্তি লৈবরা য়েঙবা হৌরকই।

পৃথিবীদা জীব সৃষ্টি ওইরকপসি চহী কোটি অহুম হেল্লে হায়রি। মী হায়রিবা জীব মখলসিনা পৃথিবীদা লৈরকপা চহী লক্ষা অমা মখায় হেল্লে হায়নরি। চহী অসুক কুইনা লৈরকপদা জীব প্রজাতি (মী) অসিনা উরকপা, তারকপা থেংনরকপা থৌদোক কয়াদগী ফংলকপা (এক্সপিরিয়েন্স) জ্ঞান বুদ্ধি লৌশিংনা অনৌবা চারোল শুরোন্দা (জেনারেশন) মমল য়াল্লবা পাউতাক পীদুনা অফবা লম্বী তাকলিবনি। অসিগুম্বা মওংদা সমাজতা মখল মখলগী নীতি, নিয়ম চৎনবী পথাপ লৈরকপনি। ঈশ্বরগী সৃষ্টিগী মফম খুদিংমক্তা নিয়ম নীতি কায়দনা লৈরি। লমদা থা লাকপদা উপাল অয়াম্বগী মনা কেল্লি। শজিবুদা অনৌবা য়েনীং হুল্লি। পৃথিবীনা মদোম লৈরকপদা পুঙ ২৪ চংঙি। নুমিৎপু কোইরকপদা নুমিৎ ৩৬৫ চংঙি। মসিদা চংঙিবা মতম থোইদোক্লা খেন্নবা লৈত্রি। নুমিদাং চাক্তবা উচেক্লা অয়ুক নুংথিলদা থোক্লক্তে। অয়ুক নুংথিল চাক্তবা উচেক্লা নুমিৎ তাখ্রবদি করিমত্তা চাদে। শা ঙাগী পুন্সিদা মখোয়গী মহৌশাদগী লোইনরকপা লমচৎ (নেচার) হৌজিকসু কায়দনা চৎলি। মখোয়গী চীঞ্জাকসু কাম্বা উদে। মতৌ অসুন্না প্রকৃতিগী খোঙচত্তা নিয়ম কায়দনা লৈরি। জীবগী অথোইবা ওইরগা নিয়ম থুগায়বদি তাইবং মীনি। নিয়ম পুন্নমক থুগায়বা তারবদি করি ওইরক্কনি? সমদ্রদগী ওইরকপা সুনামীদা মী কয়াম শিখি। অদুনা অফবা ওইরকপগী ৱাদি লৈতে। তাইবং মীনা পৃথিবীদা লৈরিবসি মতম খরনিগীনি। অদুনা, খরনিগী ওইরবসু নুংঙাইনা লৈগে হায়রবদি নীতি নিয়ম নাইনা লৈবা তঙাইফদবনি। নত্রবদি পৃথিবী মীৎনা উবা নোরোকনি।

নীংতম্বা পাম্বসি জীব পুন্নমক্কীনি। তাইবং মীসু ঙমখৈ লৈতবা নীংতম্বা পাম্মী। অদুবু নীংতম্বদি মাগী ঙমখৈ (লিমিট) লৈতবা য়াদে। নত্রবদি সমাজতা

মরাং হৌরকনি। caos লাকনি। অকম্বগী পাঙ্গলগা অশোম্বগী লৌশিংগা মুক্সরকনি, হিংচা য়াইতম্বগী হায়বদি হিংসাগী থৌদোক য়ামশিল্লকনি। সমাজ মহী লাঙ্গনি। কা হেন্না নীংতম্বা পাম্বা, মীহিংচা শাজৎ থাদোক্তবনা মরম ওইদুনা সমাজতা চৎনদবা অমদি তৌনদবা থবক কয়া তৌনরকই। মসি পুন্নমকসিবু ঙাকথোকপদা মতেং ওইনবা লৈরিবা নীতি নিয়ম পুন্নমক অর্থ লৈতব্রা নত্তে। চহী লীশিং কয়াগী পুন্সিনা পীরকপা, এক্সপিরিয়েন্সনা তাক্লকপা খূদোলনি। খূদম ওইনা পম্বা য়াবদি ইথক্কী অহলদা ভক্তি শ্রদ্ধা থম্বা, মীগী পূক্নীং নাবা থবক তৌদবা, মৌ থিবদা নক্সবা ঈ মরীগী নুপী লৌবা য়াদবা, য়েক শলাই তিন্নবা লৌনদবা অসিনচিংবা।

শা উচেক্কী পুন্সিদা ঈ মরী নক্সবগা ফমতিন্নবা কায়দে। উচেক অমোম লাবা জুরা পোকই। অনীদু চাউরগা মতে মনাও ওই। শাগী পুন্সিদসু মমা মপা মচীল মনাও অকামপেৎ লম্বীদা শন্নবা তিন্নবা উই। মচা পোকই। অদুবু শা ঙা উচেক্কী হকচাংগী মওং অমদি ফিভমগা তাইবং হকচাংগা খেন্নবা লৈ। মরু ওইনা থোপ্তা হায়বদি ব্রেইনদা অমসুং হকচাংগী পার্ট অতৈদা খৈন্নে। অদুনা অতোপ্পা জীবগা তাইবং মীগা মান্নদে হায়বা য়াই। তাইবং জীবগীদি নিগেটিভ অমসুং পোজেটিভ ঈরম অনী তিন্নরগা পোকপা অঙাং অয়াম্বা শরুক্তা অফবা ওইগল্লি হায়রি। ইলেকট্রিক কারেন্টগী ফর্মুলাদা বাস্তবতা মৈঙাল লাকপগুম্বনি। পোজেটিভকা পোজেটিভ ঈরম তিন্নরগা পোকপা অঙাং ফত্তবা ওইবা য়াবগী চাংচৎ হেনগনি হায়রি। মচা পোক্তবসু ওইবা য়াই। মখোঙ মখূৎ শোয়রকপা য়াই। ফিজিকেল্লি পেন্দিকেফ্ট নত্রগা ফত্তবা শাজৎকী অঙাং পোক্লকপা য়াই হায়নৈ। শাগে তিন্নবা, য়েক শলাই মান্নবা হায়বসি ঈ তিন্নবা, ঈ মরী নক্সবা হায়বনি। মীতৈগী চৎনরম্নীবা চারৌ মৌরৌ য়াদবা চৎনবী অসি জীব বিজ্ঞান্না য়ারবা অমদি শৌগৎপা (সাপোর্ট তৌরবা) বাফমনি। মসি হৌরকইবা নহারোল পুন্নমক্না খঙবগী দরকারনি। নহারোলশিংদা মসি তাকপীবগী খঙহম্বগী দরকারনি। য়েক তিন্নবা, শাগে তিন্নবা অমসুং নক্সবা ঈ মরীগী নুপী লৌবা য়াদে হায়বা নত্তে, ফত্তে হায়বনি। ফত্তবা থবকপু তৌহেদে হায়নবনি।

মচীন মনাওগী মরক্তা খ্বাইদগী অহল ওইবনা খরা পঙডি হায়নৈ। মমা মপানা নহা ওইরিঙৈদা জ্ঞান তাবা বাৎলিঙৈদা হায়বদি পঙডিঙৈদা পোকপা অঙাং খরা পঙতক তৌই হায়। অদুনা অহল লমন্না মচানীপা অহলগী মমৌ

থিবদা কনাগুম্বগী মচা নীঙোলনা অহল ওইরবদি নীঙোল অহলদো মৌ হায়দে। মরমদি নুপী নীপা অপঙবা অনী তিন্নরগা পোকপা অঙাং অমুক হেন্না পঙ্গল্লি অসিনি। মদুগীনি অহল মশেল লৌবা য়াদে হায়নরিবা। মসি তৌবগীদি ফত্তে হায়বা ওইরমগনি, য়াদে হায়বা নৎলম্মোই।

ঙসিদগী চহী ৫০ রোম মমাংদা অইবা (লেখক) অসিগী মরূপকী মচল নুপী লৈশাবী অমা লৈরম্মি। লৈশাবীদো ঙাওরক্তুনা মাইবা মাইবীনা লাইয়েংলম্মী। অকোম্বদা সাইকিয়াট্রিক ডাক্তর অমদা য়েংহল্লী। ডাক্তার অদুনা অহান্বদা ৱাহং খরা হংঙি। নুপী মচা অসিগী মমা মরী নত্রগা মপা মরীদা কনাগুম্বা অঙাওবা মী য়াওখিবরা? ঐখোয়না খুমখি, য়াওখিদে। ডাক্তারদুনা হায়খি (Blood relation) ঈ মরীদগী ওইরবদি, হায়বদি হেরিদিটরিনা মরম ওইরবদি লাইয়েংবা য়ান্না ৱাই। অনীশুবা অমনা, চহী অনীরোম মমাংদা ভেলুরগী খৃষ্টিয়ান কলেজ হোস্পিতালদা লায়েংবা চৎপদা থেংনরকপা থৌদোক অমা পল্বা য়াই। মশা অমদি থোপ্তা (physically & mentally handicapped) বেরা লৈবা অঙাং অমা ডাক্তারদা য়েংহন্বা পুরকই। অহান্বদা ডাক্তারনা মমীং হংঙি। অঙাংগী মপানা পীবা পাউখুমদগী খঙবা ঙম্বদি মখোয় ইসলাম ধর্ম চৎপা মীনি। ডাক্তারনা মপাদুদা অমুক্কা হংঙি, "নঙনা লৌরিবা নুপীদো নঙগী করি থোক্লরম্মি। মামগী মচারা, নখূরাগী মচারা"? অঙাং মপাদুনা করিনোমা খুম্মী। পাউখুম তাবগা ডাক্তারনা শাওনা হায়রকই। "নখোয় কাংবু কয়ামদা হায়রবনি নক্লবা ঈ মরীগী নুপী লৌগনু, ফত্তে। মথংগী মীরোল হায়বদি মচা মগুদা অশোয়বা ওইবা য়াবগী চাংচৎ খরা হেন্না লৈ হায়বনি"। মসি মেডিকেল সাইন্সনসু নুংশা থিরবা ৱাফমনি। ধর্মগী ৱা নত্তে। মীতৈগী চৎনবী অয়াম্বা নীতি নিয়ম বিজ্ঞানগী মিৎয়েংদা য়ুমফম ওইরম্মি। খুদম ওইন অহল লমন্না সন্ধ্যা ওইথ্রবদি, হায়বদি নুমিদাং ওইথ্রবদি মনা শীংনা (মরোই মপাঙ) হেকপা, উপাল হৈপাল কক্পা য়ারমদে। তৌহৈদে হায়নৈ। মদুগী অর্থদি মনা শীংনা হৈপাল উপাল পুন্নমক লেঙজবা ঙমদবা জীব ঙাক্তনি। জীবনা নুমিদাং তুমলিঙৈদা চৈনাখোল পীবা, হাৎপা তৌহৈদে, অসিনি। উপাল হৈপাল পুন্নমক জীবনি হায়বসি বিজ্ঞান্না প্রমান তৌরবনি। থাইনাদি (লেট্রিন) খোঙহাম্ফম শানরমদে। উখোং ৱাখোং, তোর্বান, লমহাং, উমং অমদি নারক্তা ফমদুনা হকচাং শেংদোক্লরম্মি (থী ফাইনরম্মি)। অসুন্না হকচাং শেংদোকপবু খোঙ হাম্বা হায়না খঙনরকই।

মরমদি অমাংবা অমোৎপা মরক্তা চৎলুরবদি খোঙ খুৎ হামদবা ফত্তে। অমোৎপা মরক্তা চৎলুরবদি খোঙ খুৎতা মহীক লোইনরক্লুনা অনাবা শন্দোরক্কনি। খোঙ হাম্মুরগা ঈরু থোকত্রবদি মাংঙি হায়বগী অর্থদি অমাঙবা ওইগনি, ফত্তবা মহীক চেন্নরক্লুনা।

মতৌ অসুন্না নীতি নিয়ম পথাপ অয়াম্বা বিজ্ঞানগী মীৎয়েংদা অফবা ওইরম্মি। মী অমনা শারমচৎকী হৌনবা (বাইন্ড নেচার) হেন্না নীংতম্বা পাম্বা, হায়বা ইন্দবদগী, লমহেম্বা পুক্লীংবু লাকশিন্বা ঙমদবদগী নিয়ম নীতি বাং লান্দুনা ঈ মরীদা নক্লবা, য়েক শলাই অমদি শাগে তিন্নবদগী নীঙোল লৌরুরবদি, তুংদা চারোন শুরোন্দা অশোয় অঙাম য়াওরকপা য়াবগী চাংচৎ হেন্বনা অবাবা কয়া থেংনরবা য়াই হায়বগী বানি। মসি চাম্মদা চাম থোক্কনি হায়বগী বা নত্তে। ফত্তবা ওইগন্বগী চাংচৎ হেল্লি, অদুনা চেকশিন্বগী বানি। হকচাংদা অশোয়বা, ওক্তবা, কা হেন্না লমহেম্বা, লমচৎ শাজৎতা লৈখা তাবা পুন্নমকসি ফত্তবা চিংঙি। অদুগুম্বা অঙাং অমনা ইমুং মনুং, কৈরোই লৈকায় সমাজদা অবাবা তাহল্লি।

অনীশুবদা শাগে তিন্নবা, য়েক তিন্নবা, নক্লবা ঈ মরীদা লৌনবা য়াদে হায়না থিংলিবসি মীওইবগী সমাজ পুন্সিবু ফজবা আদর্শ (ideal) অমগী মনুংদা লৈনবা হোৎনবনি। থিংদ্রবদি মতম অমা লাক্কদ্রা হায়না চিংনদবা ঙমদে, মদুদি, তপ্না তপ্না মখুরাগী মচানুপী লৌরম্বদগী পোকমিন্নবা মচন মচা মমা মন্দোন্দা ফাওবা নত্তবা মীৎয়েংনা য়েংলকপা য়ানা লৈ। মতাংসিদা ইংরাজী নাটোকতা পম্বা ওদিপাশ কোমপ্লেক্স নীংশিংদবা ঙমদে। নক্লবা মরীদা, য়েক তিন্নবদা, শাগে তিন্নবদা, কৈরোই লৈকায়গী নুপী অঙাংদা নত্তবা মীৎয়েংনা য়েংনরবদি, মচীল মনাও, কৈরোই লৈকায় অমদি মরী মতাগী মনুংদা লৈরম্বা থাজবা মাঙখিনি। অমনা অমবু চিংনরক্কনি। খুনাই পুন্সিদা শান্তি মাঙহন্বগী দায় ওইরক্কনি। মসিবু ঐখোয়না য়ান্না লাইনা খন্দোক্লুনা পুমথা থাদোক্লবদি নোংমা শাগী পুন্সিদা হল্লকপা মতম লাক্কনি। সমাজ থাদোক্লুনা জঙ্গলদা চৎপনা ফরক্কনি। গ্রীক ফিলোসোফার প্লেটোগী কমিউনিজম ওফ বাইফ থিওরিদগী প্রেকটিকেলদা উবা ফংগনি। নোংচুপ ভারত্তা ভগবান শ্রীরাম নীংজবা লমদা ময়াম্বা নহা ওইনা শিগ্রবদি মতৈমা নহাদো মনাও নীপানা লৌবা য়াওই। মসি ভগবান রামবু স্বর্গদা থন্নগা লক্ষ্মণবু নোরোক্তা থাবনি। লক্ষ্মণগী ত্যাগ চরিত্রবু থওইদবনি। মমল

পীদবনি। হৌজিক সিনেমা অমদি টিভি সিরিয়েল নাটক্তা মনাও নীপানা মতৈমা লৌবগী ৱারী য়াম্না লেম্না ফজনা উৎলি মদুদসু মখোয় মশেল ফজবা নাটক অহেন্বা হিরো এক্টর খন্দুনা মনা পীবসু উৎলি। অসোমদা মতৈমা লৌবগী উৎলিবা সীন অদুনা সমাজ পুন্সিদা কয়াম্না অকায়বা পীরি ৱাখল তৌবিদে। লাইবক ফবদি মীতৈ সমাজদা চৎনরমদবসিনি। কাছাড়গী বাঙ্গালী মুসলিম সমাজদা ময়াম্বা শিরগা মতৈমা নহা ওইহৌরবদি মনাও নীপানা লৌবা অইবা মশানা থেংনরক্লবনি। মখোয়গী সমাজতা খ্বাইনা য়াম্না পান্নবা নত্রবসু চৎনবা য়াবগী মওংনি। অইবগী অঙাং ওইরিঙৈদা তিন্নরম্বা মুসলিম মরূপ মপাং য়াম্না লৈ। মখোয় অয়াম্বনা মতৈমাশিংদা মীংগৌ নাইনা তরাম তরাম কৌবা ৱাৎলি : নমহায়না নম্না চৎনৈ। কোইনা চৎলি, ফ্রী ওইবা ঙম্নদে। করিগুম্বদা কারন চৎনখিবা থোক্লবসু য়াম্না শাথিবা অরাম্বনি খন্নদবগুম উবা ফংঙি। য়ানবী অমদি চৎনবীগী মওংদা হজম তৌবা ঙমনৈ।

য়ানবীগী মনুংদা চৎনবী মতুং ইন্না লূহোংলকপা নত্রগা চেল্লকপা নুপী নীপাগী হকচাংদা করিগুম্বা অশোয়বা লৈরবদি অঙাং পোক্তবা য়াওই। অশোয়বা অঙাং পোকপসু য়াওই। মদুদি নীপা নুপীদুগী হকচাংদা অশোয়বা লৈবা নত্রগা য়ুম্বাল্লোনগী অকুপ্পা মরমদা শোয়রকপদগী ওইবা য়াই হায়রি। অমবু ওইরবসু, লৌনবা য়াদবা লৌরকপদগী ফত্তবা ওইরকদৌবগী ওইথোকপা য়াবগী চাংচৎনা য়ানবগী চাংচত্তগী য়াম্না হেন্না লৈ হায়রি। মীতৈ সমাজতা য়েক তিন্নবা লৌনবা য়াদে হায়রি। য়েক তিন্নবা নীপা নুপী লৌনরবদি মখোয় অনীগী মমীং চেজেৎ অমদা ইরগা চৈ অমদা নপশিল্লগা লংকা পুরান তাবা মফমদা হায়বদি লৌফম অমদা ফৌ পাম্বী কংশিল্লকপা মফমদুদা থেৎলবসু মখোয় অনীগী মীং পল্লগা শোল্লবদি কংশিল্লি হায়রি। চুম্বা চুমদবা খঙদে, হায়নবা তাবগী ৱানি। পৃথিবীদা সমাজ মখল কয়া লৈ। ময়ামসিগী মরক্তা নক্লবা ঈ মরীগী নুপী লৌনবা য়ানবা য়াওই। মখোয়, হক মাম্মগী মচানুপী, মপাগা পোকমিন্নবা মখুরাগী মচানুপী লৌনবা য়াই। শন্না হায়রবদা মমা অমদি পোকমিন্নবা মচন নত্তবা নুপী পুন্নমক লৌবা য়াই। মখোয়গী সমাজতা খোঙতেক মিত্তাংবা, হুরান্বা, ডাকু মীহাৎপা চাকনি ফিনিবগী মশীং অতোপ্পা নক্লবা লৌনদবা সমাজতগী চাং য়াম্না হেন্না লৈ হায়রি। মসিগী প্রমানদি কৈথেলদা সহরগী লম্বীদা, ফুট পাথতা, ভিক্ষা নীবগী মীখল মশীং থীরগা, নত্রগা থানা, হাসপাতালদা, কোর্ট কচরীদা লৈবা হুরান্বা

ডাকু অমদি মীহাৎপা মীখল মশীং ইবা রিপোর্টনা মদোম তাকচরক্কনি হায়রি।

নোংপোক এসিয়াদা লৈরিবা বেদ শাস্ত্রনা চিংবা য়ুম্বানলোনগী অকুপ্পা মরমদা পাউতাক পীবা লাইরিক কয়া লৈরি। অদুবু, কনানসু হৌরকইবা নহারোলশিংদা থৌওইনা তাকপীদে। মশা মশানসু খঙজিনগে হায়দে। মীতৈনা বামন লৌবা য়াদেসু হায়নৈ। মদুগী মরমসু কুপ্পা নৈনদে। বামন্না মীতে নুপী লৌবা য়ারগা মীতৈনা বামন নুপী করিগী লৌবা য়ারোই অসিনি মতমগী ৱাহং। বেদ শাস্ত্র খঙবা কনাগুম্বনা হায়বদি শাগে অচৌবা (উচ্চ বর্ণ) নীপানা অপীকপা শাগেগী নুপী (নিম্ন বর্ণ) লৌবদা থোয়না কায়দে। অদুগা অপীকপা শাগেগী নীপানা অচৌবা শাগেগী লৌরবদি চারোন শুরোন্দা অশোয়বা অমদি ফত্তবা য়াওরকপা য়াবগী চাং হেন্না লৈ হায়রি। মসি কয়ান্না চুম্বা বিজ্ঞানগী মীৎয়েংদা ওইথোকপা য়াবা লৈবরা য়েংবগী দরকারনি। নত্রবদি ঐখোয় অমম্বদা মাদুনা চৎপগা মান্ননা লৈগনি। করিনা, খুঙ্গং লৈকায় কয়াদা মীতৈনা বামন নুপী লৌবগী আনি য়ামশিল্লকই। সমাজ লৈতাবা ঙমদ্রে। চাওখৎলকপা মতম্না পৃথিবীদা লৈরিবা মী পুন্নমক লৈকায় অমদা লৈবগুম, নত্ৰা লৈরে। অমগী চৎনবী নোং ঙান্দে অমনা মতৌ তম্মি। নোংচুপ্তগী নোংপোক্তা লাকই, নোংপোক্তগী নোংচুপ্তা চৎলি। অৱাংদগী খাদা, খাদগী অৱাংদা। চুনবা চান্নবগী ৱা লৈতে। অফবা ফত্তবগী খন্দোকপা লৈতে। নোংচুপ্তগী ফি থোকতোকপা তন্নরকই। নোংচুপ এসিয়াদনা নুপীবু তালিবানশিংনা পুংকুপ কুপশিন্দুনা থমগদগী হোৎনরি। ভারত্তা হৌজিক নুপীনা থবাকলোমদগী ফি কুপ্তবা হৌনরকই। ফিল্মুং উৎলগা পৈশা তান্নবা মিং চৎনবা হোৎনরকই। মসিদা খূদোং চাবা লৌরিবসি সিনেমা, টি.ভি, মিস ৱার্ল্ড মীখল, অয়ুক্কী খবর চেমায়দা,—ব্রেক ফাস্ট ওইনবা ফি শেত্তবা ফটো য়াওহন্নবা, মদুনা খবরগী শেন্দোংসু হেন্নবা। লৈবাক্কী লুচীংবশিংসু অদুম য়েংদুনা লৈরি। সেন্সার বোর্ডকী মেম্বর পুন্নমক একট্রেসশিংনা মফি থোকপদো য়েংনীংবা মাল্লি। নত্রগা প্রোদুসারশিংনা শেন্না মমায়দা থোমজিন্দুনা, নেকেড সীন অমা অনী হাপ্লগা সিনেমাদু হিট ওইনবা হোৎনবনি। মসিদা সমাজ মাঙগে মাঙজখিসনু ঐগী কান্নহৌরগা লোইরে অসিনি। মসিনা নহারোলদা সেক্সকী ঈরাং হৌহল্লি। ক্রাইম মশীং হেনগৎহল্লি। অদুনা মসি তৌহৈদবনি।



# মতম

মী পুন্নমক্কী মতম ঙাইনরি। অসোমদা লাকইবা মতম্না পুন্সিগী চাং হন্থহল্লী। মতম ঙাইবসু অৱাবা অমনি। থবক লৈত্রবদি, থবক শূবা ঙমদ্রবদি মতম লেম্বা য়াম্না অৱাবনি। ইমাগী চহী মরিফু মঙা হেল্লে। শোল্লে। মশানা মশাগী পোৎলুম ওইরক্লে। ইমুং মাঙ্গোন শুমাং য়েন্নখা অসিনা লোইরে মাগী লম্বী। চৈশুগী মতেং নত্তনা মখোঙ অনী থাংবা ৱারে। খোঙথাং তরামুক চৎলগা অমুক পোথায়। নুংশাশ্বোর মপী হোল্লী। চহী মতাংসিদা ইমাদগী হেন্না কন্বা অহল অমা অনীদি লৈরি। মখোয়দো মহৌদগী নুং শেংনা নুংঙাই য়াইফনা হৌরকপা ওইরমগনি। ইমাসু অঙাং ওইরিঙৈদা ঙাহোং চাকহোংবা মতমদা নুংঙাই য়াইফনা হৌরকপনি হায়দুনা ৱারী তৌই। অদুনা পুন্সিবা মাল্লি। নত্রবদি চহী মরিফু অসিৱাইদা অয়াম্বনা চৎনরিবনি। মদুগী খল্লুরবদি ইমা য়াম্না কুইনা পুন্সিরে। ঐখোয়না ফংলরোইদবা পুন্সিনি।

কুইনা পুন্সিবসু অৱাবা অমনি। হকচাংনা শোন্থরকপদা অনাবা মখল কয়ানা চোংশিল্লক্নুনা নুংঙাইফম লৈরক্তবা মতমনি। নোংমা নোংমগী সংসারদগী লাপথোরক্লবা। মপাঙ্গলনা থবকসু শূবা ঙম্মক্তবা। মশুং মনান্নবা লৈরক্তবা। কল্লিঙৈগী মতমদা মী পুন্নমক ওইজা ওইথক তান্বদা মতম শংনদে চিন্বনা। অদুনা ইমুংগী মী অয়াম্বনা মথৌ চিন্বদা শোল্লবা অহল অমগী পাউ তোয়না লৌবা ঙম্নদে। ইমা মতম লেম্বা ৱারে। মরক মরক্তা শিনীংঙে হায়। অদুবু তশেংবমক্তি শিনীংবা মান্দে। ইমাগী সেবা তৌবদা ইমুংগী নুপী অঙাংদি ৱাজরে। অদুবু মীওইবা খূদিংমক কুইনা পুন্সিরবদি ফিভমসিদা নোংমা নোংমা শোয়দনা লাক্কদৌরিবনি। অদু ইমাগুম্না ঐখোয়সু ইচা ইশুগী মতেং লৌবা নত্তনা উপায় লৈরোই। মসি মতমগী ৱাফমতনি। মতমদো খঙহৌদনা মী খূদিংমক্তা লাক্কনি। ইমানা চৈবা ঙাঙবদুদা অঙাংশিংগীদি য়াম্না শাওনীংবা অমসুং ৱাইচিন্বনি। তৌবগীদি মখোয়গী ফনবগী ৱারক ৱাতেম্বনি। লাইরিক হৈতবনা মরম ওইদুনা অনৌবা মতমগী চারোন শুরোনগা করম্না মতম লেনগদগে খঙজদবা অহলনি।

ঝারবসু ইমাবু শিহন্নীংদে। লৈকায়গী মৌ নহাশিংনসু ইমাবু পুক্নিখো হায়। করিনা ইমাদগী কান্নবা কয়া মখোয়না ফংঙি। অঙাংশিং লাইওক-তিনওকপদা ইমানা মন্ত্র শোল্লী। মদুদা মচাশিং ফরনি হায়না থাজে। অদুসু ফত্তবা নত্তে। পৈশা চংদবা মনা মশীংনা শেম্বা হিদাক মচল তাকপী। অপোম্বা হন্নবা, কোক চীকপা ফনবা মন্ত্রা শোল্লী। অয়ুক তুম্বা হৌরগা খোঙ লৈবাক তাদ্রিঙৈদা লাকউ হায়। মদুদা মন্ত্র শোল্লগা কান্নবা হেল্লি অসিনি। কোক চীকপা, খ্বাং নাবা, অপোম্বগী অমদি লাই ওক্লবগী মখল মখলগী মন্ত্র ইমাগী চিনফাদা লৈ। ইমা হোইনা অঙাং ওইরিঙৈদা লমদমসিদা এলোপ্যাথি অমদি হোমিওপ্যাথি ডাক্তার লৈরমদে। মাইবনা পুক শুই, মন্ত্র শোল্লি। লাইদা চবান থাই, মনা মশীং অমদি উরি ঝারিনা শেম্বা হিদাক পীজরম্মি। মসিগী লাইয়েং অসি অরাপ্পা খুঙ্গংদা হৌজিকসু লৈরি। মন্ত্র শোল্লগা করম হায়না অনাবা ফরিবা, অসিগী মরমদা কনাগুম্বা ওঝাশিংনা হায়। শোল্লিবা মরোল অমসুং খোঙ্গোক্লা নুংশিত্তা ফুরগা হৌরকপা ঈপোমগী শফুদা মিৎনা উদবা শক্তি অমা থোকই, মদুনা অনাবা ফহন্বা ঙম্মি। অসিগুম্বসি ইমাদি য়াম্না থাজে। থাজবদা কানবা ফংদবা নত্তে। থাজবদগী ফরনি হায়বা ঝাখল পোক্লকই। পুক্নীং তেখৎলকই, লাইয়েংবদা মতেং ওইরকই। অদুবু হৌজিক্তি এলোপ্যাথিগী য়ুগনি। মন্ত্র য়ন্ত্রগী লাইয়েং থানদবা মতমনি। অদুনা ইমাগী থোয়দোক্লা অচিম্বা লৈতে। সংসারগী হৌনবী ওইজা ওইথক, কান্নবা কান্নদবা কারবারগা ইমাগা মরী লৈনদ্রে। শীত্তবা লুকমায় মনাক্তা পোফম ফম্বিগুম্বনি ঙসি ইমানা লেল্লিবা পুন্সি।

অহল ওইরক্লগা মতম লেম্বা ঝাবসি হিংবগী শান্তি মখল অমনি। কনাগুম্বগা ঝারী শাদুনা মতম লেম্বা ফংলবদি মশাগী নুংঙাইতবা অঝাবা কাউবা ঙম্মি। ঝারীনা অঝাবা কাউহল্লি। লম্বী তেনশিল্লী। মশাগী নুংঙাইতবা ময়ামদুনা মতম পুন্নমক্তা পুক্নীংগী ফিভম ফত্তবা, মায়থোং মকা লামদবা, হায়বদি মুদ হাওতবদু মিৎকুপ খরগী ওইরবসু কোকপা ঙম্মি ঝারী শাদুনা মনাক্তা ফম্বিরগদি। অদুবু কনানদি নুমিৎ খুদিংগী অরেম্বদা ঝারী শাবগী মতম কায়থোকপা ঙমগনি। কলিগী মৈরক্তা হিংবগী লান্দা শাথিনা চিনখ্রবা মীওইবনি। মসিদসু থৌওই ঝাওইদনা লৈথোকপা মতম মাঙহন্বা নহারোল লৈতবা নত্তে। মখোয়গী খল্লুদুনা কানদে। মতম্না দণ্ডি পীজরক্কনি। থবক শুরিবা, চৎলিবা, লেপ্পিবা ময়ামগী মতৌ য়েংদুনা ইমা মদোমতা মাঙ্গোন্দা ফমদুনা লৈ নুমিৎ খুদিংগী। ঝারগা ইমুংদা

চঙই, মাগী ফমুংদা হিপ্পী। অমুকসু থোকলকই। মশুং মমান্নবা লৈরকত্রবা সংসারদগী লাপথোক্লরক্লবা চীকথরক্লবা পুন্সিনি। আশা অমদি কল্লক মিহৌবা ৱাৎলকপনা হিংবদা মহাও লৈরক্তবনি।

নোং ঙাল্লি, নুমিৎ তাখি। ইমা মাঙ্গোন্দা ফম্মী। মসি মাগী রুটিন ডিউটি অমনি। থবক শূবদি ঙমদবনিনা মীনা তৌরিবা থবক্কী অশোয় অঙাম য়েংদুনা পেৎ পেৎ ঙাংঙি। মদুগীনি মশুশিংনা মরক মরক্তা চৈরিবা। অঙাং অপীকপশিংদু কূপ্পা পান্নে। হেক উদবদা থিগৎল্লক্কনি। কদায়দা লৈ? মীনদি অহল অসি মিপাইগল্লি হায়বিরে। ইমা হোয়না অঙাং ওইরিঙেদা চোরান থাবগী হায়বদি অঙাং ফাবগী ৱারী তারগা য়াম্না কিনরম্মী। অঙাং কিহম্বগী, চখোক্তনবগী কান্নবা ৱারী অমসু ওইরম্মী। অঙাং অপীকপা ঈশিংদা 'তাদুনা শিবগী থৌদোকসু য়াম্না তোয়না থেংনরকপদগী ইমানা নুংশা থীবা হেন্বনি। সন্ধ্যা ওইরকপগা অঙাংশিংগী ৱা হংবা হৌরক্কনি। কন্না হল্লকএ, কন্না হল্লকত্রি। হলকত্রিবা অদুনা করি তৌরবা! মথৱাই ৱাবা হেনগৎলক্কনি। তোয়না হংবা হৌরক্কনি। চৎলু লম্বীদা ওকউচো হায়গৎলক্কনি। ৱা অমা অমুক হায়রগা লোইদে হঞ্জিন হঞ্জিন্না হায়রক্কনি। মসিদনি মচা মমৌশিংনা শাওরিবা। পাউখুম পীনবদা অৱাবা অমনি। নহা অঙাংশিংদি শাওনবনা হাল্লি। থীনা চৈরকপসু য়াওই। অঙাংশিংদু ঐনা তুমিন্না থেমজিল্লি। ৱারকই। ইবুঙো নবোক্কা মানরুনু, অহল ওইরকপা হায়বদো অসিনি। ঐখোয় পুন্নমক নোংমা অসুন্না অহল হায়বদো ওইরক্কদৌরিবনি। থোপ শীংলি মিৎ না পাঙ্গল শোন্থরক্কদৌরিবনি। শোর হোন্বা ৱারক্কনি। চৈশু পাইরক্কনি।

ঐখোয় লৈকায়গী মরূপ অমা লৈখিদবা কুইরে। মরুপকী মচানুপী নুমিৎ নীনি মতুংদা লুহোংগদৌরি। ইচা নুপীগুম্বনি করি তমসিগে খল্লম্মি। ঐগী ইচানুপী য়াওদে। অদুনা ঐগীসু পুন্সিদা ফংলরোইদবা অৱাৎপা অমা লৈ। ময়াগী সংসারদা মপুঙ ফাদ্রবা পুন্সি হায়বদুনি। নীঙোলনা মমা মপা নুংশিবা হেল্লী হায়নৈ। মণিপুরদগী পুরক্তুনা য়োলম্বা ফনেক ফিদুপ শেট অমা লৈরকই। করি ফিনো হায়রগা ঐ খূম্বা ঙমদে, মরমদি মতমসিদা চৎনরিবসি মওং মওংগী পোৎনি মমিংসু মওং মওংনি। মমিং ঈপোম কৌই হায়নরকই। অনৌবা থোক্লকপনি। ইমানা হংঙি মমলদি কয়া পীরম্মি। ঐনা খূম্মী লুপা চহুম। মমল তাবদা ইমা মমিৎ মনা থকই। ইমাগী মফমদা লুপা চহুম য়ামখ্রবা পৈশানি। মোৎখ্রবা য়ুগ অসিগী কৈথেলদা লুপা চহুম ঙা চারা অমগী মমলতনি। অমম্বা

যুগ অসিগী মোৎপগী খম থেংলবা তাইবং কৈথেল অসি ইমা হোইনা উবা ফংলরোই। উদবনা ফৈ, মরাইবক ফবনি উদবনা ফৈ। পৃথিবীদা লৈরিবা পোৎ পুন্নমক মীৎকুপ খুদিংগী মমল হেনগৎলকই। পোৎকী মমল তাথবা লৈতে। মীগী মমলতনি তাথরকইবা। হিউমেন ভেল্যু লৈরকত্রে। থাজবা, নুংশিবা অচুম্বা ত্যাগ ভক্তি থিওরিদা লৈ। বাস্তব, হায়বদি প্রেকটিকেল লাইফতা লৈরকত্রে। হৌজিক্তি ঐনা হান্না ফংহৌরগা লোইরে। হৌজিক নুংঙাইহৌরগা লোইরে। তুংগী বা তুংদা খঙগনি। Enjoy at any cost মীৎকুপ খরা নুংঙাইবগীদমক্তা তৌহৈদবা থবক তৌবদা চিংনবা লৈতে। অদুগুম্বা তৌহৈদবা থবক তৌরুবদগী তুংগী পুন্সিদা অবাবা কয়া মায়োক্নবা তাগনি হায়বগী খন্থবা লৈতে। কুইনা পুন্সিরবা লাইফকী এক্সপ্রিরিয়েন্স লৈরবা মীওইশিংদি তুংদা লাকদবা পুন্সিগী অফ-ফত্তা উবা ফংঙি। মখোয়শিংদুনা হায়বা অমদি পীরকপা পাউতাক য়ান্না মমল লৈবনি হায়বা কাউরোইদবনি।

ফিদি লৈরক্নুনা লৈরে। চক্তুনা পীরুবা ঙমদ্রি। ইমানা মশা চক্তুনা পীরুগে হ:য়। ঐনা হংঙি "ইমা চৎপা ঙমগদ্রনে? নোং চুখিবগী শুমাংসু নাল্লি। তুরুরবদি দোশা তানি"। লূহোংবগী মী মরি মতা লাক্নরমগনি। ময়ামদু উনরগা বারী বাতাই শানরগা নুংঙাইগনি খল্লিবা বাখলদো ঐসু উই। পোৎপাং পীবা চৎপা হায়বসি মনুঙাই অমনি। অদুননি ইমানা চৎনীংলিবসি। শুমাং অনীতনি লান্না চৎকদবা। অদুবু ইমাগী মপাঙ্গলনা শুমাং অমা লাম্বগা সাগর অমা লাম্বগা চপ মান্নরবা মতমনি। চৎকন্নু হায়বসু য়ারোই। উপায় লৈতে, চৎলো হায়বা নত্তনা। মানা চৎখিবদো ঐসু পান্নবা ওইনা তুমিন্না লেপ্তুনা য়েংদুনা লৈহৌই। চৎনীংবগী লীচিংদুনা কম্থি থোক্নুনা চৎখি। চুন্নদি চৎপগী বা লৈতে। শুমাং অমা লাম্বা ঙমদ্রে ফমথখি। নীপা মচা পাখঙ অমা মনাক্তা চংখিদুনা করিনো অমা হংঙি। বারবা? হংবা মাল্লি। তুল ওইরমাল্লে। "ইবোক সে ঐ শম্বিগে তপ্পা চৎসি তুনি"। তুলনি, শমদুনা পুবীখ্রে য়ৌনবা। য়ৌবু য়ৌখ্রবদি চিংনদ্রে। হল্লকপদি মখোয়না য়ৌনবা থিনজরক্কনি। মীরমচৎকী ফজবা হায়বদো অসি ফাওবদি ঐখোয়গী সমাজতা বারসু বানা হিংদুনা লৈরি। নোংচুপকী সভ্যতাদা চৎনরকইবা Old age home নীংশিলকই মতাং অসিদা। মচা মশু লৈজদবা, লৈরগসু মতম শংদবা, লম্বীদা চেনচৎ চৎপা, নহা ওইরিঙৈদা পুন্সি নুংঙাইথোকপগী বাখলদা মচাশিংবু থওইবীখিদবা, মচাশিং লংশেক্রমদুনা মথং মথং ময়ুম পানখিবা, প্রকৃতিনা

পীরকপা মমানা মচা নুংশিবগী মমল থমখিদবা, অদুগুম্বা মীওইশিংদুনা অহল ওইরক্লগা কনাগী মতেং ফংগনি? মীওইবগী পুন্সি চারগা শেৎলগা তুম্মগা লোইবা য়াদে। সঙ্গ লৈতবা, নুংশিবগী মরী লৈত্রবা পুন্সিদো মহাও চেন্দ্রবনি। অহল লমনশিংবু মচা মগুশিংনা লুনা তৌবিবা, সেবা তৌবা হায়বসি পৈশানা লৈবা ফংবা পোৎ নত্তে। অসিদনি হায়নরিবা নুংশিবগী মমল পৈশানা হম্বা য়াদে।

লুহোংবা লোইরগা নুমিদাং ময়াম মৌ থিম্বা চৎনখি। ঐগী ইনাও নীপা মাগী মৌ মচানীপা অনী মৌ থিম্বা চৎখি। নীপামচা অহল অদুদি পাখণ্ড ফারে, অমদি চহী তরামঙা চঙকপদা ঙাইরি। নুমিদাং পুঙ তরামখায় হেল্লে নোংনা পুংমম মমশিনখি। মৌ থিম্বা চৎনখিবদু অমত্তা হল্লকত্রি। নোংথাং কুপ্পী। নোং চুগদৌরি। শজিবু কালেনগী নোংলৈ নুংশিৎ কম্বা মতমনি। নুমিদাং পুঙ তরানিথোয় তারে। ইমাগা ঐগা তুম্বা য়াদ্রে। অঙাংশিংদো লাকত্রি, নোং চুথরক্লে। ইমাগী নুংশা থিবা হৌরক্লে। তোয়না হংবা হৌরকই অঙাংশিংদুবু লাকঅবরা? ঐনা খুম্মি "লাকত্রি"। মাগী পাউখুম পীবদা খ্রোইদৌ শাওগৎলকই। অদুবু অশাওবদি উৎপা য়াদে। মরমদি মাগী মিপাইরিঙৈদুদা অশাওবা হাপচিল্লুরবদি লাইমন কাংখিদুনা মদুনা সমস্যা অমা ওইরকপা য়াই। খোইরাং খোইশাওনরিঙৈ মরক্তুদা মপান্দগী কনানো অমানা কৌরকই। থোঙ হাংদোকউ হায়বা তাই। মমাগা মপাগদি লাকত্র অদুগা অঙাং অনীদো লাকত্রি। অনীদু লাকত্রি, করি তৌরবা, কদাইদা লৈহৌরবা, করিগী লোইনদুনা পুরকত্রিবনো অসিনা চিংবা ম্বাহং মথং মথং তখৎলকই ইমানা। অসোমদা নোং মরক্তা চেল্লকপগী চোৎপনে ম্বাবনে মফি হোংবা লোইদ্রি ইনাও নীপা বীরেন্দ্র শাওবনা মৈ হৌরকই। "মথৌ লৈতনা ম্বা হঞ্জিন হঞ্জিন্না ঙাংঙি, তুমিন্না হীগুনা তুমগেদি হায়দে"। ঐনা থেমজিল্লি মাইকৈ অনীমক। ঙাইহাক লৈরগা নীপামচা অতোম্বদু থুংঙরে। ইমাগী নুংশা থিবা খরা ফৈ। নীপা অহলদো থুংঙদ্রি। মিনিট অনীমুক্কী মতুংদা ইমানা অমুক্কা হংবা হৌরকই। বুঙোদু লাকত্রি? মগুনীপা বুঙোগা উনবা য়াদে। অদুবু মগুনীপা অদুগী মথম্বাই ম্বাদবা ঙমদে, করিবু তৌরবা? মচীন্দা চৈজ্জরবসু নুংশিদবা নত্তে। অসোমদা নোংনা মরোল অমা খাকপগা লাউবগা নুংশা থিদবা ঙমদে। ইমা তুম্বা য়াদ্রে, ঐগীসু টেনশন হেনগৎলকই। ইমা লৈবা য়াদ্রে ঐঙোন্দা তপ্পপ্না হায়রকই। থোঙ্গালদা থোক্তুনা অমুক্তা য়েংউচো অঙাংদুবু লাকঅবরা? ইমাগী মতৌদু উরগা নুংঙাইরকত্রদুনা হৌগত্তুনা মপান্দা থোক্লকই। থোঙ্গাল্লোমদা ম্বা ঙাংবগী

মখোল অমা তায়। বুংঙোদো মমান্নবা খরগা লাকমিন্নবা মাল্লি। পাখঙমচাশিংনি, মখোয়গী ৱারীবু লোইবা নাইব্রা? মতমগী নীঙাইদবা মতাংনি। কুম্মৈ লোইরবসু য়ুমদা হন্নীংদবা চহী মতাংনি। বুঙোনি, লাকএ লাকএ হায়রগা ঐ ইমুংদা চঙকই। ইমা নে লাউই। মীৎকুপ খরগী মতুংদা ইমা তুমথখি। ঐদি য়াদ্রে। হাইগৎখিবা টেনশনদগী লাকপা প্রেসারনা তুম্বা য়াদ্রে। ঐনা খল্লি ঙসিদি তুম্বা য়াররোই। সিগারেট অমা চম্মি। মাঙ্গোন্দা অমুক থোকই ইমুংদা অমুক চঙঙকই। ইমানা থোকহন্বা ঙক্তনি, অদুবু ইমাদা ৱারৌবা ঙমখিদে। খল্লকই ইমানা হয়েং শিথ্রবা, মতমদুদা ঐখোয়গীদমক্তা, অঙাংশিং ময়ামসিগীদমক্তা কনানা মথৱাই ৱাবীগনি। মমানা মচা মশুশিংবু নুংশিবদগী পৃথিবীদা জীবনা হিংদুনা লৈরিবনি। শা অমদি উচেক্লা মচা অপীকপশিংদু নুংশিদ্রবদি মচীঞ্জাক ইনগদ্রা? মচীঞ্জাক হুন্দ্রবদি হিংবা ঙমগদ্রা? জীবগী জগত্তা খ্বাইদগী হেন্না কন্বা থৌরীদি নুংশিবনি।

নোং ঙান্বগা ঈরুজা মায়থরগা ইমা মাঙ্গোন্দা ফম্মি। ঐসু ইমাগী মনাক্তা ফম্মি। নোং চুরি, মরক মরক্তা নোংথাং কুপ্লী। নোং চুই হায়দুনা নোংমগী থবক্তি লেপ্পা য়াদে। থবক্কী চৎনরি লাকই। ইমানা ঐঙোন্দা পাওতাক অমা পীগদগী ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা হায়রকই। সে সে ইবুঙো নঙনা করিগুম্বা চত্তবা য়াদদুনা নোং খাকপা মতমদা লম্মক্তা চৎলবদি শীঙ্গারৈ মনা অমা ফুরিৎ খাওদা হাপ্তুনা চৎলু। নোং খাকপগা শীঙ্গারৈ মনাগা করি মরী লৈনবা, করি কান্নবা ইমাদা হংনীংখি। মরমদু ইমানা শুগায়না তাকপা ঙমদে। ইমাসু মরমদু নীংথিনা খঙবা মান্দে। অহল লমন্না হায়রম্মি হায়দুনা মাসু অদুম হায়বা মাল্লি। তৌবগীদি করিগুম্বা মরম অমদি লৈরমগনি। নোং হাংঙে। লৈকায়গী অহল নহা পুন্নমক মা মাগী থবক্তা চৎনরি। ঐখোয়না অঙাং মচা উরগা নুংশিদুনা লরুনীংবগুম অহল উরগাসু নুংশিদুনা ৱা অমা হেক্তা হংনীংঙি। লম্বী চৎনা চৎনা ইচাশিং অমনা কৌরম্মী "ইবোক ফম্মিবা, চা কা থরুবরা অয়ুক্কী"। মদুতা হংবদা ইমা হরাওই; নোকফেৎ তৌই। ইমানা হরাও হরাও খুম্মি "থকত্র থকত্র"। পাওখুম ঙাইদে অমদুসু নোকমি নোকমি তৌদুনা চৎখি। ৱাহৈনা পেন্বা হায়বদো অসিরা; ঐনা ইদোমতা খলহৌই। ৱাহৈ হায়বসি অঙকপনি, প্রেতত্মানা নুমিদাং তন্নরবদি শিখিবা মীওই অদুগী মমিং পন্দুনা নঙ অদু নত্রা হায়রগা তন্নরম্বা ভূত মাঙখি হায়নৈ। হন্দক খরনিসি ঐনা মনাক্তা ফমদুনা ৱারী শাদুনা লৈবদগী ইমাগী মতম নুংঙাইনা লেন্বাগুম উই। থবক শূদনা মতম লেন্বা ওন্থোক্লা অৱাবা অমনি।

লম্বীদা মী ঙাইনবা; অহীংদা অনাবা শঙবা, পুন্নমকসি থবক শূদনা হকচাং ৱাবা অৱাবা মখল অমনি।

নুমিৎ নীনিরোম লৈরগা ঐ গৌহাটীদা চৎলনি। ইমানা খাম্মি। খরনিগা লৈখো। ঐনা চৎথ্রগা মনাক্তা ফমদুনা ৱারী শাবীনবা লৈরোই। অদুনা ইমা হান্নগুম অয়াম্বা মতমদা মদোমতা মাঙোন্দা ফমদুনা মতম লেব্বা তাবনি। খূঙ্গংগী চন্নবা পুন্সিদা লেল্লকপা পুন্সিনি। মদোমতা লৈবা হৈনদে। মদোমতা লৈরগা নুংঙাইতবা ৱাখল কয়া লাক্তুনা মপুক্লীংদা অৱাবা পী। ইমাদি খংজদে ধর্ম তত্বগী অরুবা মরোল অমদি অর্থ। পুন্সিদা ইতোমতা লাকপনি, ইদোমতা হনগদৌবনি। অদুনা ইতোমতা লৈবসু তমগদবনি। মসি খল্লুবদগী ঐ ইমাগী মনাক্তগী হৌগৎনীংখিদে। ঐগী ইতৌ উরগা ইচানুপী অমনা লক্করকই। "ইপন য়াইমদি লমদম লাপ্পা লৈবনি। ইবোক্কা তোয়না উনবা ফংদবনিনা ইবোক্কী মনাক্তগী চখোক্লীংদ্রিবনি।" ঐ খঙঙি, মানা হায়রিবা ৱাদুগী অর্থ। হায়বদি অসুম কুইনা লোয়নদুনা লৈরবদি মবোক্কী মরীন খঙগনি অসিনি। অহল লোয়নবদা খাঙবা ৱাবসি মীওইবা সমাজগী কমন প্রোব্লেমনি। মসি ঐখোয়না খাঙবা তাবনি। মসিগী সমস্যা অসি Old age home শারগা সমাধান তৌবা ঙমদবা হিউমেন প্রোব্লেমনি। ঐসু চত্তবা য়াদে।

মতমগী ৱা কন্নানা তম্বা ঙমগনি। ইমানা লৈরিবা মশাগী ফিভম অসি উরগা চিংনরকই। মতুংদা ঐনা লাকপদা অসুন্না ইমাগা ফমিন্নদুনা ৱারী শাবা ফংগদ্রা? হন্দক্কী অসিনা ইমাগা ঐগা উনবগী অরোইবা তাঙ্গা ওইগদৌরিবরা, করিগুম্বা অরোইবা ওইরবদি ইমাগা ঐগা অমুক হন্না উনররোই, করিগুম্বা মতমদসু করিগুম্বা মফমদসু। আত্মাগী ৱারীনা অচুম্বা ওইদুনা অমুক হন্না পোক্লবসু, উনরবসু খঙনরোই। অসুন্না ইদোমতা ৱাখলদা উংলিঙেদা ইমানা হায়রকই। "ইবুঙো, চৎলো চৎলো ঈরুজ মায়থরুরো থেঙগনি নঙগী চৎকদবা থবক অমা লৈ হায়বদো।" ইমাগী ৱাদো শ্রীকৃষ্ণনা কুরুক্ষেত্রদা অর্জুনদা হৌগৎলো খুৎলাই পাইখৎলু লান তৌ হায়বগুম তাখি।



# বিদায়

সুপ্রীম কোর্টকী থবক লোইবগা হন্বগী থৌরাং তৌই। কালেনগী মৈশাদা মীৎকুপ অমা চোহ্ন্না দিল্লীদা লৈনীংদে। কালেনগী চাকথেকপী মৈশা, নিংথমগী এৎ এৎ চীংবা অয়ীংবদা দিল্লী লৈহৈবা লম নত্তে। পেটেল মার্গতা লৈবা আসাম হাউসতগী এয়াৰ পোর্ট তন্না ইবুঙোতোন টেক্সিদা লাকই। দিল্লীগী ইন্দিরা গান্ধী ইন্টারনেসনেল এয়ার পোর্ট পৃথিবীগী চাওখৎলবা লমদমগী এয়ার পোর্টকদি চাংদম্নবা য়াদ্রি হায়নৈ। অদুবু ভারতকী ওইনদি অহেন্বা অমনি। এয়ার পোর্টতা থবক তৌরিবা, চৎকদগী লাকইবা, পোথারিবা, ঙাইনরিবা মীয়ামগী হেন্দোক থোইদোকপা, হৈ শিংবা, কে মৌবা শক্তম। ফিজেৎ লৈতেং ৱাঙাং শাঙাং য়েংবদা পেল্লী। অনৌবা মওংগী থারিবা চেয়ার, কারপেট টেবিল। এয়ার হোষ্টেজ অমদি রিসিপ্তশনিষ্টশিংনা হৈশিংনা কেথা নৌথনা, মমীৎ অমদি মনা য়াওনা ঙাংবা ৱাঙাং। থস্মোয় য়ৌদবা নোকফেত তৌশিন্নবা মায়থোং। ৱা ঙাংবদা এক্টিংনা হেন্বা মওং মতৌ ইবুঙোতোনদদি অনৌবা নত্তে। লৱায় খূঙ্গংদা চন্না লৈজবা মীওই অমনা উরবদি স্বর্গ হায়বদো এসিনি খনগনি। শিনি খঙনা লৈবা মতৌনি। ৱানা চহী চাম্মা পুল্সিবগী শরুকপুদি নুংঙাইনা নোংমা হিংবনা হেল্লি হায়দুনা হিন্দি সিনেমাগী ঈশৈদা শৈথাদুনা শক্লরি।

দিল্লীদগী পাইরকপা প্লেন কলিকতাগী দমদম এয়ার পোর্টতা থুংঙে। দমদম এয়ার পোর্ট নেতাজী সুভাষ বসুগী মমিংদা মীংথোনবগী ৱানি। ভারত স্বাধীনগী দমক্তা মপুল্সি কথোকখ্রবা নীংতম লানগী লুচীংবা নেতাজী সুভাষ চন্দ্র বসুবু তৌবিমল খঙদবা ভারত মচাশিংনা ঙসি ফাওবদা মতীক চাবা সন্মান পীবা ঙমদ্রি। মহাত্মা গান্ধীদা দক্ষিণা পুন্নমক কৎলি। জার্মান নীঙোলনা পোকপা সুভাষ বসুগী মচা নুপী অদুগী ভারত সরকারনা করিগুম্বা খূদোল পীদুনা ইকাইখূন্নবা উৎখি হায়বা তাখিদ্রি। কলম্বাসনা আমেরিকাদা হান্না থুংবনি হায়দুনা ৱারী কয়ামরোমদা অমসুং ইতিহাসতা ফাওবা ইরি। আমেরিকাগী মী খূদিংমক্লা কলম্বাসপু নীংশিংঙি। অদুবু লমনৌ অসিগী মমিংদি আমেরিগো

ভেসপুচিগী মমিং লৌদুনা আমেরিকা হায়না থোনখি। মরমদি আমেরিগো ভেসপুচিনা কলম্বাসতগী হান্না লমনৌসিদা থুংলবনি। ইংরাজ জাতিগী তৌবিমল মশক খঙবা থাগৎনিঙাইনি। ইবুঙোতোন রেটিং রুমদা পোথারম্মি। গৌহাটী চৎপগী প্লেন ঙাইরম্মি। পুঙ অমা ঙাইগদবনি, অদুবু পুঙ অমা মখায় হেল্লে। মতমগী মমল খঙদবসি চাউখত্তবগী খুদমনি। ফিজেৎ লৈতেংদা আধুনিক ওইরবসু পুক্নীং ৱাখলদি অমম্বা পরীংদা লৈরি। ৱার্ক কালচার লৈতে। সিভিক সেন্স লৈতে। দায়িত্তা খঙনা মথৌ পাঙথোকপা ঙমদ্রি। প্রজানা নিংথৌ ওইরবনিনা নিংথৌগী য়াথং কনানা ঙাক্কনি। পুন্নমক নিংথৌনি। নিংথৌনা নিংথৌগী মৱা লৌদে। রেটিং রুমদা য়াম্না ৱানা মতম ঙাইনরি। ঙাইরবদি মতমসু চৎপা লৈতে। ঙাইবা হায়বসি থবক শূদনা ৱাবা মখল অমনি। অমনা অমগী মতৌ য়েংদুনা লেল্লী। ইউরোপ, আমেরিকা অমদি নোংপোক এসিয়াদগী লাকপা লমকোইবা মীসু য়াওরি। অঙাং অপীকপা খরনা মীরক্তা কোইচৎ চৎলি। অচাপোৎ চারি। খরনা সোফাদা উইরি। ইবুঙোতোনসু উইরম্মি। তাঞ্জাসিদা কদোমগীনো খোঞ্জেল অমা পাইশিল্লকই। "খূরামচা নত্রা? খূরামচা!" ইবুঙোতোন মীৎ খঙপাং পাঙথোরকই। মী মুনরং তৌবা মরেপ ৱাংবা নীপা অমা ইবুঙোতোনবু মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মি। কনা ওইরিগবা, ইবুঙোতোন জ্ঞান তাদে। তঙক তঙক য়েংঙি। নীপাদুসু চিংনবগুম মাইথোঙ লাংতকনৈ। অমুক হন্না হঙঙকই। "খূরামচা নত্রা? ঐ নরেননি।" ইবুঙোতোন ভাব খংতা তারকই। "হরে হরে, নরেন, নঙদি কদাইদগী সিদা লৈরম্মিবা।" অসি হায়রগা ইবুঙোতোন মপী তৈথোকই। মপুক্নীংদা খল্লম্মি। হে নোংদম্বা নঙগী খূজিল থৌরাং অঙকপনি। নঙনা তৌবা ঙমদবা করি লৈ? শিদ্রবদি নোংমা শোইদনা উনবা য়াই। চহী নিফু মঙা মতুংদা নরেনগা উনবনি। মখোয়বু শিখ্রবরা লৈরিবরা হিংবগী লম্বীদা কাওখ্রবা ৱারীনি। ইবুঙোতোন নরেনগী মখূৎ পাইদুনা চিংথৈ মনাক্তা হাঙঙিবা সোফাদুদা। ময়ুমগী ই-পাউ হংবা হৌরকই। অহল লমন, অঙাংশিং করম করম তৌরিবা। নরেন মাগী পাউ তম্বা হৌরকই। মহাক ডিব্রুগড়দা লৈরম্মি। আসামগী পুলিচ লোয়শঙ মখাদা থবক শূরি। সি.বি.আইদা ডেপুটেশন লাকপদগী কলিকতাদা শীল্লকপনি। অঙাংশিং লোইনা তোঙান চানরে। ইমা বাজী লৈখিদ্রে হেক হায়রকপদুদা ইবুঙোতোনগী থম্মোয় থুক লাউখি। মমীত্তগী মপী তরং তরং শিষ্থখি। মদোমতা মচীনদগী

হায়দোকখি। তান্দো ইতৈমা লৈখিদ্রবা! ইবুঙোতোন নরেনগা বারী শানরি। পুক্নীংগী মীওদি উরি ইং কুমজা ১৯৬২দা লৈহৌবা খূঙ্গংগী পুন্সিদো। তাদো ইতৈমা ব্রজরানী লৈকায় অমদা লৈমিন্নরম্বনি। বানা হৌমিন্নখিবা পুন্সিদো। লৈতা লাইরবগী হিংনবা উপায় থিবদা অঙাংশিং পুন্নমক পুদুনা তান্দো আসামগী হোজাই মহকুমাদা য়ুম হোংখিবনি। ইনাক খুন্বা মরী মতা অমগী মতেং ফংবগী আশাদা চৎখিবনি। চৎখিবা নুমিত্তগী ইবুঙোতোনগা অমুক হন্না উনখিদে। চহী অমগী মতুংদা মখোয় লাক্লম্মি হায়না তাখি। ইবুঙোতোনদি য়ুমদা লৈতবনা উনবা ফংখিদে। কুইনা উনদবগী বারী লোইদে। অদুবু নুংঙাইবা মতাংদদি মতম চৎখিবা খঙহৌদে। গৌহাটী চৎপীগদৌবা যাত্রি লাইন্দা লেপ্পীররো লাউরকই। ইবুঙোতোন ফুক হৌগৎলি। বেগ পায়খৎলি। "নরেন, ঐ চৎলগে। গৌহাটীদা করিগুম্বা লাক্লবদি ঐগী ওফিসতা চঙঙকউ, উনশিকো নরেন। হায়রম্মগা ইবুঙোতোন লাইন্দা লেপকদগী চংখি। নরেন তঙক তঙক য়েংদুনা লৈহৌই।

গৌহাটী য়ৌখিবা খঙহৌদে। ভি.আই.পি মরক্তা লৈবা সরকারগী য়ুমনি। ইচীক চীকই। য়ুমদসু মী লৈতে। অঙাং অমত্তা লৈজবদুসু অরাপ্পা মফম অমদা লাইরিক তম্বা চৎখি। ইবুঙোতোনগী নুপীসু মপামদা চৎখিবা থা হেল্লে। অহল অমা মশা ঙমদে, অদুগী চৎখিবনি। লৈকায়গী মীসু বা কন্না ঙাংনদে। খোন হৌনা নোক্তে। ইকাইনৈ, চাওখত্তে হায়খিনি। মরক মরক্তা সিফাই মচা খরা কাতু কারন চৎলি। ইবুঙোতোন ফি হোংদোকই। চে-চাং লোইশিল্লি। থোংনাও হাংদোক্লুনা ফমুংদা হিপ্পুনা পোথারম্মি। ওলাং থাগী ওমচাক্লরি। অতিয়াদা নোং লৈবা উদে। থাবল ফজনা ঙালম্মি। থাবল অঙকপনি। উরম্বা মী খুদিংমক্তা নুংঙাইহল্লি। অবাবা মতমদনা নীঙমদবা বাখল পোকহল্লি। থাগী মবুক্তা অমুবা দাগ লৈরবসু ফজবগী চাং তাদে। হৌজিক কালগী রাজনীতিবালাগা অমত্তনি হায়দুনা ফাগী তৌবা য়াওই। থায়নাগী ফুংগা বারীদা থা পৃথিবীগী মনাক্তা নক্লা·লৈরম্মি। হনু হনুবীনা বাই চিল্লী হায়দুনা চৈশুনা বাংনবা ইনখৎখিবনি। অদুদগী অসুম অসুম বাংখৎখিদুনা হৌজিক্তি লাম্বা ফংদ্রে। পৈশা লৈবা মীনা রকেট তোংদুনা থাদা চৎলি। লাইরবা হনু হনুবীনা চৎপা ঙমলোই। থাবলদুদা ইবুঙোতোন ইং কুমজা ১৯৬১দা লৈহৌবা খাংপোক শঙদো উরম্মি। ফক্লাং অহোবদা থাবলগী মঙাল চংলকপদু য়েংলম্মি। লময়াইদা মমানা ফক অমদা হিপ্পুনা নাহেবদো তারম্মি। ঙরাংদি

করিশু তৌরমদবনি। মহাজনদগী ফৌ লৌবগী বা হায়নরম্বনি। তান্দোগা (তা নন্দ) চৎমিন্নবগী বানি। নাহে নাহেনা হায়রকই। "ইবুঙো, হয়েংদি মহাজনদগী ফৌদো লৌরুচো"। নোঙাল্লগা তান্দোগা হি পুদুনা ফৌ লৌবা চৎলি। বরাক্কী ঈশিং ঈমায় চোনা চেল্লি। বরাক তুরেলগী মপান মপান্দা ইবুঙোতোন হঙ্গৎনা হি হোল্লি। তান্দো হিনুংদা ফম্মি। ইবুঙোতোনদা হংঙি। 'ইন্দোন্দি কমদৌহৌরি ইবুঙোতোন"। ইবুঙোতোন্না খুম্মি। "খরা ফহৌরে। মাইবগী হিদাক চারি"। কাথিদা ফৌ ওল্লি। মহাজনগী গুদামদগী ফৌ কোকথোঙদা হোল্লক্তুনা হিদা হাপকৎলি। মহাজনগী মচানীপা ক্লাশ নাইন তম্বা নীপা মচাদুনা মীনাইদা ঙাঙবগুম ইবুঙোতোন্দা থৌদারকই। পৈশা লৈবা ইমুঙ্গী বাঙাং চখোম চাওবসি পৈশানা পাংশিল্লকপা নাপলনি। শেন পায়বা খূৎকন পাঙ্গম্বনা অশোম্বা ময়ামবু নমহত্তুনা পাম্বসি সমাজকী কোকপা ঙমদ্রিবা অনাবনি। নীপা মচাদো খঙদে, ইবুঙোতোন বি.এ. তম্মিবা পাখঙ অমনি। অদুবু মীয়ামগী মীৎয়েংদদি পৈশানা বাংবা হেল্লি। শেলবু পায়রবদি ইজৎ লৈ। তৌবা ঙমদবা থবক লৈতে। মহাজন হন্নুবদুদি খঙবগুম তৌই। তান্দোদা হংখিবা তাহৌই। "ইবুঙো নঙগা লাকমিন্নরকইবা নীপা মচাসি লাইরিক হৈবা মাল্লি। ইচল অদুগী মচা নত্রা"? তান্দোনা খুমখি। "হোয় ইন্দোমচা মশা ঙমহৌদে মচা নীপাসি থারকপনি। কলেজ তম্মি"। তাবদা মহাজন য়াম্না নুঙাইতনা শোলহৌই। তান্দোদা ওনশিন্দুনা হায়রকই। বাবা (ইবুঙো) নীপা মচাসি ফৌ চেঙ কারবারদা য়াওহনগনু। লাইরিক তম্বা কায়রোইদ্রা?

তুরেল ময়াইদা ইবুঙোতোন হি হোল্লি। বানা হৌখিবা আমেরিকাগী প্রেসিদেণ্ট ওইরম্বা আব্রাহাম লিংকন্না নহা ওইরিঙৈদা মহাজনগী হি হোলম্বদো নীংশিংলম্মি। খূদৈ শেৎলি। মতেক অমনা কোয়েৎ য়েৎলি। ফুরিৎ লীক্তে। তান্দো বরা মথক্তা ফম্মি। য়ুমগী অরাৎ অপাগী বারী লীরি। শোক্তুনা চাবগী দুকানগী পীগদবা পৈশানা য়ামখৎলকপা। অঙাংশিংগী লাইরিক লৈবা ঙমদবা। মহাজনগী পুথখিবা শেন ফুগৎপা ঙমদবা। উতোং অহোবদা ঈশিং হৈবগী বারীনি। নোংজু থাদা মীগী লৌশান্দা লৌ উরগা খায়বোক য়েন্নৈ। য়েন্নরগা ফংহৌবা ফৌ খরদুনা থা তরুক চাবা ওক্কে। অতৈ থা তরুক ফৌশু বেপার তৌদুনা হিংনবা হোৎনবসি বাবদা খম থেংঙি। তান্দো অহীং তুম্বা য়াদে। তুম্বা য়াদবা অহীং ফমুংদা হিপ্তুনা লৈবসি অবাবনি। ঙরাং অহীং চুপ্পা তুমদে। থাওমৈ

মুকফু থান্দুনা লীমোনগী থৌরি তাদুনা নোঙাল্লমদাই ফাওবা লৈরম্মি। মানা লোইজবা হুই অদুসু তুমদে। মপুগী অৱাবা খঙবা শাদি হুইতনি। ইবুঙোতোন তান্দোনা ঙাংবা তাই। মমীৎনা ঈশিংগী ঈমায়দা য়েংঙি। পুক্নীংগী মীওদি উরম্মি মমানা মবুক থিম্বা খাঙবদা ফমুংদা থরো থরো ওম্বদো। মাইবগী হিদাক চাহৌবনি। অয়ুক করিমত্তা চাদ্রিঙৈদো তুলশি মঞ্জুরি তরেৎ পীজৈ। চিনি অঙাংবগা তিলহৌগসু পীজৈ। এলোপ্যাথি হিদাক লৈনিঙাই পৈশা লৈতে। ডাক্তার ফংবা ৱাই। পুরিবা ফৌ ময়ামসি নুমিদাং টিন্দা হাপ্তুনা ফুৎকদৌরিবনি। নোঙাল্লগা অয়ুক্তা হাইফেৎ ঙাল্লগা ফৌরাদা শন্দোক্নুনা নুংশাদা কংনবা ফৌগনি। কংহল্লগা দেঙ্গীদা শুরগা উসনা চেঙদো বাজারদা পুদুনা তাইথোক্কদৌবনি। মমানা মশা ঙমহৌদবনি পুন্নমকসি মচন নুপী বেমচাগা ইবুঙোতোনগনা তৌগদৌরিবনি। অঙাংশিং লাইরিক তাকপীবসু চত্তবা য়াদে। নুমিদাং কলেজসু কাদবা য়াদে। মমাগী ফৌশু বেপারসু মতেং পাঙঙি। মদুদা শেন্দোং খরা থোকপদুনা ইমুংগী অৱাৎ অপা কয়া মেন্নরি। নঙনবা চেম্বদা মতম কদোমদা চেনখিবনো খঙদে।

ইং কুমজা ১৯৬২গী পোইনুগী থবক কম্বা মতমনি। গৌড় খুলগী মৱা চৎপা অহলনি। ইনাক খুল্লি। লৌবুক্কী থবক শুবিনবা মী ৱাৎলি। মীনাই থম্মি। লৌ উবগী মীনাই ফংবসু ৱারে। সহরদা রুজি (daily labour) শুবনা কান্নে। নহারোল লৌবুক্কী থবক লৈখোম তোৎপদো শুনীংদ্রে। সিফাই খম্বা, গাড়ী থৌবা, মেকানিক্স তম্বা, কারবার মখল মখলদা চেনশিন্নরি। লৌমীগী মৌ থিবা ৱাবা হৌরকলে। চাক্রিব্বু ওইরবদি পিওন ওইরবসু মৌ থিবা ৱাদ্রে। গৌড় ইবুঙোতোনগী লাপ্নবা মরী মতানি। পোইনুগী থবক্তা কম্বনে য়ুম্বু হনুবীসু মশা ঙমদে। নোংমা নীনিগী ইবুঙোতোন থবক পাংবা চৎলি। মাগী অচীম্বদি মীনা উদে। ইনাক খুম্বা ইমুংনি করিগুম্বদসু মখোয়গী থোঙজিন্দা চঙদবা ঙমদে। লৌবুক্তগী ফৌবুন পুখৎলকই। খরনা শুমাংদা মারা থারি (ফৌ য়ৈবা) শন ইরোই শঙ্গোন্দা পুনশিল্লি। সন্ধ্যা ওইরকপগী পোৎচৈ থুমোক তাইরুক লোইশিন্নরি। থাওমৈ চুখৎনবা মতমনি। কনানো মশক খঙদে, য়ুমজাওগী ফুংগা মনাক্তা নুপী অমনা থাওমৈ চুখৎকদগী হোৎনরি। ফনা কুইরে। ইবুঙোতোন্না খল্লি। করিনো, থাওমৈ চুখৎপদবু অসুক কুইবরা? অকোম্বদা লালটেন অমা পায়দুনা নুপীদু থোঙজিন কাম্থোরকই। মদোমতা মরুম মুরুম শোল্লি। মাঙ্গোন

য়ৌরগা খরা শাওরগ্না হায়রকই। "করি থাওমৈনো ঐ চুখৎপা হৈতে"। য়ুম্বু হনুবীদুনা ইবুঙোতোনবু কৌরগা খরা চুখৎপিউ হায়রকই। ইবুঙোতোন শুমাংদা লেপ্লমবদগী নুপীদুগী মনাক্তা চংখি। কনানো মসিবু, লালটেন ফাওবা চুখৎপা হৈতবা! ইবুঙোতোন মদোমতা নোকথোরকই। বারী অমা নীংশিংলক্লুনা নুপীদুনা খল্লি, মাঙোন্দা করেম্নরিবনি। থায়না লালটেন নৌনা থোক্লকপা মতমদা, অহল অমনা মচানীপানা চুখৎপিরকপা লালটেন পুদুনা নুমিদাং মামাম্নবগীদা কেইবা চৎলি। হল্লমদাইদা লালটেনগী হেণ্ডেল অচৌবদু হাইথদুনা লৈরম্বদগী পায়ফম থিবা ফংখিদে। অপীকপা হেণ্ডেল মান্বা মখূম চিংখৎনবা খূদোগুগী খরা হেন্না চাওবা য়োৎকী রিংদা খূদোম্বীনা য়ান্দুনা হল্লকপদা শামনখিদুনা ইহল হন্না লৈরকপা লালটেনদো লম্বীদা লংশেক্লম্মি। অহলদু মৈ হৌনা শাওনরম্মি, মসিবু শীজিন্নবা য়াবা পোৎলা?

ইবুঙোতোন চঙখিদুনা লালটেন চুখৎলি। নুপীদুনা লালটেন লৌগদগী চংশিল্লকপদা মৈঙালদুদা মীদো মশক উহৌই। লৈশাবীনি। গৌড়গী মরী মতা ওইরমগনি। শকখঙদবী লৈশাবীদুগী মায়থোং ঙৌরোক ঙৌবদো হেক উরগা ইবুঙোতোনগী করিনো অমা তৌখি। শক খঙনদবা, উনদ্রিবা মী অমনা অমবু য়েংনীংবদগী লৈশাবীদুসু ইবুঙোতোন্দা হাইফেৎ য়েঙলম্মি। হৱাম্বা মীৎ অনী চান্নরুবনি। মথংগী নুমিৎসু ইবুঙোতোন পূঙ অহুম তাবদা চৎলি। ফৌবুন পুরকই লৌবুক্তগী। মারা থাবা য়াওই। মরক মরক্তা নুপীদুদা হৱান্দুনা য়েংঙি। চাও শাংবদি মীয়াই ওইরপ তৌই। ঙৌরোক ঙৌই। মমায় কোইরংনৈ। খূবোম তাবা ফজে। ইবুঙোতোন হঞ্জিন হঞ্জিন য়েংনীংখি। থবক লোইশিল্লকলে। মথঙ্গী নুমিত্তি চত্রবসু য়াররনি। মশাগী থবক্তা চিম্বদগী মাইকৈ অদোমদা চত্তবা নুমিৎ হুমনি মরিনী শুরে। চৎপদি চৎনীংবনি, মতম ফংদবগী বানি।

নোংমদি বেমচাগা লোইনদুনা লৈশাবীদো ইবুঙোতোনগী য়ুমদা লাকই। কোইরকপা মাল্লি। বেমচাগা করম্না খঙনরুরিবা? ইবুঙোতোন য়াম্না ইকাইরম্মি। মখোয়না লৈজরিবা য়ুমদা কৈদাদুদা মীরমদগী লাকপা লৈশাবী অমনা কোইরকপদো। বেমচাগা লূনা তিন্নখি। বেমচানা কৌবদগী তাহৌবা মিংনি। লৈশাবীদুগী মিং তৌম্বী কৌই। নুমিৎ খূদিংগী তোম্বী ঙাইহাক্তং ওইরবসু বেমচা উনবা লাকই। বেমচানা লৈকায়গী মনম্মা ব্রজরানীদা তম্মি। "করিগীনো খঙদে ইনম্মা তোম্বীনা ঐখোয় তাতোনগী বা য়াম্না হংঙি"। মতমদুদা মচিল

মনাও, মমা মপা, ময়াম্বা অমদি মবুংশিংগা নুংশি নুংওনগী হায়বদি অপাম নুংশিগী মরমদা ঙসিগুন্না ফোংনা ৱারী শানরমদে। ইকাইনরম্মি, হঙ্গোইনরম্মি। নোংমদি ব্রজরানীনা তোম্বীগী মিং পন্দুনা ইবুঙোতোন্দা করেন্নরকই। ইবুঙোতোন খল্লুদে, মতৈমা ব্রজরানীনা লক্লবদুদা করিগুম্বা অর্থ অমা লৈ হায়বসি। পৃথিবীদা মাবু নুংশিবীরমগদবা লৈশাবী অমা লৈরমগনি হায়বসি থাজদবা ৱানি। ওইজবা থিরিবা সমাজসিদা করি য়েংদুনা মাবু নুংশিগদৌরিবা। অসুম চীন্দা হায়নবগী ৱানি, অশেংবা নুংশিবদা ওইজবা থিদে, মমল তিক্লদে। ইবুঙোতোন থাজদে। নুংশিবগী ৱা খন্বগী শংদে। অদুবু নুমিৎ খুদিংগী তোম্বী বেমচা উনবা লাকই। বেমচাগা য়ান্না লূনা তিন্নখি। নোংফাদোক লাক্তবা য়াওই। লাক্তবা নুমিত্তো ইবুঙোতোনসু নুংঙাইতবগুম তৌই। তোম্বীনা বেমচা উনবা লাকপসি ইবুঙোতোন্না যুমদা লৈগদবা মতমদনি। মীৎকুপ খরা ওইরবসু বেমচাগা ৱা অমা অনী ঙাংনরগা চৎখি। তোম্বী লাকতবা নুমিত্তো ইবুঙোতোনসু উনীংবগী খৌরাংলকই। ৱাদি অমুক্তসু ঙাংনখিদে।

নোংমদি বেমচা য়ুমদা লৈতে। তোম্বী লাকই। য়ুমদা ইবুঙোতোন মদোমতা লৈরম্মি। তোম্বীনা শুমাংদা লেপ্তুনা বেমচা কৌই। খুম্মক্তে। ইচীক চীকই। উচেক মখোন্তনি তারিবা ইংখোলদুদা। তোম্বী খঙঙি ইবুঙোতোন্দি লৈ। ইবুঙোতোন খুমশিরা খুম্মোইশিরা খল্লিঙৈদা, তোম্বী য়ান্না শাওনা মমায় লৈথোক্লুনা চৎখি। চৎনা চৎনা হায়রম্মি। "করি নীপানো মরোল থোক্তবা, মথৌনা লৈতবা"। ইবুঙোতোন তঙক তঙক য়েংদুনা লৈহৌই। খঙঙি কনাদা হায়রম্মিবনো। অদুবু করিগী খুমহৌদবনো? তেনৱা মচুগী শালদুনা মকোক হাইফেৎ কুপ্লগা ইন্বদো য়েংদুনা লৈনীংখি। কয়াদা ফজখিবা, ইবুঙোতোনগী পুক্লীং হুদুনা পুবীখি। ওয়্থোকপনি মানা করি খল্লমগনি, করিগুম্বা পাউখুম অমা পীহৌদবগী নীঙমদবা হৌরকই। নুংশিবা হায়বসি হেক হায়দোকপা ঙমদে। মদুনা য়েত্তুনা ফাজিনখিবনি। বেমচাগা ৱারী শামিন্নরিঙৈ ইবুঙোতোন্না হুরান্দুনা তোম্বীদা য়েংবদা নোংমদি তোম্বীনা হুরাম্বা ফাগ্রবনি। ৱা ঙাংনদ্রবসু নুংশিবগী ইরাংদি ফাওনখি। ইবুঙোতোন তোম্বীগী ৱা তোয়না খন্বা হৌরকই। উদ্রগা উনীংবগী খৌরাংবা হৌরকই। হৌজিক ইবুঙোতোনগী থবায়দি কংলবা তুরেলনি। ঈশিং খোরাংঙি। কনাদসু হায়দোকপা ঙমদে, ইকাই মী খঙহন্নীংদে। ইবুঙোতোন্না খল্লি। হান্নদি ইতৈমা ব্রজরাণীনা ফাগী তৌরম্বা মাল্লি। হৌজিকনা

শাওনীংবা মওংদা করেন্নরি। তোম্বীনা ঐখোয়দা লাকপসি ইতৈমনা পাম্নদবগুম তৌই। ইতৈমনা মনাওগীদমক্তা খঙ্গবা অচৌবা আশা অমা কায়খিগদ্রা চিংনবা ওইরমগনি।

নোংমদি তোম্বী অয়ুক ঙন্না বরাকী হিদেন অমদগী ঈরুজরগা সনাপুন পুদুনা কারকই। ইবুঙোতোন অয়ুক্তো খর থেঙনা হৌই। য়াথিন পয়া অমা পায়দুনা হিদেন তম্না লাকই। তোম্বী লাকপা উবদা থৈনবা ঙম্মোইদবগুম লম্বী মপান্দা মমায় লৈথোক্লুনা ফম্মি। তোম্বীনা ইবুঙোতোনগী মপা হেক লাম্লোরকপদা ইবুঙোতোনগী মমায়দা ঈশিংগী মরীক খরা তারকপগুম তৌখি। কদাইদগী ঈশিংনো থক্তা য়েংখৎলি। নো নত্তে, তোম্বীনা চাইশিল্লম্বা ঈশিংনি হায়রম্বগুম তাখি, "মীৎ না শীংনবনি মন্ত্রনি"। নোকপগী খোঞ্জেল অমসু শরক্লুদা নাকোংদা পাইশিনখি। করিগুম্বা অমা হায়শিরা খল্লিঙৈ ব্রজরাণী লাপুক্লা লাকপা উবদা মমায় শৎ লৈথোকই।

লৌ খাওনবা লোইরে। তান্দো ইতৈমা ব্রজরাণীগা অঙাংশিং পুন্নমক পুদুনা আসামগী হোজাইদা য়ুম হোংবগী দিন তমখ্রে। বেমচা লূহোংবগী মতম লেপ্পখ্রে। কলেজগী চহীগী পরীক্ষা লোইরে। তোম্বীসু ময়ুমদা চৎলনি হায়বা তারে।। মসিনা পুন্নমক্তগী হেন্না চৈনাখোন অমা পীবা হৌরকই। বীকচীং য়ৌরকপগী প্রকৃতি বাওথবা হৌরকই। লৌবুক ইহাং হাঙখি। পুক্লীং বাখলসু হাঙবা মতমনি। ইবুঙোতোন্না নুংশিজবা মতৈমা ব্রজরাণী, মচল নুপী বেমচা, মশাদগী হেন্না নুংশিরক্লবা তোম্বী, লাপ্পা চৎখিগদৌরে, কায়নবগী মতমদো লাক্কদৌরে। তপ্পা তপ্পা নকশিল্লকই। তোম্বী করি নুমিত্তা চৎকদৌরিবা খঙদে। খঙনীংবনি অদুবু কন্নাদা হংগনি। করিগী হংলিবনো খল্লোইদ্রা? লৌ খাওবা লোইখিবগী পোইনুগী লৌবুক পুন্নমক হাঙনা লৈ। ইবুঙোতোনগী পুক্লীংসু অহাঙবা মালঙদা তাওরম্মি। করিগুম্বা অমদা বাখল লৈতবা ঙমখিদে। মরক মরক্তা অতিয়াগী শূন্যদা য়েংলম্মি। মীগা বা ঙাঙননীংদে। নুমিদাং অচীকপদা থবান মিচাক উরগা পাউখুম ফংদবা বাহং কয়া হংনীংখি। তোম্বী ময়ুমদা চৎখিগদৌরে, নুংঙাইত্তবা বাখলদুনা চৎলে চৎমিন্নরম্মি, ফম্মে ফমিন্নরম্মি। বেমচাসু খঙদে তোম্বী কৈদোঙৈ ময়ুমদা চৎকনি। নোংমদি অয়ুক পুঙ নিপান তাবদা বেমচা মাঙ্গোন্দা লংচাক চাকই। ইবুঙোতোন মমাগী থবক ঙাইহাক্ত মতেং পাংলমগে হোৎনরি। শুমাংদা ফৌ ফৌনবা ফৌরা থারম্মি। তাঞ্জাসিদা

থোঙ্গাললোমদা মী অমা লাকপা উই। গৌড়নি, লম চৎকদবগী মফি মরোন নান্না শেক্কুনা লাকই। তুংদা তোম্বীসু লাকপা উই। মখোয় অনী মথং মথং শুমাং মতোন য়ৌরকই। বেমচা অমদি ইবুঙোতোন মখুৎকী থবক থাদোক্কুনা তোম্বীদা মুন্না য়েংলম্মী। তোম্বীনা হান্না কৌরকই। "বেমচা ঐ ঙসি চৎলনি। নঙ উনরগা চৎকে হায়দুনা চঙঙকপনি।" বেমচা ফুক হৌগৎলি। তোম্বীগী মনাক্তা চংশিল্লি। "করিনো নঙবু করি নুমিত্তা চৎকনিসু হায়দবা, করি হাপকনি।" তোম্বীনা খুম্মি। করিশু হাপকনু। উনরিবসিনা পেল্লে। ঙরাং নহালদি চৎলমদাইগী থৌরাং তৌবদা নঙগা উনরবা ঙমদে। নঙদি কৈদৌই থোক্লকপা য়াদ্রা? মখোয় অনী লেপমিন্নদুনা ঙাইহাক্তং ৱারী শাখি। বেমচাগা ৱারী শারিঙে তোম্বীনা ইবুঙোতোন্দা হঞ্জিন হঞ্জিন্না য়েংলম্মী। ইবুঙোতোন শো রুমগী মৃর্ত্তীগুম লেপ্পুনা লেরম্মি। লৈশাবী অনীদুগী মমীত্তা ঈরা চেম্বগুম উরম্মি। লৈকায়গী অমা অনী থোক্লকই। হংঙি, "তোম্বী চৎলগেরা? তোম্বীনা খুম্মি, হোয় ইচে চৎকে থোক্লকলবনি।" মখোন্দো করিগুম্বা অমনা থৎপগুম লোইনা হায়দোকপা ঙমখিদবগুম তৌখি। নোংমা উনহৌদবদা, হয়েং ঙাইবদা যুগ অমা ঙাইবগুম ৱারবা ইবুঙোতোন্না করম হায়না খাঙহৌগনি। লমদম লাপ্পনা ঙসিদগীদি হেক উনবা ফংলরোই। থম্মোইদা ফাওরিবা নুঙাইতবদু লোৎকদগী হোৎনখি। অদুবু মকশিনথ্রবা মাইথোং মীনম্বা ঙমখিদে। মীৎকুপ খরা তুংলোমদা ময়ায় লৈথোক্কুনা খাঙখি। গৌড় পোয়োম পায়দুনা লাকও লাকও থেঙঙে চৎলশি হায়রম্মগা মনীং লৌবুক্কী ময়াইদা লৈরিবা সোরোক্তা কুমথখি। তোম্বী ময়ামদা চৎলে চৎলে হায়রম্মগা মাম গৌড়গী তুং ইন্নখি। বেমচাগা লৈশাবী খরসু তোম্বী চৎখিবা য়েংদুনা লৈহৌই। চৎলমদাইদা তোম্বীনা ইবুঙোতোন্দা মৈচাক পুন্নমক হৈথবগুম ওম্থোক্লা নীঙমদবা অমদি পেন্দবগী মীৎয়েংদা য়েঙঙকপা শক্তমদো পুক্সিদা অমুক হন্না উররোইদবা দৃশ্যনি। ইবুঙোতোন মীৎকুপ খরদি মহাক করম্বা পৃথিবীদা লৈরিবা·কাউরম্মি। ময়াম চৎনখ্রে। ইবুঙোতোনতদি তোম্বীনা চৎখিবদো উরিবা মখৈ য়েংদুনা লৈরম্মী। তোম্বী চৎনা চৎনা মরক মরক্তা তুং হন্না য়েংলম্মি। তপ্পা তপ্পা লাপথোকখিদুনা মীৎয়েংগী ৱাং লানখি।

নুংথিল হেক য়ৌরকপগা ইবুঙোতোনগী পুক্নীং নুঙাইতবা হেল্লি। চৎনীংদ্রবসু নুমিদাংগী কলেজ কাদবা য়াদে। বি.এ. অরোইবা চহীনি। লম্বীদা কুইনা উনখিদ্রবা মমান্নবা অমনা হংঙি। "কমদৌরি ইবুঙোতোন"। চৎনবী

পাউখুম নুঙাইরি হায়বা নত্তনা করি খুমগনি। মবুক্লীংদদি খল্লি। নখোয়দি নুঙাইরমগনি। ঐগী নুঙাইতবদি তমদুনা কান্নদে। নঙোন্দা পান্দবা চৈনাখোন পাল্লিবা মীতনা খঙগনি। ইবুঙোতোন খঙলমদে, নুঙাইতবা অবাবগী ব্বারী মীঙোন্দা তন্নগা নুঙাইতবগী চাং হঙ্ছে, কাউবা ঙম্মি। নুঙাইবা বা তন্নগা হেন্না নুঙাই। মীওইবা অমনা অমবু নুঙাইরমগনি খল্লি। তৌবগীদি মী পুন্নমক নুঙাইতবা অমমম লোইনরিবনি। শহরগী মীনিন মরক্তা লোইনা কাউরম্মি। কলেজতগী হল্লকই। লব্বায়গী অমম্বা লম্বীদো মদোমতা লাকই। চৎনা চৎনা খল্লকই। শংবা মতমদা নোংমা চৎকে তোম্বী হোইগী খুন্দা। মীরমনি, খঙনবা লৈতে। কনাগী মতেং লৌদুনা করম্না উনগনি? অদুবু ইবুঙোতোনগী লাইবক থিবনি মতম ফংখিদে। মতম্না তপ্না তপ্না কাউহনখি। মতম্না বেপারগী থবক পুন্নমকসিনা ইবুঙোতোনগী কোক্তা নম্থরম্মি।

তান্দো আসামগী হোজাইদা য়ুম হোংবগী থৌরাং লোইখি। হিংবগী উপায় লৈতে। চত্তবা য়াদে মচীল মনাও কৈরোই লৈকায় ময়াম থাদোক্লুনা। হিংবগী ব্বানা অহাম্বনি অতৈ পুন্নমক অকোম্বনি। টাইটানিক হি লুপ্পদা মীৎকী মাঙদা হিরো ঈশিংদা লুপখি। মাগী চান্নবী নুপী হিরোইন্না য়েংদুনা লৈহৌই। ঙাইহাক্তং ওইরবসু মহাক হিংদুনা লৈনীংখি। হিরোগা লুপমিন্নদুনা শিমিন্নগে খনখিদে। জীব হিংবগীদমক্তা চিঞ্জাক মরুনি। চিঞ্জাক লৈত্রবদি মফমদুদা জীব লৈতে। অদুনা হিংবগী উপায় অমদি তাংজফম থিদুনা মীওইবা মফম অমদগী অতোপ্পা মফম অমদা, দেশ অমদগী দেশ অমদা চৎলি। য়ুম হোংঙি। পোক্লফম লমদমগী নুংশিবনা খাম্বা ঙমদে। অব্বাং নোংপোক এসিয়াদগী মোঙ্গোলোইদ মী কাংলুপ কয়া চহী লীশিং কয়াগী মমাংদা আমেরিকা অমদি গ্রীণ্ডলেন্দা চৎখিদুনা খুন্দাখি। মখোয়দো গ্রীণ্ডলেন্দা এসকিমো, আমেরিকাদনা রেড ইন্দিয়ান হায়না খঙনৈ। ইরাক ইরানগী আর্যশিং মরৈবাক থাদোক্লুনা ভারত্তা লাক্লুনা লৈখি। ইউরোপকী কোকেশাস গ্রুপকী মী ময়াম আমেরিকা অষ্ট্রেলিয়া, নিউজীলেণ্ড অমদি খা আফ্রিকাদা চৎখিদুনা খুন্দাখি। ইতিহাসনা লাম্বা ফংদবা মতমদগী ঙসি ফাওবা খুন হোংবা লোইদ্রি।

তান্দো, মাগী নুপী ব্রজরানী অমদি অঙাংশিং চৎপগী থৌরাং লোইখি। তান্দো হোই চৎখিদৌরে, ইবুঙোতোনগী নুঙাইতবা লাইমন্দো হৌরকই। পোকপদগী লৈকায় অমদা হৌমিন্নরক্লবা, অব্বা-অনা কয়া শরুক য়ামিন্নখ্রবা

তাদা ইতৈমা অমদি অঙাংশিং পুন্নমক চৎখিগদৌরে। ঙসি নুংথিল পূঙ অহুম তাবদা য়াত্রা তৌদুনা নুমিদাংবাই পূঙ তরুক্কী ট্রেন তোংগদৌরিবনি। ঙন্না চাক থোঙ্গথলি। পোয়োম য়োম্বা লোইখি। নুংথিল পূঙ অনী তারে। য়ুংথংনবা অমদি লৈকায়গী অহল নহা লোইনা লাক্কুনা তান্দোগী শুমাংদা তিনখি। খরনা ফম্মী খরমনা লেপ্পী। ইবুঙোতোন চিখহৌবা পোৎ লৈরবা য়েংঙি। অঙাংশিং ফি শেৎপা লোইদুনা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি। পোয়োম মথক্তা ফম্বসু য়াওরি। লৈকায়গী ইমা ইন্দোনশিংনা অঙাংশিংদুদা পৈশা হাপ্পি। অহল খরনা শুমাংদা ফক থাদুনা ফম্মি। হিদাকপুদা হিদাক থকই। হনুবী খরনা শেঙ্গাদগী ক্বা লৌদুনা চারি। ব্রজরাণী ফি শেৎপা লোইদুনা মাঙ্গোন্দা লেপ্পী। বেমচা ব্রজারাণীগী মনাক্তা চংখি। ব্রজরাণীদা ইনম্মা হায়রগা অনী কপমিন্নখি। শুমাংদা ফম্মিবা অহল খরদুসু খূদৈ মতেক্না মপী তৈথোকই। লমজায়দা লেপ্নম্বা তান্দো মখূৎনা শারম্বা ময়ুমদো কোয়েং য়েংঙি। ইমুংদগী থোঙজিন কাহ্রোরকই। যাত্রা মতম য়ৌরে। তারি কুম্মমদাইদা লাই খূরুম্মি। শ্বোর য়েংদুনা কুমথরকই। মশেন নীপাদা খোঙ্গী চাবি শিন্নরম্মি। মমীত্তগী মপী তরং তরং শিঙ্খবা উই। মচীল মনাও কৌশিন্দুনা করি করি বানো পাউমেল্লম্মি। অহলশিংদা খূরুম্মি। অহল অমনা মকোক্তা নাহুখি। মঙ্গল ওইয়ু ইবুঙো, নাদা য়েক্তনা লৈরুচো হায়রগা ঈশ্বরগী মফমদা য়াইফ থৌজাল নীখি। তুলশিবোং মনাক্তা কুপ্লিবা হুইদো উরগা তান্দো মথৱাই নুঙাইতবগুম উই। চিন্তানা তুম্বা য়াদবা অহীং কয়া তান্দো মাঙ্গোন্দা লীমোনগী থৌরি তাদুনা লেনখি। থাওমৈ মুকফু মনাক্তা হুই অদুনা কূন্নগা লৈবদো তান্দোগী পাঙ্গল হাপখিবনি। তান্দোগী মচা নীপা অহল নরেন পোয়োম তাপ পায়খৎলি। চৎলশি চৎলশি থেঙঙে হায়রম্মগা মাঙ থানা থোকখি। ইবুঙোতোন্দা খূরামচা লাকওসু হায়রম্মি। ময়াম পরেং শানা থোক্লকই। বেমচা ব্রজরাণীগী তুংদা ইন্নরকই। শুমাং মতোন য়ৌরগা তান্দো মমায় লৈথোক্লুনা মখূৎনা শাজরম্বা য়ুমদুদা অরোইবা,মীৎয়েংদা য়েংলম্মি। মাঙ্গোনগী থোঙনাও অনীদুনা মমীৎ কুপ্তবগুম তান্দোদা য়েংলম্মি। ইবুঙোতোন তান্দোগা থোকমিন্নরকই। কোহ্রোং লাহ্রোক্লুনা লৌবুক ময়াই য়ৌরকপদা থিন্দোকপা লাকপা অয়াম্বা মী লেপ্তুনা লৈহৌই। বেমচাদি থাদোকপা হেক ঙমদদুনা মনম্মা ব্রজরাণীগী তুংদা ইন্নরি। ব্রজরাণীনা ইবুঙোতোনগী মনাক্তা চঙঙক্লুনা তপ্লপ্পা হায়রকই। "ইবুঙোতোন, ইবুঙো তোম্বীগী বাদো খল্লুনু, কান্নদে থবক অমা

চঙনবা তৌ। ইনাওসিদি খ্বাইদগী হেম্বা নুপী থিগদৌরিবনি। নোংমৈ ঐসু শোয়দনা লাক্কনি"। ইবুঙোতোন বা ঙাঙদে নোম্বাদুনা চৎখ্রিলি। মতৈমগী মমীত্তা ঈরা চেল্লম্বা উরগা অমুক হেন্না নুঙাইরমদে। তোম্বীগী পল্লকপদা মুৎথ্রবা মৈ অমুক হন্না চাক্লকপগুম তৌখি। বেমচা ঙাইহাক লৈতনা মপী তৈথোকই। ঙসিদি মানা মনম্মদা বিদায় পীরি। হয়েংতা ঙাইরেদো ময়াম্না মাবু বিদায় পীগদৌবা।

সোরোক লমজাও য়ৌরে। সোরোক মপান্দা রিক্সা মরি পরেং শানা লৈরম্মি। নুমিৎ তারমদাই য়ৌরে। য়ৌবগা ইবুঙোতোন রিক্সাদা পোয়োম পুন্নমক থাঙ্গৎলি। তান্দো ব্রজরাণী অঙাংশিং মথং মথং রিক্সাদা কাখৎখি। নরেন ইবুঙোতোন্দা য়েংলম্মি। রিক্সা তোঙমদাইদা হায়রকই। "খুরামচা ঐখোয় চৎলে"। ময়াম লম্বী মপান্দা লেপ্লুনা য়েংঙি। তান্দোনা ময়ামদা চৎলগে হায়রকই। রিক্সা মথং মথং থৌগৎখি। নুমিৎসু তপ্না তপ্না ঙমখৈ মরুমদা চঙখি। মীৎনা উবা ফওবা ময়াম চৎখিবা রিক্সা পরেংদো য়েংদুনা লৈহৌই। অমম্বনা তপ্না তপ্না পৃথিবী কুপশিল্লম্মি।

লাকহন্নীংদবা মতম য়ৌরকপনা হানখি। হরাও কুমৈগী মতমনি। অদুবু, বেমচা লুহোংবগী নুমিৎ নকশিল্লকপনা ইবুঙোতোন মথবাই নুঙাইরমদে। মরমদি ইবুঙোতোন্না শুপ্না পামদবা মীনি বেমচা পীরিবা নীপাদো। মমীৎ মনা শিংদবা মথৌনা লৈতবা মীদুনা যুগ অসিগী প্রোব্লেম ময়াম মরক্তা করম্না হিংবা ঙমগনি। অদুবু অহল লমনগী মবা ইন্দবা য়াদে। মসি জেনারেশন খেন্নবগী মীৎয়েং খেন্নরকপনি। খুঙ্গংগী শেনজাও পায়বা মরি মতাগী বাসু লৌদবা ঙমখিদে। করিনা বারবা মতমদা মখোয়গী থোংজিন্দা চংদবা ঙমদে। পামদা পামদনা বেমচা লুহোংবা লোইখি। অবানা মীকপ মীরাওখোলগা লোইননা বেমচা থিম্বিরুরে কায়নবগী মৈচাক পুন্নমক মদোমতগী ওইনা মীগী য়ুমদা থম্বিরমলে। মতম খরনিদি ইবুঙোতোন তুম্বা চাবা মফম খঙখিদে। বেমচা লৈতবগী য়ুমদো ইহাং হাঙঙি। লৈকায়দা চৎলে তান্দো হোই চৎখিবগী ইচীক চীকই। মদোমতা লৈরে তোম্বীগী বা নীংশিংলকই। অসোমদা বি.এ. অরোইবগী পরীক্ষা নকশিল্লকই। পরীক্ষানা অলুবনি। লাইরিক কন্না পাবা হৌরম্মি। নুংশিজবা ময়াম্না মাবু থাদোক্লুনা চৎখিবা, লুপা পৈশা পুথখিবগী বাবা পুন্নমক নমফুদা কাওহনখি পরীক্ষাগী হোৎনবদা।

পরীক্ষা লোইরগা ইবুঙোতোন সরকারগী থবক অমা ফংঙি। চত্তবা য়াদ্রে। পরীক্ষা লোইরগা পাংথোক্কে খলম্বা প্রোগ্রাম পুন্নমক লংশেকলমদুনা ইবুঙোতোন লমদম লাপ্না অচৌবা সহর অমদা চৎখি। অনৌবা লমদম, অনৌবা মফম, নৌনা তিন্নবা মরূপময়ামগা চুনবা হোৎনবদা য়ুমগী বা কাউরম্মি। নোংমা মী লৈতবা মতমদা ওফিসকী মথোন নাইবা ফুরাগী নোংচুপ থংবা থোঙনাউদগী তারমদাই নুমিৎ উরগা হৌখিবা মতমগী বিদায়গী দৃশ্য পুন্নমক তরু তরু উরম্মি। অনৌবা কুমগী নোংহৌনা মাইকৈ মমশিল্লকপগুম খাম্বা ঙমদবা নোংহৌনা ইবুঙোতোনগী মীৎ অনী ঈরাক্লখি। নৌনা থবক চঙবগী ইবুঙোতোন ট্রেনিং থারি। অদু লোইদ্রবদি ছুটি ফংদে। চহী ফাবগা ছুটি লৌগে খল্লি, য়ুমদা চৎকে। ইবুঙোতোন মরক মরক্তা হৌখিবা বারী লালুদা তমখি। নৌনা খঙনবা মরূপনি। ওফিসতা থবক তৌমিন্নবনি। মতম তারকপদা লালুনা মতেং য়াম্না পাঙঙি। চিন্তা তৌগল্লি হায়দুনা ইবুঙোতোন্দা চৈরম্মি। নুঙাইথোকপা হৈবা মীনি। মাগী ফাগীদা নুঙাইতবা কয়া কাউরম্মি। পুকচেল তিংঙি থম্মোয় চাওই। মাগী ফত্তবদি সন্ধ্যা য়ৌরকপগা য়ু খরদি থক্তবা ঙমদে। নিশানি, মহীগী নিশা লৈরিঙৈদা মাগী বা হৌদোকলুরবদি মাগী নুঙাইতবা বারী কয়া তমথোরকই। অসুম লৈবদা নোংমতসু ময়ুমগী বারী তমদে। চিন্তা তৌবা হৈতে। মরক মরক্তা ওফিস লোইরগা লালুনা ইবুঙোতোন পুদুনা রিক্রেশন ক্লাবতা শান্নবা চৎলি। তাস, কেরেম বোর্ড, টেবল টেনিস শানরম্মি। নোংমদি শান্নবা লোইরগা নুমিদাং হল্লকপদা য়ু দুকান অমদা চংমিনৈ। ইবুঙোতোনবু মপান্দা ফমহল্লম্মগা লালু মনুংদা য়ু থকপা চঙখি। খর হেন্না থক্লবরা খঙদে, থোক্লকপা লৈতে। ঙাইবা বারদুনা ইবুঙোতোন লালু কৌথোকপা চঙখি। লালু হাইফেৎ জ্ঞান তাদবা মওংদা লৈরম্মি। দুকান মপুদুনা ইবুঙোতোন্দা মীৎ খৎলকই। লোইনদুনা পুখো হায়বা মাল্লি। লালু চৎলশি হায়বা য়াদে। ইবুঙোতোন্না থেম্মি, থাগৎলি। অকোম্বদা উচিন নাচিন্না য়ারে। লেঙ্গোন্নদুনা পুথোরকই। টেক্সি অমা ঙাংনগে তৌই লালুনা য়াদে। মাক চৎপা ঙমগনি হায়। ইবুঙোতোন্না চাং য়েংগদগী থাদোকই। চৎপদি ঙম্মি। হাইরং হাইরং চৎলি, তুগদ্রা নুংশা থিরম্মি। লালু মানা নুংশিদবা মী খরগী মিং পল্লা পল্লদুনা চৈবা হৌরকই। বা অমদা হঞ্জিন হঞ্জিনা ঙাঙদুনা লৈ। ইবুঙোতোন নোক্লীংঙবসু নোক্তে। মদুনামুক বেরা থাঙখিদুনা চৎসি য়াদ্রবদি দোশানি। খোঙথাং চুমদবা

ম্‌খোঙ নামা ফুটপাথকী মখাদা নাম্বখি। মখোঙ নামনা ফুটপাথতা নামনা সোরোক্তা। মখোঙ নামা তেম্বা খোঙতেকপাদৌনা অমুক ৰাংখৎ অমুক নেমথা চৎলি। লম্বীদা থারিবা খোঙদো ফুট পাথতা পুখৎলক্কে হায়দে। ইবুঙোতোম্না চিংখৎপীগে হায়বসু য়াদে। পি.দব্লিউ.ডি. দিপার্টমেন্টতা চৈবা হৌরকই। "লম্বী শেম্বনি হায়দুনা লম্বী মমায়দা ৱাই তৈশিল্লগা লোইরে। ঙরাংতা শেমখিবা লম্বীনি কোংগুত ঙক্তা ঙাইরে। হ্বরাম্বা ঙাক্তনি। লম্বী শেম্বগী সরকারনা কায়থোকখিবা পৈশা পুম্নমক কনটেক্টটার, ইঞ্জিনিয়ার অমদি রাজনীতিবালাগা য়েন্নদুনা চাথোকপা, হ্বরাম্বনি হ্বরাম্বা। সিং কমপ্লেন তৌদবা য়াদে। দরখাস্ত ইউ, হৌজিক ইউ। মন্ত্রীগী ময়ুমদা চৎলগা হৌজিক পীরমশি।" ইবুঙোতোন উপায় লৈতে। থাবল ফজনা থোকই। লম্বী ফজনা লৈরি। করি কমপ্লেন্নো ইগদবা। চীন থিদবা য়াদ্রে ইবুঙোতোন। "লালু, মন্ত্রী মপান্দা চৎখিবনে, লৈতে। কানদে য়ুমদা চৎসি" ইবুঙোতোম্না লম্বী ওন্নরে হায়শিন্নদুনা মশা পায়দুনা চিংঙি। ফুটপাথতগী মখোঙ নাম্মদো চিংখৎপী। ইবুঙোতোন অরোইবদা গতি লৈত্রদুনা থাগৎলগা হরাওহল্লি। থেমদুনা য়ুম তান্না পুরকই।

চহী ফারে। ইবুঙোতোন ছুটি লৌরে। খরনিগী য়ুমদা চৎপগী ছুটিনি। লালুনা গাড়ী তোংফম য়ৌনা থিম্বিরম্মি। ইবুঙোতোনগী বেগ মনুংদা লোম্না পীবা য়াবা খূদোল মচা অমা য়াওরি। তোম্বীদা পীগে খন্দুনা লৈরকপনি। গাড়ী মনুংদা ইবুঙোতোন ৱাখল য়াম্না নুংঙাইরম্মি। মরূপ মপাং মমা মচল কৈরোই লৈকায় ময়াম উনবগী ৱাখলদা চাবা থকপা কাউরম্মি। লক্ষীপুরদা চত্তুনা তোম্বীবু অমুক্তং ওইরবসু য়েংঙুনি খল্লি। অসুম লাক্লুনা চীং লম্বীদা গাড়ী চেল্লম্মী। চীংগী তুরেলদা শংফানরম্বা ঈশিং। চীংমায়দা নপ্পা নুংজাও, অপাবা লৈচিল নোংফাই মরক্তা লাপ্না উরিবা শংফানবী চীংগী লোরোই তারিবা চীংমায়। পরেং শানা হৌবা উগী মরক্তা লীন খারৌনা চৎপগুম পাক্লাগী সোরোক্লা থেক্লা চৎলিবা। মরক মরক্তা মশক্তি উদবা উমংগী হরি নোংনাংনা খোঙলম্বা। পুম্নমকশিনা ইবুঙোতোনবু অরাপ্পদগী কৌরম্মি। মখোয় পুম্নমক থবায় পাম্বা মরোল থোকপা জীবা অমগুম ইবুঙোতোনগা চীক্লা ৱারী শারম্মি। চীংগী লম্বী লোইদুনা তম উবা হৌরকই। অহাংবা লৌবুক্কী মরক্তা খূঙ্গংনা পরেং পরেং শানা তাবদো। লৌবুক ময়াইদা শন ইরোই অমদি হামেংনা চোল্লপ চোল্লপ লৈবা। পাৎ কোম অচৌবদা লবায়গী লৌমীনা ঙা ফারম্বা। পুন্না হিদেন্দা

মৌ[illegible]রুজরম্বা। পুন্নমক্তো উরগা ইবুঙোতোন করিগীনো খঙদে পঙনুংতা নুঙাইরম্মি। নুংঙাইরিঙেদা য়ৌখিবা খঙহৌদে। শিলচর টাউনগী বস থাংফম য়ৌরম্মি। বস থাংফমদা ইবুঙোতোন ঙাইহাক ৱাখল তৌই য়ুম য়ৌনবা করিনা চৎশিগে। ময়াম লাওবদো তানীংদদুনা অহাংবা মচী অমদা বেগ পায়দুনা লেপ্পী। কদোমদগীনো তাদা হায়বা খোঞ্জেল অমা তাখি। লৈথোক্তুনা য়েংঙি। পুলিশ কনষ্টেবল অমা টুপী অঙাংবা উপ্পী। ইবুঙোতোন তন্না চঙঙকই। ইবুঙোতোনগী মনাক্তা লেপ্পী মুন্না য়েংঙি। তাদা নত্রা হায়রকই। ইবুঙোতোন কিরুরে। কনানো মসিবু। “হৈ, নবকুমার নত্রা?” নবকুমার নোকমি নোকমি তৌরকই। তাদা কদাইদগী লাকইনো হঙঙকই। ইবুঙোতোন্না খুম্মি। ঐ কলিকাতাদগী লাকপনি। নঙদি কয়া কুইরে পুলিসতা চঙবা? নবকুমার চহী হেল্লে পুলিসতা চঙবা। মীরক্তা ৱারী শান্নবা নুঙাইতে হায়দুনা হোটেল অমদা ফমিন্নদুনা চা থকশি ৱারী শারুশি হায়দুনা বস থাংফমদগী থোক্লকই। হোটেল অমদা ফমিন্নে। চা থকই। নবকুমারনা হান্না ৱা হৌদোরকই। তাদা, ইচে তোম্বীনা তাদোদা হায়ু হায়দুনা হায়রম্বা ৱা য়ান্না লৈ। চৎকদবা নোংমা মমাংদা হায়রম্বনি। ঐসু থবক অসি চঙগে হায়দুনা ৱা নোম্বা হোৎনবদা মতম শংদদুনা তাদোগা উনবা ঙমখিদ্রে। তাদোগসু উনদ্রে। ইচে চৎখিবগী নুমিৎ নিনি মতুংদা ঐ এপোইন্তমেন্ট লেটার ফংদুনা নোঙাম্বগা জোইন তৌই। থা অমগী মতুংদা দেরগাওদা থা তরুক্কী ট্রেনিং চৎলুই। ঐনা হল্লকপদা তাদো য়ুমদা লৈতে হায়না তাখি। তাদোগা অদুম উনদ্রেদো। ইবুঙোতোন নুঙাইরমদে। নবকুমারগী মথক্তা শাওনীংখি। করি হায়রম্মি খঙনীংবনা ঙাইবা ঙমদে। নবকুমারদা হংঙি। ঙাইখো নবকুমার তোম্বীনা করি হায়রম্মি তম্মু তাশি। “নবকুমার হায়নীংদবগুম তৌই। নবকুমারনা হায়নীংদবা মওংদো উরগা ইবুঙোতোনগী খঙনীংবা হেল্লম্মি। অকোম্বদা নবকুমার মথৱায় নুঙাইতনা হায়রকই। “তাদো হৌজিক তমদুনা কৈদৌনি। ইচে তোম্বী চৎখিবা থা অহুম মতুংদা অহল লমন্না পাম্বা মফমদা লুহোংদুনা থাজখি।” ঐনা দেরগাওদা লৈরিঙেদা পাউ পীরকই। ইচেদি হন্দক লৈখিদ্রে। অঙাং উনবদা লৈখিদবনি। মদু হায়রগা নবকুমার হীক হীক লাউনা কপখি। হোটেল মপুনা কৈদৌরে হঙঙকই। থংনবদা ফম্মিবা মী খরসু লৈথোক লৈথোক্তুনা য়েংনরকই। নবকুমার ইবুঙোতোন অমনা অমদা মীৎ কুপ্তুনা য়েংলম্মি। ৱা ঙাংবা ঙমখিদে। ইবুঙোতোনগী হকচাং করিগুম্বা অরুম্বা

পোৎ অমনা নম্থরকপগুম লূমথরম্মি। আশাগী ফুরাদো মীৎকী মাঙদা কিম্থরম্মি। তাঞ্জাসিদা পুলিস হাবিলদার অমনা নবকুমারবু কৌদুনা পুখি। নবকুমার চৎলুখিগে হায়রম্মি। ইবুঙোতোন তাহৌদে। ইবুঙোতোন মদোমতা ফনা কুইনা ফমদুনা লৈরম্মি। হোটেল থিংবা মতম য়ৌরে। লম্বীদা মী চৎপা ৱাৎলে। হোটেল মপুনা দুকান লোইশিন্না হৌরকই। ইবুঙোতোন হোটেলদগী তপ্পী তপ্পী থোক্লকই। অথেংবদা ভারা তান্বা রিক্সা অমা অনী চৎপা উই। অমা খাম্মি। লাপ্পী হায়দুনা চৎনীংদে। ভারা হেন্না পীরদি চৎকনি হায়। ইবুঙোতোন উপায় লৈতে। মানা হায়বা ভারাদো য়াদুনা রিক্সাদা কাখৎলি। ইবুঙোতোন রিক্সাদা ফম্মি। কদাইদা চৎলিমো হেক হেক কাউরম্মি। নুঙাইতবা ৱাখলনা পঙথরম্মি। শরৎ চন্দ্রগী উপন্যাস 'দেৱদাসতা' নায়ক দেবদাসনা মাগী অরোইবা খোঙচত্তা শনগাড়ীদা জ্ঞান তাদনা চৎপগুম ইবুঙোতোন হাঙলবা পৃথিবী অমদা তাওনা চৎলম্মি।



